ꯔꯅꯕꯤꯔ ꯁꯥꯔꯨꯡꯕꯥ

রনবীর সারুংবা

# ꯅꯨꯡꯁꯤꯕꯒꯤ ꯃꯤꯅꯨꯡꯁꯤ

# নুংশিবগী মীনুংশি



আর এস, ইম্ফাল

অইবগী লাইরিকশিং

যুম্বুবীগী থাউমৈ (রাবীমচা)
বিন্দুদুগী রারী (রাবীমচা)
লমদমসিদা চীংনুংসিদা (শৈরেং,
অইবা মঙাগা পুন্না ফোঙমিন্নবা)
তাইবঙ মমিশিং (শৈরেং)
মমি অমসু (রাবীমচা)
ফিবান (নোভেল)
চেদা শাৎপা তাইবঙ (রারেং)
কৈথেল (নোভেল)
থম্মোয়না লৈ ওল্লকঙৈ (রাবীমচা)
ইমি মিবেল (শৈরেং)
নুংশিৎ মপী (নোভেল)
থম্মোয় মচেৎ নুংশি মখাক (নোভেল)


| | | |
|---|---|---|
| অহানবা ফোঙবা | : | ২০১৩ |
| ফোঙবা | : | আর এস ইম্ফালগীদমক সারংবম কুর্তিকানা ফোঙজবা |
| ফংফম থোকপা | : | বনবীর সারংবা |
| মমল | : | লুপা ১৫০/- |
| থোইদোকপা মখুম | : | লুপা ২৫০/ |


লাইবিকসিদা যাওবিবা মচাক পুম্নমক অইবগীনি কবিগুম্না মবম অমতনা, মতাং অমদা নৎত্রগা অমদা হেক, লাইবিক অসিগী মপুম ওইনা নৎত্রগা মচেৎ ওইনা হিবম অমতদা লান্না শিজিন্নবা, তুমিন্না হুবান্দুনা ফোঙদোকপা যারোই।


নম্ফম : মুখি প্রেস
শিংজমৈ কৈথেল, ইম্ফাল

যাওবিবশিং


চেন্না চেন্না চৎলিঙৈ/৭

লাই ফত্তবে যুম/১১

লোইববোইদবা কুম্মৈ/১৬

থৌদোক্না পুবিবা লম্বী/২৪

ফিভম/৩১

ভোট অমদা/৪১

খঙ্ঙ্ইদনা পাউ/৪৭

শকখাঙদবা নুপা অমা/৫৩

নুংশিবগী মীনুংশি/৬৪

অতোপ্পা তাইবঙনসু/৭৭

চাগী মচু/৮৭

মীহাৎপুঙদা/৯৪

অখৎপী (১)/১০২

অখৎপী (১)/১০৯

বাৎথোক মবক্তো লৈতেং অমা/১১১৬

চযেৎনবিবা মবী/১২৪

## চেন্না চেন্না চৎলিঙৈ

নক্কুবা মরী- মতা অমা লাপ্লা মযুম পানখি। খোঙনা মফমদু যৌনবা চৎপা ঙমদে। বস তোঙদুনা চৎলুই। হল্লকপসু বসতা হল্লকখি। বস হাযবসি অঙকপা মওংনি। থাজবোই। মফম মফম কযাদগী মী কযা লাক্লদুনা তোঙলবিবা ঙাক্তনি, শৌদোকসু অঙকপা কযা কযা থোকই। মানা মানা থোকপা তোঙবা ওইববসু চপ মান্নবা মতৌ অমগী ৱা যাওকবদুনবা খঙদে অমগা অমগা যাম্না নকশিন্নৈ। মী খুদিংমক মশাগী প খুং তাল্লিবা ঙাক্লি। লমথুংফম যৌনা চৎলিবনি। কন্না থৌবকপদা হযনৈ, 'কবি খুৎথৌনো ? নশাগী নপোৎ নবল তনবা ওইদুনসু, মসিদ' পোৎচৈ কযাদগী হেনবা থৱায কযা পুবিবনি। মী ওইবদা থৱাযদগী হেন্না মমল লৈবা পোৎ অমমুক লৈত্রে। থৱাং পুবিবা খুদিংমক্কা মসিদা জ্ঞান তাগাদবনি। নঙ খবা তপথৌ। তপ্পা থৌ।

'তপ্পা থৌনে। নঙদি শিব। যাবপ্পা যাই। ঐখোযদি যাদে। মকম মবাং খঙদবা তৌনু। অতন ওইবক তৌবা নুপা অমনা গ উঁ থৌবিবা মতান্কি, মাং তু' চংলগা ঙাংখি। তাঞ্জাদুদা ইকোন কান্নদনা মখোল অমা তৌখ হংনা তৌবিঙৈনা গাডাদু খংলেপ লেপ্পী'। ম ওংদু কৈনো' অমা তৌবা মাল্লি। মকচিং কৈথেল অচৌবদগী থোঙ্কগা লমখায যৌগদবা ফনা থাম্না' বাংথোলঙৈদনি।

'কৈনো ? কৈনো ? কৈদৌনো ?'

অনসু অমসু চংশিল্লগা হংলৈ। বস তোঙবা হাযবসি নুংঙাইবগী নৎত্রগা নুংঙাইনবা তে ঙবা কন্নসু যাওদে। মাগী মাগী লমথুংফম যৌনবা হাযবসিনা পান্দম থম্নবা ঙাক্তনি। লম্বী লমখাংদা লেপ্লকপা মতমদা পুক্রীংগী যিংমসু হান্নগী মতৌগুম লেংদনা লৈহনবা ওইথোক্তে। মওং অমা তৌলকপা তাবনি। মবমসিনা অমসু অনসু মবেং মবেং লেংনৈ।

'কৈদৌবে হাযবনো ? যাখিগদ্রা ?'

'যানি। যানি ইস্কু অমখক তৎপনি। নৈশিল্লগা লোইবে। কৈস্ত কুইবোই। হেক নৈশিনবগা লোইবগদবনি।'

'নখোয অশেংবা হাযযু।ঐখোযনা চৎকনবা লম্বীসি শাংই। বিষ্ণুপুর যৌগদৌবিবনি। নখোযগী ঙাক যেংগনু। মথং মথং বস তোঙখিদৌবিবানি। অচুম্বা হাযযু।' মদুতদা হাযবকই। 'কবিনো অমা তৎলে। শেম্বদা কুইনা চংলগনি। মখাদা পূল্লপ পুন্না লেপ্পীযু। বস অমা পাউ

হায়খ্রে। লাক্লগনি। মদুদা পূন্না তোঙবীয়ু।' মযাম পূম্নমক য়ৌ য়ৌ তৌদুনা 'মদুদি অতোঙমল হল্লু, অতোঙমল হল্লু। ঐখোয় ইশা ইশানা অপান্বা গাড়ী তোঙজগে। নখোয়গীদা তোঙগে হায়দুনা লাকখিবনি। অতোপ্পা অমা শিনগদবা লৈববদি ইশানা অপান্বা খঞ্জগে।' মবৈ কনবা থবদি মশানা অপান্বা গাড়ী খন্দুনা চৎখি। অপুনবা, মাগী মাগী লমথুংফম তান্নবা লম্বীদা কনানা কনাদা যেৎলুগনি? পুক্নিগী খোঙচৎসিদা নক্লবে নক্লবে হায়নবিবা মমা মচা, মবী মতা পূম্নমক মশা মশাগী খোঙচৎ তুংইন্না মবাইবক লেপ্লখিবা ঙাক্তনি। কনানা কনাবুসু ঙাইখিদে। লম্লানবা লম্লানবী ওইনা খোঙবু ওইবিবা বস অসিগী খোঙচৎসিদসু মানা মানা থোকপা চৎনখিবদা কবি হায়কগনি ?

'অঙাঙসে ।' কদোমদগীনো মৌনহা অমা ফাওজিল্লকই। মতা অমনি। মশক্রে, মতৌনে, কেবিবা মওং অদুগা কবিসু থাজবা ঙমখিদে। পুক্রীং অমসুং ৱাখলগী মচত্তা কবিসু অহেনবা অমা যাওদ্রবা মচাক্তা মীওইবনা কবিবু থাজবা ঙমগনি ? মশানসু থাজফম থোক্তবনি।

'ভাবা হল্লবোই হায়ব্রা ?' মীযায় চল্লবা অমনা শাউনা হায়খি।

'গাড়ী লাকএ' অমনা খুম্মী। মুক্লগে তৌকববা ৱাগী মবক খায়দুনা অতোপ্পা ৱা অমা লাকখি। লাক্লিবা গাড়ী অদুদা লৈবল্লিবা মী খুদিংমক মিৎয়েং থম্লখি। মী পূম্নমক লমথুংফমগী ৱাখলনা মাঙদা থন্নুবনা মসিগা নক্লবা থবক্তা হেন্না মপুক্রীং লৈশিন্নে। থুনা চৎনীংবা ঙাক্তনি।

'পৈশা হল্লুসু য়াদে।' মৌ নহাদু হল্লক্লগা ইনাক্তা চংলক্তুনা হন্না অমুকসু হায়বকই, 'পৈশা হল্লু যাদে। লাক্লিবা গাড়ীদুসু মখোযগী নত্তে হায। লাকপদি লাক্লগনি হায়হৌবি। ঐখোয ঙসি মম্বা তাবে।' মাগী মতৌদু মপুক্রীংদা মফম খঙদনা খোইবাংবা অমা যাওই হায়দবা ৬মদে। নিংথমথাগী মতম্ন'কোবৌবু তন্না তাম্হোকখিনি। কোক্তোন হেক য়ৌখিবা মতুংদদি থুনা মমশিল্লক্লগনি। খঙহৌববোই। মহাক মম্বা যাম্না কিখি। পাখৎচৈ। মমখিনি খনবদা মশাদ্ ইথক থক্কৎলি।

লাক্লিবা গাড়ীদুদা মী খবা অমা কাখৎনখ্রবসু অযাম্বদি লেপ্লুনা অসুম লৈবি। মী মযাম্না ৱাবী শানৈ, 'পৈশা হল্লু যাদ্রবনিনা মযামসি ঙাইদুনা অসুম লৈনবিবনি। নৎত্রবদি ঙসাইনা মীশিংসি মশা পান্দুনা পাইনখ্রগদবনি। অমত্তা লৈহৌববোই।' তপ্পা তপ্পা হান্না লাকপা গাড়ীদু য়ৌগৎখ্রে। কোন্না লাকপা শংবান্নবা মচুগী গাড়ী অদুদি মী মযাম ওমশিন্নদুনা লৈহৌবি। গাড়ী য়ৌবিবদুসু য়ৌগুম য়ৌদগুম তৌদুনা মতা অমা তৌখি। গাড়ী অনীদু কবিনো অমা তৌনখ্রে। ইমুক মুক্লবগুম তৌই। মখোযনীগী মবক্তা কবি লৈনবনো খঙদ্রবসু, কবিগুম্বা খবা থোক্লে হায়বসিদি তশেংনা খঙলে। তোঙলিবা মী মযাম্না শাউনৈ। মনুংদা শাউবিবা কযা মখোয় কবিসু তাশিংদন', মখোয মখোযনা তৌগদবা থবক অদুতা অদুম তৌদুনা লৈ। হৌজিক্তা মীনা মীগী ৱাখল তৌদুনা মশাবু লমুক্লহনগদবা কনা লৈখিগদগে ? লৈতে।

'কৈদৌবে?' অহল ওইবপ তৌবা অমনা হংঙি।

'কৈসু তৌদে।' চম্না চম্বা শাবদুনা খুন্নকই।

'কৈশু তৌদ্রবদি গাড়ী য়ৌবসি। য়ৌবসি হায়বসু য়াদে। হায়কবগা কৈসুসু তৌদে হায।

নখোয় কৈনো অমদি শোয়দনা তৌনবে। ফিভমসিনা য়াদে হায়বা যাবোই। কবিনো হায়যু।' হংলবসু খুমখিদে। পৈশা হল্লু হায়বসু তাশিন্নদে। মতৌ অমনি। শাউনীংবনা পুক মনুংদা মফম খঙদবা ব্রা কয়ামা মওল মওল ওন্দুনা শৌদুনা লৈবি। নুমিৎনা তপ্পা তপ্পা লৈথবকই। ঙাইহাক লৈবগদি পূম্মম মন্নগে হায়বক্লগনি।

'মামা যুম চৎলবোইদ্রা ?'

'চৎকনি।'

'মন্নক্রে। হোবেল ।'

নুপীমচা ওইবমাল্লে। ঙসাইদি খঙখিদে। ইচম চম্না, ইপং পংনা লৈবম্বনি। মবোল লোলক্রে। মী হায়বসি মীগা শম্নবগা তোঙানবা মশক অমা থোবকই। মতমগা শম্নবগসু অতোপ্পা ফিভম অমনি। মওংদু শাথিবা হেঞ্জিল্লকই। বস অনীমক ককচিং লমখাযদা থেংনবদগী অমসু চত্ত অমসু চত্ত মুক্নদুনা লৈখি। ঙং ঙংদুনা লৈখায তাদে। তোঙলিবশিংনা ফনা শাউনা হায়নৈ যানদে। কবিনো খোইদৌদা ওন্নিবা মৈশা পূম্বা থোবক্কদৌবগুম তৌই।

কদোম্দগীনো খঙহৌদে পুলিস গাডী মপোৎ অনী লাকই। তাঞ্জাসিদা গাডী থৌনবা তৌবই। পুলিসনা 'ঙাইখো হাযদুনা খাম্মী।

'চৎলসি।' তোঙলিবাশিংনা হায়খি।

'ঙাইখো। যাবগোই।'

তপ্পা তপ্পা গাড়ী মনাক্তা পুলিস চংলক্লুনা, 'গাডী ড্রাইভব কদাযনো ?' গাড়ী ড্রাইভবদু মমিৎ মনা শিংনা লৈবম্মী। গাডীদগী কুমথদুনা মাযকৈ অমদা চৎতুনা কুম্মে তৌবম্লে। খঙহৌদনা অনীশুবা গাডী ড্রাইভব অদুনা গাডী থৌফমদা ফল্লি। মাবু চৈ চাবমগনি। পুলিসনা নোংমৈ হাইগভুনা মনিংনা শুজিনগে তৌই।

'মদুদি তৌগনু।' গাডী তোঙলকপা অমনা খাম্মী।

'ওফিস চৎলসি।' পুলিসসু খুম্মী।

'ঐখোযদি ।' তোঙলিবা মযাম্না হাযকুবদা, 'নখোও পূম্বা গাডী থাফমদগী গাডী অমদা তোঙননবা শিনগনি।'

'ঐখোযদি কবিগী ?'

'গাড়ীসি ফাববনি।'

'নখোযনা গাডী ফাবদা ঐখোয় যাওববা? ঐখোযগী ইবাল কবিনো ? কবিগী ফাগদৌবিবনো ? লম্বীসিদা ঐখোয পূম্বা ইযুম ইযুম যৌনীংদুনা গাড়ী তোঙলকপনি। যুম যৌননবা চৎপগী কবি ইবালনো ? ঐখোয কবিগী মফমদুদা চৎকনি ? মফসিদা খাম্নীযু। অবাকপা গাড়ী অমা ফাদুনা তোঙজখিগে। হান্না লৌশিনখিবা গাড়ী অতোঙমলসু হন্দোকপীযু।' কন্না ঙাংনববা মতুংদা গাড়ী খাম্মী।

'ভাবা হঞ্জবগে।' পৈশা লৌশিনখিবা মীদুনা হাযবকই। গাডীদুদা তোঙলকপা মযাম পূম্নমক নুপাদুবু ইকোয কোয়শিন্না লেম্নী। বসতা থোঙলুবগ ভাবা হল্লু হায়বদা হেক হেক ব্রা

থোক্লবনি। পুলিস লৈবদুনবা খঙদে ঙসিদি পৈশা থুনা হন্দোবকই। শংলৈনবা গাডীদুসু মী পূম্নমক কুমথদুনা পূমওম ওমখি।

অসুম্না হন্দোক হঞ্জিন তৌনবিঙৈদা মতমদি লেপ্তুনা চৎখি। মিকুপ অমতা পন্থখিদে। থবক্তনি লেপ্লিবা। তৌগদবা কযানা মবী মবী শম্মনা মথং মথং ঙায়বি। মতম্না, অঙানবা থাউমৈ মৈবি খংলে লৈথববগুম নৎত্রগা থাউ যাওদ্রবগুম মমথবকই। পূম্মম মন্নক্কদৌবে, 'মমা নঙনা তৌবিবসি বাবানা হোৎবল শোযদনা ফুবা তাবে।'

'নখোয বাবাদু যাম্না ফুগনব্রা ?'

'ইমাদা যাম্না ফুই।' মচানা অদুম খুমদোবকপা অদুদা মমানা মচাদা মমিৎ নুংশিনা যেংঙি। মতৌদু মচানা হাযবিবা ব্রা অদু য়াম্না হাযহন্নীংদবগী ব্রানি। থৌদোক হাযবসি পুক্লীং চাইখাযবা অমসুং নপশিন্নবগী গোম যাওববা অচৌবা পোৎশক অমনি। মফম খঙদবা মীকুপ অমদা পুক্লীংবু হেক্তা নপাশিনখি। খঙহৌদে। ঐগী পুক্লীংসি কবিনো অমা তৌবকই।

'হেক্তা ফুবা ।' খঙহৌদনা ঐসু হাযদোকখি।

'ফুই।' মমিৎ ইবা চেন্না হাযবকই। হাযদোবকপদা থম্মোয শোকহনবগী খোনফম অম থ'ওই। আত্মাগী মফম অমদগী থোবকপা খোঞ্জেল ওইবমাল্লে। যাম্না নুংশি, 'মাবু ?' ব্রা ৎমা হঙ্গে তৌব্ববদা মশান্না খঙনা মখা তাবকই, 'মকোক্তু বেবা অমা লৈবগুম তৌই। অঙাংসিসু অঙাউবগী চোইবোল লোনবা তম্বীবে হাযদুনা ঐনা চৎখোকপা নাদিংদা পুদুনা চৎলবনি। অঙাউবসি মচাদা অহৈবা মাইবীনা নৌনা তম্বা চংলকপশিংনা মাইবনী মবোল তম্নবগুম অঙাওবগী মতৌ তম্বী। মতা অমনি। কিবজাৎনি। মীবোল ঙাংলনু হাযবসু ঙাংঙি। ঙাংলোদনা হাযবসু ঙাংদে। লোযনব ব্রাব্রপোৎনি।'

ব্রাবা তাবনি। হৌজিক্তি মীগী জাৎ অসি মীগী মবক্তগী অতোপ্পা শাগী শাগৈ অমদা অমুক কাখৎখ্রবনি। মসিনাদি ব্রাবা তাবনি। 'যুমদা চংখিবদা ঙসিদি শোয়দনা লাল মচা অমদি থেংনবা তাবনি।' ঙসি অবেংবা বস অসিগী মনুংদা পিক্লবা ইমুং অমগী চাউববা ব্রাথোক কযা ফুমজিন্দুনা পুঙ্গিবু অতোপ্পা মাযখুম অমা উপশিন্দুনা তোঙাল্লবা লমথুংফম অমগীদমক খোঙ থাংলি। চথৈ অমা চিংলি। ব্রাবীদি মান্নদে।

'ইমা নঙ চৈ চাবগনি।'

চাবগা চাবেদনা। মসিদা কবি উপাযনো ? মসিবু ঐনা তৌগে তৌব্রা ? পুঙ্গি নঙগী খোঙচৎ অসি মতা অমান। খোঙচৎ অসিবু মিকুপ অমা পোথাননবা চৎপা মচৎ ওইনা লৌকব যাগদ্রা ? মসিগী খোঙচৎ খুদিংদা থব্রায কযা অমগী নপ্সো যাওবিবনি।

❖ ❖ ❖

## লাই ফত্তবে যুম

ভূতকী নংত্রেগা তম্নবৈ ৱাবী ইবসি ঐ হৈগদবা মান্দে। হৈবসু হৈবোই। মসিগী মবম অমসুং মবীমখোঙ ঐহাক কবিসু ঙঙ্গে। খঙদবা হিবমসিদা কবিনো শাজিন্দুনা ইগদবসি ? ৱাখি ইবনী ৱাখল মবত্তা মসিগী ৱা অমতা যাওদে। মবী অমতা শম্বা ঙমদে।

ৱা অমদি ।

কুইবে হায়নবকপা।

লম্বী চাউথোক্লগনি। মী ময়াম্না চংলিবা লম্বীসি পিকমল্লে। মসিদি লান মমাঙ মী যাম্না তান্দ্রবৈ, ইঙৈন পানবা গাড়ীগী মহুৎ ষণ গাড়ীনা পোৎ হোল্লিবৈদা শোমখিবা লম্বীনি। হৌজিক, ভেং প্লেন তোঙনববা মতম, অসিগা মমাঙবৈগা মান্নবা যাদ্রে। চংলিবা মী মশিং অমসুং হৌজিক শিঙিন্নবিবা গাড়ীশিং অসিগা, লম্বী অসিগা চানদ্রে। চুনবা মওংদা শেম্বীয়ু হায়দুনা মী কয়াম ৱাকংলি। নোংমতা কাংদনা খুদোংথিবা, গাড়ী থেঙ্গাইনবা তংতনা থোক্লক্লে। খঙহৌদনা সবথাবনসু মসি খঙলমাল্লে। লম্বী চাউথোক্লগনি হায়দুনা চে থোক্লক্লে। লম্বী মপান্দা শাবা যুম, কৈ, দুকান, নুংকান পুম্নমক লম ওন্দুনা ককথংননবা হোংনৈ। সবকাবগী ওইবা পান্দম যাংলি। ফুংশিং খঙনা লম্বী পাকথোক্লগনি। লম্বীগী মনুংদা চনবা পুম্নমক যাম্থৎলগনি। থুগায়বগনি।

লম মপুদা খঙতল্লি। অসুক শোক্লে। লম্বী শেম্নবা মসিমদি ইশান খঙনা লৌথোকপীয়ু। মতম পীদুনা মশা মশানা লৈবিবা মপোৎ মচৈ হোন্দোক্লবা হায়। মতমসিদগী হেন্না থম্বা তাববদি সবকাবনা থুগায়নীংবা মওংদা থুগায়বগনি। মতুং তাবকপদা মসিগী ৱাকৎ অমতা তাবোই। কবিসু শোকহন্দনা পোংচৈ লৌথোকপা পান্নবদি লৌথোকহৌবো।

অৱাংবা দলান কয়া থুগাযবা তাবে।

পাম্মুইদা, মতম পৈশা কয়া চংনা শাখিবনি।

পৈশাদি সবকাবনা মতিক চানা পীগনি। চংখিবা শেনফম হঞ্জিন্দনা কবিসু তোক্লোই। মতমদি কনানা শিংগনি ? অহল ওইশিনখিবদু নহাওইনা হন্দোকহন্নবা পথিবীগী খুংলায অমতা লৈতে। ঙম্লবোইদবা ৱানি। পাঙ্গলসু হস্থ্রবনি। মদুদা চংখিবা হকচাংগী শক্তিশিং অদুদি থুগাযখিগদৌববা পোংশকশিং অসিগী মনুংদা মতম খুদিংদা পক্লনা লৈবগনি। অধুন

হন্না খক চিংথোক্লবা যাববোই।

কাযখিবা তাবে।

অদুবু মসি মীয়ামগীনি।

মসিনা থব্রায় কয়াদা ইংহনগনি।

অয়াম্বা মপু মপুনা থুগায়নখ্রে। থুগায়বমদাইদা কনা অমনা মুন্না যেংই। মমিত্তা মপি তায। ফংলবোইদবনি। থংনবা লম অসি অতোপ্পা মপু অমগীনি। মশাগী মবী থাদোক্লুনা খোমগৎলম্বা পৈশা পূম্বা ককখ্রগনি। অদুবু মীয়ামদি হাযনৈ।

'সবকাবদগী পৈশা য়াম্না ফংলগনি।'

'মপুন্সিগী হৌদোক্লবা যাবগনি।'

'য়াম্না কান্নবগনি।'

পৈশাগী মবী ককখিবদুদি কনাসু উখিদে। মদুগীসু মথক্তা, ফিভমসি ওইবক্লবা শাবা মতমদসু পুন্সি হৌদোকপা যাবা শেনফম অমা চংখিবনি। ফিভম্না ওন্না ওন্না ককথোক ককশিন শান্নবকপা মতমদা মীওইবগী কলক্কদবা ফিভম অদুমক মীযাম্না মিৎযেং থম্মী। অশেংবা তাঙ্কক কযাবুদি নাইথেদুনা লৈ। মী মযামগী ৱাসি খঙবা যাম্না লুই।

অৱাংবা মথোল মথোলগী দুকান্দু উবগা মসির্মাদি পৈশা যাম্না চংলগনি। অচৎ অওকশিংনা শোন্নৈ। মবক মবক্তা ফংগদবা শেনফম পাবী। লুপা ক্রোব মঙা তকক । অস মপুন্সি চুপ্পগী তানবা অমসুং তুম্ননবা চাবা ঙম্লবোই।

শোমদদি ৱাবি। থংনবা লম অসি মীগীনি। হান্না লাকলম্বা পৈশা পূম্নমক ককখ্রগনি। মদুগীসু মথক্তা হৌজিক মদুগুম্লবা অৱাংবা, অচৌবা যুম যাওবা দুকান পবেং অমা শাবা ওইথোক্লে। কনানসু পান্নবা ঙম্লবোই। মী অমতা লৈত্রে। মথোল মথোলশিং অসিগী মচাক পূম্বা মাংবা তাবৱা ? সবকাবনা পীবা পৈশা পূম্নমক লৌথোক্লখ্রে। লমগী, দুকানগী, য়ুমগী অমতা থাক্তনা, মানা মানা থোকপা শিদোক্লদুনা শিজিন্নৈ। সবকাবনসু মতম পীদুনা মশা মশানা শিদোকচখিনবা শিল্লি। অয়াম্বনসু শিদোক্লে। হৌজিক্তি লৈবিবা ফিভম অসিমক্কী চপ চাবা মমল সবকাবদগী ফংলবনি। মশাগী মপোৎ নৎতবগুম লৈববা মওংনি। অদুম ওইনমক পীবিবা মতম অসিগী মনুং অসিদি মশাগী ওইবি। য়ুম, দুকান শিথদুনা মপোৎ মচৈ পূম্বা লৌজবা যাই।

কাংবু অমনদি কেস তৌনীংবনি। তৌগনি হাযনসু তৌকবে। ইশাগী লমদা শাজবা ইপোৎনি থুগায়বা যাবোই। অদুবু মসি লৈবাক্কীনি। লনাইগী ওইবা লম অমতনা লম্বী, সবক শেন্নদা যেৎপা লৈবাক্কী চৎনলোনচৎনা যাদে। ৱায়বগুম্বনি। অদুমকপু, লৌনীংবা মতমদা লৌবা য়াদবগী চৎনবী অমদি লৈ। মদুগীসু মথক্তা লৈবাক অমগী মিহুনদি লৈবাক অসিগী ওইবা চৎন কাংলোন অসিদা হুলহল্লিবনি। তুংগী যাইফনবা শিল্লিবনি। যেৎলুবনা কবিসু কান্নবোই। থুগাযখ্রগদবনি। অথিংবা পূম্নমক মযা কুমদুনা লৈহৌবগদবনি।

থুগাযদনা লৈবা দুকানদুগী ৱা লাওই।

শোইবম দুকান অসিমদি থুগাযববোই।

থুগায়বোই হায়বা নত্তে। মশানা থুগায়ববোই হায়বনি। ময়াম চংদুনা থুগায়বগা, অপাম অপান্বা থুগায়বিবা মচাক পূম্নমক লৌজবা য়াবগনি। ব্রা ব্রা লাওই। অবেম্বা পাম্বা কয়া জগোয শাদুনা মথোই কাঞ্জে। মীদি লোইনা অবেম্বা পাম্বা ঙাক্তনি। অপাম্বদি লোইবা খম্বা নাইদে। লৌশিল্লিমখৈ ওক্তে হায়নবিবনি। অপুনবগী মবল ওইববা, কাননসু যেৎত্রবা, অপাম অপান্বা লৌবা য়াববদুদি, ময়াম পুম্বা মুন্নবকই। অঙম অঙম্বা কনশিন্নদুনা লৌননবা হোৎনৈ। অকনবা হায়বদু থোবকই।

গাডী ইনবা, ঠেলা ইনবা কয়া থুংলবে। যোৎ যোনবনা থাদোকপনি। লৈবক খুঙ্গং থুংনা চৎলি। লাওই, 'কনা কনাগী যোৎ, যোৎ যোনগদবা লৈ। যোৎ প্লাসতিক, কৌতা, কৌতা' লাও লাওদুনা চৎলি। অবাপ্পা মীবমদগী পুন্সি অমসুং থব্রায পুবদুনা মফমসিদা হিংননবগী মচাক পূম্বা খোম্লুবগনি হাযদুনা লাক্লবা মখোযনি। মখোযনা লাওবিবসি অচন্বা নত্তে। পুন্সিগী মচাক্লি। মখোযনা খোম্লিবসি পোন্থি নত্তে। থব্রাযগী পল্লেফম থিঁবিবনি। পুন্সিগী পবিংদ, পবিং তানা চৎননবা লন্বীগী পরম যাৎলিবনি। লাওই, 'যোৎ, কৌতা, প্লাসতিক'

বন্দামদগী পাউ তাকুবনো খঙদে, মবোল লোনবা তন্দবা, মখোয কয়া মথং মথং চংশিল্লক্লুনা ইকোয কোযববে। মখোযগী মপোৎ মবল শুম শঙই। অপাম্বা খন্দুনা লৈই। মকওইনা মখোযনা পাম্লিবসি যোৎনি। য়োৎ তাল্লি। যুমজাউ অচৌবা শাবদি মশানা যোৎ নপৈ মপৈ হাপ্পা তাবনি। হাপখি। শাগৎলকপা মতমদা অউবা মীশিংনা হাযনখি। মণিপুব পূম্বগী য়োৎ মসিদা পৈশিন্দুনা থম্লে। ফনা যামখি। মদুদা উখিবা যোৎশিংদু মসিদা লোইনা চংখিবনি। হৌজিক অমুক লোইনা তাম্থোক্কদৌবিবনি। থম্নৌ তানবগুম ঈশিংদা নত্তে। মথক্তগী মখাদা থৌথখিগদবনি। মখাদগী মথক্তা থৌগৎপা যাবোই। শাবদবু মখাদগী মথক্তা থৌগৎপনি।

তানখি। ফংনীংলিবা পূম্বা ফংননবা অমসু অমসু তানখি। মী, মী হাযবসি অমদগী অমা হেক তোপখিবদা ব্রাখল অমনি। অমমমনি। তোপ্পী। তোপ্পা তোপ্পা থোবক্কনি। মশাগী তানবদা অতোপ্পগী ব্রা তপ্পা তপ্পা ইম্বকই। ইনখি। ব্রাংলবা দলাম্নি। মথক্তা কনাসু কাকদে। মমাযদি লোইনা ফাৎলে। মপুনা ফক্লুনা পুখ্রবনি। যোৎকী চীংখৎপী, চীংথবী থোঙ পাল্লম্বনি ফকখিদুনা ইহাং হাংনা লৈ। দুকান কুন, কুন হেনগনিদা। কুম্লাবু শুগনি। মশিংবু থিকদে। শাংলবা দুকান পবিংনি। তাইশেম পোৎথোক্কোন হাযনা মমিং থোন্দুনা শাগৎখিবনি। মী ময়াম্না পাম্মুনৈ, থুগায়গনি খনবদা। ঙসিনা হবাওবি দুকান পবেং পূম্বা নখোয়, ঐখোয়গী ওইবনি খনবদা।

নুমিদাংব্রাইবম মফম খঙদনা কতন তোম্বা কংনা কংনা নোক্লগা চংলকই। মতুংদা থোইচা ইন্নবকই। কবি মতৌনো মসিবু ? মসিবু অমুক্তা উদেনে।

'উদেনে। কবিগীনো মহাক্লা নোক্লিবসে?' পশিংনা খনখি।

'মানা কান্নগনি খনবা খবা উবন্ননি। নৎত্রগসু চাবন্ননি।' খোলোনা খুম্মী।

'চেকশিল্লুকো। মখোয়না মপুং ফানানোক্লবদি কবিনো অমা থোক্লগদবনি। অকনবা

নুংশা মবকতা নোং তাবিবনি। চেকশিল্লু।' অখঙবনা খুম্মী।

'নোক্লে। মখোয় ফজনা নোক্লে।' অমসু যেংনা যেংনা হায়।

'মচিনবানসু ফজনা কাথোক্লে।'

'চেকশিল্লুকো।' অমনসু হায়বকই। কবিগীনো মখোয়গী চিনবান্না মকা লাম্বা উবগা মখোয কযানা মখোইদৌ শাউগৎলিবা ? খম্বুবদা লাম্বা ফংখিদে। তশেংনা মবম লৈব্রা ? অয়াম্বা মতমদা মী উবগা তুকথদুনা চৎলি। য়াম্না চন্না মীশোন মাল্লি। মী অসুক কিবা মখোয়নবু কমদৌনা মীগী মাংননবা তৌগদৌবিবনো ?

'মখোযবু কৈদৌগে?' খোঞ্জেল থোক্লা হংখি।

'খূবী লোৎপীনি।' অমনা খুল্লকই।

'চাবি ' ফোব' মবি।' ব্রাহং হংনা হংনা অমসু অমসু জ্ঞান তানখি। মুন্না মুন্না যেংনৈ। হাযনৈ, 'হযেংদগীদি মখোয পৈশা তান্নগনি। লেম্না লৈববোই হাযবি।'

পৈশা তাল্লগনি হাযবা তানবদুনব্ হেয়া কিখ্রে। তুমিন লৈববদি মখুৎ ত্রিংথোক্তনা. লোৎশিন্দুনা লৈববনিনা খববু ফৈ।

মখুৎ যাওবল্লগদবা !

মখুৎ যাওবল্লগদবা!

'নখোযনা মখোয়বু অদুক কিবিবা কবিগীনো ?'

'মচাকসু মীনিনে।'

মী! মী মবক্তা খ্বাইদগী শাথিবা অমসুং তমথিবদি মীনি। শা নত্তে। হিংচাবা নত্তে। মখোযদি ফনা শাথিববসু ঙাকথোক্লবগী লম্বী যেংদুনা থৌবাং তৌবা যাই। মীদি, মীনিনা অমগী অমগী খল্লিঙৈ ফবা ফত্তবা খঙদনা মীগী মবল পুন্নমক লূৎ তৌখ্রগদবনি। মাং তাক্লবা তুংদা মশক খঙলকনি। তমথিব্রবনি। ওখ্রোক্লা ওখ্রোক্লা তমথি। মখুৎ যাওবল্লগদবা !

মখোয়দি ব্রাবী শাই।

'মনি থোকহনগদবনি।'

'নঙগী নুংথং অচৌবদু পুবকউ।'

'পুন্নমক থুগায়হৌবগদবনি।'

'মীনা হেলহনখিবা যাদে।'

'থুনসু তৌগদবনি। থবক নংলোই।'

মখোয় পুন্নমক দুকান্দুদা মুন্না য়েংই। চাবু চানীংলব্রা কৈনো, মতিনবু হোৎলি। মৈ মল্লক্লবা মতমদদি দুকানশিং অসি লাইমু অচৌবা, অব্রাংবা অমা লেপ্লগুম উই। কি। মতম অমদদি পৃমঙান ঙান্না মী খ্বাইদে তিনবা মফম ওইবন্মী। পৈশাসু অসিনি খঙদবমখৈ তাল্লম্মী। সনাগী খোনিনি। ঙসিনা অমুক তম্নবব্রা ?

মথং মথং থুগাযনখি। থুগাযনিবা পোংশক অদুদি নত্তে কান্নবিবসি। মনুংদা য়াওবিবা

শক পোংলাং অদুনি পাল্লিবদি। ফংননবা তান্নে। অঙম্বনা মনা ফংবা য়ুবী লাকপীগুম্বনি। মথক্তা অকন্বা পোৎশক্লা নম্থবি খঙখিদে। ব্রাংলবা য়ুমজাওগী অকম্বা নুং মপৈ মপৈনা শাগ্রবা য়ুম, মখোঙ অমতা যাওবক্রে। অকন্বদি হন্থখিবা নত্তে।

খঙহৌদনা মখোল অমা তাখি। বোম পোকখাযবগুম লৈমায় পূম্বা নিকই। মখোলদি বোম পোকখাযবদগী হেন্না হৌই। ঙাইহাক লৈবগা ডা য়ুমজাউ শিবগী পাউ লাকই। দুকান নীংখায়বদা যাওখ্রে। লম্বীদা চম্না চৎচবনি। মপু লৈতবা দুকান মুন্নবগী যোৎ ফংননবা থুগায়বা কাংবুনা নুংথংনা কন্না কন্না য়ুম্বী মখোঙদা থোন্নিঙৈদা নীংখাযবক্তুনা মখোয কুম্বাসু পুন্না শিখ্রে।

মযাম্না ডা য়ুমজাউ শিখিবগী নুংঙাইতবা ফোঙদোক্লে। মহাক হিংলিঙৈদা মীওইবগী অব্বা অনা তাববা কযাদা তেংবাঙ পীবম্বা কযাগীদমক থাগৎনবগসু মপু লৈত্রবা য়ুম অমসুং সবকাবগী থৌশিল হৈতবা মতৌবুদি নিন্দা তৌনৈ। মফম খঙদনা ভূৎ প্রেৎতা চাকথা থাদোক্লুবগী অশোযবা কযা পুথোক্লদুনা খববদা পেন্দবা ফোঙদোক্লখি।

.:.

## লোইরোইদবা কুম্মৈ

ব্লাখল মচা অমতসু খল্লুদনা, খঙহৌদনা পুক্লীংদা ব্লা অমা ল্যাকপা, কাওবা ঙমদনা অসুম ব্লাখলদা ইনশিন্দুনা লৈবা ব্লাবী অমা থম্মোয়দা ইপোম হৌনা থেংলবি। লৈবাই কিন্থগদবা মওংদা কন্না কন্না থেংলৈ। কবিগী হৌহল্লবিবা ইপোম্নো ? হন্না থাগৎলবোইদবা মৈফমদা কবিগী মৈ হৌববিবনো ? পুন্সি হায়বসি চংখ্রনদি লোইববনি। মশা‌ন মশাদা তিনশিন তিনশিন্দুনা মবেপ তাল্লগা মথন্তা মাংখ্রগদবা পোৎশক্লি। অহৌবা, খূত্তা লৈবিঙৈ মতম্না ব্লা অমা ওইবগসু, হৌখ্রবদি লোইববনি। অমুক লৈববোইদবনি। শিখ্রগদবনি। অদুবু শিহৌদে। ব্লাবী মতেক অমা মক মচাদুদগী চাউনা হৌগৎলকই। য়াম্না চাউনা হৌগৎলকখি। পান্থী ওইখি। তগৎ তগৎ তেকই।

অদুগসু শিবগা পুথোবকই।

অশিবদগী থেংনবকপনি ব্লাহৌসি।

চাউববা ব্লাবী অসি অশিবগী কু মথক্তা তোঙদুনা থোবকপনি। মবাল কয়ানা অশিবগী, শিখিবগী মবম্লি। মহাক মশানা য়াবা অমসুং য়াদবা হায়বসিনা, শিববনিনা কবিসু খংব ঙমদ্রে। অদুম ওইনমক থাজবদি ঙমদে। ঙসিদি লমসিদা খূৎলায পাযববু থাজবা হায়বসি অপংবা মী ওইববনি।

হাযবিবা ব্লাদি ?

মহাক খূলায পাযবা, অকন অবিং শিংবা মীওই অমনি। খূৎলায উত্তুনা লমদমসিগী মী কযা কিহনখি। কিনৈ। পুন্সি অমসুং থব্লাযগী থানবা যাদ্রবা মবী কয়াদা কবেম্নবগীদমক ঙসিদি মহাক তাইবঙ থাদোকখ্রে। ব্লাফমসি ব্লা অমনি।

হৌবকখিবা ব্লাদি

থৌবা ফাখ্রে। তান্নবা কুইববনি। লমদমসিগী ব্লা কযা পুবদুনা খূত্তা খূৎলায় পায়দুনা অকন্নবা থৌমী অমা ওইবম্মী। মসিনা মবম ওইদুনা মহাকপু ফাগদবগী মতম পূম্বদা কোয়তান তান্নদুনা লৈ। মহাক মশাগী ওইনা খুদোংথিবা থৌদোক অমদা গাড়ীমচা তোঙদুনা লম্বীদা চৎলিঙৈ মহাকপু খঙবা পুলিসশিং থেংনদুনা ফাখি। মতম কুইনা কোয়লোৎ লোৎকব্বসু, মশাগা চানদবা পুংফম অমদা য়েক্লবগী মখূত্তা তাখি। লাইবক ফবা অমনা এস পি জলাল,

থম্বালখোংদা লৈবা পুলিস ওফিসব অসিগী খুত্থাংদা মীযামগা অমুক হন্না শোক্লা শন্নদুনা জেলদা চহী মবি লৈরুববা মতুংদা মীচম অমগুম অমুক থোক্লকখি। নৎত্রগদি মহাক মতম কুইনা অপিকপা কাখু অদুদা হিংবা তাবন্নবনি। ফাবিবদুমক অচৌবা মকালনি। লৈবাক্কী সাসন্দা খুৎ থিংজিন্দুনা ইবাং হৌবগী চাউববা মবাল অমা লৈঙাকপশিংনা চাউনা থোনগৎলি।

তৌবগীদি, থাদোবক্লিবনি হায়বসিসু চাউববা মত্তিক্লবা অমদি লৈখি হায়নৈ। মসি লৈবাক্কী লৌ অমনি। তৌবসু তৌবমগনি। কনাগুম্বনদি অসুম্না ফাববা মীওইসি ফানবগী শাবৌ শিনবদগী থাদোক্লনবা হোৎনবনা হেন্না থৱায় যাওই হায়নৈ। মসিনা হেন্না শেল চাউনা ফংই। লাইবক থিবা অমনা যৌবগীদি শেল মবাংকাযনা লৈখিদে। লাইবক ফবা অমনা ইমুং মনুং খবা লৈবাক্কী, মকওইবা খুলাযপাযবা খবা নক্লকুবনা মবম ওইদুনা অশোয় অঙাম যাওদনা ময়াম পুন্না তিন্নবা ফংজখি। মহাক্লা থাকচবিবা থৱাযশিংদা কবিসু থোইদোকপা অপনবা লৈখিদে। মসিনি ৱাহৌ।

মশা অপান্নবা থাদোবকখিবা থৌ অদুগী অফবা ফওবা অনী কন্না মুক্লবকই। কবম্লনা খবা হেন্না ঙমগদগে ' থৱায অমসুং পৈশা অনীগী অকনবা লংদাযদা অমনা অমবু শেংদোক্লনবগী লশ্নী যাৎপা হৌবকই। থাগী শেৎপা লশ্নীগী অচৎ অ ওক শেন্নবগুম লৈবন্ন অমা অনী চংলকই। মনাক্তা থৌববু বৌশিল্লি। হাংখি।

'মীগী মচাদি শঙ্ক থাম্না লৈখ্রে।' অমনা হাযবকই।

'নঙনা থাল্লিবসি ঐখোযদগী নশা নাংখোক্লে আসিনিনে?' অমনা অমুক ওকই।

'অদুবু খঙগদবদি, ঐখোয় হিংলি। নঙ ফাখিবদু ঐখোযনানি। মাসিদি অচুম্বা, লেংবা যাদ্রবা ৱাদুনি। নসি নঙ খঙলিদনা?' অমসু হাযবকই।

'ঐখোযদি থাউ শুমখিগনি।'

শানম মীনম নমদবা জেলদগী থোবক্লবা মতুংদা মহাকপু ফাখিবা কমান্দোশিং অদু থেংনবদা হাযবকই। অমুক অনীবক্তা নত্তে। হঞ্জিন হঞ্জিন থেংনবা হেক খুদিংগী ঙাংলকই। মখোয়না অশুম্না হাযবিবা কবিগীনো? কবিসু খঙাখিদে। কাযনথংদা খঙলকই। মসিদা চাউববা ৱা অমা ফুন্নি। অবোনবা অচৌবা তাইবঙ অমগী মখুম হাংদোবকই।

'নঙবু এস পিদা কযাম যাম্না থাদোকখ্রবগে?'

'ঐখোযগী শকক থুংদ্রবসু অদুফাওবদি ঐখোযদা হাযবা যাইদনা। লেংনা হায়য়ু।'

'নঙ যাম্না ৱাংখ্রে। খবসু কুমথবকউ কৈদৌবগে।'

ৱা অমনি। লাই অফবা ওক্লবদি কবিসু থোইদোকপা থৌ অমা তৌকদ্রগসু লাইচু লাইতিন কোকপীখিগনি। লাই ফত্তবা ওক্লববদি শোযদনা চবান থাদোক্তবা যাবোই। থাদোক্লবদি ৱাযোং চাবোই, ঙাউবি ফৈবি তৌবা যাই। মখোযসু মদুনি থেংনবা খুদিংগী ৱা অমদি হাযবকই। মসিনা মবম ওইবগা থেংনদনবা কযাবক অমসু চেল্লবনি। অদুবু অহিংবনি। অহিংবা ওইবগী হৌনশা শকখঙনখিবা মহাক অদুদি হঞ্জিন হঞ্জিন উনবগুম তৌই। হেক্তা থেংনৈ। কবিসু চখোক্লবোই হায়দুনা থৱাযবু শুজিন্দুনা থম্বসু ঙমদে। চপ চাবা ৱাহং হংলক্কনি। থৱায অমসুং

পুন্সিগী মবক্তা লৌ তৌনবকই।

নোংমসু . .

'ঐখোয় মী অচৌবা ওইবা ফংহৌদদুনা মচা ওইব্বসি ওহোক্লা ওইজবা শিংথ্রে। ইবাইবক থিবা হায়বদুনি।' কবেম্মনা হায়বকই।

'থৌবা নঙসু খবদি পিকশিনবা য়াই। ঐখোয়গা মান্ননবা।'

মসিবু কবম্না ৱানো ? লমদমসিগী শিংলিবা নুংশিং মবক্তা মসিগী মৈশা অসি পাক কোকখিগদবা লৈতে। নুংশিংসিনা পুন্সি কয়াবু মফম খঙহন্দে। চনৈনহল্লি। অকনবা, অচৌবা থাং কয়ানা থৱায়গী মথক্তা থমদুনা ৱায়েল্লি। পৈশা কয়া তোংজে মবিদা চিংলি। অবোইবা ওইববা ৱাদু থাজদবা ৱানি।

'সে' কেস অসি লোইশিন্নবসি লুপা লাক্ষ তবাদি পীবকউ।'

লাক্ষ তবা !

কবিগী ?

কেস অমগী।

কবিগী কেস ?

পুন্সি অমসুং থৱায় অনীগী মবক্তা পৈশা চবুন অমনা থোং শাগদবনি। নংত্রগদি নঙ হিংলবোই। অশিবগী মং য়ৌননবা নঙ নশানা চংশিনখিনু। চংলিবা লম্বীগী মওংমতৌ অদু যেংলদুনা, মখোয়না খাম্মী। মসি হায়দুনসু মং যৌননবা লম্বীদি মখোয়না মখূৎ থিন্দুনা তাক্লি।

ৱাবী থোবক্লে।

ফুমদুনা লৈবনু।

শাংলবা ৱাবীদুদি ফনা হন্দুনা তৌদুনা থিদুনসু মপোপ মতাং কায়দনা খক ফংগদবা লৈতে। অদুমকপু, চাউকান চাউকান তাকবা খবদি পুক্লীংদা ফুমদুনা লৈবি। চংখ্রো হায়বা খক য়াদে। হঞ্জিন হঞ্জিন উংশিন্দুনা লৈবি। লমদমসিগী অশেংবা ৱাদি কনানসু তেংনা, তিঙ্গাকোক্লা হায়দোবক্লোই। হায়েদোকপা য়াদে। অকিবনা চিনবান ময়াদা অসুম শংদুনা লৈবা ঙাক্তনি। কনাগুম্বনা কবিগুম্বদা হায়দোকপা তাবগসু, মথৱাযগা হকচাংগা তোখায় তোখায় লৈবা তাবনি। মসিনা অচুম্বা অশেংববু মী লোইনমক্লা কিনৈ।

লমদমসি অকিবগী ইবাং লৈ।

নীংতম্লীংলিবা থৱায়শিংনা হম হম চোংলি।

খ্বাইদৈ লুবা লমদমসিগী ৱাদু মসিনি।

পাউ তানৈ,

মফম অমদা নোংমৈ কাপ্লবৈ,

মফম অমদা মফম খঙদনা বোম পোকখায়বৈ।

খুৎলায় পায়বশিংনা নিয়ম চুম্না খুৎলায় শিজিন্নদবগীপাউ ঙাক্তনি। মসিনা থব্রায় কয়াবু মফম খঙহন্দে। য়াম্না মিপাইহল্লি। শিবিবশিংগী মবক্তা অচমবা মীচম মবাল অমতা লৈজদবা কয়া য়াওবি। লাল শোক্লবিবশিংগী অব্রা অনাদি থোইনা কবিসু খল্লুদে। মখোয়দি থব্রায হায়বদগী মখৌনা পুথোকপনা হেন্না লুম্বা তাবনি। খন্ননীংঙাই ওইদে। শিবিবা পূম্বা মখৌনাগী মগুণ ঙাকপনি। কবিসু মসিদা অহেনবা নৎত্রগা তাথবা ব্রা অমতা য়াওদে। মখোয় মশেন শিনবগী পাউ অসিদি থোইনা ঙক্লীংঙাই ওইদে। মীচম শিবগী পাউদি অক্তবা ব্রা অমনি। মবকসিদা, থৌবা ফাবগী পাউ মকোক থংনা য়াওবকই।

মশানা মশাবু কেপ্টেন্নি হায়জবা, থৌবা ফাবে। মহাক ফাবা মতমদা মহাক্কা পূন্না লৈমিন্নবম্বা মীওই অহুমসু মফম অদুমক্তদা শিখি। লাইবক ফবনা মহাক্তি কবিসু অশোক অপন থোকখিদে। ফাববা মতুংদা ব্রাহং পাউহং চখনবা নুমিৎ খবনি পুলিসকী কাদা থম্লম্লগা জেলদা থাজিনখি। শাংলবা ব্রাবী অমা জেল মনুংগী কাখুদা থম্লম্লগা ময়ুম লমদম পাংলকখি। লৈবাক্কী ওইবা শান্তিবকশাদা অকায়বা থোকহল্লুবা ওইবনা ব্রাফমসি লাইখিদে। অক্তবা চে চাং কয়া চৎনখি। মচেৎ তানবা, লৈবাক ফকপগী ব্রা অসি লৈবাক্কী ওইবা লুবা ব্রাদা অক্তবা ব্রাফম্লি। অদুম ওইনমক, মশা নাবে হায়দুনা জেলদগী থোবকখিবনি। নীংতম্বদি য়েন্নবা যাবা পোংশক নত্তে হায়না লৈবাক্কী মপী মপাশিংনা কন্না হায়বি।

নাকল অমবোমদনা

যেলহৌঙৈদগী ঐখোয নীংতম্লকই। নীংতম্না লৈবম্মী। মবমসিনা ঐখোযনা নীংতম্বা তানবা হ'যবসি, নিদুনা নৎত্রগা মখোযগী পোৎ লৌগে হাযবা নত্তে। যেলহৌঙৈদা লৈজবম্বা মওং অদুদা অমুক হঞ্জিঞ্জগে হাযজবতনি। মসিননি লমদমসিগী মীশিংনা মশা মশাগী মথব্রায পাম্মুদনা লমদমসিগীদমক মী কয়া অমা থোবক্লিবসি। থৌবসু মখোয়গী মবক্তা নীংতম্বা তাল্লখি। চাউববা আশা অমগা লোয়ননা মখোয় থবক তৌই। লাল তৌবগুম থবক চখে। ঙসিদি মহাক পোখাবে। মখা তানা লাল শোক্লবা য়াওক্তবা য়াববোই। লৈবাক্কী আইন শিংনদুনা মসিগী ব্রাংমদা থবক তৌক্তবগসু, হৌজিক্তি আইন অদু অমুক থাজবক্তনা মসিগী মখাদা শাইদাংফম হন্না লৌবিবনি। হান্না লৈঙাক পথাপকী মায়য়োক্তা লৈবল্লবসু হৌজিক্তি লৈঙাক লোনচৎপু থাজবে। আইন অসিনা মহাকপু ঙাকপীবগনি খল্লি। মসিতনা মহাক্কী থব্রায়বু মশাদা ফাজিন্দুনা থম্বা ঙমগনি। ঙসিগী ব্রাংমদা অমুক চৎপা হায়বসি, থব্রায়গা হকচাংগা তোঙাল তোঙাল তাহনবগা চপ মান্নবা ব্রাফম্লি।

মসিমক্তদা কবিগীনো থব্রায়বু শিংনবিবা ? শিংনৈ। তৎতনা থব্রায় থৌবকই, 'ঐখোযগী শকক পীববোইদ্রা ?'

'কবি ?'

'খঙজিন্নদ্রবদি কোন্না খুদোংথিবা লাক্তনি।'

'অদুবু কবিনো (তুকথনা হংজখি) ?'

'নশানা খঙন্তু। খঙদ্রগসু অখঙবশিংদা হংদুনা থিয়ু। নমান্নবা নঙগী ফিভম মান্নবশিংগা

রা তানৌ। মখোয় করি থাদোক্রবগে ? নঙনা মীয়ামগী মবক্তা হন্না থোবকপা হায়বসি ইচম চম্বা নত্তে। মসিদা চাউববা রা কয়া মনুং হুক্তিন্না য়াওবি। ঐখোয় রা শাংথনা ঙাংনীংদে। থরায় অমসুং হকচাং অনী পুন্না লৈমিন্নবা হায়বসি তুংগী পোবমসু ময়েক শেংনা থমগদবনি। মসে পৈশা ওইনা উকবা য়াদে। চেকশিন্নু। নঙনা মীয়াম মবক্তা থোবকপা হায়বসি কনাগা খ্বাইদগী হেন্না মবী লৈনৈ হায়বসি নীংশিংগদনি।'

মীয়ামসিগী মরক্তা তিনবগী চয়োল খুদিংগী পুলিসতা রিপোর্ট তৌই। মফমসিদা হেন্দোক্তনা লৈবি তাকই। চেঞ্চোকপা যাদবা, খুবৈ অমতা চখোক্তনবা অকনবা চেকশিন থৌবাং অমগী মখাদা চৎলিবনি। লৈবাকসিদা হিংবা হায়বসি লায়দে।

কবম্না লায়কগনি ! শেঞ্চৌ মক্তনি। অচম্বা পুক্সিশিং ফাওবা খুৎলায় পাযবশিংগী চাকথাক হন্দ্রবদি হিংবা যাবোই হায়না অকনবা রা নম্লিবনি। চম্না হিংবা য়াদে। অকনবা শাশিন্নদুনা চিন্না থরায যোক্রবা ঙাক্লি। অমগী অমগী মবল তোনবগুম শেল থৌবকপদা লৈফম খঙদবা মী য়াম্না লৈ। অচম্বা মীশিংনা অসি যৌনা চনৈনববদা, দাকফম লৈববা কযাদদি কবিগী রাবোই। রাবা তাবনি।

হন্না হায়বকই।

'নঙ ঐখোযগী রা তাদ্রে।'

'ঐবু ?'

'ঐখোয়গী শকক্তু ।'

কবম্বা শকক ?

লমদমসিগী চমজববা মীওই লিশিং চা কযাদগী নখোয়না নমদুনা খোমগৎখিবা শেনফমদু, মখোয়বু চম্না হিংজবা ঙম্নবা ঙাক্লিবা ঐখোযগী শকক য়াওবা তাবনি। লৈবাক ঙাকপসি ঐখোযগী শকক্লি। মবমসিনা, লৈবাকসিদা, লৈবাক্কীনি হায়না থবক থৌবম কযা তৌদুনা খোমগৎলক্লিবা শেনফম খুদিংমক ঐখোযগী শকক যাওদে হায়বা যাবোই। মসি খঙনা নখোয় থবক তৌগদবনি। নখোযদগী ঐখোযনা লৌনীংদুনা লৌগে হায়বা নত্তে। ঐখোয়গী তশেং তশেংনা ফংফম থোকপা শকক অদুতনি ঐখোযনা পীযু হায়বিবসি।

লৈবাকসিদা লৈবিবা পৈশা খুদিংমক খুৎলায় পাযবা পুম্নমক্কী হক য়াওববা পৈশা ঙাক্তবা? অমনসু অমনসু মখোয খুদিংমক্কী হক যাওববগুম শেঞ্চৌ রা কন্না কন্না হায়। ঙাংনবা য়াদে। থরাযগা শিংনৈ। হৌজিক্কী মতমদা খ্বাইদগী কিবা অমসুং অকবা রা অসি মসিনাওইবি। থরায় যোকচবিবশিংদা থরায শিংনবসি খ্বাইদৈ অকবা রাফম্লি।

হৌজিক্না হেন্না হেন্না লুশিল্লকই।

'অমা ওইগে ওইয়ু। অমা তৌগে তৌ। ঐখোযগী পৈশা শকক থুংদ্রবা নঙ কয়া নুংঙাইবোই।'

'ঐখোয়দগী নঙনা চেনগে হায়না চেল্লবদা কযাম কুইনা চেনগনি ?'

'মথক্তা ফনা য়ানদুনসু ঐখোয়দগী লিংপা হায়বদুদি ওইদ্রবা বানি। হৌজিক ফাওবদা লৈঙাক মপুগা মুক্তবিবশিংদা খুৎলায় থাবিবা পুম্বসি, মথক্তা লৈবিবা মখোয়না অমতা থাখিবা নত্তে। ঐখোয়তনা থাবা ঙাক্তনি। মসিগী চাকথুং অসি নঙ ফংনীংদ্রবদি ঐখোয়গা য়াশিন্নবা নৎতনা অতোপ্পা অমা লৈতে খঙঙু।'

তাবদা নুংঙাইবা ব্রা অমতা হায়বকখিদে।

পুক্সি অমসুং থব্রায় পায়দুনা শান্নবগী ব্রা ঙাক্তনি।

কি।

মসিনি হায়ফম খঙদনা কি।

কবম তৌগনি ?

খনবমখৈ খল্লুবগা এস পি জলাল উনবগে লেপ্লে। লৈনবিবা মবী অসি নাখৈ শেংদোক্তদ্রবদি নুংঙাইববোই। মখোয় পুলিস মনুংদা লৈনবিবা ফিভম অমদি ঐগগী মবক্তা চাউববা অহোবা অমা লৈবে। অসুম্না খন্দুনা উনবা চৎখি। হেক উবগা, 'নঙগী কেস অদুবু লোইদ্রিব্রা (ঐগী ব্রা খঙবগুম হংলকই)?'

'মদুবুদি লোইবনি মাম্মা। অদুদা ।'

'মদুদা কৈদৌববা ?'

'মীয়াম্না কিনবিবা, ঐবু ফাখিবা কমান্দোশিংদু ।'

'মখোযনা কৈদৌবগে ?'

'মখোযনা ঐবু মীযাম মবক্তা হিংলবিসি হিংবা য়াননবা পৈশা কযা পীখি ? হাযনা হংঙি। মখোযদসু পীখিবা পৈশা অদুগা মান্নবা শেনফম পীগদবনি। নৎত্রগদি । কবিনো খঙদে। হিংবা নুঙাইবোই। তৌগদবা খৌ ব্রাৎলি হাযনা ।'

'মদুতবা ?'

'খঙদে। ঐঙোন্দা কবিনো মফম খঙদবা অব্রাবা মাযযোক্তবগী ফিভম অমা কৌশিঞ্জবগুম তৌই। মসিদগী নাম্থোক্তবা হোৎনহৌদবা য়াদে। নাম্থোক্তনবা ।'

'নঙ পৈশাগদি পীগে হায়নকববা ?'

'মদুমক্তি হায়নকদে।'

'ফবে। ফবে। ঐ হায়নবীবগে। মখোয়গদি মুক্তকনু। অকনবা ব্রা হায়কনু। য়াবনি। ঐ ঙাংনবগে (মবৌ অমদি তৌবগুম মুন্না য়েংলকই)।'

মখোযনা ঙমহন্নীংদদুনা ঙাংনকই। শাফবগদ্রা খল্লি। মখোয নুংঙাইনি। মথক থোংবা মীওইগা য়ানবিবা ঐদি চেনখিবা তাবনি। অমা নৎত্রগা অমা তৌদুনা নাম্থোকনি। মখোযগা মান্নদুনা মখাসু কুমথবোই। নখোযদা চংজবসু চংজবেই। মথক্তা খল্লি।

ওয়তৈনবদা, ঙাংনকবা ব্রা অদুনা মথি ফোঙলকই।

## ২২/নুংশিবগী মীনুংশি

'শঙ্গ অচৌবা তৌবা মীনিকো।'

'ঐখোয়সিবু তিল কাং ওইনা উকব্রা ?'

'মদু ওইবগসু, পায়বিবা খুৎলায়সিদি মক চৎপনি (ব্রাহৈসি হায়বগা কবেম্লনা নোকই)।'

'কাপথোবক্লবদি, অচৌবা মচা খাকপা নত্তে। লোইনমক শিগনি।'

'অশিবদসু অচৌ মচা নাযগদ্রা ? নায়দে। চপ মান্নে।'

এস পি জলাল উনদুনা ব্রাবী শানকবদু যাম্না লানখি। শাফবগদ্রা খল্লুবা অদুনা ওন্নতৈনবদা মশাগী শিননবা মচাক শাগৎপগুম থোকখি।

খ্বাইবক্সন্দ কৈথেন্দা নোংমৈ কাপ্পখি।

কৈথেল পূমকায় কায। মী অমা শিবে। মমা মচা লাকমিন্নবা, নুপী অমসু যাম্না থিনা শোকখি। মী পূম্নমক মায়কৈ খণ্ডদনা কোয়চেন চেন্নৈ। কনানো, কবিনো, কদায়ব্রাইদা শোক্লিবনো য়েংনবা শংখিদে। মওং অমনি। থব্রায হিংহৌবগা লোইবে হাযদুনা, খা- ব্রাং মায়কৈ শলাই খণ্ডদনা চেন্নৈ। মতা অমনি। হিংননবা ব্রানা মাঙ থাদুনা কাখৎলকপা পুক্লীংগী মিহুন ওইকবনা মফম মবাং খণ্ডখিদে। তমথিববা শাহুম অমা য়াওই।

'কৈদৌবদগী কাপ্লবিবা নোংমৈনো ?' ইংথববদা হংই।

'পৈশা খাযবা লাক্লিবনি।'

'হৌজিক্কী মতম. অসিযৌনা মফম খুদিং ঙাকশেন পুলিসশিংনা চগুংননা লৈববা মতমসিদা পৈশা খায়বা লাক্লবদি মশানা শিজগে হাযদুনা লাক্লবনি। শিবসনু।'

'মীশিংসি পৈশা হায়ববদি থব্রাযগা পাম্মুবা অমতা খণ্ডনদ্রে।'

'লমসি মতা অমা তৌবে।'

অমসু অমসু পঙাংদা ঙাংনৈ।

পাউ ফোঙলকই।

ইঙেল, তবাহুমদোই, ঙসি খ্বাইবক্সন্দ কৈথেল অনৌবদা ফম্বা দুকান অমদা পৈশা খায়বা লাকপা নুপা অমা, লোয়ননা চাজেনবী মৌনহা অমগা মীওই অনী ঙাকশেল পুলিসকী মখুত্তা শিবে। হান্ননা পাউ খংলদুনা পৈশা লৌবা লাক্নি থাজববা পুলিসশিং অদুনা নুপা অদুবু ঙাইদুনা লৈখি। তাঙ্গা অদুদা পৈশা পুদুনা থোবকপদগী নোংমৈ কাপ্পুনা তান্নখি। নুপাদুনসু হন্দুনা নোংমৈ কাপ্লকই হায়না পুলিসতগী থোবকপা চেবোল অমনা হাযবি। লাইবক থিবা থৌদোক অদুদা নুপা অদুমক পুলিসকী নোংমৈনা পান্দুনা শিখি। মঙোন্দগী নাইল এম এমগী পিষ্টোল অমা ফংখি হায়না এস পি ইবোযাইমনা থাদোবকপা পাউ অমনা মখা তাবি। খ্বাইবক্সন্দ কৈথেলগী খুবক হাংদনা লৈবিবা পুলিস মবক্তা, ঙসি অয়ুক পুং তবামখায়বোম তাবদা নোংমৈ কাপ্লবা থৌদোক অমদা মশা ব্রায় শংদ্রবা চাজেনবী নুপী অমা য়াওনা মীওই অনী শিবে। নুপী অসি নমদুনা পৈশা লৌননবা হোৎনবা মীওইনি হাযনা পাউ অদুনা মখা তাবি।

অশেংবা থৌদোক অসিগী মবীমখোঙদি কনানসু শীবা ঙম্মদে। শিবে হায়বসিতনি অবেপ্পা ওইনা লৈবিবা। মশক মমিং ময়েক শেংলকই। ব্রাঙ্খে অঙোম লৈকায়দা লৈবা অশাংবম থৌবনি। কুইদ্রি চহী মবিমুক্তা ঙাইহবি জেলদগী থোবকপা। মীয়াম মবক্তা লৈদুনা খুৎলায় পায়বশিংগা শম্নখিদ্রবনি। কমদৌনা নোংমৈ পায়দুনা কৈথেল অসিদা অমুক পৈশা খাযবা চংলম্লিবা? ময়াম পূম্নমক চঙক্লে। মম্মি। থাজনদে। পূম্নমকসিগী চাউববা মক পুম্বা, এস পি জলাল অমসুং মীহাৎপদা চেন্নবিবা মখোয়দি ময়েক শেংনা খঙলমগনি। মসিদগীহেনবা কনা অমা খঙলমগদগে খঙদে। মীওই থবনদি থৌববু পুলিসনা ময়ুম মনাক্তগী তশেং তশেংনা ফাখিবা উহৌই হায়বি। নুপী অদুসু ঙসি অযুক মপুবোইবদগী (মহাক খ্বাইবম্বন্দ দুকান অমদা গাডী শেম্বা যাওদুনা লৈবা মীওইনি) পৈশা লৌদুনা যুমগী অৱাৎ অপা থবা লৌবগনি হাযদুনা ময়ুমদগী কৈথেল চৎখিবনি হায়দুনা মীযাম পূম্বনা ঙাংনৈ। নাকন অনীমক য়াম্না চুম্না তশেং তশেংনা পাউ তম্নে। তাকবদা চমম্নহল্লি। ব্রাহৈগা থৌদোক্কা মবী লৈনদবগুম উবকই। হৌজিকসি তশেংনা হিংবা যাম্না লুবে।



# থৌদোক্লা পুরিবা লম্বী

তনবা, অতনবগী থবকসি ওম্খোক্লা নুংঙাইখ্রে। থবো থবো ফমুংদা ওন্দুনা লৈবা, ব্রাখল মচা অমতসু হেক খন্দবা ওম্খোক্লা নুংঙাই। ঐ তনখি। তনবদা নুংঙাইতবা মচেৎ অমতা লৈখিদে। অসুক নুংঙাইবিঙেদা কদোমদগীনো ব্রাখল অমমুক ফৈজিল্লক্লিবসি? নুংঙাইবা ব্রাখলসু নত্তে। ঙৌবগী ব্রানি। মাগী ব্রাসিনা অসুম ওস্তুনতা লৈববনি। অসিমক্তদা হজিন হজিন লাকই। লাক্লনু হায়বা যাদে। কবিগী লাক্লিবা? হংলুবা যাদে। ব্রাখলদবু অদুনি অদানি হায়দুনা তাখোক তানশিল যাব্রা? লাক্লবদি লৌবা তাবনি।

'অচৌবা নংসে ।'

'কৈদৌবা?'

'কৈদৌবনী ব্রা নত্তে। খল্লু।'

'খঙ্গু। শকসি অসুম নীংশিংঙু।'

'অযুক নুংথিল নুমিদাং খাক্তনা নঙনা অসুম লাকপাসিদনি ঐনা লৈঙমদ্রিবসি। মসে • শুনা তশেংনা ইনাক্তা লৈববদি ফগত্রা খঙদে। নঙ ঐখোয়দা লাক্লগেবা?'

ব্রাহংসিগী পাওখুম খুমদোকপা ঙমখিদে। নুপী ওইব্বসি চিন্দা পাপ চংদুনা পোল্লক্লবনি। অপাম্বা হায়দোক্লনবা চিন খক পাল্লক্তে। মসিনা খুদোংচাবা কযা মাংখি। অতোপ্পনা খুদোংচাবা কযা নমলৌ লৌখি।

'নঙনা নুংশিবিবসি কদাযদনো?'

'কৈদৌববগে?'

'পাম্বোমদি ত্তিংবা ঙমদবা।'

মতম লাক্লগা খঙগনি। ঙাইবিবা মতমদু যৌবকখিগদ্রা হাযবদি খঙদে। মতমদি লেপ্তুনা চৎলি। ঙসিসু লেপত্রি। অঙৌবসু অঙৌবসু মাদি মীনি অচৎ চত্ত নাই। মতমদি অচৎ অত্ত নাইদে। লেপ্তুবা খোঙচৎনি। খোঙচৎসিনা পৃথিবীগী মীপুম খুদিংমক পুখিগনি। অঙৌবসু ওলহন্দুনা পুখি।

নীংশিংবা নঙ লাক্লনু কৈদৌববগে? হন্না অমুক কপ্পীংলক্লে। কপ্পনবগীদমক থৌদোক ব্রাথোক ফাদুনা থম্বা হৌনদে, নোক্তদবা ব্রাদি লাক্তনা। মদু ওইদুনসু মতমদুদদি নোকখিবনি।

য়াম্মা নুংঙাইখি। পান্দম্লীংঙাই অমমুক লৈখিদে।

'ইচে নঙ কপ্লন্নিব্রা?' কদোমদগী তোনদোম্নী চংলকখিবনো খঙহৌদে। ব্রাহং অসি হংলকখি।

'কপ্তে।' মপি তৈথোক তৈথোক্লা খুম্মি।

'ব্রাখলদু খল্লুবনু।' মহাকসু ব্রাখলসি খঙঙি। কবম্মা মসিবু ঙমগনি ? পুম্নি শাগৎমিন্নখিবনি। পান্দম খুদিংমক মহাক ঐহাক্কী মনুং চনখি। চাউববা আশানি। মসি কায়বকপদা থম্মোয় য়াওগনু হাযবসি য়াখিগদ্রা? য়াখিদে। মসিননি তল্লবা মিকুপসিদসু ব্রাখলসিনা ওৎলবিবা।

'ঐ ব্রাখল খন্দে।'

'অদুগা কবিগী কপ্লিবা?'

'ব্রাখলদি হেক্তা লাকই। মসিবু লাক্লবা পিসিসু লেপ্তুনা তাবকই। মসিবু ঐগী কবি ইবালনো?' অপান্নবা ব্রাহং অমা খঙহৌদনা হংলকই। চুম্লমগনি। মিৎকী পিগা ইবোইনবা ব্রাখলবু খন্নীংদুনা খনবা যাখিগদ্রা? মথন্তা লাকপা শোয়দনা ওইগনি।

'ইচে নঙ নপি যাম্মা মাংবা তাবে।' কবেম্মবিব্রা ?

'অদুবু নঙদি মাংহনগনু।' মচেসু খুন্নকই।

'মাংহল্লোই। অবেম্বদা পি খক তাহল্লোই।'

'নচেনসু মদুতদি ঙম্বা ওইসনু। বব পীবর্বনি।'

'ইচে।' কবেম্মখিবা ব্রাহৈগী মহুৎ কান্নববা মশক্লা মহুৎ শিল্লববদুদদি পুক্লীং নুংশিবকই। অহল লমন্না মতম খুদিংদা মচা মনাওগী ফননবা খন্দুনতা লৈ খঞ্জখি। কবিগুম্বা ঐসু অমুবনা থাদোক্লম্লবদি ইচেনা ঙাউবিবা অসিগুম শোযদনা ঙাউগনি। মসিদি অতৈগী ব্রা নত্তে। নক্লকবগী মহযনি। অঙৌবগী মতৌবু পেলহন্দে। খজিক্তং নংই হাযদুনবু থম্মোযগী মবীবু মমল পীনদুনা হুন্নব্রা ? ব্রাহংদু মসিনি।

যাম্মা ব্রাখল শাগৎমিন্নববা, আশা চাউনবক্লবা মতম্লি। মশাদা ঈথক ঈপোম্মা পৃমথন থনখি। ইনুংতা নুংঙাইববগুম উই। মাযকৈ পৃম্না ফজবতনা শন্দোকই। কাখৎলক্লিবা ইনোৎ পৃম্না কনানসু লৌথোকপা ঙমখিদে।

'ঐখোয় য়ুমসি ।' লক্লখি।

'য়ুম কৈদৌবগে ?'

'য়ুমসি মী মযেং তাগদবগুম উই।' হাযবগা নুংঙাইতনা য়েংই।

'মসি অঙাঙসি।' চংশিল্লক্লুনা মনাওনুপীগী মশম চিংখি। কন্না চিংবদি নত্তে। শাউশিন্নদুনা নুংঙাইজবা মতৌ অমা ময়েক শেংনা ফোঙদোকই। মপুক্লীংদা পাল্লবা ব্রা হায়বদু ওইখি। মসিননি নুংঙাইবা মপান থোবক্লিবসি।

'নঙ নঙ নঙ ।'

'ঐ হৌজিক থবক য়াম্মা চিল্লি। ইথন্তা য়ুমগী থবক তৌবা ঙমখিবোই। চেচে নঙ

য়াম্ন থুনদি চৎখিনুকো।'

'কবিদা চিল্লিবা ?'

' কৈনো লৈশাবী ফাবকপগী থবক্তি।' লৈশাবী ফারকপা হায়বসি থবক অমনি। মথক্তা শাফোঙলকপা মতৌ অমা য়াওবিবনি।

'ঐদি খঙদেহে।'

'অদু ওইবগা অমদুদা হায়বা তাবেদনা।'

'কনাদা ?'

'ইতৈ, ইতৈ ঙৌবদা।'

'মসি অঙাঙসি অঙাঙসি ।'

নুঙাইববা পৃম্নমক পৃমকায় কায়খি। মতৈ ওইগনি খল্লবা মহাক অতোপ্পা নুপী অমগা লুহোংখি। মতমদুদগী অমুক হন্না মচে নোকখিদ্রে। মঙোন্দা মপুক্রীং নুংঙাইবগী মতৌ অমুক হন্না উবা ফংখিদ্রে। হন্দক মবক্তি তোনদোনবী অমুক কন্না লাংখৎলকই। মহাক্কী মশাবীগা তোযনা উনৈ। নুপীমচানা নুংশিনবিবনি হায়দুনা তোয়না উনবসি মযুম হোংগনবনি। মসি নুপীমচাসি শোযববোই মচে অসি থনম্লগা মহাক মহাক ।

খঙহৌদে।

তোনদোনবীগী মমায়দু খংমক মকশিল্লকখি। কবি তৌববনো ? মসিবু কৈদৌববগে?

'নঙবু নশা ঙমদব্রা?'

'কৈশু তৌদে।'

'নঙগী নশকসি ।'

'কৈদৌবে ?'

অমুবদু নুপী অমা চেনগ্রব্রা ? ব্রাহংসি মচেগী মকোক্তা যৈখি। মামসু অমুক হুন্দোকপীবন্নব্রা ? থাবসু থাজে। থাজবসু থাজদে। থোকখিবা থৌদোক্কী চৈনা মঙোন্দা ফাওবি। হন্নবা লৈখিদে। কবিসু থৌদোক অদুদা তৌবা ঙমখিদবগী তৌবনি। নৎত্রগদি অসুম্না খক লৈবল্লোই।

'মাবু ?'

চপ মান্নবা থৌদোক মচিনমনাওদা মান্ননা থোক্লকই। মীদি মান্নদে। মান্নদবা মীশকশিংদা মান্নবা থৌদোক থোকপসি অতাংবনি। অমুবদু মচেনদি মশক চুমদে হান্না হাযজবনি।

'নঙবু মুশুক মুবদু নত্তবা নুপা অমতা লৈত্রব্রা ?'

'মুববসু তিনদি নত্তেদনা। মীনি।'

'অমুবা মীদা কযা থাজকনু।'

'চেচেনা অঙৌবদা থাজকব্বদগী লোংনা হাইথবকপদু নীংশিংঙু। মীদি অঙৌবা অমুবনা মগুণ লেপ্পা নত্তে। থম্মোয়না লেপকদবনি।' থাঙ্গশেংবা থৌদোক্তু মযেক শেংনা পল্লকপা

অদুদদি করিসু হায়জবা ওমজদে। মদুতা নত্তনা চৈনাদুম ফাওবকই। তুমিন লৈখি।

থম্মোয়দুদা থাজখিবদু থম্মোয়দুনা হৌজিক করি অমমুক খল্লমগনি। মরৈ মরৈ তাববা পুক্নিগী খোঙচৎনি। পুক্নিগী খোঙচত্তা অমমমনি হায়দুনা তোঙাম্না খায়দোক্তে। অবাকপা খুদিংমক পূম্না পূল্লপ পুনশিনবা পুক্নিনি।

হৌজিক অমুক থাজবা মাংল্লে।

'মহাক লুহোংবগী নুমিৎ লেপ্লমাল্লে।'

'অমুববু ...?'

'নঙবু মাগা উনকবিবা নংত্রা ? পাউ অমত্তা খঙলক্ত্রা ?'

'খঙলক্তে। হল্লকপগী লম্বীদা মেমচানা পাউসি তল্লকপনি। হংচিৎ লুহোংগনি হায়বি। ইচে তোম্বীনসু তল্লকই। চুল্লমাল্লে। ঐ শাউনীংঙি। মী ফুনীংঙি।' শাউনা হায়বকই।

'তৌকনু চোপ্লনবা।'

ইনশিল্লুবা য়াবা নত্তে। অঙাঙ ওইবিবৈঙদগী লাইঙাউ থিনঙাউ ওইনা হৌবকপনি। তৌদ তৌকদুনা ইচোপ চোপ্লগনি। ফনা হায়দুনসু মহাকী মপুক্লীংদি খক হোংখিদে।

'ফুনীংঙি।'

শাউববুদি শাউনীংবা তাবনি। নুংশিনবে। ফবে। অতোপ্পা নুপী অমা চেল্লবদি অতোপ্পদা অমুক কায়হৌবিবা কবিগীনো ? মহাক মশাগী লুহোংবদু কায়দনবা হোৎনগদবনি। মদুদি নত্তদুনা মমিৎ য়াম্না য়াম্বগী মতৌগুম শান্নপোৎকুম উবত্রা ? মচেসু নুংশিনবনি হায়দুনা চহী কয়া নুংশিনবকখিবনি। পূম্নমক্তু কবিসু খন্দনা অত্তৌবদু নুপী অমা পুবকখি। নংনা হৌবকপা পুক্নিদা ইকাইবা অমা পীবম্মী। মী ওইক্বনা খাংঙমখিদে। শাউনীংঙি। শাউনীংঙি হায়দুনা কৈদৌকনি। তুমিন খাংজবা তাবনি। সমাজদা মমায় উৎপা ঙমদ্রবগুম ফনা কুইনা ময়ুমদগী মপান থোকখিদে।

খল্লুদ্রগদি অতোপ্পনি।

খল্লুবগদি হেন্না হেন্না শাউনীংঙি।

মনাও নুপীনা অমুববু ফুকগে হায়বদা খামজিল্লম্বনি। হৌজিক্তি খামজিনবগী মহুৎ ইনশিনদুম ইনশিন্নীংলকই। মতৌদুগা হায়ববদি ফুবদা নত্তে। হাত্তুম হাত্তোক্কদবনি। লুহোংবগী কুন্দো পামদুনা লাক্লগা অতোপ্পা লল্লানবী নুপী অমগা মবী শাগৎপসিবু কবি কবম্বা ৱাখলদা অয়াবা পীবা ঙমগনি? মী উশিত্তবা মানবা খবা মসিদা য়াওবি। নুংশিকবা ঙমদে। ফুনীংলগা ফুজক্বসনু।

'মী য়াম্না ফুনীংঙি।'

'ঐ ফুনীংলক্লিব্রা ?'

'নত্তে।'

'অদুদি কনা ?'

'অমুবনি।'

'নঙগী মহাবাজদুবা?' ব্রাহংসিদনি তোনদোনবীদা হেন্না শাউগৎলিবসি। য়াম্না শাউবা হেনগৎলকই। হায়জিনখি, 'মাদি ফুকগদবা নত্তে লাংকদবনি। মীবু পংহনবা ঙম্বা, থেন্না হৈবগী মনা পীগদবনি' মসি হেক হায়কবদগী মহাক মহাক্কী পাওদব নুংদব পূম্বা পুথোক্কুনা কেবা য়াবা কেবকই। কেববদি নুপীসি ফজে। ফজবা খংহেন হেনগৎলকই। কেবা লোইবগা নাক যেৎ হন্না য়েংলমদনা চুমদিং থোকস্লগা বিক্সা অমা ফাদুনা তপ্পা তোঙখৎলগা চংখি থোক্লকপদা অমুকসু হায়খি, 'নঙবু মহাক যাম্না থাজবদাই। মানবু হায়ববদি লোইবে হাযবদাইনে।' মহাক কবিসু খুল্লমদে। মমিত্তু নুংশিদনা য়েংঙি। ব্রাখল খন্থবগা অচৌবীসু মী খবা কৌকবগা তোনদোনবী খঙহন্দনা মতুংদা লোন্না ইন্নে। শামিন অমতা ফংহন্দনা কৈদৌদোইনো য়েংখি। ময়ুম থোঙ্গালদা চুমদ্রিং চংশিনখি। মায়থোঙদা শাউবগী নৎত্রগা ব্রাবৌবগী মমি অমতা মঙোন্দা তাখিদে।

মী ময়াম চংদুনা য়ুমদু যাম্না কেননবা হোৎনবি। পূম্লং লংনবা ইক্সি শিৎপগী থবক তৌবি। মমায় লৈথোক্লবা শংনদে। লুহোংবা মতম নকশিল্লকপগী হৌনবী হেন্না মযেক-মশা থোক্ল কন্না কেননবা হোৎনবি। হৈযেংফাওবদি তকখিগদৌবি।

'অমুবা লৈব্রা ?' চংশিন্দুনা মী অমদা হংখি।

'মাদি চৎথোকখিমাল্লে।'

'কবমকান্দা হল্লক্কনি।'

'তম্বা ঙমদে।'

'তম্বা ঙমদে।'

'মাগী কাদি কদায়দনো ?' হংনা হংনা য়ুম মনুংদা চংশিনখি। খঙজি লুহোংকাগী লু নানবা মতৌদুনা কাদু মদু ওইগনি। নীংথিনা শেম্মী। অনৌবী লাক্কুনা হেন্না নৌথোক্লগদবা কাবু কবিগী ফজদনি। তোনদোনবীনা ফম্বদসু ফজে। ফজনবা শেল্লবা মফমদা ইনৌ নৌনা ফম্বসি পুক্লীং হুনীংঙাইগী মশক্লি। মদুদা ফমথখি।

'ইবেম্মা মশাবু লৈতে।'

'ঐ ঙাইগদৌবিবনি।'

য়াম্না ঙম্না হাযদোবকপা মতৌদুদা মযামদু ইপা পাখৎনৈ। হৌজিক্কী মতমদা লুহোংলনি হায়দুনা মতম লেপ্পবা, বার্তন তৌদুনা শিল লাংবা লোইববা মতুংদা মফম খঙদনা নুপী লাক্কুনা হান্ননা য়ুম্বাল মবী লৈনকবে হাযদ্না লাকপগী পাউ খববদা তৎতনা তানববনি পাখৎলি। মমানা মচানুপাবু অহেনবা মবী থল্লবব্রা চিংনৈ। তপথহন্দে।

'ইবেম্মা নঙবু ?' মমাইবেম্মনা হংঙি।

'চম্মা ব্রাবী অমতা শানজগে তৌজবনি।' ইংনা হায়বা মতৌদুনা মদুদি নত্তমাল্লে খল্লি। মচানুপাবু কৌথোবকই। ব্রাথোক অতোপ্পা অমা থোকহন্দনা ইংনা লোইশিন্নবা শিনবগী মতৌনি। অমুবা থোবক্কুনা উনবৈ।

'কৈদৌবে ? কৈদৌ লাকপনো?'

'নঙ ঙসাই উনবদু পেলহৌদ্রে। অমুকসু উননীংলকই। নখোয় য়ুমসি মী অনৌবা লাক্কদবগুম য়াম্না কে। ইচে অমা লাক্কদৌবিব্রা ?'

'উম' দাদাদু হংচিং লুহোংগনি।'

'নহানমখৈদি নঙনা অহন্নি হায়বদাই।' য়াম্না নৌথখি। মওং অমদা মমাইবেম্মনা মহাক লুহোংবগী ব্রা ইঙ্গিং ওইনা ফোঙদোবকত্রবনি। খঙজিন্নদদুনা হঙ্গে হায়দুনা হংলিবনি। মসি মশানা খঙজদে। তৌবগীদি ইপা পাখংপগুম, মফম মবাং খঙদবা লমচং অমদি মশাদা তশেং তশেংনা উবা ফংখি। ব্রাহংদুদসু ময়েক শেংনা খুন্না ঙমখিদে।

'মীনদি নঙ লুহোংলনি হায।'

'কনানা হায়বিবা ?'

'লোইনমক্লা। নখোয ইমানসু হায়।' মথব্রায় নুংঙাইতনা হায। ব্রাহৈদু হায়দোবকপদা মপি তানা কপখি। মহাক মথম্মোয শোন্থবমাল্লে। নুংশিবা হায়বসি ব্রাখল অমসুং পুক্রীংনা পুন্নমক পুবা ঙমদে। থম্মোয়গী চাউববা ব্রা অমা হেক্তা নপশিল্লকই।

'নঙ শাউগনু। ঐসু নঙবু নুংশিকবসিনা মবম ওইদুনা ঐ অফ ফত্ত খঙখিদ্রে। নঙবু থাদোকপা ঙমগনি থাজদে।'

'অদুবু নঙ থাদোকপা তাবনি।'

'নঙনা যাদ্রবদি থাদোকপা তাবনি।'

'অদুবু অবোইবা ব্রা অমদি ।'

'কবি কবম্বা ঐ শেম শাববনি।'

'নঙদি মীগী ওইব্রগনিকো।' কপখি। 'ঙসিসিনা ঐখোয়নীগী অবোইবা, পুন্নোই লোইববা নুমিৎনি। নঙবুদি খক কাওববোই। মতম চুপ্পগী অসুম্মক নীংশিংদুনা লৈবগনি। নঙনসু ঐবু নীংশিংনবা ।'

'কবি ?'

'অবোইবা পুন্নোই লোইবা ওইনা, মতমচুপ্পগী অমনা অমবু নীংশিংননবা, অবোইবা মবী ওইনা নঙগী চিনবান্দা ঐগী চিনবানসিনা অমুক্তং নৈদুন উমজগে।' নিজখি। পুন্সিগী অবোইবা নুংশিবগী ব্রাহৈনি। চিনবান্না চিনবান্দা চুপনবা হায়বসি নুংশিনবগী চেংশিন্ননবা শোনি হায়নবিবনি।

ব্রাফমসি যানীংখি। অয়াবা পীখি অমুবা মমিৎ অনীমক তুথনা লৈ। তোনদোনবীনা চংশিন্দুনা কোনখি। অখাকপা লৈতনা নৈ। যাম্না লোনদিন্নববা নুপী অমনা মহাক্কী নুংশিজববা নুপাদা কোনবগুম কোনখি। মহাক পংথবমাল্লে। মতম কুইনা পুক্রীং মপুক্রীং খঙনদুনা পুনশিন্নবক্লবনি। কবিগী পংথবোই। পংথগনি ময়ুমদগী খল্লকপা ব্রাখলগী ওন্নতৈনবদা মহাক পংথখ্রে। নুংশিবগী মফমদা কবম্না অহেনবা লমচং চৎপা ঙমগনি ? নুপাসু পূমপং পংথখি। মচিনবান্না মচিনবান্দা তপ্পা থেংদুনা তোনদোনবীনা নৈখি। পুমউম উমশিনখি। যাম্না কন্না

খাংবা ঙমদ্রবগুম অমুবা ইস্থোববকই। অয়ো অয়োমা হায়না অমুবা কন্না লাওরকই। কনাদগীনো খঙদনা ঈ ফ্রু ফ্রু থোক্লুনা চিনবান্দে পাথে। ঙসাইদী উবু উকদে। মখূৎ ওইনা তোনদোনবীদু লুমান অমা পাইরম্মী। মচিনবান্দা পকপা ঈ তৈথোক তৈথোক্লা করিনো মচেং অনীখক য়োমশিনখিবগুম তৌই। মচিনবান্দু ঈ খবদি তৈবি। লোইনা তৈথোকপা ঙমখিদে। অঙাংবা মচু তৈশিনবগুম, ঈ তৈবি হায়বা য়ায়া হেন্না খঙবদি নত্তে। মচিন্দা শোনখিবগুম তৌই, 'অথিবা নচিন্দু ফজবনি।' হায়না হায়না খজিক্তং নোকখি।



## ফিভম

মফম খঙদবা বাখল মচেৎ মচেৎ পাইশিল্লক্নুনা কোকসিদা নপ্লে। হুন্দোকপসু হুন্দোকফম খঙদে। লৌশিনগদবসু লৌশিনবা য়াবা কবিসু যাওদে। পুক্নি হায়বসি তশেংনা হায়বগদি কবিনো খঙদে। খঙননবা থিবা ফংলোই। পোকপা শিবনা মসিগী মশক লেপথোকপা যাবোই। কবিগুম্বা তঙাইফদনা মমল অমা লেপ্পা তাববদি, মদু হিংলীবসিমক্কা ওইগনি। মদু নত্তবা অতোপ্পা অমা হায়বা তাবগদি, চনৈনবা মফম খঙদ্রবা কযা অমনা মবক থংখ্রবা ঙাক্তনি।

মবক থংখ্রবনি।

মচোই মচোই চাইখাইখি।

কবিগীনো মফম খঙদনা হেক উবগা, পুক্লীংদা ব্রা হায়বা নুপী অমা হায়বা তাবগদি ফজনুংশিনি। থম্মোযদা লৌ তৌবা তাফাওবীগী নুপীনি। থেংনবদসু অদুম নুংঙাই। কৌবক্তে হায়বতনি। থেংনবা খুদিংগী মমাযনা, মমিংনা মযেক শেংনা নোক্লকই। নোকপা য়াবা উনশা খুদিংমক মযেক শেংনা নোকই। উবদা শৌবিং শৌবিং লাওই। ঐনসু মায়যোক্লবদদি অমুক্তা কৌকদে হায়বতনি। কৌনবদগী হেনবা লেং লৌশিল্লি। মহাকসু খঙবগুম তৌই। কবিসু অতোপ্পা ব্রা অমদি হায়বক্তে। কবিগুম্বা শুকউ উনদ্রগদি, মশক যেংহৌনবা কৌকগনি, 'ইতৈমা কদাই চত্তোইনো ?' মাসু মসি খঙব্রা খঙদে। মবক্তা থওইনা উশিন্নদবা যাওই।

'অসিদনি। নঙদি ?' নোক্লা নোক্লা হংলক্কনি। মী হন্না যেংলগা, 'নশা যাম্না নাল্লি। অকবা থবক মাল্লি।'

'নত্তে। কোয়থোবকপনি।'

'অদুদি ঐ খবা থিনবীবম্মু।'

'ইতৈমসিদি।'

'নতৌ য়েংবনিদা।' নোক্লা নোক্লা শুগৎলপ তৌনা হায়বক্কনি। মতৌদুদনি পুক্লীংনা অবোনবা মবোল লোল্লিবসি। অতোপ্পা তোপ তোপ্পা মবোল অমনা থম্মোয়গী মথক কাখৎলক্নুনা ফমজিল্লে। ইতৌ যেংব্রা হায়ববু তশেংনা যেংগুল্লবদি ব্রা থোক্কনিদো।

'নঙবু কদায় চৎলুবিবনো ?'

'অশ্বাইফাও শুম ।'

'হায়দোক্লীংদবা লৈমাল্লে নওগীসি। পাখংনা কেনা নান্না চৎপসি ইনখৎলকপৈ অকবা থবক ওইবমগনি। মসি হায়ফমদি থোক্তবনি। চিনসিনদি থিংহৌবা ঙমহৌদ্রে। হায়দোকখ্রে। কমদৌনি ? শাউনীংলগদ্রা ?' লকপু লক্লবকই। লক্লবকপদা নুংঙাই। ঐনসু লক্লনীংঙি। মৌ মঙোন্দা লক্লবগা ব্রা য়াম্না য়াম্নগনি হায়দুনা তৌবনি। ওহ্নোকপা মওংনি। মখল মথেলনা য়োমদুনা পুবা পুক্সিগী লম্বীদা পুক্লীংনা পামজবা পোৎশক্লা খজিক্তং হুৎলকপা হায়বসি নুংঙাইবনা মবোল লোল্লকপনি। থম্মোয়দা য়োমদুনা থম্লীংখি। কাওবা ঙমহন্দে। হঞ্জিল হঞ্জিল মহাকী ব্রাখল লেপ্তুনা মোংলৈ। মসিবু পাউসু তাববনি। মপুবোইবদু নাদুনা লৈ। লৈ হায়বতনি, ইহাং হাংলবা মতৌনি। মপুবোইবনা হকচাং তঙ্খায়নি হায়নবগুম আশা তৌকবা য়াদ্রে।

মসিবু ।

মসিবু ।

ব্রাখলসি লায়না অমনা নাবে। লোইশিনবা ঙমখিদে। অমা খনবা লোইখিবতা মঙাইবি অমা হেক্তা কাখৎলকই। মফম খঙদে। মসিনা পুক্লীংবু অসুম কায়হৌবিবা কবিগীনো ? উননীংঙি। কান্নদে। মব্রা মপুবোইবা লৈববনি। উবি ওইববসু পাম্বীদা যেৎশিনখ্রবনি। খল্লিবা ব্রাখল পূম্বা মতম মাংহন্নবনি। হৌজিক্তি পুক্সিসি শেমগৎকদবা মতম্নি। মেট্রিক পবিক্ষা থাবতা ঙাইবিবা ঐনা মসিগী লম্বী অসিদা চংশিনবা ফত্তে। মদুগীসু মথক্তা মহাক ইশুং ইমান্নবসু নত্তে। অদুবু যাখিদে। ব্রাখলদা অসুম উংশিন্দুনা লৈ। শাউনীংবা নুমিত্তা উশিন্নদনা চৎখি।

'মী য়াম্না চাউথোকখ্রে। মীগসি উখিদ্রে।'

'ইতৈমসিদি ।'

'শক পান্দে হাযদুনা কৌনবা ইকাইব্রা ?'

অঙকপা, অচম্বা ব্রাহংনি। পুক্লীংদা খলহল্লি নঙ ঙসিনে । নশক্লে, নতৌনে ফিভম্নি হায়দুনা তৌবিবদুনা মীনা হে চাবা উবগা তিন চুম্বগুম হেক চুমহল্লদনা, ঙসি শোয়বোই। ব্রাখলদদি পামজবা অমতা লেম্না থাখিদে। অদুম ওইনমক, থবক্তা পুক্লীংগা চুংশিন্নবদি খক ঙমখিদে। ব্রাখলগা থৌদোক্তা নপাক নপাক লেপ্পবগুম্মী।

ইচে লুহোংবগী বার্তন তৌবা চৎলি। চেনখিবা কুইববনি। লুহোংবগী মতম য়েথোক যৈথোক্তুনা লাকখি। নুপা ময়ুম্না কন্না তকশিল্লকপনা অমুক হন্না য়েথোকপা যাখিদে। মতম লেপ্পদুনা থুনা হোংবদা তাখি। বার্তন লোইবক্কদবা খজিক্তং ঙাইবে। নুমিৎসু ফনা য়াম্না হাইগৎলক্লে। থৌদাম ইনাকখুনবা থিক্বদা ইতৈমা থোবকই।

'নঙ কৈদৌবা লাকপনো ?'

'বার্তন পীবমগে তৌবনি।'

'সিদা চংলকউ।' অনানবা কা অমদা কৌশিল্লকই। মনাক্তা চংশিল্লুবদা কন্না

কোনশিল্লকই। কোয়না মী য়েংলুবদা কনাসু লৈবমদে। চিনবান্দা চিনবান্না তপ্না উমদুনা কন্না তক্লকই। নৈখি। থাদোকখিদে। শাউনীংদুনা মহাক্না তৌবিবা অদুগুম কোনশিন্দুনা মহাকপুসু নৈখি। মদুতদা মহাক থাদোবকই। ঐসু ঐগী নুংঙাইবা লৌদুনা থাদোকখি। অঙকপা শক্তাক্লবগী ফিভম্মি। ওম্বোকপা ৱাহৌ অমনি। অহানবা শকখঙনবগী কাওঙমদ্রবা থৌদোক্লি। মহাক্কী হকচাংদু ইশানা শাগৎচখিবা ফজবা মতৌদগী হেন্না ফজবম্মী। থবক কাবমদাইগী কেবা হৌবকপগী শকফম্মি। ৩কোম তকোপ্না মফি লোইনা নাম্থবকখি। হকচাংগী অবোন অথুপ পূম্না পূমহাং হাংদোকই। তাইবঙদা নুপা নুপী পূম্বগী শক্তাক ঈশৈ শকমিন্নৈ।

'ইতৈমা।'

'খোঞ্জেল অমতা থোকহনগনু। কৌবক্নু।' লোন্না মখোল অমতা থোকহন্দনা হাযবকই।

'কৈ ।' তাহৌদদুনা হংখি।

'তুমিন লৈযু। মী তাগনি।' পূমচিক চিকহনখি। মখোল থোকহন্দনা অপাম্না তৌহল্লি। চিক্লা পোত্থাববা মতুংদা, 'নঙনা হাযনীংবা পূম্না লমঙাউদা কোন্না হাযনসি। থোকখ্রো' তুমিন হাযবগা লোগ্না থাদোবকই। থোবক্লগা ফনা থাপ্লবা মফমদা তুং হন্দুনা যেংখি। তপ্না মফি শেমজিলহৌই। ঙাইহাক লৈবগা গাড়ী (কাখ্যোং অনী পানবা) অমা থৌবগা থোবকই। কনি অমতা খঙদনা খঙহৌদনা থেংনবগুম কৌনকই।

'কদায চত্তোইনো ?'

'বজাবদা।'

'ঐ থিনবীবমগে।' মাগী গাড়ী মনিংদা তোংহনখি। বজাবদা চৎলিবনি হাযদুনা চৎলিবদু কবম্না লম্বীদা চৎলিবনো খঙখিদে। লমসু মখম খঙখিদে। পুনীংবা মফমদা পুবসনু। গাড়ী তপ্না তপ্না থৌই। অমুক্তা উদ্রিবা মফম্মি। মী লৈতবা লম্বীদা, নাক যেং যেংদুনা তুংলোমদগী মাবু কোল্লি। মহাকসু মী কুপফেৎ কাফেত্তি যেংঙি। কবিসুদি হাযবকখিদে। চৎপমখৈ চৎলগা মফম অমদা গাডী খার্মখি। মদু বেষ্টুবাবা? খঙদে। ইচিক চিকপা কা অমদা ফমখি। চাননবা অমদি চা পুবক্লবা হাযখি।

'ঐবু তৌঙম্বী ওইনা উবম্ননি।' ৱা হৌদোবকই।

'ঐ ।' কবি হায়গদবনো খঙখিদে।

'খঙঙি। নপুক্লীংদদি খল্লমগনি। থম্মোযগী ওইবা ৱাদি মবিক অমতসু নশাদা ফাওবন্নোই। থম্মোয়গী ৱাবী হৌজিক শাববসু নঙনা থাঙগদবা লৈতে। মবমদি ঐ ঘুম পাল্লবী, লুহোংলবী মৌ অমনি। ইশাদা ফাওবিবা থম্মোযগী ৱা পূম্না মাঙদা পাংথোকখিবা অচম্বা থৌবম অদুনা পূম্নমক নমশিন্দুনা থমথ্রবনি। নৌনা অমুক পুথোকপা যাদে। অদুবু থম্মোয় হাযবসি মীয়ামদা শিন্নথ্রবা হকচাংগী শকক অমা ওইনা থম্না য়াগদ্রা ? মসিতগী ওইবা অতোপ্পা ইহুল অমা থোবকপা যাদব্রা ?' মহাক মবী মবী হাযবকই।

'অদুবু কৈদৌববগে ইতৈমা।'

'কনাগী ইতৈমা? ৱাহংসি ঙসিদি কন্না হংনীংঙি।'

'মদুবু ক ?'

'ঙসাইদগী ঙাংনবিবসি নঙ খঙদে অসিনি। হৌজিক হায়নীংলিবসি থম্মোয়গী ৱানি। নুংশিবগী ৱানি। ঐনা নঙবু নুংশিবগী . থম্মোযসিদা ঐ নুংশিবা যোক্লুনা থম্না ঙমদে। নুংশিবনা নুংশিবিবা মহাক অদুতমক থিবকই। মসিদা ঐ কবি উপায় অমা থিদুনা লৈগনি।'

'ঐসু ইতৈমবু ।'

'তৌঙম্বী ওইনা খঙঙি অসিবা ?'

'ইতৈমসিদি ঐনসু নঙবু নুংশি।'

'অদুদি নঙগা কবমকান্দা অমুক উনগনি ? হোবেল নুমিদাং ঐখোযবোমদা কোযথোবকউ।' শোযদনবা হাযবকই। কবিগীনো খঙদে মদুদা থৱায যাওশিনখি।

উনখি।

থম্মোযবু কোযথা থাদোকখি। নুংশিবা হাযবসি মমিৎ তাংবা, মনাপংবা পুক্নীংগী ৱাবকপা ঙমদবা লমহেনবা জীব অমনি। পুমঙাউ ঙাউখি। লোইশিনকম অমা লৈতবমখৈ পামজবা মথং মথং লেপ্পা লৈতনা লাকখি।

মবক মবক্তা ঐখোযনীগী কাবক্তা লাইফতবা চংলকই।

ফজনুংশিগী মতৌসিবু থাজবা যাবিব্রা?

মহাক মযুম পাল্লবী, মৱা মপুবোইবা লৈববী নুপীনি। ৱাখলসি কেথবৈ উব্বদগী খল্লকপা ৱাখলনি হাযগদ্রা ? ইবেঙ্গা অমসুং পাখং লৈশাবী ওইনা মীমা ঙদা লাংবদি মহাক্তা লাংমিরবগা হেন্না নুংঙাই। মকুপ মপাংশিংদগী মতেং ফংবসিনা মওং অমা তৌই। ফজনুংশিগী ৱাবীসিদি মপানথোক্লা মকুপ মপাংশিংদা শাদোকপা যাবা ৱাসু ওইখিদে। মসিদি থম্মোযগী ৱা ঙাকস নত্তবদা হকচাংগী ৱাবীসু যাওবিবনি। ফজনা খনবসু ঙমদে। ফনা হায শাবানে ঐখোয়নী ৱাবী শানবা লোইদুনা চংখ্রগা নুপাদুগা অমুক ৱাবী শাকগদৌবিবনি। মদুগীসু মথক্তা মহাক লাক্লে হাযদুনা যেংবফাওবা, মী উবমগদ্রা হাযনা পুক্নীংদা নিংকোক নিংকোক তৌই। অবোনবা অমা ইযাওতা যাওই।

কেথবৈ কেথবৈদি ?

ইমান্নবা মবক্তা লাংল লাংলগা হেন্না হেন্না নুংঙাইবিবনি। ঐখোযনীগী ৱাবীনা মনম শান্না চংলিবৈ মতিক থম্মোয পুম্না পুমথন থনবগুম নীংঙি। মসি ওইদুনসু লাংলুবগা হম্বকপগ ফজনুংশি হেক হেক নীংশিংলকপসিনি লুবিবদি। লোন্না লোন্না অমুক অমুক পোমখৎলকই। তুমিন তুমিন খঙহন্দা যেংঙি। পুক্নীংদা মকা হেন্না হেন্না ফন্দোবকই। খঙদে থম্মোয়সি অনীথোক্লা খাযদোক্লগদ্রা? মীনা খঙখ্রগা কবি হায়নগনি ? লৈকাই কুম্মৈ ওইগদ্রা ? মসি খল্লুবগদি যাম্না কিখি।

পাউ তানবকই।

'নঙ লাক্লনু।' চংখিবদা শাউনা হাযবকই।

'নঙনা শুগৎলগা লৈবম্লিবসি কবিগীনো ? ইঙকপু ঙকই।'

'ঙক্কনি নঙদি। কেথবৈনা হাযবকপা ওইববদি ঙকপদি লাইবদনা নুংঙাইগদবনি। নঙসি যাম্না ঙকই।'

'কেথবৈ হাযববু কনানো ?'

'হো! নত্তু ওইগে লুপ্লিদু খঙলোইদৌ নীংব্রা ? ঐ শাউনীংঙি। ঐনা ফিভম খবা চাদবসিদা নঙনা লাক্লবিবনি। নঙনা অনী হাইবী শান্নবসি ঐ নুংঙাইদৌবোই নীংব্রা ?' শৌ শৌ লাওনা শাউবোই কপ্লোই মমায ঙাংশং ঙাংনা ঙাংলকই। নুপীনা কপঙাং ঙাবসি থশ্মোযদা মফম খঙদনা ধং ধং যৌশিল্লকপগুম তৌই। চম্না লৈবা ঙমহন্দে।

'নঙ নত্ত নত্তবা ব্রাখল যাম্না খঞ্জিল্লে।'

'নঙনা নত্তবা থবক তৌবগা ঐঙোন্দা তাইশিনবা যাব্রা ? মদুই মহুৎ নঙ মদু তৌদে হাযযুনে।' মহাক হম্বকখিদে। মাবু ঐঙোন্দা অমুক লৈবা ঙমখিগদ্রা ? মদু তৌবগনা লৈকাযনা কবিনি হাযনা লৌগনি ?

'নঙসি ।'

'মৌনি অসিবা ?'

'অস।'

'ঐনা মৌ ওইববসু, নঙ থেংনদ্রিঙৈদা ওইশ্লবনি। মদুগীসু মথক্তা হৌজিক মহাক গী ওইনা থাকবা যাবা নত্তে। চুম্না লৈমিন্নৈ হাযজবতনি। ফিভম যমনি। মহাক্তি ঐহাক্তা লৈমিন্নাব নত্তে। সুমতনী শংবা হাযবদুনি।'

ফিল্লমসিদি চুম্মী'

নুপানি ।

পাউ অমসু থাখ।

ফজনুংশিনা তাফাওবী পামজবদি অঙকপনি। নোংঙানবা অমদৈ নুমিৎতাবফাও শংদুনা লৈবিরা। কবিগুম্না তাফাওবীনা মযুমদা চংশোনক্লনা লৈববদি নমদুনা হৌবা লাক্লনি। মথক্তা লৈবা ঙমদদুনা ঙাউবগা চপ মান্নৈ। মফম খঙদবা কযাদা পুই। কশিগুম্না মখোযনী খঙবা মীশিংগা থেংনবব দ মখোযনীগী ফিভমদু উবদা ইকাইবা পোক্লে। উদবা শাদুনা লৈথোক্লে। ওস্লোক্লা নাকা র্যাম্মনখ্রবা ! মখুৎ মশানা কদাযদা থম্বনো খঙখিদে। মশাগা মশাগা চেংনা লোনশিন্নবগা চপ মান্নৈ! লৈশা লৈশানা মচা যাওবক্কদ্রা চিংনখি।

মসিবু নুপীসিনা কোযবিমাল্লে।

তাফা ওবীসি মবাইবক ফে।

নুপী মযুমসি মমিং চংলিবনি। শেন পাযবদা, খুৎ লিংবদা, অঙোম্বু কনানা নম্বীবা ঙমগনি? নিংথৌ পাল্লিঙৈদগী হৌনা খুৎকন পাঙ্গনবা শাগৈ ওইবক্লবনি। অকনবা মউ লিংলক্লবনি। মী মযাম্না কলক্লদুনা লাক্লবনি। ফজনুংশিনা থোইনা চংপদা কনানসু নোপথহনবা ঙমাখিদে। ভিংদুনা লৈখি। লোন্নদি হাযনবী।

তাফাওবীসি নুপীনা চেনবা নুপা হাযদু তাববনি।

লৌনা লৈনম্রিঙৈদা অসি য়ৌবসিনদি, লৌন লৈনগ্নবদি শোয়দনা মতা অমা ওইগদৌবিবনি।

মসিদবু মখোযনীসি লৌন লৈনদে হায়বা য়াখিগদ্রা ? সুপ্পতগী নুংশিনবতনি হায়বসি থাজখিগদ্রা ? থাজবে ফনা খন্দুনসু ব্রাখলনা খক যাগদবা লৈতে। মসি মতৌ অমনি। ব্রাখলনা পীবা লমচংকী ফল অসিনা অশেংবা হিংবগী মচংকা ওন্নবঙ্গা য়াই। থাজবদি ঙমদে।

নমদুনা লৈখি।

মতম কুইবে মযুম পাল্লকপা। মদুগী ফলদি ইফং ফংদে। কনানসু উবা ফংখিদে। মতুংদনি তাফাওবী খংনা নাবকখিবা। হৌগৎ কাংখৎপা ফাওবা ঙমখিদে। কন্না লায়য়েংখি। লায়য়েং লায়য়েংনা নাবা হেঞ্জিলকখি। মতম খবা ইতৈমদু মশম মনা ইফা ফানা লৈবম্মী। মব্রা মপুবোইবগা দ্রো দ্রা খোন্দানদে। মমায মমায় ওনশিন্নদুনা ব্রাবী শানখিদে। মবক মবক্তা যুম পানবগী মবমদা অর্থ থিনদুনা অকনবা খোন শিজিন্নে। নৌবিঙৈ মতৌদুগা থাজখিদে। মফম খঙদনা পাউ হেক হেক চেল্লকই। লাকউ। ব্রাবী অমতা শানখি। মযুমদা ব্রাবী হেক হেক শাই। অকব্বা ব্রাফম নত্তে। নুংঙাইনা অমসুং নুংঙাইনবা মওংদা মতম লেম্থোকপা হাযবদুনি। কবিগুম্বদা কোযবা চৎলুসি হাযদুনা মখোযগী গাডীদু থৌদোক্লুনা পংচত্তা চৎপা যাওই। চা পুদুনা চা থকই। চাননবা পুথোক্লনা চামিন্নে। কবিগুম্বদসু ইন্নদুনা চামিন্নে। গাডী মচাদা চৎমিন্নববদি ।

'হৈ ফজনা কোম্রকউ।'

'মীয়াম মমাঙসিদা ।'

'নঙ ইকাইবগা, গাডী মনিংদগী তাদুনা শোকপগা কবম্মনা চেন্না ফৈ ? ঐ দাক্তবদা চৎপগা ঙম্লোই কোম্লকউ।

মসিবু তাফাওবী খঙলম্লোইদ্রা ? মশা শোঞ্জবতনি। নাই হাযদুনসু ব্রাখলদি খল্লক্কনু যাবোই। খল্লক্কনি। যুমদা শুম লৈববনিনা ব্রাখলদি মদুনবু হেনগদৌবির্বনি। ব্রাখল লৌশিংদি মপুক্লীংনা পামদ পামদ্দবদুনা খবা খিৎ হেন্নসু শাক্লির্বনি। ব্রাখল অবাংবা লাকপা নুমিত্তা হৌগৎ কাংখৎ ঙম্মনবা শিজিন্নবিবা লৈচৈ অকোনবদুনা অমুক্তং হাইথবল্লবদি মশা শোঞ্জে হায়জবতনি। মদুদদি অদুম শাফু লৈবমগান শোযবোই। পুন্সিসিদা আশাদি লোইথমখিবোই। তাইবঙ নীওইর্বদি হেক শিদ্রিমখৈ আশা তৌখিগদৌবনি। মহাকসু তৌবর্মখিগনি। হুম চেকশিন্দবা য়াদে।

কেথবৈগা লৈমিন্নবা নংত্রগা ঙাউকব্বা নুমিত্তদি অসিগুম্নবা নাতৈ চাদবা ব্রাখল মচেৎ অমতা চংলক্তে। মদুই মহুৎ ইতাও তাওববগুম খল্লি। কবিগীনো ফজনুংশিগা খজিক্তং লাংলুববদি লৈতাদে। চবাং খোইবাংনদুনা লৈ। মযেক্কীদি মহাক্কা পুনবনা হেল্লিবনি। ইচম চম্নবা য়াববনি। অদুবু চমথোক্তে। অহেনবা ব্রাখলনাকোকসি উক উক লৈখায়। পুনবদা নুংঙাইবদি মহানি। অদুবুদি মহাক মৌনি। হকচাংগী কয়াৎ শিজিন্নবগী মতৌ মওং ফজনা

খণ্ডি। কেথবৈদি থম্মোয় অমসুং পুক্লীংদতা তান থাজবনি। অনীসিগী মবক্তা খেন্নবা অমা চাউনা লৈ। মীওইবদা মহৌশা লাইবেম্বীনা জীব অমা ওইনা, হকচাংগী কয়াংপু পোৎশক অমা ওইনা শিজিন্নবগী ইথৌবাংবা হাপ্লীবকই। অমদি মসিনা চাদা নাওদা শন্দোক্রবগী লম্বী ওইহল্লি। লম্বীসিনা মীগা মীগা মিকানহল্লি। অপাম নুংশিগী মকসু মসিনি। মসিনবা ফজনুংশিনা হেন্না মিতাবগুম থোক্লিবসি ? মহাক্কা নক্লবগতা নুংঙাই। নক্লনা অয়াম্বা মতমদা লৈনীংহল্লি। ফম্মিনৈ।

মপুবোইবসু কৌবকই।

'থৎচাউ অমুক্তা লাকখো।' কবি হায়গবা' মসিবু -   ? মনাক্তা চংশিন্দুনা হাযখি, 'তাদা কৈদৌজবম্মু হায়বগে ?' নীংকোক নীংকোক তৌই।

'নণ্ড নুংঙাইবিদনা।'

'নুংঙাইবি। তাদসু হকচাং খবা ফবব্রা ?'

'খবদি ফবে। অকবা ব্রা অমদি    ।' যাম্না মপুক্লীং চংনা হাযবকই।

'কবি    ?' পুক্লীংদা চিংনখি। হংদবদি য়াদবনিনা হংখি।

'ঐনা অসুম শোন্দুনতা লৈবসিদা নতৈমসি মখব্রায খবা নুংঙাইতবা মাল্লি। নঙনা মাগী মতেং খবা পাংবীদুনা মপুক্লীং চাউথোকহনবীযু। নঙবুসু মহাক্লা নুংশিজবনি। মাবু শাউহনবীগনু। ঐনসু মহাকপু নুংঙাইনবা হোৎনবা ঙমদ্রে। হৌজিক্তি ঐহাক তশেংনা ঐগী ইহুৎ শিনবা ঙম্বা মী অমা পাম্মী।'

'তামো নত্ত নত্তবা ব্রাখল থনবীকনু।'

'নত্তবা নত্তে। হকচাংগী ওইবিবা ফিভর্মসিগী ব্রানি। ঐনা মহাকপু অদুক্কী মতিক নুংশিজে। নুংশিজনা লৌবকপনি। মীওইবগী মবীসি নুংশিবনা পূম্নমক লেপথোকপা যাদে। হকচাং হাযবসি অচৌবা পোৎশক অমনি। মসিগীসু চংদবা যাদ্রবা মখৌ কয়া লৈ।' ব্রাহৈসি ইকাইবকই। মায় ঙাংখি। মহাক যাম্না শিংখি। ব্রা থৈদোবকই, 'শম্না হাযববদা চাক, ঈশিং থাদোল্পা যাদে। হাযনকবা তৌদনা হকচাংনা কৌজবক্লগদবনি। হকচাংনা কৌবকপা পোৎশক হকচাংদা পীবা ঙমদ্রবদি, মদু ওৎপা নৎত্রগা চৈনা পীবা মখল অমনি। তাইবঙগী জীবশিংদা মহৌশানা পীনবক্লবা খুদোলদি খক মাংহল্লোইদবনি। অদুম ওইনমক মসি শিজিন্নবদা মফম মতম খবদি যেংদবা যাদে।' মহাক্লা ঙাংলিবা ব্রাহৈশিং অসি তুমিন তাদুনা লৈখি। কবি হায়গদবনো খঙখিদে। তুমিন লৈবিবা মতৌদু থুগাযবদুগ, 'নঙসু নতৈমসি নুংশিব্রা ?' খংহং হংজিল্লকখি।

'ঐবো    ।' অফিং অফাই ওইনা হাযদোকখি।

'নঙবু নুংশিবা খঙদবা মীবা ? নুংশিবদি থম্মোয়গী ওইবা মবলনি। ফাজিন্দুনা থমগদবা নত্তে।' মহাক্কী ব্রাফমদু কোক লৈখৎলি। তাবা ঙমখিদে। মহাক্তি মখা তাবকই, 'নুংশিনবা নৎত্রগসু মবী অমদি লৈনৈদনা। মদু    ।' মহাক্লা ব্রা মখা তাবক্কে তৌবকপদা ইতৈমা থোবক্লুনা কৌবকই। কৌশিন্দুনা হাযবকই, 'মথক্কী কাদা লৈবম্মু।' হায়বগা তাফাওবীগী মনাক্তা

চংশিন্দুনা, ‘শে চা থকউ। হিদাকসিসু চাশিল্লু। ঙসিদি কবি চানীংঙি?’ হংলদুনা তপ্পা তপ্পা অমমমতা ইনবী। মতৌদু দলানগী থাক থাক কাখৎ কাখৎনা য়েংঙি। য়াম্না নুংশিনা সেবা তৌই।

‘নঙনা নাদুনা লৈবসি নুংঙাইতে। থুনা ফননবা তৌসি।’ মখূৎ মশা মথং মথং ফি অমোনবা অমনা তৈথোকই। সেবা তৌবদি হৈ। তাদনা মশা মোম্বকই।

‘হিদাকসি মতম চানা চাথোকনীযু।’

‘উম’ মমিৎ উইথদুনা যানিংনা হায়বকই।

‘থুনা ফননবা হোৎনসি।’ হকচাং নম্বোইট খোৎপোই তৌদুনা নীংথিনা নুংঙাইনবা হোৎনৈ।

‘ঙাইহাক্তা পোথাগেবা?’

‘ঙাইহাক্তং পোথাগে।’ উইবি উইবি তৌবি। ইতৈমনা নুংঙাইনবা মওং ফিভম চানা শেম্মী। যজনা হিপহল্লি।

‘যাবরা?’

‘যাবনি।’

‘সে’ ফি অসিমগস হাপ্পমখিগে।’ মশানা পোথাখিবদা কবি পুম্বা লেংলক্লবস নুংঙাইনবা, তম্বা কাযদনবা চেকশিন্না শেম্মী। মদু পূম্বা লোইনবা মথক্তা কাখৎলকই। চংনবপণা হংলকই, ‘মহাক্কা কবি রাবী শানবিরনো?’

‘ঐখোযনীগী মবাসি কবি মনীনো হংনাক্লবান।’

‘মসিদা চেক লাক্লিবা মী খুদিংমক্তা হংদুনা লৈবননি। কবিস হল্লনু। নঙনাদি কবি পাউখুম খুম্লম্মা।’

‘কবি খুমগদবনো খঙদদুনা খুম্মদ্রে।

‘খুমদ্রেবা। নুংশিজবনি হায়না খুম্বা যাদ্রা?’

‘মদুবু ।’

‘কৈদোই হায়বগে? নুংশিবু নুংশিদ্রা?’

‘নুংশি।’

‘অদুনি। মদু খম্বা যাদ্রা?’

‘এহ।’

‘কৈদৌববা?’

‘নঙনা যাগনি হায়ববদি খুম্লমগদবনি।’

‘ঐদি লেপ্পবনি। থম্মোয পানবা মীনবু নুংশিবগী মমল পীবদা য়াবৌগদ্রা? মদুদি মথক্তা থোকচবকপনি। নমশিন্দুনা থম্মোযবু মশক মাংহনগদবা নত্তে। চাওখৎলবা লৈবাকশিংনা তান্নবিবা নীংতম্বা হায়বসি নুংশিবা উথোকপদুনি। নৎত্রগদি কবিসু অর্থ থোক্তে।’

‘ইতৈমসু তা ?’

'ঐ মাবু নুংশিদবা নত্তে। নুংশি। হকচাংগী ওইবা মীওইবদা চংদ্রবা যাদ্রবা শক্ক খবদা মীওইবা ওইনা, তাইবঙগী জীব অমা ওইনা অপুনবা শক্ক য়াবা ঙমদবতনি। অহিংবা জীব হায়বসি মশাদা চংলিলা পোৎচং অমতং ৱাৎপদা নাকন নাম্মা পূমহো হোই। অহিংবদা হিংবগী লেপত্রবা মমি অমা তাহনগদবনি। মথং মথং শন্নহনগদবনি। হিংবা অমসুং হিংহৌনবগী অকনবা লাম্ছেং অসিনা হিংলিবসিগী ওইবা খ্বাইদগী চাউবা তঙাইফদবা শক্ক এদুনি। মসিদি অহিংবা খুদিংমক্তা তোন্দুনা লৈবদা লমন্নি। মসি তানবদা ফিভম খুদিংমক মাযযোক্লবা তাই।'

'হায়বদি ?'

'ফিভম পূন্নমক্তা মীওইবদি ফিভম তাননবা হোৎনগদবনি।'

'ঐদি জ্ঞান তাদে।'

'অদুবুদি তাবকখিনি।' নোকই। অশিংবা মীগোক্নি। নোক্না নোক্না মখা তাবকই, 'নঙ কবন্না কান্দা চৎকান হায়বা?'

'খঙবদি খঙদ্রি। পরিক্ষা হেক হায়দোকপগা চৎননবদি হায়নবি।'

'চৎগ্রবদি ঐখোযবু ।'

'তৌজিক ঐ শুকচৎ চৎনীংদে। নঙগা লাপথোক্লবা পামদে।'

অশেংবা ?'

'অওইবনি। কবি শুন্না নঙগা পাউ ফাওননীংলক্লবদি কবম তৌগনি?'

'সিদা সুম থাবকউ কৈদৌগে?'

'নখোয় কৈনোনা ।'

'মনা মানি। নঙত্রা লেংখনু।'

নুংশিবাদি নরুবগা নুংঙাইবনগী মতিক কাযনবগী তানফমদসু অৱাবগী পান্দমফম লৈতে। কাযনবা নত্তো, কাযনগান খনবত্তদা কপ্লীং ঙ।

'নঙ নুংশিকবসি লাইবক ওন্থেক্লা খগ্রে।'

'অদুবু মসি মতম খবতগীনি।'

মহাক য়াম্না কপখি। চংলমদাইদা থাদে কউ থাখিদে। মদুই মহুৎ হায়বকই, 'লমদা চংলবনি। মী উদ্রনি হায়দুনা ঙাউশিন্নু। কনাগুম্বী অমনা অতেক অকায় যাওদনা ঙাইহৌবি হায়বসি কৈদৌঙৈ কাওথোক্কনু।' পাউমেনখি। কেথবৈদি কবিসু ইহায়বু হায়বক্তে। ফবগা থোবক্লবা বব পীবগুম পীবগা থাদোবকই। অনীসি য়াম্না খেন্নখি।

অহল লমন্না থুনা চৎননবা শিল্লকখি। চৎখি।
চীং পাৎ তুবেল কয়া ল্যানখি।
কুম্বী কালেন নিংথম মথং মথং হোংখি।
ওয়া ওয়া, ওন ওন্দুনা লাকখি।
মতম ওনখিববু কন্নানা খঙহৌবগে ?

খঙনা খঙনা ওনম্বগা,
খঙদ খঙদনা অসুম লোইশিনখি।
কয়াৎ খায়দুনা তন্নিবা মহৈ লোইশিল্লকই
অবোইবা পবিক্ষা পীখি।

পাউ অমত্তা তাখিদ্রে।

ফোন তৌবদা অমুক্তা ফংখিদ্রে। শিত্ত্রজাৎলা ? মদু ওইববসু খঙফমদি থোকই। পাউ তাগনি। কমদৌত্রবনো খঙদে। কেথবৈদি হান্নগুম বাবী শাই। য়ুম থোক্কদববুদি কুইদ্রে। মদুদা থেংনবগদি খঙগনি। কবিগুম্বদা ফোন ফংলগসু বাবী শানদনা খংথম থমখি। কবিনো অহোংবা অমদি লৈবে। মপুক্লীং হোংখ্রব্রা ? চিংনৈ। হেন্না হেন্না খঙনীংলকই। মহৌশাই মতৌদা লৈবিবা কেথবৈদি ইখন খল্লুদ্রে। ফজনুংশিদি হেন্না হেন্না বাখলদা লাকখি। য়ুমদা থুনা থোক্লীংলকখি। চহী অনী অহুম পাউ তাখিদবদুনা পুক্লীংসি য়াম্না নুংঙাইহনখিদে। চৎলমদাইদা তৌহৌবা মতৌ, অমতা ওইখিবা শকককশিং, অহিং অয়াম্বদা অসুম উদুনতা লৈ। কাওথোকপা ঙমদে। মদুনসু মবম ওইবগা অহল লমনগী মাযয়োক্তা ছুতি থোবকখি। হন্দক য়ুমদা থোবক্লে হায়বদসু অহল লমনদি কন্না মহৌশাগুম য়াদবা তৌদে।

য়ুম হেক যৌবগা পাবুংগী গাড়ীদু যৌদোক্কুনা ফজনুংশি উনবা চৎখি। মখোযগী য়ুম যৌবমদাইদা মহাকসু থোবকই। মতৌদু যাম্না কে। মহাক্না অদুক কেবা মতৌ অমুক্তা উখিদ্রি। চহীগী (খবা হেন্দোক হেঞ্জিল লৈববসু) অঙাং অমদি পম্মী। তাফাওবীনা গাডী যৌবদুনা হবাও হবাও থোবকই। ঐ মঙোন্দা মুন্না যেংলুই। মহাক ঐবু যেংলম্লগা মমায থুনা লৈথোকখি। মতৌ অমনি। শাউনীংঙি। শাউবগা কৈদৌনি। মদুই মহুৎ মহাক্না পন্নিবা অঙাঙদু কনা মানবগে যেংলমগদবনি।



## ভোট অমদা

লাংলম্বা, নিল্লম্বা হাযজিন্নবগী লীলা শান্নবম্বা পূম্নমক নেমথখ্রে। লৈবাক্কী অথিংবা লৈবদুনবা খঙদে। মসিমদি নমখাযদ্রি। অতৈ মতমদা আইন লৈত্রবসু মসিমদি শোযদ্রে। লৈবাক্কী অচৌবা মন্ত্রি মন্দল্লা মীযাম মবক্তা চং চংদুনা খুকম্বসু মতমসিদনি। মতাং অসি যৌববদি পিকথবক্লে। অপিকপা, পিকশন্দুনা লৈরুবা কযানা মশোং ফন্দুনা ব্রা ঙাংঙি। ব্রাকৎলি। অদু তৌই। অদা তৌই। তাশিন্নে। নুংঙাইতবা, তাবদা শাউনীংবা ব্রাবু কনানা তাকুবনো? তাদবা য়াদবা, মতাংগী ব্রা ওইরুবনা তাখিবনি। কন্না কন্না ঙাংলিবশিং মতম অমদা অমুক খুদোংথিবা নংলকপসু কনানা খঙবা! হন্দক চহী, হন্দক চহীগী ব্রা নত্তে। চহী মবিদি মসি অমুক তাববোইদবনি। মঙা শুবগা অমুক লাকপসু যাবি। লাক্কনি। মসিদৈ চাউগদবা কাংবুনা চাউদখৈ চাউবগা অমুক লৈত্রগদবনি।

সবকাবগী থবক তৌকুববনিনা মখোযনা শিল্লকপা পোফমদা শোযদনা তৌগদবা তৌদবা যাদবা থবক্তি ভোট হাযবসি। তৌকুদ্রগদি অহকপা দদ্দি অমা পীননবা মীদুদা যানশিন্দুনা থমখ্রবনি। মীচম প্রজাসু মশানা মশাগী অপাম্বা মী খলহল্লিবনি হায। কযাম যাম্না মশানা পামজবা খঞ্জবা, খঞ্জদবা হাযবদুনা অতোপ্পনি। খঞ্জনবগী তাঞ্জা অদুদি তশেং তশেংনা পী। ভোটকী থবক্তি চৎলিবসি।

অহিংদুমদি তুম্ফম খঙখিদে। হৈযেং ভোট থাধবা কদোমদগী চংলকপা? কদোমদা থোকহনবা? কবম্না খ্বাইদৈ থুবা মওংদা মী মযামদা অপনবা অথিংবা পীদনা ভোট থাধব যাগনি? মথং মথং খন্দুনা শেমখি। যেৎখায থিনগাযবা লৈতনা লোইশিনখিনবা খল্লি। মুসলিম ইচিন ইনাওশিংনা কবি হাযবক্কদবা? মফমসি শুকচৎ চৎতবদি নত্তে। বস তোঙদুনা কযাবক ফাওদুনা চৎখ্রে। খূল্লক ইবক্তদি কমদৌবমগদবা খঙদে। মীতৈগী ব্রাহৈ অমা লৈবনিনা (থোঙ্গাল অমা ঈশৈ অমা, লৈবক অমা শৈশক অমা) পুক্কীংনদি ইচম চম্না লৌকবা ঙমদে। অকিবা ব্রাসু যাওবি। ভোট্রদি অশিবসু মশা লাক্কুনা ভোট থাধববা কোঙ্গাই অমসুং য়াওবিবনি। মসিনা ভূৎ ওইনা লাকপ্রা? নংএগা শিপ্রৎ ওইনা চংলকপ্রা? অশিবগা অচংবগা শম্নবা য়াদবা তাইবঙনি। মসিদবু কিদ্রবদি কদাযদা কিগনি। থব্রায ওইনা লাক্লবদি কমদৌনি। অমুকখক্তি নুপা অমনা মহাক্কী শিখ্রবা মপাদু ভোট থাবম্বগী পাউ ফংবগা মপা

লাক্লন্নগসু উনহৌদে হায়দুনা ও খোংনা কপ্লকই। ভোট থাধবা লাকপদা থেংনহৌদবগী মথবায় নুংঙাইত নুংঙাইতনা হনখি।

অহিংদু নীংথি নুংঙাইনা তুমহৌদ্রবসু নোংদি ঙাল্লকখি।

অয়ুক অঙনবদগী ভোট থাধনবা হৌবকই। ঙবাং য়াথোক্লখিবা পূম্না অমতা কাযদনা তৌনৈ। বেলোট পেপর শেন্নবনা শেন্নৈ। লাক্লিবা মী পান্নবসু চপ চানা মথৌ তৌই। মুক পান্নবনা মখূৎ ওই তিংথোকহন্দুনা খ্বাইদগী কোকপা ব্রাগদবা, খুজিন খুমিৎ অনীগী অপুনবা মফমদা নম্লি। পূম্নমকসি কেন্দিদেৎকী থাজিল্লকপা মীশিংনা মবৈকাযগী মী মশক চুম্মী, চুমদে চপ চানা য়েংখি। মীসু চপ চানা কৃ-কৃক ইন্ননা থোবক্লুনা ফজনা থাধখি। খুন্দুদসু কন্না লম্বা তাখিমাল্লে। মখোয় অনী নেহকদিন অমসুং আলিমগা ক্রক ক্রক যেংশিন্নবিবনি। অমনা হেনব্রা হাযবসু হেন্দ, অমনসু তাদ কন্না মাগী মাগী মী খাযদোক্লদুনা অমনা অমবু থাঙ্গৎননবা হোৎনখি।

'নোই নহাশা হন্দক্তি নেহকদিনসি তুক থাগৎসিনে।'

'অহা! নঙমনা কৈ কৈ অমমুক ওক্লকবে। দক্তি নঙ চাচা আলিমসি থংবীবগা মথং 'মুক নঙ হাযবতুদা শোযখ্রবোই। ঐ অল্লা কশম চাদুনা হাযবিসিনি।'

'মাতনা দুনিযা পূবগুম হঞ্জিল হঞ্জিল থাঙ্গৎপা কনানা যানীংগদগে? নহানমুকসু থবক কাহন্নবা হাযদুনা লৌ চৎহনখ্রগা, শেন শাংবাই 'মা খিল্লুবগা মাই লৈথোকখিবদৈ পূম্মাং মাংখ্রবনি। ঙম্লবোই। অতো, মহাক্কী ওইবদি মায চানবোই।'

'হন্দক্তি শোযদবীদা মানা থোমখ্রগদবনি।'

'থোমজসনু। কমতৌনা ঐখোয ভোট যাওদনা মহাক্লা অথোম্লবগে যেংসি। মাগী মী কবোমতৈ কোৎপগে খঙগে।'

'তৌনুতা নহাবো নবো।'

মবৈ তৌনবা, কনবা মান্নবা কেন্দিদেট অনীগী মবক্তা ভোটকী থবক তৌবদি মিকুপ নাহুম শিংদবা যাদে। কবম্না মতমদা কবি থৌদোক থোক্কদগে তম্বা ঙম্বা নত্তে। শোযবগা মেনখৎপা অমুক ঙম্লবোইদবনি। শোয়দ্রিঙৈদা চেকশিনবা তাবনি।

'চাম্মা তবানিথোই। চাউবা। মযাম যাবব্রা?

'যাবে।'

মখূত্তা মুক নমখি। ভোট থাধবগা থোবকই।

'চনী কুনমঙা, অপাবী।'

মথং মথং ভোট থাধনৈ। মথং অমমুক চংলকই, 'চাদ্রি হুমফুমঙা ইবেচা।' চংখিগে তৌই।

'ঙাইখো।' অমনা খাল্লকই।

'কৈতৌবে নহা? ঐ ইবেচানি।'

'নচা কয়া শুবে?' ময়াম ৱা নোকই।

'লৈশাবী ঐঙোন্দা ইচা কয়া শুবে হংলিবা কবিগীনো ?'

'ইবেচাদি লৈশাবী নত্তে। তোম্বগী মহানুবীনি। মচা মঙা তকক শুবম্লগনি। চহী নিফুতবেৎ শুগদবনি। নমায় অদুক নহা ওবিবা নঙনা চহী শুবা যাবোই। ইবেচা থাবকউ।'

'মবাই ভোটসি অবাইবনি। লৈশাবী ওইবিবী ঐঙোন্দা ইচা ইৱা হংবদি শাউনীংঙি। নঙগী চেসি শোগাইজম্মুবা ?'

'তৌনু। তৌনু। জেল য়ৌগনি।'

'য়ৌসনু। লৈশাজবিবী ঐঙোন্দা তুম হংবদি য়াব্রা ?'

'নঙনা কনাই মৌ শাবগা চংলক্লদি হংতাবে। চুম্না লৈশা শাদুনা কৈদৌ লাক্তে নাক্তি।'

'দুদি মহোয় ইনশিনবনি।'

'ফবে। ফবে। অদুদি থোক্লো।' ময়ামগী মকোক ওফিসাবদুনা তপ্না ইংথদুনা হাযখি। মদুদদি তপ্না থোকখি। কবিসু হায়বমদে।

কবিসু থোইদোকপা য়ৌদোক অমা থোক্তনা ভোট থাধনৈ। মথং মথং ঙাইনদুনা থাধবা চংলক্লগসু, মবী মবীনি হাযদুনা যাম্না থুনা থবক তৌবা ঙমখিদে। মী খুদিংদা চপ মান্ননাচেকশিন্না থবক তৌই। তোইনা তৌবা থবক নত্তবনিনা তপ্পী। মতম খবা খবা চংঙি। মী শাংনা লেপ্লিবা কাংবুনদি য়াম্না কুইববগুম খনবজাৎনি। লাওনবকই, 'কবিগীনো অদুক কুইবিবা?'

'মনুংদা কবি অবোনবা তৌবগে?'

'মীযামগী খল্লগা খবা থুজিনবীয়ু।'

মনুংদা লৈবিবা মীশিংসু পূম্নমক থুনা লোইশিন্দুনা পোথাবা পাম্মী। যাদদুনা তৌদবনি হাযবা মী কনানসু খঙখিদে। অনীং অনীংবনা অচুম্বা শকচবগী মতৌনি।

চাঙা হুম্ফু। ফতেমা বেগম।

চংলকপদা মফি জোন জোন লাওবা অমা শেৎলি। মমায খুম্মী। মশা অমতা উহন্দে। মখুৎসু ফি উপ্পী। মখোঙতদি খোঙউপ উপ্পী হায়দুনসু মশাদু উই।

'অমুক্তা শোমদা      ।' য়েংননবা হোৎনবকই।

খোম্থোক লাকপা মাযকৈদা মমায লৈশিন্দুনা (অমতদি উহনবা নত্তে।) হাযবকই, 'যাবদ্রা?'

'য়াবোই। মহাক ফতিমা নত্তে।'

'নঙদি কমদৌনা খঙলিবা ?'

'নত্তে হায়বিবসিনি।'

'মানি।'

'নঙ চহী কয়া শুবে?'

'হুম্ফু তবানিথোই।'

'নমায়দা থাধবিবা ফিদু অমুক্তা হাইগৎলু।' মমায় য়েংগে হায়দুনা কেন্দিদেটকী অয়া যাদ যেংননবা মহাক্না হায়বকই।

'নাবা মদুদি হায়গনু। মুসলিম নুপী অমদা মীযাম মাঙদা মমায় য়েংদুনা ইকাইবা পীজমগনু।'

'আলিমগী মীনি মদু তৌনুদা।'

'আলিমগী কৈনা কৈদৌদে। মাবু চাক চাদনা শজিক চাব্রা ?'

'তুদি হায়নু। চাচানি হায়দুনা খাঙ্গে খাংবনি। চিন ফজনদ্রদি শিকি অমৈসু মী ফুম্নবনি।'

'তুদি মাদি কৈগী লতিমা বেগম ওইবগা, ফতিমা বেগম্নি হায়দুনা কাবক্নি? তুবু য়াব্রা?'

'তুতনি নঙনা কাবল্লিবসি। মাদি ফতিনি।'

'নত্তে। লতিমানি।'

'ফতিমানি।'

'লতিমানি।'

'ফতিমানি।'

'লতিমানি।'

অসিদং হায়নবদা কন্না কন্না ঙাংনবক্তুনা কাদু পুমনিন নিলখি। মীচং মীচং চংনদুনা লাওনবকই। খৎনবা, শা লান থোক্লবগা চপ মান্নাখ।

'ঙাইখো। ঙাইখো।'

তুমনি লৈনৈ। তপ্পা হায়খি, 'নখোয় মবৈ য়াম্না তৌনববনিনা নুপীসি মীয়াম মাঙসিদা অচুম্বা খঙননবা শক অমুক্তং খঙননবা যেংলসি।'

'মীয়াম মাঙদা মুসলিম নুপীগী মমায় যেংবা হাযবদুদি হায়বীগনু ওজা। আল্লাহনা য়াবোই।'

'অদুদি আল্লাহনা য়াগদবা, মশক খঙননবা অতোপ্পা পাম্বৈ অমা লৈগদ্রা?'

'দুতি য়াম্না লৈত্রপোৎনি।'

'ঙাইখো।'

'কৈদৌবে?'

'মবকসিদা ব্রা অমদি হাযহৌগে। কবিগুম্বা নঙনা ফতিমা বেগম ওইবল্লবদি ফৈ। মদু নত্তদুনা অতোপ্পা মী ওইবম্বা তাববদি নহাক মতম খবা জেলদা লৈকবা তাবনি।' মঙোম্দা অপান্ননা হাযবম্বদগী লৈথোক্তুনা, 'কমদৌনা মীসি মশক খঙদোক্কদগে হায়বীয়ু।'

ঙাক শেল্লিবা ময়ামদুদা হাযখি, 'পুলিস অমতা চংহল্লকউ।' ভোটতা কনানসু ব্রাথোক থোকহন্দুনা মতম হেন্না চংননবা তৌবা কনাসু পামখিদে। অদুম ওইনমক

অসুম্না মবৈ অসুম তৌনদুনা মতম মাংহনদনবা খবসু কিহন্দবা য়াদে। ফনা কুইবক্রে মতম মাংলক্লিবসি। মবৈদি লোইদ্রি। মপান্দসু ইবাং লাকপা য়াবি।

'কমদৌবা ?'

'মাগী শেৎলিবা মফি অসি খুবোম ফাওবতদি তাখৎহনবীয়ু।'

নুপীদু খজিক্তং মফি চিংখক্তুনা মখুবোম উহল্লি।

'মসিবু চহী হুম্ফুতবা শুববা নুপীগী খুবোল্লা ? মহাক ফতিমা বেগম শুকনৎ নত্তে।'

'নখোয় তুম তৌনু। মাসি আলিমগী মীনিনে।'

'আলিমগী মীদি অতোপ্পা মীসু ওম্বোকপা ঙমরা ?'

মপান্দসু মী ময়াম অমা ঙাইবিবনি। মতম শাংনা অমমমতা খাযদোক্তুনা মবী মবী লেপ্পদুদা শাউবকই।

'কৈদৌনবে?'

'কৈদৌবে?'

'নখোয় নশেন লোইশিলকে হায়রা ?'

কন্না কন্না লাওশিল্লকই। মনাক্তা লৈবিবা পুলিসশিং মিকুপ নাহুম শিংনা লৈ। ফিভম অমা শেমগৎলকই। লাংলিবা মযামদা কবিনো অমা খলহল্লি। মখোযনসু ঈঙ্গিৎ অমা তৌদুনা নমদুনা লাংহন্দনবা তৌই। মতৌদুদা খবা তপথখি।

'পুলিস ফোর্স অমা কৌশিল্লকউ।' হাযবগা, 'ঙাইখো।' অমুক হাযখি। 'পুলিস লাক্লবদি, মবৈ তৌনববনিনা লানবা চুম্বা থিদনা ভোর্টসিনা থাধবা লোইদ্রিফাওবা জেলদদি লৈবা তাবনি। নঙবু লতিমা বেগম্না ? নৎত্রগা ফতিমা বেগম্না ? কবিগুম্বা নওনা অচুম্বা হাযববদি কবিসু তৌবোই।'

'লতিমা বেগম্নি।' যাম্না তপ্পা হাযবকই।

'অদুদি শোমদা তুমিন থোকখ্রো।' ভোট থাধহন্দনা তুমিন থোকহনখি। মপান্দগী লাওবকই, 'কবিনো নখোযনা তৌবিবসি ? ভোটসু থাধহন্দে। চংবসু চংহন্দে। নুংশাদা অসুম ফৌহন্দুনা থল্লিবসি কবিগীনো ?'

'যাবে। য়াবে। মথং মথং অমা চংঙ্ডীবকউ।' মী থাজিনবা হৌননবা হৌবকই। মনুংদা ঙাংনৈ।

'য়াবসু য়াবোইদবদা আলিমগী মীনি কায়না ।'

'নখোয়গীসু মী অমতা ওন্ননা থাধবা যাবোই।

'মদুদি অঙম অঙম্বনি।'

'হন্দক্কী ভোটসি লোইবগা নখোম মায়কৈদু ঈশিং অমতা পীববোইদবনি। ঈশিংগী পাইপ পুম্বা কোল্লিং তাদুনা লৈহনগে।'

'ঈশিংবু নখোয় চাচাগী মবল্লা ?'

মখুবা মদোন ওইবগী য়াম্না নুংশিননা মিঙ্গৌ কায়নদনা মখোয় মশেল কৌনদুনসু,

ভোট থাধফম কা অদুদা মাগী মাগী চেঞ্জবিবা মীবেপকীদমক ফুনগৎনখি। অকনবা খোন থানৈ। মসিবা ইশানা ইশাগী মীহুৎ খনবা হাযবদুব্ৰু ? মীহুৎ খনবগী ফল অদুনা হান্না নুংশি চান্ননা লৈজবম্বা থুন্দুদা নপাক নপাক তানখি। নত্তবা উপাযনা থোং শাখিবা লম্বীদা মফম খণ্ডদনা ইবাক্লখি। অদুম ওইনমক লৈবাক শেম্বা লৈশেম্বগী তঙাইফদবা ফল অমদি ঙাইখিবা তায। পুন্সিশিংদা পীবিবা চৈথেংনা মসিগী ফল ওইবা য়াবোই।



## খঙহৈদবা পাউ

'হাৎকদবনি।'

'হাত্তোকউ।'

'মহাক্না হিংলিবা মালেমসিদা লৈহল্লোইদবনি।'

'শিবফাওবা মালেমসিগা শম্নহনগনু।'

'অহাংবা মালংদা মখোঙ ফ্রিং ফ্রিং কাওহন্দুনা হাৎকদবনি।'

'হাৎলো। হাৎলো।'

লৈবাক অসিদা হুবানবা কন্না কনখৎলকপদৈ কনানসু খাংবা ঙম্নদ্রদুনা মী খুদিংমক্কী থম্মোযদা লৈবিবা ৱাখল কযাদু ফোঙদোক্লদুনা হাযনখি। অবোইবা পোলোই ওইনা ৱাবেপ অমা লেপ্লকই। চাউববা দন্দি পীদুনা হুবানবা খুদিংমক কিহনগনি। অকি অখং পোকহনবা ওইনা অথুবা মতমদা দন্দিসু ফংহনগনি।

খুদক্তা হেক্তা হাত্তোক্কনি।

অহাংবা মালংদা পৃথিমাতাগা শম্নহন্দনা মত্তক্তা যৌবি থুবদুনা মখোঙ ফ্রিং ফ্রিং কাউহন্দুনা হাৎকদবনি। মসিদতা মীযাম্না পেন্নগনি। লেম্না থাবা অমতা যাদে। লৈবাকসিগী চৎনলোনচৎ, মীহাৎ মীপুন, হুবান চিঙ্খিগী মন্ত্রীনা ৱাশক্লুনা হাযখি। আইন শেম্মী। অমুক হন্না হুবানবা চংদনবা অঙকপা মওংদা কিহল্লি।

কনানবু খাংবা ঙমগনি।

ঙাইহাক লৈতনা হুবানবা চংঙি।

লুৎ তৌই।

পৈশা মুল্লি।

মফম খঙদবা পৈশা মশানা, মখোঙনা চৎলিবা লৈশা, লৈবাক্কী মমিং শিজিন্নদুনা নমদুনা মুল্লি। মীফা মীপুন তৌননবা পুলিসশিংনসু ৱাই চাইবগুম কোযনা লৈবিবনি। মদুমক্তদা হুবাল্লি। খাংবা ঙম্লক্লদুনা মখোযদা মবাল শিজিনবসু কোঙ্গাইনি। পুলিসশিং যাওনা হুবাল্লি। ফোঙনদি হায়নবা ঙম্নদে। লোন্না হায়নৈ। লোন্নালোন্না হাযনবপ্পদগী খবা খবা মকা ফোঙলকই। তপ্পা

তপ্না অসুম্না শন্দোলম্বদগী খঙহৌদনা অকনবা খোল্লাও ওইবকখি। কমদৌনা হুবানবনা অসুক শাথিনা কনখৎলক্লিবনো ? থাজবা শুকওম ওন্নখিদে। খুবক হাংদনা পুলিসনা শৌগ্রী যুংবগুম য়ুংদুনা অসুক কন্না লেপ্পুনা হুবানবা ওাক্লিবা মবকসিদা কমদৌনা হুবানবা চংবা ওন্লিবনো ? লৈঙাকপা শাদুনা মখোয় হুবানবা য়াওবত্রা ?

ঙাইহাক লৈতনা লাকই।

পৈশা পীয়ু।

পৈশা অসুক পীদ্রবদি ?

অকনবা মওং, কল্ল কল্লবা ব্রা হাযবকই।

লৈকাই অমতা, কৈথেল অমতা, খুন অমতা হুবানবা চংদবা যাওখিদে। অমতা খাক্তনা চংখি। হুবানখি। শাউনখি। শাউবদা অবোইবী থাখি। ঐগী অদু হুবানখি। ঐগীসু অদু লৈবমদ্রে। লৌত্রমাল্লে। নুংথিল পোবোগুসু হুবাল্লি। অমম্বদসু হুই। অঙানবদসু লৌই। মতম (অযুক, নুংথিল, নুমিদাং) হায়বা অমতা লৈতনা পংলৌদা লৌই। খাংবা ঙমদে। মী অযাম্বগী পোমাং চৈমাং তৌববনিনা খঙলুবা খুদিংমক খোইশাউনহনখি।

খাংবা ঙমদনা ফুদোবকই।

'হাৎকদবনি।'

'অফংবা মকমদা হাৎকনি।'

'হুবানবগী তবানি, মপুগী নোংমা - খঙগনিদনা।'

মীপুম খুদিংমক মসিগী নুংঙাইতবা হকথেংননা ফংলবনিনা হাত্তোকসি হাযবদা লোইংমক যানখি। হাৎকদবনি হাযবসু যানৈ। মন্ত্রিগী ব্রাতাদা হেন্না নুংঙাইবিবদি, হকথেংননা ফাবিবা মফমদুমক্তদা হেক্তো হাৎকদবনি হাযবসিদনি। মযাম পূম্বা ব্রাফমদুদা পূন্না হবাওনখি। হৌজিক্তি হুবানগে খনবসি হিংবা অমসুং শিবা অনীগী মবক্তা খোঙ থাংজিনবগা চপ মান্নবকই।

নাবেংহল ফাবে - থৌবি যানখ্রে।

হুবাল্লাই ফাবে - মঙক্তা থৌবি থুদুনা হাৎখ্রে।

তাকুলাই ফাবে - মাসু কোঙ্গোই থুদুনা হাৎখ্রে।

হুবানবা কযা ফাখি। মথং মথং হুবানলল্লিবা মফমদুদা খুদক খুদক্তা হাৎখি। মীয়াম পূম্বা হুবাল্লুবা তাববদি কবি কবম্বা দন্দি ফংবগে খঙহনখি। পাউ তাবদা হবাওনৈ। ঙবাং নুমিদাং শ্রী চাউতোনগী মযুমদা হুবালহল হুবানবা চংলম্বগী ফাদুনা নুমিদাংগী পুং অমমখায় তাবা মতমদা মঙক্তা থৌবি থুবদুনা মফমদুদা মীযাম মাঙদা হাত্তোকখ্রে। অসুম্না পাউ পূন্না পাক্লা শন্দোবকপদগী হুবানবা চংবগী পাউ খজিক খজিক হম্বকই। পূমতোক তোকখিবদি নত্তে।

২

মবকসিদা অবোনবা পাউ অমা শন্দোবকই।

মন্ত্রি ময়ুমদা হুবানবা চংলম্মী।

'অশেংব্রা ?'

'অশেংবনি।'

'মফমদুদা হুবানবা হাৎপগী পাউ তাখিদে।'

'থাদোকস্রে।'

'কবিগী ?'

'খঙদে।'

পাউসি লোন্না লোন্না শন্দোকই। হুবানবা চংলম্মী হায়বসি খবদি খঙনবগুম তৌই। পাউসি শন্দোকপদসু চুম্না হায়নদে মনাকোং, মনাকোং মযাদা হায়নদুনা অবোনবা ওইহন্দুনা শন্দোকই। কবিগীনো ? ইচম চম্না খঙনীংনা হেক হংলুববা অমতা খঙদবগুম অখঙবা পূম্না চেনখি।কবিনো অমা মসিদা লোৎশিল্লব্রা চিংনৈ। মহাকপু মন্ত্রিগী নকনবা মবী মতাবা ? নৎত্রগা কনাগুম্বা অচৌবা মী অমা ওইববজাৎলা ? হৌজিক্কী অচৌ অশাংশিংদা হুবান্দবা হায়বসি অতাংবনি। লোইনমক মফম খঙদনা মওং অমদা নৎত্রগা অমদা হুবানবা ঙাক্তনি। মসিনসু চিংনবদা হেনগৎহনখি। অশেংবা খঙদবনিনা তশেং তশেংনা হায়বসু ঙমদে।

মন্ত্রিনবু মদুমক তৌবমগদ্রা ?

লৈবাক অসিদা হুবানবা অমতা লৈহল্লবোই হায়না অঙণ্বা থাক্তা হোৎনবিবনি। অকনব' নিয়ম চলাইবিবনি। মহাক্কবু হুবানবা ফাবগা লেম্না থাদোক্লমগদ্রা ? চিংনবসু লৈখি। মহাক্না অদুম্না থাদোক্কদবা লৈববদি মীযামদা কবিদা হুবানবা হেক উবা মফমদা লোইশিন্নবা কবিগী ইনশিল্লি ?তমথিবা মওংদা দন্দি পীননবা হোৎনবিবা মহাক্না মশামক্কী নিয়ম্বু থুগায়জগদ্রা ?

৩

খঙহৌদনা ময়ামদগী খ্বাইদৈ হেন্না তমথিবা, হুবানবা অহৈবা দাকু দকাত্তি ফাবে। ময়াম নুংঙাইনৈ। মী ময়াম মথং মথং ওমশিন্দুনা যেংনৈ। ফাবা ঙমদদুনা কুইনা লুম্লক্লবনি। খুদক্তা ফাসি তৌদুনা হাৎপগী মহুৎ ময়ামদা ব্রাহং পাউহংবগী মতৌগুম ফাদুনা থমখি। মী কাংবু অমনদি হাত্তোক্লসি হায়ববনি।

'কৈদৌনবা থমগদৌবিবনো ?'

'হাত্তোক্লসি।'

'ঙাইখো।'

'কবিগীনো ?'

'মবী থিখিগদবনি।

নত্তে। মাবু কমদৌনা ফাবিবনো ?

অহল ওইবী নুপী, হনুবী কিগনম্ববী অমা লৈ। অহিং থেংলক্লবা মতমদা তুম্বা কয়া যাগন্দে। হেক হেক হৌগৎলি। ঙবাং অহিংদি মহাক্কা থংননা লৈবিবা দুকান অদুদা মফম খঙদবা মখোল থোবকই। অহিংদা ভূৎ থোক্লবগুম কি। দুকান ফকখিবগী মখোল অমতা তাদনা মনুংদা মী লৈবগী মতৌ অসুম তৌবদুদা থাউমৈ অকাপ্পীদু লৌথোক্লবগা থোবকই। হুবানবা চংলম্বা ওইবমগনি খনবা তাববদি থোবক্লন্নবোইদবনি। কিজনা লোৎলমগনি। অকিবগী মমাঙদা থৱায়না কবিসু তৌজবা ঙমজদে। হেন্না লোৎচবগা নুংঙাইজবা হেল্লি। থাউমৈ অকাপ্পী কাপশিল্লুবা অদুদদি দাকু দকাতি কন্না চেপ্পোবকখি। কদোমদগী চেপ্পোবকপনো হায়বসু খঙখিদে। মতৌ অমনি। অহিংদু মথন্তা অসুম লৈব কিবক্লুনা দুকান মপু লাক্লনবা পাউ পী।

পাউ পীকুবদা, অহিংদুদা দুকান মপুসু মপা মচা হৌনদুনা লাকখি। মপোৎ মচৈ কবম কবম্বা মাংখিবগে হায়দুনা কুপ্পা য়েংই।

'কবি কবি পুখ্রে ?'

'পোত্তি পুখিদ্রমাল্লে।'

'হাযবিসিবু ?'

'পুবদি লাইবদনা মাগীদুম থল্লম্মী।'

'কবি হাযবা ?'

'মপোৎ অতাং অতাংবা কযাসু যাওবি।'

অসুম্না থোঙ মচেৎ অমা হাংলদুনা ঙাইহাক ৱাবী শাই। মপুক্লীং নিংকোক নিংকেক্লা য়েংলিঙৈদা, শকখঙদবা নুপা অমা পোৎ অমা লৈজগে হায়দুনা লাকখি। নোংঙাল্লমদাইসিদা পোৎ লৈগে লাক্লিবসি খম্বকবদা ৱাখলদা কবিগীনো লাম্বা ফংখিদে। মতমসি কনানসু দুকান হাংনবা মতম নৎখিদে। মযাম পূম্নমক্লা চঙক্লবিঙৈদা, হনুবীনা, 'নঙ অমুকসু লাক্লিব্রা ?' হংলুবদা চেনগদবগী তৌবকই। মতৌদুদা মপা মচা অনী চংদুনা চপ্লগা ফাখি।

'হুবানবা ফাবে।'

'হুবানবা ফাবে।'

মযাম যা খা লাঙনবকই। মফম খঙদবা মী কযা লাকই। কোযশিন্দুনা য়েংই। মশক মশাদু উবগা শাউনা হংখি।

'শিবা কিদবা,হুবানবদু কনানো ? নঙলা ?'

'মানি। দাকু দাকাতিনি।' মী অমনা খুম্নকই

'ফনা হৈববসু নোংমা নৎত্রগা নোংমদি অবানবা তৌবা হাযবসি ফাবা তাবনি। মসি মপুগী নিযম্নি।'

'নঙ শিননবা পুক্লীংদা অশিবগী ৱাখল শাগৎচবো।'

'কবখ্না মহাক্তা হুৎলু হাযবগে ?'

'নঙ হাত্তবদি য়াববোই।'

'শিবগদবনি।'

মপুক্লীংগী ব্রা পুথোক্লুনা অমসু অমসু মানা মানা থোকপা পঙাং ঙাংনৈ। পুন্সিদা কোকপা ঙমদবা দাক হায়বসি পুক্লীংদা চুখিবা নুংঙাইতবগী মলোম অসিনি। নোংমা পোপথোবকপা মতমদা চপ চাবা পাউখুম অমা মতাং চাবা অমদা থেংনবা তাবনি। থেংনখি। কনা অমতনা মহাকপু কন্ননবা ব্রা হায়বক্তে। হাৎপা তুপ্পগী ব্রা ঙাক্তনি ময়াম পূন্বনা ঙাংলিবা।

'হাৎলগে।'

'ঙাইখো। খাইখো।'

'কবি ব্রাৎলিবগে ?'

'ব্রা অমতদি হংখিসি।'

'কবি ব্রা ?'

'হুবাল্লুবগী, হুবানবা চংবগী ব্রা অমতদি হংখিসি।'

'চুম্ব্রা হাযযু।'

'কবিবো ?'

'নঙ নঙ মন্ত্রিময়ুমদা হুবানবা চংঙি হায়বসি চুম্ব্রা?'

ব্রাহংসিদা মহাক তুমিন লৈখি। খুমখিদে। মচিন পান্দবদু মঙাই। কৈদৌববা ?

'মসি খুমদেনে।'

কবিনো অমনা থিনজিনখি। ঈ কাপথোবকই।'

'অচুম্বা হায়দোবকউ।'

'হাযদোকচবক্কে।'

'হাযযু থুনা হাযগদবনি।' অমুক্তসু ফুজিনগে তৌই।

'হায়জবগে। অচুম্বু হাযজবগে।'

৪

তশেংবনি। মন্ত্রিময়ুমদা হুবানবা চংখি। নুমিত্তু থামম্বা হিংনি। মঙাল মচেৎ অমতা তাইবঙদা উখিদে। মী অমগা অতোপ্পা মী অমগা ফুৎখায় অমতং লাপ্পখিবদা লৈ খঙনদবা নুমিৎনি। মদুগী মথক্তা নোংসু ফুদিং ফুনা চুখি। হুবানবা, কনাগুম্বগী ময়ুমদা চাউনা হুবানবা চংগে খল্লগদি নোং চুবা অহিংদা চংবনা খ্বাইদগী হেন্না খুদোং চাই। নোং চুবগী মখোল মবক্তা হুবানবগী থৌবাং চত্থবা য়াই। কনাসু খঙগন্দে। নীংতম্না থবক তৌবদা অকিবা লৈহন্দে।

কন্না থবক তৌবিঙৈদা মখোল অমা তায় হায়দুনা য়েংথোক্লবদা মঙাল কাপশিল্লকই। মায়দা চপ চানা তাখি। খংপ্রেক খংঙি। শক খঙহন্নীংদ্রবসু কবি উপায় লৈ। মায়বু মপুম ফানা উত্থবদা কবম্বা উপায়না লোৎশিনবা ঙমগনি? ফোঙদোকপা তাবনি। মশানা মশক তাকথোচখ্রবনি। হন্না লোৎশিনবা য়াববোই। উপায় লৈতনা মায লুথদুনা তুমিন লৈখি।

'নঙ কৈদৌবিবনো ?' ব্রাহংসি হংলকখি।

'অহিংসিদা নহাক কৈদৌবিবনো ?' অমুক্তা হেন্না খোল তপথবদুনা মেংনা হংলকই। নুংশিবা অমা য়াওই।

'অহিংসিদা খোঙ ফক্তায়গদৌবিবসি করি তৌগে হায়বিবনো ?'

ৱাহং খুদিংমক্কী পাউখুম অমতা পীখিদে। তুমিন লৈশিনখি।

'মপান্দা অদুম লেপকনু। চংশিল্লকউ।' কৌশিল্লকখি। মতৌদু অদুক নুংশিবা মওং অমা থেংনখিদে।

চংশিনখিবদা, মী উখিগনি মতাগুম অবোনবা কা তম্না পুশিন্দুনা লোৎশিল্লি। মী খঙখিগনি মতাগুম ৱাবী শাই। 'নঙসি য়াম্না নুংশি। ঐখোযসিদা শিহন্নীংদে। শিহনবদি লাইবদুনা নঙ ফাবগী ৱাথোক অমসু থোকহন্নীংদে। ঐদি মীয়ামগীনি। নঙগীসু য়াওবিবনি। অদুবু পূম্নমক্তা নথন্তগদি মান্নবা যাদে। ময়াম লৈবগদি, মীযামগী মীচং চংগনি। নথন্তা লান্নবদি নঙগী মীচংনি। মতুংদদি নঙ ঐগী য়ুমসিদদি অদুম্না খক তৌগনু।'

মতৌদুদা কৈদৌবনো খঙদে, তুমিন লৈখি। চা পুথোবকই।

'চা থকউ।'

চা লৌখত্তুনা থক্লিঙৈদা হাযবকই, 'নঙসি মওং অমা নৎত্রগা অমদা হিংহনবা পাম্মী।'

'ঐসু হিংবা হায়বসি তঙাইফদবনি। কবিগুম্বা মওং অমা তৌদুনা পুক্নিগী লম্বীসি তানবা তাবনি। নৎত্রগদি অদুম্মক শিগনি। হিংববু পান্দম ওইনা থম্বা ঙমদ্রবসু থৱায়সিগী খন্থদুনা হিংননবা হোৎনবা হাযবসিদি তঙাইফদবনি।'

'মদুনবা নঙনা হুবাল্লিবসি।'

'মানি। থৱায যোক্লনবনি।'

'নঙনা পাল্লিবা কয়াদু হান্না হায়বা যাদব্রা ?'

'মদুমদি খলহৌদ্রে।'

'ফবে। হৌজিক্তি নঙ চৎখ্রো। কনাদসু ৱাফমসি হাযদোক্কনু। নঙ মফমসিদা হাৎহনবা যাদে। ঐগী য়ুমদি লাইশঙনি। মী অশিবগী মোংফম খক ওম্থোকহনবা যাদে। শে পৈশাসিনা নঙগী কান্ননবা শিঙ্কক। মতুং অমুক হন্নদি ঙসিগুম য়ুমসিদা অমুক লাক্কনু। ৱাফমসি কনাদসু হায়দোক্কনু। কবিগুম্বদা ঐনা, কবিগুম্বা অপাম্বা থবক লৈবগসু নঙবু কৌবক্কে শোইদনা লাকক্কে।

❖❖❖

## শকখঙদবা নুপা অমা

ৱাবী অমগী অহৌবসি কমদৌনা হৌগদবনো খঙদে। হৌফমসি য়াম্না লুই। মদুগীসু মথক্তা শকখঙদবা লম্নানবা নুপা অমদা ৱাবীসি কমদৌনা হৌকগনি ? বস তোঙমিন্নবনি, নৎত্রগসু থাও ফংনদবগী মতম শাংনা মথং মনাও নাইনা লেপমিন্নবনি হায়যু, ৱাবীসি হেক্তা হৌবা যাই। মফম খঙদনা ৱাবী শানদুনা মতম তপ্না তপ্না হৌহনখিগদবনি। খঙনদবা মীদা ৱাবী হৌগদবা হায়বসি খনফম খঙদে।

'নঙ কুশুমগা কবি থোক্লে?' খঙহৌদনা মীওই অমা চংলক্লগা খংহং হংলকই। মহাক্না মফম খঙদনা চংলক্লগা হংলবিবসি কনাগী কুশুম্নো? কবি মবমগী মহাক্কী মবমদা খঙনীংলিবনো ? মী অমনা মী অমগী মবমদা চাননা হংলক্লবদি মবম অমা লৈবমগদবা মানখি। মবমদুনা খজিক্তং খঙ্গানহল্লি। মদুগীসু মথক্তা খংহং হংজিল্লকপা অদুদা চঙক্লে।

'নঙনা নহান গাডী মনিংদা পুখিবদু ?'

'মাবা ?'

'মানি।' নোক্লগা খুমখি, 'তামোগা মহাক্তা হান্না খঙনব্রা ?'

'খঙনৈ। মখোয়দতা ইয়ুমগুম্না লৈবম্মী।'

'মখোযদতা লৈবম্বা ?'

'মানি। তালৈশেম্বগী ময়ুমদতা ইয়ুমদৌনা লৈবল্লিবনি।' ঐনা চঙক্লনা লৈবদু উবগা অমুকসু হংলকই, 'নঙবু তাদদু খঙদ্রা ?'

'খঙগি।'

'কুইববগী ৱানি।' মখা তাবকই।

তশেংনা মহাক্না হংলিবা মহাক্কী মবুং, ইবাই অসি মহাক্তা হেক পোকমিন্নবদি নত্তে। মতম অমদা কন্না লৈশেমগনি হোৎনবম্বা অওনবা পাম্বা নহাবোলশিংগী অচৌবা, মকোক অমা ওইবম্বনি। হৌজিক্তি ময়ুমদা পোখাদুনা লৈবে। পুন্সিগী ইনখৎলকপা অমদি ঈ খেংগৎলকপদা লৈখিবা মওং অদু মঙোন্দগী পৃম্মাং মাংম্রে। হৌজিক্তি, হৌজিক্কী ওইবা মওংমতৌনা হেন্না লুম্না অমদি তোঙাল্লবা মমল অমা হুনগত্তুনা হিংননবা হোৎনবি।

২

শাংনা চেহ্বত্রবা ঈচেলনি। হনগংলক্লবোই। মতমদি মথন্তা মশাগী খোঙচৎ শেমজদুনা তপ্পা তপ্পা কনাগীসু য়েংলম্বা তৌদনা অসুম চেহ্বত্রবনি। লোইনমক হোইদুনা পুখি। হোংখি। মফম খঙদনা পুনশিলহল্লি। চাইথোকহল্লি। হৌখিবগা য়াম্না খেন্নখি।

মঙনি।

মঙমক নৎত্রবসু, মঙগা চপ মান্নে।

ঐখোয় মঙা তকল্লি। অয়াম্বা মতমদা পুনখি। অহিং ওইবক্লগদি কায়নৈ। নোংঙানবগা অমুক পুল্লি। ব্রাবী শানৈ। তৌগদবা থবক লেপথোক্রে। অহিংদা কদায়দা লৈগনি? কৈদৌগনি হাযবদি হায়দোক্লদে। কবি থবক্কী মফমসিদা লৈবিবনো হাযবসু হায়দোক্লদে। মতম খুদিংদা মফম খঙদবা ব্রা অমা ইবোইতা লোয়নদুনা লৈবিবনি।

'কুশুমসি নঙগী ?'

'মানি।'

'মানসু ঐ খঙবনি। ঐগী মিং থৌবা কৌই।'

নোংমা কুশুম্নসু হাযখি। তাখি। মখুৎ য়াম্না চুম্মী। থবক্কী মীনি। ব্রাখল মোন্না মোন্না থবক্তি ইতৌ তৌদনা থবক তৌবা শাদুনা লৈথোকপা মহাক হৈনদে। মশাসু কন্থা কবিংনৈ। নহা ওইবিঙৈদা হায়ঙম শিঙমদবা কযা তৌবকপগী মমি মশাদা ফুদোংদুনা লৈ। মতৌ অমনি। পুক্সি হায়বসি লৈবিবা মওংমতৌ অদুনা লোইববনি। অতোপ্পা মওং অমতনা মসিগী ফিভম অসিদা চাশিন্নবা যাবোই। খোল্লিবা থৌদোক ব্রাথোক্তা যাশিন্নবনবা হোৎনগদবনি।

'তা থৌববু ।'

'কবিনো হাযযু।'

'শাউবক্লবদি।'

'শাউগনবা মানব্রা ? শাউবোই। হাযযু।'

'তামোবু কন্থা কবিংনদুনা অসুম লাক্লব্রা ?'

'নঙনা হায়বিসি ।'

'তামোনা অথোৎপা থম্মোয়গী ওইবা ব্রাবী অমতা ।' লোইশিনবা ঙমখিদে। লোইশিল্লুবগা কবি হায়বক্কনি? ব্রাখলদা শাজিনবা ঙমখিদে।

'নঙনা খঙগদবদি জীব খুদিংমক থম্মোয় পানবনি।'

'অদুদি তামোগীসু ।'

'লৈ।' য়াম্না চাউথোক্লা খুন্নকই। তাইবঙ মীওইনা পোক্লবা নুপানা, লৈ অমতগী মনম নমদনা লৈবা হৌনদে। থম্মোয হায়বসি হকচাং মনুংদা লৈরুবনা মপাঙ্খোংদা মমি তাদবনা অতোপ্পনি।

৩

চৎখ্রবা মতুংদা ময়েক শেংনা অশোয়বা কয়া তাক্লকপা পুন্সি খোঙচৎনি। লাক্ত্রিঙৈদদি কবিসু খঙদনা ঙাইদুনা অসুম লৈখি। লাক্লবদি নুংঙাইগনি। পাঙ্গল হাপকৎলি। চোকথবা নাইদে। লাম্থোকখ্রবা মতুংসিদদি অমুক হন্না মনিং হনহনবা পান্নকই। চৎখিবগীদমক পাম্মুবকই।

ইনখৎলকপা মতম্লি।

মী লাই কিখিদে। পূম্নমক নমথগনি খনখি। হেন্না তমথিবা, শাথিবা থেনকুবগী ব্রাবী শানবগা হেন্না নুংঙাইখি। অকন অথৌ শাদুনা ব্রাবী কয়া লীখি।

- থোইবনা অফাও শাবকই।
- কৈদৌবক্লিবা ?
- খৎনবা হৌবিবনি। ঐনা অমুক্তং চাউববা খুতুমসিনা মমাথ অচৌবদুদা লৌথবদগী তুমিন লৈখ্রে। তুম্পক তাশিনখি।
- কমদৌবিবা ?
- মখূৎ অনীনা মমাযদু খুন্নগা লুকথদুনা লৈখ্রেদনা।

মহাক ইকাইবমগনি।

- ইকাযদদি কৈনো? নুপী মমাঙনি হাযদুনা ব্রাজাউ ঙাংবমখৈ ঙাংলুবগা তথোৎসু তাবিবনি। ইউ উনবিবনি।
- তামোগী লৈদু ?
- মাবু মাবুনি।

মমিংদু তখেল্লৈ হাযবা নৎত্রা ?

- মানি অমতনি। নচে তথোৎ, তখেল্লৈগী ব্রানি।

মহাক্লি। থোইবনা মতম খুদিংদা শংজদুনা লৈজবনি। মিকুপ অমতবু থাদোক্লগ্লোই। কনাসু মনাক নকহনবা তৌদনা শংজবনি। শঙ্গ লৈবা, পৈশা পাযবা, মী কিদবা থোইবনা মাগীনি খঞ্জে। মনাক্তা মী অতৈ চংবদা হু কাম্মী। কনানসু চংবা যাখিদে। হৌদোং পানা হৌদোংপী শংবগুম মনাক্তা হেক নুপা অমা চংলক্লবা ঙংঙি। শাউই। খোৎকদবগুম তৌই। কবিগুম্না খজিক্তং হেন্না চংশিল্লক্লবদি চিকখাযগদবগী ঙাইবদু মঙাই। তখেল্লৈবু মহাক্কী থম্মোযদা অনৌবা ইনোৎ হাপ্লক্তে হাযদুনা ওলাংই। অতোপ্পগী ঈথক ঈপোম কাবক্লবসু হুন্দোকখিগদবনি হাযদুনা ধপ তৌই। তখেল্লৈগী মশাদা মহৌশাগী লৈনম কাখৎলকপগীসু নুংঙাইতে। লৈনমদু চেলহনগনু তকই। লৈগী লৈনমদি মশাদতা পক্লুনা লৈজবগসু শন্দোকপা তাবনি। মসিদবু শাউফম থোকপ্রা ? কনাগী মনাতোন যৌহন্দনা লোৎশিনবা খক ঙল্লোই। মনমদুননি থৌববুসু চিংলিবা। মনাক্তা চৎখি। মনম ফাওবকই নকশিন্নবা মনম নম্নীংহল্লি।

ব্রাবী শাকই। শাবা হৌজিল্লুই।

- খঙদে নিঙোল ওইকুবনা ।
- কৈদৌববা ? খঙননবা থিযু। হেয়া মশক থোকহনগনি।

- মশক্তি থোক্লক্লবনি। শক্তিনা নমথনবা হোৎনবি। খঙবীগদবা কনাসু লোত্তুনা লৈখি।
- কনাদনো নঙনা খঙহন্নীংলিববু ?
- হায়দ্রবসু য়াবে। ঙাংনবিবা ৱাসি তাবদি তাবীয়ু।

ৱাবীদি খজিক্তং শানে। পাউদি থম্মোয় ইহাংদা হাংদোক্তুনা ঙমখে লৈত্রবা, লোইবা নাইদ্রবা ৱাবীগী পনখৈনি। তাইবঙ মীগী পান্দম্লীংঙাই লৈত্রবা খোঙচৎনি। পুক্লীংগী লীচিংবু কনাগা কনাগা হৌনগদগে? হৌনকদে। মথন্তা লাকখিবনি। নোংমা মফম খঙদনা মথন্তা চৎত্রবসু থাদোকখিবা তাবনি। ফাকবা য়ারোই।

উকবগা থোইবা লৈঙমখিদে। হায়বকই। অদুবু খঙশিন্নখিদে।

- মীগী মচাশিংসি য়াম্না ফাওবমাল্লেদা।

শাউনা অমদি উশিত্তবা ৱাঙাংনি। মতৌদু মতা অমনি। মশাদা ইথোই থোই হায়বসি থোইবা কৌকববনিনা অসুম্মক উথোকই। উশিৎখিদে। তথোৎনসু তাক-উকনু হায়।

নুংশিদে। শিত্রবদি ফগনি।

হাত্তোকউবা ?

নঙনবু মহাক হাৎলবদি নঙনা হাযবিমখৈ ঐ যাবগনি।

- হুম! মীহাৎপনি হাযদুনা কৌবীবোই।
- নত্তে। নঙনা হাযবিমখৈ তশেংনা যাগনি।

অকনবা ৱানি। কয়াম য়াম্না নুংশিদ্রবনো খঙদে। মবক মবক্তা কন্নসু তকই। ৱাসি তাইবঙ মালংপানবদা ঙাংবনি। তাবনা ইনাকোংনা তাববসু, হন্না য়ৈববদি পুক্লীংদনি। শাউহল্লিবসু থনুংদনি। ঙংদুনা লৈ। নোং নুংশিৎকুম শিৎলি। শিংনবা অমসুং শাউনীংবনা থৌনা হাপখি। নুপামচানি। নুপামচাগী থৌনা পুথোক্তুনা লম্না পানীংঙি। শাউনীংবা মতাং য়াওববসু তাশিন্নদবা কযানি। হকথেংননা শকহেন পান্নোম ঙানবা য়াবা মতাংথোক্লবদি খঙগনি। ৱাখন্নুংদা খল্লি।

নোংমদি তাঞ্জা লাকখি।

- নঙ নৎত্রা থৌবা হাযবিবসি ?
- কবি তাকপীগদবা ?
- তাকপা তাক্তবা খঙফম থোকপনি। মসিদবু অমুক তাক্লবা ঙাইনখিদ্রা ? নশানা খঙনা হন্দোকউ।
- নঙনা হায়বিবদু কবিনো হায়বা ঐ খঙদে। খঙনীংবসু পোক্লদে।
- মসি য়াম্না তাখৎলিনে। নঙ ঐবুদি খঙত্রা (য়াম্না কলক কঞ্জাউননা হংলকখি) ?
- খঙদে হায়বেদনা।
- খঙদ্রবসু খঙগদবনি। থোইবা কৌই। মফমসিদা লাক্লিবা অবিংবা লিখৎপা খুদিংমক খুতে থিনা তেহন্ননবা লৈবিবনি। নঙবু ।
- মদুদি হাযবা যাবা মীদা হায়কবনা ফগনি।

- নঙ (মখূৎ মশা য়াওবকই)।
- মদু তৌনু।

নমদুনা ফাবগা লৈথেকই। মী ময়াম্না কুম্মেগুম য়েংনখি। থোইবদা অদুম্না তৌবা ঙমগদবা মী পোল্লমগদবা মান্দে। পোক্লম্বদা ঙকপগী মতৌনি। থাজদবা মফমদা থাজবা ওক্লে হায়বগী থৌদৌনি। থোইবসু থাজদবগুম ঙম্না য়েংলকই। মমাঙদা থেংনখিবা মখোয় কয়াদি, সিগুম্নবা মতমদা মমায় লৈদুনা চংখিবনি। মান্নবমদে। কিনৈ। মদুগীসু মথক্তা মপা অদুগী মচানি। খৎনকবগা ফাবা পুনবা তৌবগদ্রা ? পুলিস অচৌবনি হায়। ব্রাখলসিনা নমায় লৈথোক্তুনা হন্দোক্লবগী মবমনি।

- নঙ ঐঙোন্দা নখূৎ থাববনিনে।
- থাবা নত্তে! ইশা কঞ্জনবা ঙাকথোকচবনি।
- অদুবু হনবদি হল্লেদনা।
- ইশানা ইশাগী ফননবা তৌজবা হাযবসিদি তাইবঙ পোকপীনা জীব খুদিংমক্তা পীনবক্লবনি।

নঙসু মতম পৃম্নদা ঙাকথোক্লনবা হোৎনৌ।

- মদুদি তাকপীদ্রবসু যাজবে।

ব্রাবীদ্ তাবদা তখেল্লেগী হম্মোযদা দং লাওনা পার্নখি। অদুম্না তৌবক্তনি হাযবা খনবফা ওবা খল্লুদে। মথৌনাদুগীদমক থম্মোযদা হুন্না হায়া যৈবকখি। মযুমদগী চখোকপা তল্লন্নবনি। ঙাকপী শেনবীনবা অমা লৈতে খল্লন্নবনি। আশা মচা অমা তপ্পা তপ্পা কাখৎলকই। ইনোৎ হাপ্লে। অঙম্ব' মী লৈ। থোক্লকই।

- তথোৎ ঙাইখো (মহৌশাগুম থোইবসু হাযবকই)।
- ঐ অথুবনি। থুবে।
- মদু ওইবগসু, ঐনা খাল্লিবনি।
- খাম্বীগনু।

হাযনবিঙৈদা কদোমদগীনো মফম খঙহৌদনা থৌবা লাকখি। হংলকই - তখৈল্লে কদায চত্তোইনো'?

- ইমান্নবী অমতা উনবমগে তৌবনি।
- অদুদি থিনবীবন্নগে লাক্লোদনা।

থোইবা তিঙক তিঙক য়েংদুনা লৈহৌই। মদু পুক্লীংগী ব্রাহম্বোক অমনি। মথম্মোয়দা ঙংদুনা লৈ। নঙ খঙলোইদ্রদো। অমুক্তং লোক অপ্তা নমশিন্দুনা মপাদা য়ৈহনগে খল্লি। মহাক্লা মতম অমদা থোইবম্বা মতৌদু পুম্মাং মাংখি। মমান্নবা ময়ামগা পৃন্না অবোইবা ব্রা খন্নখি।

থাং তেন কন্না চংনবম্মী। শিংজং মচা যেপ্পা, থাং যেপ্পুনা পুদুনা অকন অবিং শিংবা কন্না তৌনবম্মী। খৎনবা শাউনবদা থিন্নবগী, যান্নবগী পাউ তত্তনা তাই। থোইবসু থাং

য়েপ্লুনা চৎলে হায়বা পাউ শন্দোবক্কে। নোংমা শোয়দনা তখেল্লৈগী মবমদা মী শিনবগনি। হৌজিক্তি মুক্লবা, শিংনবা হৌরুববনিনা শোয়দনা অঙম তান্নবা তাবনি। মসিবু কমদৌনা খামগনি? শিনহনবা তাবিব্রা ?

তখেল্লৈসু মওং অমা তৌবে। থোইবগী কার তোঙঙগা চৎসি হায়বা য়াদ্রে। মতৌদুদা থোইবসু শাউবনা লোইবে।

- নঙনা অফাও শারিদু, ঐনা নঙবু ফাদুনা পুবদা কনানা থিংবীগনি ?
- তামচা (থোইবদা কৌবা মিং অমা) মদুদি তৌগনু।
- অদুদি গাড়ীদা থুনা কাখৎলু।
- থবক অমতদি চৎলুখিগে।

থুনা য়াংনা লৈবক মচা অমদা চংখি। মসিদনি থোইবনা মথৱায় চাক্লিবসু। মদুতা নৎতনা খুনদোনগী পুম্ত্রি অচৌবদা থৌবগা পূন্না ইকজমিন্নবগী পাউ ময়েক শেংনা তাখি। তখেল্লৈগা মমান্নবশিংগা পূন্না ইকজবিঙৈদা, খুদৈ মচা অমা শেৎলদুনা থৌবা চংশিল্লক্লুনা, মখোযনা লুবিবা চেংহি অদুদা মিৎয়েং থন্নদুনা, ইবেম্মা নখোয়না লুবিবা চেংহি মনমসি য়াম্না নুংশি।

ইতা তাদবা মতৌ মাল্লবসু ময়ামদু পূন্না নোকখি। পুক্লীংগী অথুপ্পা মফমদা ফিদা অমা থাবগী মতৌনি।

- চেংহি খুজোক অমতদি লৱায়সিদা থোমজগে।
- ইবুংনা চেংহি খুজোক অমা থোম্ববু কৈদৌগে ? থোম্বীয়ু।
- ৱাহৈসি তাজবদা পুক্লীং লুমজে। নুংঙাইজদ্রে।

ৱাহৈ অমনীদং ঙাংনদুনা চেংহী শম্বাল লাংমিন্নবৈ পাউতনা শাবা শনখি। পাউথোকই। থম্মোয পীনখ্রে। নুংশি থোঙজাউ হাংনপ্রে। পাখং লৈশা অনীগী অবেপ্পা পুকচেলনা, পূম্নমক্তা কলকহনখি। পাউসিনা থোইবদা হেন্না হেন্না অশাউ খাম্বী মৈহৌনহনখি। মশাদা য়েপ্লিবা থাং শত্তোক্লুনা হাইখি। হাৎলগে তুপ্লগে মতানি। মথন্তা মখ্যা চিক্লুনা শাউনা ঙংখি। খঙগনি হায়বগী মতানি। মদুতসু নত্তনা লাওই 'মাবু কয়াম কুইনা হিংবগে য়েংসি।' হৌনা লাওববনিনা ময়াম পূম্বা তানৈ। মীনা হেনজিনবা য়াবা থৌবা নত্তে। মহাকসু থাং য়েপখৎলকই। মখোয়তনা খূৎলায় পায়বগা অকন অথৌ শাবা ঙম্ত্রা হায়বগী মতৌনি। মীয়াম মমাঙদদি উখোক্তে। হৌদা হৌবকউ খঙগনি হায়দুনা শিংনবগী মওংনি।

মতম পূম্বগী শংলবনিনা থেংনবা তাবনি।

থোইবগা, থৌবগা মমায় মমায় ওনশিন্নদুনা থেংনখি।

- হে অঙাঙ (থোইবনা কৌই) !
- ঐঙোন্দবা (থৌবসু ওনশিন্দুনা হংঙি)?
- নঙ নত্তনবু মফমসিদা কনা লৈবিবগে ?
- কবি পাম্মী ?

অমগা অমগা অনীমক ঙংখৎনৈ। শাউবনা লুতোন কাববা থোইবা মশাদা য়েপ্লিবা থাং

মফম খগুদনা শত্তোরকই। তশেংনা থাং য়েন্থিবদি মহাক্তা নত্তে। কিননবা শত্তোবকপা থাংনিনা উত্তং উৎপনি। থৌবদি মদু খগুখিদে। মীনা হাৎলহনখিবা য়াদে হায়বগী মতৌনি। থাং শত্তোক্লগতা তোকখিদে। খিনখি। শাউনা থাং অদু উক উক লৈ। শাফু কন্না শাউনা খিনবনিনা থুম্নসু চংগি। থোইবা লোংনা তাখি। মদুদা তুখিবদুনা মপুক্তি চুম্লগী ওইনা তুথখ্রে। অমুক হন্না তাইবগুদা হৌগৎলকখিদ্রে। অসুম্না তৌকবদুনা থৌবসু ফোগুনা লৈবা য়াখিদে। মীবোৎ ওইখি। পুলিসনসু কোয়থি খিখি। ফাবদি গুমখিদে। পুক্তি পুম্বা লোৎশিন্দুনা পুক্তিশিংদগী চেনখি। থৌদোক্লা থৌদোকী মমৈ পায়দুনা য়ান্ননবা কোয়তান তান্নবকই।

৪

- নগু ! নগু ! নগু ।

মচিন্দা শাউনা শাউনা হায়বদুনা চৈ মথং মথং থাবকই। মখূৎ পেন্না ফুই। শিবগা পেনগনি। হাত্তোক্লগা নুংগাইগনি হায়বগী মতানি। ফুবদা পেনবা শুক্লাই নাইদবগুম্মী। চখোক্লবগসু হজ্জিন্নক্লগা হেক্তা ফুই।

- নগুসি হাত্তোক্লগসু পেনগদবা লৈতে।

মচিন্দা অমুকসু হায়। মখোয় পূম্বগী অচৌবা মকোক থোংবনদি 'ফুকনু। খগুগদবা পুম্বা খগুলবনিনা য়াবে। ফজনা থম্লো।' হায়বন্নবনি। মদু পুম্বা তাশিন্নদনা শা শন্দা ফুবগুম ফুখি। ফুবিমখৈ মখূত্তা অপেনবা অমতা লৈখিদে। তমখিবা মতৌ উংলি।

- নগুবু তৌকবনু (মমান্নবনা খাম্মি)।

- ঐ পেন্দে।

- নগুনা নগুগী পেন্নবা তৌবদা ঐখোয় পূম্বা চোপ্পা তাবে। পূন্না অবাফমদা তামিন্নদুনা তোক্লবগনি।

- ঐ মহাক হাৎলন্নগা শিগ্নসিবা খন্নে।

- মদু ওইবগসু নগুনা তৌবিবা নথৌগী ব্রাংমদা লৈববা মতুংদা তৌ। হৌজিক ঐখোয় পূন্না লৈমিন্নবিগুদা তৌবা য়াদে (লৈমিন্নবিবা সিফায় পূম্বনা খিংখি। ফাববা মী অমদা হজ্জিন হজ্জিন ফুবা য়ানীংখিদে। অদুবু ফনা খিংদুনসু হেক থেংনবগা ফুই। চুম্না থেংনবফাওবা খুবাক অমতং ওইববসু থাবম্মী)।

- নগু খগুব্রা (কবিগুম্বদদি মী উদবা মতমদা মতিন শিংচিনবসু য়াওই। খম্ববগা মখূত্তগী অমুক্তং নাম্বোক্লবদি খল্লি। মহাক ঐগী খূত্তা শিবদি শোয়দ্রবনি। নগু অমুকসু শিগে তৌবন্নে। শিহৌদ্রেদনা। নবাইবক ফদুনা অমুক নাম্বোকখ্রবসু অমুক হন্না নাম্বোক্লনি হায়বসিমদি খক খল্লুবগনু)?

অমুকসু শিবগদবনি।

জেলদগী থোবকপা কুইদ্রিগুদা কৈশামথোং খুলদা ঐখোয় খবা হিদাক থকখি। কন্না হিদাক থক্লিগুদা মহাক অচম্বা ফিজোলদা লাকখি। জেলদা লৈবকগু থেংনখিদ্রবনি। থোক্লক্লে

হায়বসি মহাক খঙমাল্লে। কোয়থি থিবম্মী। য়ুমদসু অমুক অনীবক হংলম্লে হায়না তাই। খুৎলায় পায়বনা থিবকপা হায়বসি তবাইনা লৌবা য়াখিদে। লমদমসি মতা অমনি। অদুম্না তৌববদি য়াম্না চেকশিনগদবনি।

হেক উবগা শাউনীংবগী ঈ খংকা কাবকখি। লৈফম খঙখিদে। ঙসিদি খঙলোইদ্রাদো খন্না য়ুম্মদগী শোবি লৌরুবগা থোবকই। ইমান্নবা লৈবিবশিং অদুসু ইতৌদু খঙলমাল্লে। চংশিল্লকই।

- কৈদৌবে।
- মী হাৎকে।

মদু তৌনু।

- মহাক্তবু হাৎলবদি শিববসু পেল্লগনি।
- হৌজিক মতাং চাদ্রি। থোবকপসু কুইদ্রি। ঐখোযগীসু খল্লু।

থাং মুনখি। জেলদা লৈরুবগী নুংঙাইতবা পূম্না কোকপা লোইদ্রিঙৈনি। মদুগীসু মথক্তা হন্দক অমুক হন্না জেল চংলবদি মতৌ অমা শোযদনা তৌগনি। পূম্নমক্কী খন্দুনা মহাক কবিসু তৌহৌদনা খাদোকখি।

'নখোযনীনা অদুক নুংশিনদ্রিবদু কবিগীনো ' ব্রাবী তারুবগা হংখি।

মদুসু মবম অমনি। খ্বাইদগী চাউবা মবমদু ।

মতমদু য়ুমদা লৈবা য়াখিদে। কোযবোৎ লেৎখি। মী থাংনা থিন্দুনা হাৎলুবগী, মদুসু পুলিস অচৌবা অমগী মচানিনা নমদুনা ফাননবা হোৎনবর্কখি। চেনবা তাখি। চেল্লি। নোংমা নোংমগী মফম হোং-হোংদুনা কোযচৎ চৎপদা, নোংমদি শকখঙদবা খবগা থেংনখি। মতুং অসুম ইন্নবদগী মখোযগী মতুং পুবা ইনখি। মসিনা অতোপ্পা মাযওন অমদা অমুক চংশিনবা হৌখি। থেংনবিবা ঐখোয পূম্না কদাযদা লৈ, কবম্না লৈরুগনি হাযনখিদে। অহিং অহিং কোয়মাং কোযমাং মাংনখি। নোংঙাল্লগা থেংনৈ।

- যাম্না হেন্নদি কোযথোক্কনু।
- মিৎশিং নাশিংনা লৈয়ু।
- খঙহনবা যাদে।

অবোনবা মফম কযাদা চঠুনা খুৎলায শিজিন্নবা তম্মী। কমদৌনা মীঙোন্দা খুৎলায় থাগনি ' অমগা অমগা ব্রা তানৈ। খুৎ চুম্বা তান্নৈ। অযাম্বা মতমদা ঐহাক্তি পান্নীংবা মফমদা পানবা ঙমখি। মসিনা লাম্মীগী থাক রাংখৎহল্লি। অমসুং কবিগুম্বা মীওই অমবু থওইনা খুৎ থাবমদাইদা অপাননা ঐ চৎপা তাখি। লৈবাক্কী ইহৌ শাগৎননবা থবক কয়াসু তৌদবা যাখিদে। নৎত্রবদি কনানা শকখঙ মাযখঙবীগনি। পান্দম অসিদা অখন্নবা খুৎলায় মুনবা, লৌবা খবসু তৌবা তাখি। কৈথেলমানবীদা লাকপা সিফায় কাংবু অমদা অচৌবা এমবুস অমা তৌখি। মদুদা পুন্না লাকপা গাড়ীশিং অদু য়ামখ্রবনি। সিফাযসিং অদুসু গাড়ীদগী কুমথবক্তুনা

নোংমৈ কাপ্পকই। কাপ্পখি। সিফায় কাংবু অমদি কোয়চেন চেনখি। মফম খঙদনা চেন্নবা হোংনৈ। বামপ্রসাদসু মদুদা য়াওখি। ঐগী খুৎলায়না শোকহনখি। শিবমক্তি শিখিদে। মতম পূম্বদা নীংশিংদুনতা লৈবগদবা মফম অমদা শোকখি। মফমদু য়েংল যেংলদুনা মথম্মোয় শোকপগুম তৌই।

কুইববা তুংদনি মাগী মখূত্তা অমুক তাখিবদি। ঐখোয় মবিনি। অকনবা মওংদা ওং নৈদুনা ব্রাহং পাউহং তৌখি। মহাকপু মতমদুদা শোকহনখিবা অদু ঐননি হায়দুনা মখূৎ থিন্দুনা ঐখোয়গী মবক্তগী অমনা তাকখি। ফিভমদু খম্থুকবগা মহাক য়াম্না শাউখি। খম্থু খম্থুকবগা হেয়া হেন্না শাউনীংবজাৎনি। মহাক মখূৎ পেল্লগা মথম্মোয়সু পেঞ্জখি। পেন্নবা হন্না হন্না খূৎ থাবকই।

৫

'মদুনা মদু ওইখ্রগা, তামো তখেল্লেদি কমদৌখ্রে?'

'অমুক্তা থেংনখিদ্রে।'

'ম'গা অমু ক্তং উনবম্বদি ফবনি।'

'মাগবু ?'

'নুংঙাইতবা অমা লৈ।'

কন্নাগুম্বশিংদদি ইচম চম্বা থৌদোক অমা ওইবমগনি। ওইফমসু থোকই। অদুম ওইনমক থৌদোক অদুদি থম্মোযদা লৈহৌবগদবা চাউববা ব্রাফম অমা ওইকবতনি। হেন্না চাউববা থৌদোক অমগা পূন্না যেংমিন্নববদি কবিসু লৈবা ব্রাফম অমদি নত্তে। মহাক যাম্না নীংঙমদনা কবিনো অম' লোয়া শোল্লগা তুমিন লৈখি। ইংনা লৈবা হাযবসি অসিগুম্লবা মতৌদুদা অচুম্বা ব্রা নত্তে। চাউববা লোইশিনফম খঙদবা ব্রা অমা লৈবমগনি।

'তামো তখেল্লেদু ?'

'উনখিদ্রে। মহাক কদাযদা লৈখ্রবনো হাযবসু খঙদে। পুন্সি হায়বসিদি ফিভম্না পূর্বানি। ফিভম হোংবগী মতুংইন্না পুন্সিগী মচৎসু হোংখিবা তাবনি।'

'তামোদি ?'

'হিংবনা মরুনি। হিংননবা হোৎনবা তাবনি। নঙসু উবিবা অর্দুনি। মৈতান মকুপ য়োল্লিবসিনি।'

'মসিনবু ?'

'হৌজিক্তি মসি য়াম্না পাম্ববা মচন্নি। যুমথোঙ খুদিংদা ধুপ শানবর্বাননা পীযু হাযবর্তনি। মিলদা তক্লিবনি। পীবা ঙমদবতনি। হিংনবা হোৎনবদি অবাইবনি। মীসি অনী অহুম থোকপা যাবম্লবদি থবকসি লোইনা নংনগদবনি। ইথস্তা ওইবনিনা থবক্তনা অসুম ব্রাৎলি। যাম্না নুংঙাইতে।' হৌজিক্কী ফিভমদা মশাগী ওইবিবা মওংমতৌ শাগত্তুনা ব্রাবী শাবকই। হৌখিবা পুন্সিগী শরুকশিং অদুদি লোইনমক থাদোকখ্রব্রা?

'ইনখৎলকপা মতমগী ৱাখলদুদি ...।'

'মদু খন্দবেদা।'

পুন্সিদি পুন্সিনা পুবা মায়কৈদা চৎপদুনি। মসিদগী খোঙফম অমসু থৈদোক্তুনা চৎপা ঙমদে। হান্নদি পুন্সি হায়বসি ইশানা অপাম্বা মায়কৈ লেপ্পুনা পামজবা খনবগুম উবম্মী। খঙলুবগা খনখিবা ৱাখলশিং অদু তপ্না তপ্না মাংখি। কবিগুম্বা তখৈল্লেবু নাচোম শেমদুনা ফজনা মফম চানা শিজিন্নবম্লবদি মতম পৃম্বগী ওইনা তৎন থানদনা লৈমিন্নবমগদবনি। তৎখ্রবনিনা মচোই মচোই তাখি। কনানা কদোমদা, কনানা কদায়দা মফম খঙনখিদে।

'অমুক্তসু উনখিদ্রব্রা?'

'অমুক্তংদি উনখি।'

মদু মায়থিখিবগী চাউববা ৱা অমনি।

ৱাবীসি ময়ায়দা পুমফুম ফুমজিন্দুনা থমখিবনা ফববনি। মসি অমুক হন্দোক্তুনা লংজিন চিংথোক্লুবগী কবি কান্নবনো? নীংঙমদবা ৱাবীগী মচাক্তি পুক্রীং নৌথোকহনবা নৎতনা অতোপ্পা অমা কৈদৌঙেদা ফংলবোইদবনি। তৌবগীদি, নীংশিংলবোই খনবসু খক য়াদে। হেক্তো হল্লকনি। ওৎলগনি।

'নুপীদি নুপীনিদা।' নীংঙমদনা হাযবকই।

'নুপাসু নুপানি।'

'মদু ওইদুনসু, ফিভমদা ৱাখলদা খৈন্নেদনা।'

ৱাখল থোবক্লগনি। মপুক্রীংদা কবিনো অমা ফাওবক্লে হায়বা খঙলে। হায়খি, 'মদুনা কবম্বা ৱানো?'

'মসি নঙসু খঙহৌ।'

মপুক্রীংগী ৱাদু তপ্না তপ্না মখা তাবকই।

মেলা অমদনি

কোয়না কোয়চৎ চৎলুবগা ৱাবদুনা চা বোবা খজিক্তং চাখিসি হায়দুনা নখোয় নতৈমগা চা বোবা যোনবা ষ্টোল অমদা চংদুনা চা থক্লনবা চংলুবদা মহাকসু মফমদুদা ফমদুনা চা থক্লম্মী। ফিজোলদু য়াম্না কে। মীতৈগী ফিজোলদা কেনা লৈবম্বদু য়াম্না পকচৈ। মতমগী খোঙচৎনা মশাগী ফিভমদু হেন্না মশক মচু থোকহনবগুম তৌই। শেৎলিবা ফিজোলগা তৌথোবক্লিবা মতৌগা য়াম্না চুশিন্নখি। চাউথোকচবা পোকচৈ।

- চা থক্লম্লিব্রা (হংখি)?
- উম (তপ্না খুম্লকই)।
- নুংঙাইখিকো ?
- হৌজিক ফাওবদি ঈশ্বরগী থৌজাল ফংলি।

মহাক্কী ৱাদু কবিনো? ঐসু ঐগী নুপীগা চৎমিন্নবিবনি। ৱাবীসিনা অতোপ্পা ঈচেল অমা

মফম খঙদনা চেনশিল্লক্লবগুম খলহন্দবা ঙমহন্দে। মসিদা পুক্লীং থিংজিন্দুনা চৎমিন্নবিবা পূম্বদা মবিং মবাং থোকহনবা পামদদুনা খঙজিন্নদনা হায়খি।

- মেমে, তখৈল্লেনি।
- মাবু . .?
- মানি। পুন্সিদা খ্বাইদৈ হেন্না নুংশিখিবা নুপীনি। মহাক .   ।

ম্না লোইশিনখিদে। মহাক ঐগী বাতাদুদা পৈথোক্লুনা লৈখি। পুন্সিগী ফিতম হোংলবনিনা খোঙচৎসু হোংবা তাবনি। মমায় মমায় ওনশিন্নদুনা পুন্সিদু থম্বা য়াখিদে। হোংলকখি।

চা থকমিন্নবা লোইবগা ঐখোয়দি থোবকই।

মহাক্তি মহাক্না লৈমিন্নবশিং অদুদা হায়হৌই - হৌজিক্কী নুপাদু মীহাৎপনি। মশক উবদা কিজবনা, কিজদ্রা ?



# নুংশিবগী মীনুংশি

মফম ইখঙ খঙহৌদনা লৈবেন চংলকই। কুইবে উনখিদবা। কলেজ তন্নিঙৈদদি অয়াম্বা মতমদা পূন্না চৎমিন্নবম্বনি। হৌজিক্তি ইবাপ লাপথোক্লবে। কৈদৌবা লাকপনো খঙদে। অযুকসিমদি থাযনগী ব্রাবী তৌদুনা লেনবা হাযবুনি। মখোল হৌনা কৌবকই।

- ব্রাবী ইবা নঙনা বাবী ইবিবনি হাযদুনা ইবিবসি পাগে হাযদুনা পাবনি। পাবা যাবা অমতা যাওদে। কবিদ ইবিবা ব্রাবীনো ?

ঙসিগী ব্রাহৌসিনা মতৌ অমনি। মাতনা থাগৎপাবদগী কলেজদদি ব্রাবী ইখিবনি। ঙসিসিনা কবম্বা ব্রাখলনো ? হাযফম খঙদে। বাবী লাইবিক ইবা মীদদি ইবিবা পূন্না ফজদ্রবসু ফজৈ হাযযু হাযনবিবনি। ব্রাবৌগনবনি। মাগীসি ।

- কমদৌবা ! (শাউনীংবা পূন্না ফাথদুনা হংখি।)
- ইবা তাববদি অনৌবা, পূন্নৌ নৌবা ইগদবনি।
- কোক্তদি থোক্লে।
- পাউ তাউনে।
- ব্রাবীবু পাউগা শম্নহনগদ্রা ?
- শম্নহনগদবনি। চৈবাও চীংদা নুপীমচা লৈশাবী মচা অমা ।

লমদমসি মতা অমা তৌবে। থাজদবা ঙাক্তা থৌদোক ওইনা থোক্লক্লুনা পুক্লীং লুমহন্দ্রে। চৈবাও চীং মথক্তা আব কে স্রাতোম্বী মেমোবিএল স্কুলদা তম্বী ছাত্রি অমা নুপী ওইবীশিংগী লনাইগী অবোনবা হকচাং কয়াৎ পূন্না ফিভম কায়ন, শিবগা তাদুনা লৈবন্লে। থৌওং আসগী পাউ তাকবা খুদিংমক যাম্না নুংঙাইহন্দে। মদুগীসু মথক্তা মী অশিবা থেংনবগী পাউ চগুংননা তাবকপা অসিনা ব্রাখলসু তপথহন্দে। ইনখৎলক্লিবী মথোৎ কাবক্লিবী নুপীমচা অমনা মতৌ কবম্না মফম অদুদা তাদুনা লৈবন্লিবনো ? হৌজিক্কী অনৌবা মীবোল অসিগী পুবিবা ইনোৎ পুক্লীংগী ইহুল অসি মতা অমা তৌবব্রা ? ঙসি থেংনবিবা তাইবঙগী অকায অতোয মবকসিদা ব্রাখলসু অকায অতোয ঙাক্তা ঙাইবব্রা ? চিংনদবা ঙমদে। মসিদবু ।

ব্রাবী শানবিঙৈদা অঙম লাকই। ঐখোযনগী নাক্তা চংলকই।

- ইতাও কদায়দা চংলুই। চা থকখিসি (মহাক হেক উবগা হায়খি)।

মশক্তু য়াম্না নীংবা কায়ববা অমগী মতৌগুম উই। ব্রা কয়া ঙাংদে' খুন্নকই চাগা লাইবি। মোর্গতা অমুক্তা চৎলুসি (ব্রাহৈসি হাযনা হাযনা কপকে তৌই)।

- মফমদুদি কৈগী . ?

- ঐগী ইচনতোম্বী লুসি , লুসিদো চৈবাও চীং তকং খুন মনাক্তা মীনা হাত্তোক্লগা থম্বীবন্নে। হৌজিক পোষ্ট মোর্তেম তৌগনি হাযদুনা লমফেল হোসপিতালদা পুখ্রে। হোসপিতালদা খবা চৎমিন্নকসি।

অঙমগী পাউসিনা হান্না শানবম্বা ব্রাবী পূমকায কায়হনবতা নত্তনা, খঙহৌদনা অব্রাবগী মতৌ অমসু পুক্লীংদা শন্দোবকখি। হান্না মফম খঙদবা ব্রা ওইনা ঙাংনবম্বদগী যাম্না মকওইবা হিবম অমা ওইবকই। মহাক কপ্লি কপ্লি যাম্না নুংঙাইতনা মপি তাবদুনা হাযবকই - ইচনতোম্বীদু যাম্না কেনা যোকচবকপনি। মাম্মিনদি লাইবিক তমদ্রবসু যুমদা শুম লৈয়ু হাযজবনি। মহাক্লা য়াবীদবা। অদুদি অসুম্না মফম খঙদনা শিননবা ওইবন্নে।

হায়না' হাযনা মপিসু তৈথোকই। কপ্পসু লোইশিনবা ঙমদনা শুৎ শুৎ তৌদুনা লৈ।

ঐখোয ফি বোল হোংদোক্লদুনা হোসপিতালদা তনচৎ চৎননবা শেম শাই। লোইশিন লোইশিন্না হংখি।

কমদৌবিবনো ?

- খঙদে। নুংশিবা শাশিন্নবগা হাৎপীপা ওইবমান্নে। ত'ইবঙসি ইচম চমথোকপা যাদে।

২

মীওইবদা মী মশেন্নি হাযদুনা ইচম চমথোকপা যাদ্রে। মচেৎ মচেত্তা মবৌ যাম্না তৌনৈ। মফম খঙদে। মপুম ওইনা অমুক্তদা পূন্না উবা যাদবা পুন্সিসি নোংমতদা খংশা শাবকপসু নত্তে। তপ্না তপ্না খজিক খজিক্তং ইনখৎলকপনি। মপূম ওইনা উবা ফংদে হাযদুনসু পুন্সিবু মচেৎ মচেৎ ওইনা থুগাযবসু যাদে। অমুক নহৌনা হাপচিল্লুবসু যাদে। চখবিবা খোঙচৎ অসি মখুম খুমজিনবা পোৎশক অমদা অসুম হাপচিন্দুনা চৎখ্রবনি। মশা মথন্তাদা হাপচিনবসু যাই। থুগাযজবসু যাই। লৌথোক্লুবদি খক যাবোই। কবি গুম্বা মওং অমা হাপচিল্লম্বদগী মখা তানা পামজদ্রে হায়দুনা মবী অমতা শন্নবোই খনবসু যাবোই। চখগদবনি।

ইবেমহলদু অদুম্না শিখিবনি।

চৎখিবা পুন্সিগী খোঙচত্তা খ্বাইদগী নীংঙমদবা ফিভম অমা লাকশিন্দুনা মথন্তা নিন্দা তৌজখি। মেমচাদা পাউ তন্নম্মী।

মেমচা ঐ খঙদে ।

- কৈদৌববা ?

- খঙদে।

- নঙ হন্দক মবকসি কবিনো অমা ইতৌ তৌবদৌনা তৌই। মদুতা নত্তনা নশাসু ইহৈ হৈনীংদবগুম উই। নঙ তশেংনা কবি তৌববগে হাযযু।

- ঐ নুংঙাইফম শুখঙ খঙদে।
- নঙবু বাফেলনা ইম্ভোকপীবব্রা ?

ব্রাহংসি হংলবদদি কপথোবকই। ব্রা মচেৎ অমতা ঙাংলকখিদে। মদুগী মহুৎ মায়থোঙগী কুচু ওল্লকখি। তশেংনা মথবায় য়াম্না নুংঙাইত্রে খঙলে। অর্থ চাউনা পুববা ব্রাফম অমগুম মক লুক্না লৈখি। মখোযনীগী মবক্তা লৈনবা মবী অদু হায়দোক তমথোক্লীংদবা কয়া অমা যাওববজাৎলা ? হায়দোক তমথোক্তবদি যাদবা, তমথোকপদি ঙমদবা ব্রা অমা লৈবে হায়বসি ফিভমদুনা তাকথোবকখি।

- নঙবু কবি কবি তৌকবব্রা ?

নমহং হংজিল্লুবদদি শুৎ শুৎ কপ্লম্বদগী ব্রা ব্রা কপথোবক্লগা - খঙদে থা লেপত্রে (হায়বকখি। মী কনা কনা তাখিবগে কোইরুপ য়েংলগা লোন্না হায়খি) - নত্তে নঙবু অঙাঙ ?

কপ্পা থিংলগা লোন্না - মদুনি।

- মদু ওইববদি পূন্না লৈননবা তৌবোদনা।
- মদুদনি মহাক্লা ।

কবি হায়বিবা ?

- অঙাঙসি মাংহন মদুদি ঐ য়ানীংদে। মাগী নুংশিবননি মসি ওইহনখিবদি। নুংশিবনা শাগৎখিবা শক্তমবু মপুম ফাহন্দনা মচেৎ মচেৎ থুগাযগদ্রা ? নুংশিবনা শেমখিবা মগুণসি কবম্বা মশক অমা পুবিবগে হাযবসি ঐ যেংগনি। মাংবদি কৈদৌঙৈদা মাংহল্লোই। মহাক চেনশ্রবসু, মাগী খুদোলসিদি চেল্লোইদনা। মসিনা মঙোন্দা কবি পাউ চেল্লগা, কবম তাবগে যেংখিনি।

- অস ! নঙগীসি ।
- নঙসু ব্রাব্রা ?
- ব্রাই।

শ্বব অশাংবা অমা চিংলগা হাযখি। ব্রাই হায়দুনা কৈদৌকনি ? মখোয়নীনা নুংশিনবগী মবী শাগৎখিবদা ঐগা কবিগুম্বা মখল অমতগী মবী লৈনখিদে। মফম খঙদনা বাফেলগা মখোযনী মবী লৈনখি। বাফেন্নসু তশেংনা নুংশিজবা মানখি। অমনা অমবু থদৎপা কৈদৌঙৈ ঙম্লোয়দবগুম উই। পূমঙাউ ঙাউনৈ। মতৌদুদা মখোযনী তশেংনা মবী লৈনৈ হায়বসি খঙখিবনি। উকবদা কলকপা অমা য়াওই। হংলুবদা নুংশিনবগী পাউ ইবেমহলনসু তল্লকই। লুনা তিন্নবগী অচেৎ অকোম কয়া অমা হায়বকপদা হেন্না পামহনখি। কলকই। মশক মতৌ উকবগদি হেন্না কলকপা তাবনি। নুংশিবগী অশেংবা মবেক মহাও হায়বদু মখোয়নীগী মতৌদুনি হায়বা থাজখি। মতৌদুতা উই।

নোংমখক্তি ।

থেংলপ্পা নোং চোৎলি চোৎলি তৌবদুনা চংলকখি। কৌবকই।

- মেমচা! মেমচা!
- হিংচাবী নঙ ওইবে। হৌজিকপু কদায়দা চৎলুবিবনো?
- খঙদে। ঐ মঙদা পুরুবে।
- কদায় য়ৌনা পুরুবিবা?
- লমহাংনহন্দুনা, কবি অমতা খঙদনা পুখি। কবিনো? কদায়দনো অমতা খঙদে। হংলক্নু। মঙনি। মঙদা লমহাংনবা হায়বসি কবিগুম্বদা নহাক থেংনখ্রব্রা?
- নঙগীসি ঐ জ্ঞান অমতা তাদে।

  তাক্নু। মদুই মহুৎ ঐবু য়ুমদা খবা থিনবীয়ু।
- চাদদি থকখিসিদনা।
- চাগা থক্লবোই। থেংননবনি। থিনবীবো।

মতমদু পৃম্মম মন্নক্লবনি। মহাক্না চৎমিন্নবদা ফজগদবা পুংফম নত্তে। মথন্তা চংবদা মপুক্লীং মাংজদুনা থিনবীয়ু হায়বিবনি। মহাক থিল্লবগা ইথন্তা হল্লকপা য়াবোই।
- তামচা লৈব্রা য়েংলুখিগে।
- মা থিলহনগে হাযবিব্রা?
- নত্তে। ঐসু ইথন্তা থিনবা ঙম্লোই। নঙ থিল্লম্লগা কমদৌনা ইথন্তা হল্লকনি? তামচাদা অমুক্তা হায়নকখিগে।

  তামচা কৌকই।
- কৈদৌবে?
- ব্রাবী শানবিঙৈদা থেংদোকখ্রে। ইবেমহলসি ময়ুমদা অমুক্তা থিনবীকসি।
- নঙসি  ।
- মদু যাবা মতম নৎত্রে। লোইশিল্লো।

তক্লখি। মচন লুনা তৌবা মবুংনিনা যাবকই। মতমদুসু অদু অদা তৌবা যাবা মতম ওইখিদে। মদুগীসু মথক্তা মহাক মচনুপীনা ব্রা হাযবদা কযাসু হিক্তোক্কন্দে। ইবেমহলগী ব্রাদনা খবা হেন্নসু যাগল্লি। ঙসিগী মতৌসি পৃমঙক ঙকই। ইচিংদা চিংনবা ব্রাখল অমসু লৈবগুম তৌই। চম্না হাযববসু নহানমখৈগা মান্ননা লৌকবা ঙমদে। ফিভমগী মতুংইন্না ব্রাখলসু লোয়নদুনা লাকখি।

খঙহৌদনা ফোন খিংলকই। কনাগীনো হাযনা য়েংলিঙৈদা ইবেমহলনা বেক্তগী ফোন লৌথোক্লনা পায়।
- হলো!

  নঙ হৌজিকফাওবা কদায়দা লৈবিবনো?
- মেমচাখোয়দা লৈ। লাক্লে।

  ইবেম্মা নঙসি  ।

  মমানা থিবকপনি। পাখৎনবা অমা য়াওববজাৎনি। নুপী মচা লৈশাবী মপুং ফাবকপসি

থাজদনা মমা মপানা কোয়শেন শেন্নবিবনি। হায়দোক্লবতনি। চাউশেন শেন্নবসিদা তৌবিবা থবক পূম্বা খবা খবদি খঙডি। চংখিবদা মমা ঙাইদুনা লৈবম্মী।

- ইবুংঙো নঙসু থিল্লকপা য়াওবক্লিব্রা ?

তামচাদা ওনশিন্দুনা হংখি। মিৎয়েং অমা তৌই।

- ইনে।

- নচনসি লৈশাবী মচা ফাবকপসিদা কবিনো মতৌ অমা ইতৌ তৌবকই। অঙাঙ য়োকপসি ব্রাই। পিক্লবসু পিক্লা অপিকপগী শেন্নবদা ব্রাই। চাউবক্লগা চাউবকপগী মতৌ অমা ওইনা অদুম ব্রাই। মতৌ খেন্নবতনি।

- হৌজিকসিনা মফম খঙদ্রে। মেমচা মখোয়নীসি জ্ঞান তাবা খবা ব্রাৎলি। মখোয় নুমিৎকসি (মতম) মফম খঙদব্রা খঙদে। চাউববনি। খঙফম থোকপনি।

হায়নবিবা ব্রাসি মবৌ অমনি। মতৌ অমনি হায়বা খঙডি। খঙজিন্নদবনা অতোপ্পনি। খঙজিল্লবগসু অমগা অমগা ইকায় কায়নগদবা ব্রা কয়া অমসুং য়াওবি। খঙজিন্নদে হায়দুনসু পুক্লীংদদি তাশিন্দুনা চংশিনব্রগা মফম খঙদনা শন্দোকখ্রবনি। মসিদি থৌদোকসিনা লোইশিনব্রবসু ইপোম হৌনা, ঈথক কাহন্দুনা লৈহৌবসু কনানা খঙবা ! ইচম চম্মা মসি মুৎখিগনি হায়বসিদি থাজবা ঙমদে।

- ইবেমহল লৈহৌবো (মেমচানা হায়খি)।

- থিন্দোক্রে। লৈহৌবগে। কোন্না ব্রাবী শানবসি।

কবিগীনো মফম খঙদনা তুম্বা যাহনখিদে। ইবেমহলদু কদায়দা চৎলুবিবনো ? কবিগী মফম খঙদনা মপুক্লীংদা অকিবগী নুংশিৎ অমা লোন্না হাইগৎলিবনো ? য়াম্না থেংবসু নত্তনা কবিগী মযুমফাও থিনবী'বা পাম্লিবনো ? ব্রাখলদা মখল মথেলগী ব্রাহং মথং মথং লাকখি। মদুনা অবোইবা ব্রাবেপ অমদি লৌবা ঙমখিদে। মতুংসিদনি মহাক্লা অনৌবা চনৈনবা ব্রাফম অমমুক পুদুনা লাকখিবদু।

- অদুদি, নঙ কৈদৌবা তাবে ?

- মফম খঙদে। ইকাইবনা থমফম খঙদ্রবা মায় অসি পুদুনসু ঐ হিংবা ঙমগনি থাজদে।

- বাফেলদু ।

- মাদি ঙাংনবা য়াদ্রে। মানবু পাম্বোম তিংবীববদি থবকসি কবিসু লৈতে। মপুকচেল শেংদবা মাগী ব্রাদা পুকচেল শেংনা থাজব্বগী পাপ হায়বদো ওইবমাল্লে। হৌজিক্তি কৈবোল লৈকায়, মবী মতা পূম্নমক চেন্থবক্লনি। মসি ঐ ঙমগনি থাজদে। ঐ হিংদবদি য়াই। মসিদি ঙল্লোই।

অবোইবদা মহাক ব্রা ঙাংবদা মশিংখা পুথোক্লুনা শিক্লকখি। হিংবগা শিংনববু কবি ওইগনি ? পান্দম অমতা লৈত্রবা পাদমসি মীওইবনা মশা মশাগী শাগৎচবা পান্দম পূম্বা কায়বক্লবদা হেক হেক অবোইবা ব্রাবেপ ওইনা লৌবকই। মতুং তাবা অতোপ্পা ফিভম অমা

খল্লিগৈ বাবেপসিগী খোঙজেন্না হেন্না য়াংশিনখিদুনা পূম্মাং মাংহল্লি।

ফোন লাকই।

- হলো।

. হলো। ঐনি।

- হিংচাবী নঙ ওইবে।

মানি ইবেম্মা। বাফেলদু জ্ঞান তাবক্লমাল্লে। য়াবে। চনৈনবা পূম্মক কোক্লে (কোকপা ফৈ। অদুতনা পূম্মক্কী অফবা ওইগনি। লখায় তাদবা পূঙ্গিদি খোঙফম লৈতবগা চপ মান্নৈ)।

- নঙগী পাউসি তাবদা ঐ যাম্না নুংঙাইবে। মসিমুক নুংঙাইবা অতোপ্পা অমা লৈত্রে।

ঐসু নুংঙাইবে।

- কৈ নুমিত্তা ?

হায়দি ।

- মাগা পূন্না লৈমিন্নবা তাবে ?

ঙসি অহিংদৈ ঐনা য়ুমদুদা নে তানা লৈবগা পুন্না চাক চাবা অমা চামিন্নশি।

- মদুনা কৈদৌনবা ?

. নোক্লনবা। পেন্না নোক্কদবনি।

নোক্লা নোক্লা হাযবকখি।

নোংঙানবা, মথংগী নোংঙানবদনি।

অয়ুক্কী অঙনবা পাউচেগী ওইথংবা মতাইগী অহানবা কলমদা য়াওবকই। নুপীমচা অমা থৌবি য়াম্দুনা শিবে। মখা তাথনা ইবি - ঙবাং অহিং লমফেল অহল্লুপ লৈকাযদা নুপীমচা চহী ২০ মুক শুববা, মমিংনা ইবেমহল কৌবী অমা মথন্তা থৌবি য়াম্দুনা শিবল্লে। মহাক্কী মবুক মনুংদা থা অহুমলোমগী অঙাঙ অমসুং য়াওবে হায়বি।

মহাক মশা মতোমতা শিজবা ওইবমগনি হাযবসি থাজবা ঙমদে। মখোযগী থোঙ্গালদা হৌবা হৈনৌ পাম্বীদা, মশাদা ইনখিবা ফিনা যাম্দুনা লৈবিবা মওং অদু মাগী মখোঙনা লৈবাক্তা শোবো শোবো চিংদুনা লৈ। কনাগুম্বা মীওই অমনা শিববা মতুংদা থল্লম্বা ওইগনি হাযনা থাজনবি।

মহাক মশানা শাগৎচখিবা চাউববা অহিং অদুগী আশাদু অসুম্না কবেম্নববা, শাথিববা তম্নবগী মতৌ অমদা লোইবা তাবত্রা? মসিবু কবিনি হায়না লৌগনি ?

৩

অঙমগী মতৌদুনা ঐখোয়দসু য়াম্না নুংঙাইহন্দে। নুংশুক নুংজান্ননা তৌফম থঙদনা লৈ। কমদৌনা মসি কোকহনগনি। অয়াম্বা মতমদা নুংঙাইনা লেনগনবা অঙম সিমবেনি। ঙসিদি

ইশুক শুক্কুনা পেবি পেবি লৈবগুম তৌই। চাবা থকপা পান্না, নোকখি নোকখি তৌবা মতৌদু কদোমদা চৎপ্রবগে ?

- ইতাও চৎলসি।
- ঙাইহাক্তদি ঙাইখো। চৎলসি।

মহাক ঙাইঙম শিঙমদে। মথন্তা তপথবা ঙমদে। মোর্গতু হৌজিক থোঙ হাংলম্নগসু কান্নবা কবিসু লৈবোই। মী অমতা লাক্লমগদবা লৈতে। মদু পূম্বা তানফমসিদা হায়কুবগদি অমগা অমগা থব্রায নুংঙাইনদবগী ব্রা ওইগনি।

- ঐদি ঙাইঙমদে। চৎলসি।
- চৎলসি।
- তো অর্দুনি।
- ইচনতোম্বী ওইবমদ্রবদি ফগনিদা।
- ওইবমদবদি ফৈ। ওইবদি ওইববনি।

ব্রা হাযনা হায়না মপি তানা কপ্পকই। মসিদা কপ্লোইদবগী মবম কবিসু লৈতে। হিংলিবা পুক্সিদা শোয়দনা মমি তমদুনা লৈববা ম্বাইদগী থম্মোয শোকপা থৌদোক অদু মসিনি। মসিদগী হেনবা থম্মোয় শোক্লীংঙাই অমুক লৈত্রে। মসিগী খোঙচৎ অসিদি মাঙগী অমসুং তুংগী পুক্সি পুম্নমক পুমথৎ থদত্তুনা চৎত্রগদবনি। চৎথ্রবনি। মসিগী মতুংদদি চৎখিবা পুক্সিদুনা ইংনা লাইবৈপাক্তা লৈকুনবা থৌনিগদবা মঙাই। ইচনতোম্বীগীসু ইংনা পোত্থানবা মপু মঙোন্দা থৌনিবদগী কবি অহেনবা তৌগনি।

চংখিবদা মোর্গকী থোঙ লাওনা হাংদুনা লৈবম্মী। কাদু ইহাং হাংঙি। কনাসু লৈতে। শাংনা, নান্না থাবিবা তেবল অশাংবদুগী মযায ওইবপ্পা ফি অঙৌবা অমনা কবিগুম্না, ফুট মবি খবা হেল্লপ শাংবা পোৎ অমা শাংনা কুপশিন্দুনা লৈ। তোংলপ তাই। মী মথক্তা কুপ্লিবনি খঙডি। মদু ওইদুনসু কবিসু লেংদে। হাই হুমদে। থব্রায যাওদ্রবা পোৎশক্তা কুপ্পনি, কবম্না লেংলুগনি ? অঙম্না মমাঙ থানা চত্তুনা কুপ্লিবা ফি অদু থাঙ্গত্তুনা যেংলুবদদি, ইচনতোম্বী ওইবম্মী। ফজবমখ্রবা কুচুদু তাইফেৎ তাইবে। ঈ চেনবগী নৎত্রগা যাওবগী খুদম অমতা লৈতে। অদুম ওইনমক অদুগুম্নবা মশাদুদা হেন্না নুংঙাইহন্দবদি দাকফম মফম খঙদনা লৈ। লাঞ্জদবী মাল্লবা মঙোন্দা কবম্বা মবালগীদমক অদুক থিনা ওৎপীবিবনো ? মবাল ফনা লৈবে খন্দুনা ফুম্বীববসু মথব্রায মচাদুমক্তি খাকপীবা ফবনি। মবালগীদমক থব্রায় মচাদু নমহাৎ হাংতোকপীবদি জগৎ অসিদা লৈবিবা মী, শা, থব্রাযপানবা খুদিংমক্কা য়াবোইদবা ব্রাফম্নি। থব্রায় হায়বসি পুক্সিখক্কীনি। পুক্সিদি অতোপ অতোপ্পা পুক্সি কযাগীসু শকক যাওবি। ফিভমশিং অসিগী কবি অমতা খল্লদনা নুংশিদে হাযদুনবু হকচাং অদুতগী খন্দুনা পুক্সিবু খাঙঙুথক্তা লোইশিনবা হায়বসি অচুম্বা ব্রায়েল্লা ?

কুপশিল্লিবা ফি অদু হেক থাঙ্গৎপগা, ইচনতোম্বীগী থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাংদু মযেক

শেংনা উবকই।অঙম, খাম্না য়াদনা মখোল থোক্লা কপ্লকখি। অশোকপা মফমশিংদু নাল্ল নাল্লদুনা কপ্না কপ্না ওম্থোক্লা তাইবঙসে মীনুংশি লৈতেদা। হায়বগা অমুক্কা হেন্না মখোল হৌনা কপ্লকখি। মাগী মীকপ্তু থম্মোযদা খোম্থাং মথং মথং হাপ্লকই হাযদবা ঙমদে। মতৌদু যেংলিবা ঐখোয়সু খাম্না ঙমদনা মিংকী পি তাবকখি। পোষ্ট মোর্তেম তৌবীগদবা দাক্তবদি শুক্লাক লাকখিদে। নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা দাক্তব লাক্লুনা পোষ্ট মোর্তেম তৌবগা নুমিদাংব্রাইবম চে চাং লোইশিন্নদুনা মযুমদা পুখি।

থাজদনা মীহাৎপা ফাবে।

মখোয়গী খুনশাদা লৈবা মবুংগুম কবিগুম লোযনবা মীওই অমা ওইবম্মী। থাজবা ঙমখিদে। থাজদবগী খ্বাইদগী থাজবা শকক অদু মদুনা ওইখি। হেন্না পুক্নীং নুংশিখিবদি, মহাক্লা মহাকপু খৌবাংনা ঙাইখি। থম্মোযগী পাউ তমথোক্লনবা কন্না ঙাইখি। মমান্নবীশিংদা তম্মী।

- ঙসিদি ঐ শংদে (মমান্নবীশিংনা কৌকবদা হাযবকই)।
- কৈদৌববা ?
- ঐগী যাম্না মকওইবা ইমান্নবা অমা লাক্কনি।
- মাগা ?
- মাগা কোযগনি। ব্রবীসু নুংঙাইনা শাগনি।
- মশক যেংতাবেনে।
  যেংউনা। ফবনি। নঙ থাজবোই। ঐদি মশক ফত্তবা মীসে থাজবা ঙমতপনি।
- কযাম কুইনা চৎকনি।
- নুমিৎনা মযুম চংদ্রিঙৈ, মমদ্রিঙৈদা লাক্কনি। মদুতা অমুক পুনসি।
- ঙসি ঐখোয পূন্না চাক চামিন্নগদবনি।
- অতুতি ঙাইবম্মু। কুইবক্লোই।

হল্লক্কনি থাবম্না পুংফম, মতমদা মহাক শুকহন হল্লকখিদে। কোবৌহনবগী খোঙচত্তবু তাইবঙ জীবশিংনা ঙাইনবনি। কোবৌহনবনদি কনাবুসু ঙাইবমদে। চৎখি। হাযদোক্লম্না ব্রা ঙাক্লা চৎকনবা মহাক কৈদৌশ্রে। কদায যৌশ্রে। হোষ্টেলদা লৈবিবা মখোয পূম্না ব্রানা ঙাইখি। হে হল্লকপগা চাক চামিন্নবা ঙাইখি। হল্লকখিগনি অদুম থাজে। মতম্না তপ্না তপ্না লৈখি। মহাক হান্না লাক্লবা মতুংদা মমগদবনি হায়দুনসু কোবৌবু ফাদুনা থম্লুবা যাখিদে।

মথং নোংঙানবগী অয়ুক অঙনবনি খুনগী অঙাংশিংনা শান্নবোই কবিবোই শিং থিবা চৎপদা অশিবা মশা ওইনা থেংনখি। পাউ পীনদুনা মথং মথং যেংনৈ। কনানসু কনাগী কনানি হায়নখিদে। খঙনখিদে। মথং অয়ুক্কী পাউদা অনমশক্তম যাওবক্লবা মতুংদনি, মশক মশা মুন্না খঙনবকখিবদু। লুসিনি। শবা শন্না শন্দোবকখি। মযুমদা পাউ থাদুনা খঙহল্লি। মচনতোম্বীগী অমতা ঙাইববা মবুং অঙম মচনবু লৌবা লাক্লি। মমাঙগী লৌবা লাকপা কযাদদি

হবাও হবাও চৎমিন্নবনি। ঙসিদি অমনা মমিত্তা ইবা চেন্না, অতোপ্পা অমনা কু মনুংদা উকং তাবগুম চৎমিন্নবগনি। খোঙচৎসিনা কবি কবপ্পা পুন্সিদা পাউ তম্বগে হায়বদু কনানা খঙম্রবসু নক্রবিবা মহাক্তনদি মমুৎ তানা খঙগনি।

- ইচনতোম্বী নঙবু অসিগুম্নবা থৌদোকসি থোক্লনবা লাপ্পা মফমসিদা লাইবিক তমহনখিব্রা ? (কপখি। খাম্বা যাখিদে। কবম্নসু খাল্লুগনি ? থম্মোযনা থম্মোয়গীদমক অনৌবা নানৌ পেৎনা ময়োল চোংলকপদা কনানা কবম হায়না খাম্বা ঙম্লগনি। থম্মোয়গী খোঙচত্তি মবোল লোন্দবা লীক্লমদা থিংবা ঙমদনা চৎশ্লগদবনি। চেস্থখিনি। মদু উবগা অতোপ্পা কয়াগী থম্মোযসু মতুং ইল্লকই)।

হোস্টেলদা নুংঙাইনখিদে।

- জেবিযাবদু মবুক মপাউ ফৈ হায়বদাইনে।

মশাগী ওইবা মবুকচেল লোৎশিল্লগা ফবা পুকচেলদুনা কযাম কুইনা ফবা ঙমগনি ?

- মদুদি হুবানবগী মতৌনি।

মানি। নুপা ওইবশিংবু থাজববদি মসি ঙাক্তনি।

- থাজবা শুকযা যাদে।

- থাজববদি শিজগে হায়না লাই নীংবগা চপ মান্নে।

নুপী ঙাক্তগী লৈফমদুদা মপুক্রীংদা ফাওবকপা ব্রা মথং মথং হায়নখি। শিববকান্দা হাযবগী ব্রা নত্তে। মশানা মী ফৈ। মীঙোন্দা মতেং যাম্না পাংথোকই। থবক থৌবম অমতং থোকপদা মকোকথোংনা থবক নোম্বা থোবকই। অশিন অবাং পুম্বা যাওই। হায়দোবকপা মব্রাহৈ খোনফম নুংশি। ওজাগী নুমিৎ পাংথোক্কনি হাযদুনা থবক কোযচেন চেঞ্জবম্বনি। মশানা মশাগী যাৎচবা আশা মপুম যাদ্রিঙৈ মফম খঙদনা মহাক শিবে।

মী মযাম পেন্নখিদে। লাওনৈ।

লুসি হাৎপা মীহাৎপা পুথোবকউ।

কবিগী হাৎলিবনো ? মবম পীযু।

নুপীবু শান্নপোৎকুম খনবা মী দন্দি পীযু।

মীহাৎপা পুথোবকউ।

মখল মথেলগী পেন্দবা ফোঙদোকই। মৈবা পাযবী ইমা ইবেনশিংনা ধবনা পাংথোকই। লম্বী থিংদুনা পেন্দবা কযানা নুংঙাইতনা ফোঙদোকই। মীশি অসিদা থম্মোয শোক্তবা কনাসু যাওখিদে। অসুক মীনুংশি যাওদনা মীবু হাত্তোক্লগা কনানা মথম্মোয় ইংথনা লৈথোকপা ঙমগনি ? পেন্নদবা তাবনি। মশানা মতম লোইবদুনা শিব ফাওবদা পেন্নদ্রিবা তাইবঙ মীওইপোক্লি।

খঙহৌদনা পাউ শন্দোবকই।

মীহাৎপা ফাবে।

মীহাৎপা ফাবে।

খুন অমতদা লৈমিন্নবা মীওই ওইবন্নে। খঙনবা সুপ্লতগী থা মবিবোমতা মঙাইবি। নুংশিনবনি।

নুংশিনবা ওইগনি। মোবাইল ফোন্দা কৌথোকখিবনি। মশানসু মহাক্কী থম্মোয়গী ৱা ফোঙদোক্কগনি হায়দুনা চৎখিবনি। নুংশিনজবা ওইফম থোকই।

পুলিসকী ৱাবোল থোক্লকই।

লুসি হাৎপা মীহাৎপা জেবিয়াব, ঙবাং মচে লৌবা মবাইগী যুম, উখ্রুলদগী ফাবে। মহাক লুসিগা খুন অমতদা লৈমিন্নবনি। নহান মখোযনী মতম থাদুনা চৈবাও চীং, খুনগী মনাক্তা চীংথক কাদুনা উনখি। মফমদুদা নুপা নুপী ওইবগী অবোন অথুপ তেংনা চৎথনববা মতুংদা ৱাবী শানখি। লম লান্না চৎপগী ৱাহৌ অমদা নীংঙাই শংদানবকপদগী শাউদুনা, লুসিগী চুনিনা মখৌবিদা য়েৎশিন্দুনা হাৎখিবনি হায়না জেবিযাবদা ফোঙদোকখি হাযবি।

লুসি শিববা মতুংদা ঙাইহাক্তং পোখাদুনা লৈবল্লগা মী য়েংলদুনা কুমথবকই। মতমদু মল্লি মল্লি তৌবক্লে। হৌজিক হৌজিক টি দি সি অনীশুবা চহীদা তমদুনা, দি এম কলেজগী হোষ্টেলদা লৈবনি। অহিংদুমা মফমদুদা লৈবল্লগা নোঙাল্লগা বস তোঙদুনা মখুন্দা চৎখি। মদুসু ময়ুমদা চংবগী মহুৎ মবাইগী য়ুমদা চংদুনা লৈখি। মবাইগী ময়ুমদা লৈবিঙৈদা মোবাইল ব্রেক তৌদুনা পুলিসনা কোযশিন্দুনা ফাবনি।

৪

ইবাং কন্না তৌবকই।

ইবেমহলগী মীশি ইনক্কাবি তৌ

থৌবি যানবদা মখোঙ লৈবাক ফংবা যাব্রা ?

কবিগী মশাদা দাকফম লৈবল্লিবনো ?

ঙবাংতা মোমোন নোক্লা মশানা মশাবু ৱাবকচখিদবগী চৈনা পৃম্বা লৌজগনি ৱাবেপ লৌজখিবা মহাক মফম খঙদনা শিবে হাযবসি থাজবসিবা? পুক্লীংনা থাজবসি হাযনা ফনা ৱাবেপ লৌদুনসু থাজবদি শুকঙম ঙমখিদে। অহেনবা ৱাহং মপুন অমদুম হংলকই। অসিগুম্লবা পুক্লিগী মচৎ অসিদা কবিবু তৌরুগনি ? আশা তৌনদুনা নুপা ময়ুম য়ৌবগা চাক শীজগনি হায়বম্বনি। চাবগদবনি হাযনা হেন্না নুংঙাইরুববনি। চাক্কী ৱা নত্তে। পুক্লিগী মবেপ অমদা খোঙফম চানা লেপখিবগী ৱাফম অদুনা হেন্না নুংঙাইকবনি। খোঙফমদুদি কোযচেন চেন্দুনা চুম্না লেপ্পা ঙমহন্দ্রে। মসিদবু কবম নুংঙাইরুগনি।

নোংমদি তশেংনা কপ্লখি।

- কবিগুম্বা অঙাঙসি ?
- কবিনো নঙনা হায়বিবসি ?
- তাইবঙ ফাওবকপা ঙমখিদবা তাববদি কবি তৌগনি ? কবি তৌগনি, মেমচা নঙসু অমুক্তদি হায়মু।

- কবিগী ঙল্লোইদৌবিবা ? নঙ শিদ্রি। মহাক হিংলি। হিংলিঙৈ মনুংদদি, হিংমিন্নবগী আশা কয়া তৌনবা য়াই। আশা অমসুং শেম শাবা হায়বসি হিংলিবসিগী ৱানি।

- আশা আশা আশা মাংহনবীববা মঙোন্দা অনৌবা কবি আশা অমমুক তৌখিগদগে? মাগী মমিদি অথৌবা ইখুৎ চাবা খুৎলায় অমা পায়দুনা মচেৎ মচেৎ থোক্লা খায়দোক্লুনা লংথোক্লবতদা পেনগনি। মাগী ৱা যাওদবা অতোপ্পা ৱাফম অমা খন্নসি।

হাযদোবকখিবা মহাক্কী ৱাফমদুনা জ্ঞান মাংহনখি। মখোয় অনী হিংমিন্নবগী পান্দমদা চৎমিন্নবিবা খোঙচৎনি। মসিদা অসিগুম্লবা ৱাফম্না মাঙ থাবক্লবদি কবি ওইবমগনি ? তশেংনা মসি অকৰা ৱাফম্নি।

- নঙ মঙোন্দা কবিসু হায়বা ঙমদ্রব্রা?

- হায়দুনা কৈদৌনি, তাগদবা মহাক্লা তাদ্রবদা ?

- নখোয অনী চংদুনা মতম অমদা অপুনবগী ওইনা শাগৎমিন্নখিবা মবী অদু নহাকপু মাংহন্নবা শাগৎখিবা তাবব্রা ?

মদু হায়গদ্রা খঙদে। মাগী ৱা য়াওদবা ৱাফম অমদি শেংনা খন্নসি।

ৱাহৈসি হায়বগা মহাক কপখি। কপ্লসিবু অসিগুম্লবা তাঞ্জাদা কবি থৌনানো ? মসিদি থম্মোযগী শোম্বুবা শকক অদু উথোকপা নৎত্রা ? মাগী মফমদা অসিগুম্না থম্মোযগী শোম্বুবা শকক অসি কযাবক হন্না উথোক্লবনা মহাক্লা মহাকপু হম্বুবা মিৎযেং অমা য়েংলকখিবা ওইবম্বসু য়াই। মসিগুম্লবা মতাংদদি ইচং থৌবা, থৌনা তশেং তশেংনা উথোক্কদবনি।

- কপকনু।

- অদুদি কৈদৌনি।

- থৌনা পুথোকউ।

- কমদৌনা ?

- মাবুসু শিহল্লু।

মাবু ।

- নঙতনা শিবা যাব্রা ?

ঐবু শিবব্রা ?

- নঙগী ফিভমদু শিববা নৎত্রা ? মদুবু মীমাঙদা পোংনা লেপ্পা ঙম্লিব্রা ? মসিগুম্লবা ফিভমসি অমুক চাউনা হিঙ্গৎহন্দুন, চাউথোক্লা লেপ্পা ঙম্নবা ফিভম অমা তঙাইফদনা শাগৎকদবনি। থবক ওইনা পাংথোক্কদবনি। মদু তৌদ্রিঙৈদা যাননবা মওং অমতং নৈব্রা য়েংখো।

- হাযবদি ?

- মাবু হাৎত্রিঙৈদা ।

- হাৎকদব্রা ?

- হাৎকদবনি। তাইবঙ হায়বদা মী খুদিংগী শকক য়াওবি। নুপাতনা মী হাৎননবগী খুৎলায় পায়বা নত্তে। অহিংবগী তাইবঙপান্দা মখোয়বুসু হাৎপা ঐখোয় ঙম্মী খঙহনগদবনি। মদু

পাংথোক্লগা শিববসু শিদোক্কদবনি।

পুন্সি হায়বসি মবৈ ওম্লনবা যেৎনবা নত্তে। অহিংবগী পুবিবা লোনচৎনা লৌ অমা ওইনা যেত্তুনা পুবিবনি। য়াম্না চনৈনবা ফিভম অমনি। চিংথোকপা হৈবা মীওইতনা ফজনা চিংথোক্লুনা ফজবতমক উথোকপনি। মদুসু ইত্তিং ত্তিংবা মওংদি নত্তে। ফিভমদু কন্না ইনশিনখি। কুইনা ওাংনববা মতুংদা মহাক জ্ঞান খজিক্তং তাবুকই। খজিক খবাক য়ানবগী ফিভম অদু হেক যৌবকগা মহাক চৎখি।

ফিভমদু কিইনবা ওইনা বাফেলদা হায়দোকখ্রবা ?

ফিভমদুনা মহাক মশা শিননবা মবম ওইখ্রব্রা ?

শিবগী পাউ তাবদদি পুমওাউ ওাউখি। থাজবসু ওমখিদে। কবিনুংগী অদুক কনবা ফিবেপ্তু ইনশিঞ্জকবা ! মখোয়নী মবক্তা কবিগুম্বা মবী অমতা শন্নমদনা তুমিন লৈবন্নবসু অসিগুম্লবা নুংওাইতবগী ব্রাখল অমদি পোক্লম্লোই। মদুতা নৎতনা মহাক শিবমদসু য়াই। অদুম ওইনমক মহাক্তি মীমাঙ শোযদনা থোক্লমগনি। ওসি মহাক্লা মফম খওদনা শিবগসু বাফেলবুদি মীমাঙ থোক্লা পুথোক্লগনি। মওং অমবোমদদি মসিসু মহয যানবা থবক্পী পো অমনি। অবেম্না খোওচত্তি নত্তে।

৫

শেৎলিবা মশাগী মফিমবোল পূম্বা মফম মবাং খওদনা লৈবন্নগা পাখং লৈশাগী ব্রাবী শানৈ হাযনা কনানা থাজগনি। নুংশিনবিবা নুংশিনবিবী অনীনা ব্রাবী চিকথনবদি অমস্ অমসু নে তানা লৈনদুনা পুক্লীংনা পেঞ্জববা ব্রাহৈ কযা, অদুনি অদানি খওদনা হাযনবনি। লৈবাকমচা তানা শেৎলিবা ফি বোলদু মফম চানা লৈগদবনি। জেবীযাবগী ব্রাহৈদু মীনম্বা মানবা খবা তত্তনা চোংথোবকই। মচিন থিবনি। মহাক্লা ওাংলিবা ব্রাওাং অদুনা লমদমসিগী মী খুদিং মীনম্বা ওম্লগনি হাযনা হাযবিবা ওইবমগনি। লমসিগী মীশিংবু অদুক পংব্রা ?

অঙম লাকই।

- কবি হায়বে ?

- হৌজিকফাওবদি অশেংবা খওদ্রি।

- মীহাৎপদি খওলবনি।

- মদুনা মীচম ঐখোযগীনি। মসি নত্তবা লৈবাক্পী ব্রাযেল অমসুং চৎন লোনচৎ অমা লৈবি। মসিগী মখাদনি মীশিংনা তৌকবিবা অবানবগী দন্দি ফংগদবদি।

- মদুবু খবা থুনা ?

- মদু তৌকদুনসু, ইচনতোম্বীবুদি অমুক হন্না তাইবওদা উগদবা লৈত্রে। মহাকপু প্রভু জীশুনা লৌশিনবীবন্নগদ্রা ? খওতে। থম্মোয়সে পেনবীতে। জেবীযাবগীসু, মওং মদা হায়বগদি মচন ওইফম থোকপনি। খুন অমতদৈনি। মানবু হেন্না লুনা তৌফম থোকপা নৎত্রা?

মহাক্না ঙাক শেনবীগদ্রা হায়বকা মখৌবি থুগায়দুনা হাৎপীবা। শেনপীকে নীংত্রতুনা . ইতাও ঐগী পুক্নীং অসি শুকপেন পেনপীবা ঙমপীতে।

হৌজিক অঙমসি মথন্নায় য়াম্না শোম্থগ্রে। মপিসু নৌবে। ন্না খজিক্তং হেক হায়বকপদা মপি নৌথোবক্তুনা হেক্তা কপ্পি। মবক মবক্তা মপি তাবক্তনবা থিংঙি। থিংবা ঙমদদুনা খঙহৌদনা অদুম তাবকই। মসিদি পুক্নীংন্না তৌগে হায়দুনা লেপ্লুবা নত্তে। মথন্তা ইহৌ পুদুনা লাক্লবনি।

ঐ হিংবসি য়াম্না পেনপীত্রে।

- থৌদোক্তো নীংশিংলুবনু। ইচনতোম্বীগী মবাইবক্তা অসুম থোকউ হায়না তন্নন্নবনি খন্দোক্লসি। লমদমসিগী মী অতৈ অতৈদসু মঙোন্দগী হেন্না তমথিবা থৌদোক থোক্লি।

- থোক্লমগনি। কোট্রা ইচনতোম্বীগী কেস অসি খন্নদ্রিঙৈদা ইবেমহল কৌবী নুপীঅমগী কেস হান্না খন্নখি। মহাকসু মহাক্না নুংশিনজবিবা নুপা অদুনা মবুক কংহনবীবগা হাৎতোকপীপা ওইবমাল্লে। অহিংদা নুপীদু কৌথোক্লুনা মশাগী থোংগান্দা মখৌবি থুগায়দুনা ইচনতোম্বীগা চপ মান্নবা মীহাৎ অমদা হাৎখিবনি। মসিদবু নুংশিনবদা মীনুংশিগী ন্নাফম কদাযদা চৎখ্রবগে? কনানা কনাবু থাজনগনি। পূন্নমক থাজবা মাংলগসু প্রভু জীশু নঙতনদি ঙাক শেনবীয়ু।

মহাক কপ্না কপ্না হাযবকই।

মীওইবদা মশাগী থন্নাযনা তোঙদুনা থৌবিবা শাদোং অসি পেন্নবা হোংনবদা আত্মা ওৎলিবসি কবম্না মীওইববু শাবকপা লাই অদুনা পেনবা ঙমকনি ? মীওইববু অমগা অমগা পুনশিনদুনা তাইবঙসি শেম্লিবা নুংশিবগী মবীবু খক মাংহনবীগনু। নুংশিবা পুবিবা মীওইবগী পুক্নিশিংদা থাজদবা তম্বীগদবা থৌদোক অমমুক অমুক হন্না থোকহনবীগনু। মীওইবগী শক্তম মাংহনবীগনু হে প্রভু।

***

## অতোপ্পা তাইবঙনসু

ইদাইবেম

- তাকপীসি ঐবু লোযবা লৈমাবা।
- *থৌগন লাঙ্গন পূম্বা শেম শাবা লোইবব্রা ?*
- চেকশিন্না থৌবাং পূম্বা শেম শাজবে।
- খোঙশানবা যাবগদ্রা ?
- থৌবাং পূম্বদি লোইশিঞ্জববনি। ইনিংথৌ ।
- কবম্বা লাঙ্গোই শা খোঙনেৎনগদগে ?

উমংদা শাদানবা চৎপনি। অযাংবা শা তানবা ঙমগদবা শা তোঙদুনা চৎপনা খবা খিৎ হেন্না লেমগনিদো ইনিংথৌ।

- কবম্বা ব্রাংলেন্দা লেংবীগদগে সনা যাথং তাওহবীযু।

ঙসি কংলৈ নিংথৌ, ইনিংথৌ শাদানবা চৎননবা শেম শাবি। শা ফাদুনা হবাও মথোই কানা লাংগদৌবি। লৈবাক পূম্বা হবাও মখে লাংদুনা হবাওগনি। মতৌসি অশুকপা উমংদা লৈবিবা শা কৈশিংদি, তাইবঙ মীশিংগী খোঞ্জেল তাদনা নুংঙাইনা শান্নবমখিগনি। শামুমচানা মপীগী মনাক্তা লৈনা লৈনা চৎকনি। মমাগী মনাক্তা লৈবিঙৈ অতোপ্পা খুদোংথিবা অমতগী ব্রা খক লামশিল্লুবা ঙমদে। পূম্নমক ঙাকথোক্তুনা নুংঙাইবিবনি খঞ্জে। ব্রাখলগী অব্রাবা মচেৎ অমতা য়াওদনা নিঙাইদনা শান্নজৈ। মমানসু শান্নবা তম্বী। মসি তুংগী পুঙ্গিদা হিংলুনবগী চাউববা মন্ত্রনি। তাক্লি, কমদৌনা মচিঞ্জাক থিগনি। চাগনি। কবম্বা পোৎশক্লা চাবা যাবা পোশক্লো? কবিনা অকিবা মতৌনো ? পূম্নমক মথং মথং তম্বী।

লৈবাক্কী চাউববা থৌ পুদুনা লম লান্না চৎঙৈ থেংনবকখি। নুজা অমা অসুম থোকউ হায়দুনা। মশক মতৌ চংখোল্লি। উকব্দা, উকবিবা মিৎনহা অনীমক পোখাফম খঙদে কোযবৈ লৈনা যেংনীংঙি। য়েংলুবদা হেন্না পেন্নফম ওইখি। লৈঙমখিদে। কনাবু ওইবিগবা ? লৈবাক চাউবা, মযম খুদিং থুংনা চৎপদা মহাক লৈ খঙখিদে। মসিবু থাজসিবা ? উববমক্তদা কমদৌনা থাজদে হায়গনি। নমু পোং ওইববসু, শকখঙদবা নমু লাই ওইববসু শক্তদি শোযদনা খঙনবগে। কৌখি।

- ইশানৌ! ইশানৌ নঙবু নীংথিবী নুজা ওইবী নহাক্কী চেংলৌ অহেনবা উবদা পায়মা অসি নুংওল্লি। থম্মোয় অসি তপথদে। চিকথ নাওথনা ৱাবম ৱাখোঙ শেংদোক্ল, পায়মা পুক্রীং হোদোকচনীংঙি। ৱাবম তেংনা হায়জবা নাপ্পা থন্না থন্বীগদ্রা ?

মপাউ তাবদা উখোকই। নুংশিবা কৌবা মহাক্কী অতপ্পা শাহুম অমনি। হকচাং অনীনা শাগদবা তাইবঙ মাগী অশেংবা শৈপান্নি। মসিদসু নত্তনা মীওই শাওং শাহৌ পূম্নসু তাইবঙ পানবসি শাবদা পা পী অনীগী হৈবাং লান্নবা চংবনা চিংশিন্নে অমগা অমগা নক্লনা। তাইবঙ চাব মউ লিংননবা পীনবম্মী থানদ মতৌ।

- নুবা ওইবী ঐহাকপু চেংলৌ হেল্লি তাকপীবা পায়মা পুক্রীং চাউথোকচে। থম্মোয় লকা হাংদোকচে।

- পেঞ্জেদো নৱাহৈ অথুম্বা তাবদা।

- অদুবুনে, মথোল কাবকপা শাবানগী হৈতম হৈকোক শানবা লৈশাং মপাল তন্নদ্রি। হৈশক শেংনা খঙঙমদ্রি। থোংপা নৌবা ৱাংলিদো। কবম্নবু স্না নাকোং য়ৌননবা পুক্রীং পেন্না তাননবা হঙ্গংলসিগে ঙসিসিদা।

- থম্মোয তিল্লাং খোযশাউন, মপুকচেল তিংবা নতৌদা ইশানৌ নুংশিবী নহাক্কী ৱাবম তেংনা তাজবা, পুক্রীং খৈনা পেল্লিদো' লোইদাম কযাম কুইনা, থাবুম কয়া ঙাই, শক্ক শক্কা উনজ, থম্মোয় নুংশি পাউমেন্না, শানজবা ফংগনি ৱাবী ৱাতাই, তাকপীযুদো নশাবীদা।

- কাওবীগনু ঙসি নোংগী ৱাবীসে। পুক্রীং চেংনা তিল্লাং যোংনা তাবীযু। কুমজা কুমওন' কুমচং মথং মথং ওন, মশিং শিংথেক অহুম, অহুম শুবা নোংদুদা, তন্না তন্না উনসি। পুক্রীংগী অবেপ্পা মশক তন্না হন্না খঙনসি।

(কুমওন অহুম! কুমওন অহুম। কুইশ্রবা মতম্লি। ঙাইখিনি।)

- (লাওনা) কুম ওন অহুম, থেমজগনি ফাজিনগনি থম্মোযসে। থেম্না থেম্না নুংশি শক্তম লাংকনি। কুমজা কুমওন ওন্ন ওন, কুশুম লৈনা লৈশাং তম, কোম্বীবৈনা লৈকা ফন্না শাংলকপা, মথং মথং ওন্দুনা মতম মানা লাক্লগা থেংনগনি কদাযদা ?

- ঙাইজবমগনি মফমসিদা চেংলৌ হেনবা মাযথোঙ উননবা ঙসিগী ৱাংলেন অসিমক্তদা।

- শকখঙ খুদম ওইনবা থেংচবমগে শিঙেল অসিতং নুজাগী নাপ্পা ঙান্নবা। চেংলৌ অহেনবা কাওঙমদ মমি লেংদনা লৈননবা। অসিমতংদি নীংশিং খুদম ওইহনবীযু।

- থেংপীযু নাপ্পসিদা। ঙাম্ভোকহনবীযু পুক্রীং মকা লাম্না।

- থেংচগে থম্মোয় পেন্না। খঙহৌবসনু অসুম্না থম্মোয় অসি পীববনি নকাদা লেপ্লমক।

- ৱাংলেন পূম্বা নীংশিংজদুনা যেংজকগে শিঙেলসে মিকুপ খুদিং। কাওথোকপীগনু নুবাবু ৱালেন মিকুপ অমতসু। শিন্নজববনি অবৈবা তেংনা। মতম কুমওন কুমচং শুবগা লৌবীযু তদেক তদেক্লা। কংচগে নকাদা লৈজবা খুদিং ননীং থুংনবা।

ৱাহৈনা ৱাহৈদা ৱাশক পীনদুনা থম্মোযদা য়ুশিনখি। অপিকপা তুম মচা অমতং খুজিন্দা য়ুবফাও হম হম চিক্লিবনি। খাংঙমদ্রিবনি। থম্মোযদ, থোংত্রবা, লুপ্তবা মফমদুদা তুম্লবা

পুক্নীংনা লেপ্তুনা য়ুশিল্লক্লবদি কৈদৌনি ! হন্দোকপসু য়াদা, হন্দোকপা তাবগসু শৌ অমা য়ুবগা শৌ অমনা হনবগুম থম্মোয় অমনা হনগদবনি। য়ুবিবা, য়ুশিনখিবা শৌদি হন্দোক্লিমখৈ অসুম অসুম হেন্না য়ুশিল্লক্লগনি। চৈনা মথং মথং পীবৈ। শৌদুতা খল্লি থেৎচবমগে। শিঙেল অসিমতং কাওথোকপীগনু নুবা ঐবু ৱাংলেন মিকুপ অমতসু কাওবা ঙমদে। কবম্না কাওগনি ? মথোল কাবকপৈ শাবান মপাল তমদ্রি, অথুম্বা উহ্‌য় চুন্না পান্দ্রি। মথং অমুক উনবদা মপুম মবৈ ফাববা হৈবাং পূম্না থাক্লমগে। খৌবোম থন্না চুপ্তুনা মহাও খঙনা লৌবীয়ু। লৈবাং লাইদা কৎপগুম কৎচগনি পুক্নীং শেংনা। কয়াদা খোইথুম্লববা মপাউনো ? ইমিৎসিদা মতম চুপ্লে উদুনতা লৈ। কযাদা ফজখ্রবা হয়শানো পুম্লম পুম্লম্লনা পোল্লক পাল্লকপা, পোমশাৎনবা লৈনানা লৈবাং লৈকা হাইদোক্লা তপ্পা তপ্পা শাৎকাযবকপা, খম্বকবদা ৱাখলসে ঈথক কা ইংথবা ঙমদেদো। মৈশা হেন্না হেন্না লাংলকই। মৈচাক হেন্না হেন্না চাক্লকই।

কমদৌনা হকচাংসি ইংথহনসিগে ?

ইখৌলাংলবা থম্মোয়সে কমদৌনা থেমগনি ?

কবিগুম্বা কুমগী কুমশিং শুদ্রিঙৈ, হৈবেপ হৈপান তম, হৈজিং ফা, তম্বা কনাগা পাম্মু ৱাখোঙ ফোঙদোক্ল, নুংশি চিল্লোক্ল, লেংওন ওন্না কোন, খজাই ওন্না চুপ শবী নামুনবল্লবদি পুক্নীং লৈতাহন্দে। লৈতাহন্দেদা। চিংনজৈ। মহাক ঐহাক হকথেংনবিঙৈ শবি পন্দোম লোম লেপ্লমক খঙনবল্লবদি অসুম্লদি ৱাবপ্লোই। ওয়োক্ল তিল্লং যোৎশিন্না খম্বহৌদেদো মিকুপ্তো। তুংগী পোবম মচেৎ অমতা যেংহৌদেদা। ঙসি তন্না অমুক হাযদোক পাউথোকখ্রবা ৱাগী ৱাবম থুগায়দুনা উনকগনি কবম্না ? কোবৌ শিংবুম্না পুবকপা মতম মানা য়ৌদ্রিঙৈ কবম্লবু মাযথোঙ অহেনবদু হন্না অমুক য়েংলুগনি ?

পোত্থাবা ঙমখিদে।

পোত্থানবা ঈশৈ শকহনখি। ঈশৈনা নোংমাইনা, জগোয়না পুক্নীংবু খজিক্তং ইংহনবা ঙমদে। নুংঙাইগে তৌবা মিকুপ যাওবক্লসাসু হল্লকখি হান্নগা মান্ননা। পোত্থাবা ঙমদে। কমদৌনা পোত্থাগনি ? কবি তৌবগা ইংগনি ? ৱাখলনা অসুম লাংদুনতা লৈবগা কমদৌনা পোত্থাগদৌবিবা ? চৎলি। চৎফম খঙদে। ফম্মী। ফম্ফম খণ্ডদে। মিকুপ অমতসু ইংনা লৈঙমদে। শাগী লানগী নত্তে। থম্মোযগী মপাউনি লেপ্তুনা ইল্লবিবা। লেংবদি ঙমদে। মসিননি হেন্না হেন্না তপথহন্দ্রিবা।

ৱাখল অমা লাকই।

চৎকনি। চৎক্লনি শাদানবা। শাগী ঙাগী মতৌ যেংদুনা, হৈজবা ইহৈ চাংযেং তৌগনি। যেক্লবা পাঙম্বা খূৎলাযগী মতিক মগুণ উৎহনগনি। লৈবাক্কী অকনবা কয়া, কবম তৌবি খঙদোক্লনি। মতিক মগুণ য়েংদুনা পোত্থাগনি পেন্ননবা। নিংথৌদি নিংথৌ ওইবদা, ৱাখলগীসু নিংথৌ ওইগদবনি। পুম্লমক পেন্না নৎত্রগসু শিল্লোং খঙনা শিন্দোক্লনা হিংগদবনি। ইশাগী খোঙচত্তা পেম্থোক্লদবনি।

পেম্থোক্লনি।

পেম্ব্রোক্না হিংগনি।

(নোকই হা-হা-হা।)

মহাক্কী কোলোয়দুবু কবি হায়বা (অমুকসু খনখিবা ৱাখল হল্লকই। নুংঙাইখিদে)? কোলোয় মিংলেনফাও হংলক্তেদা।

- ননাইদা কবি তাকপীবা, ইনিংথৌ।
- ঐবু কবি হায়ন্তবগে ?
- ঙাকপীগনিদো ইনিংথৌ, হয়া অমুক নীংশিংবীয়ু।

থৌগন লানগন লাংবা লোইখ্রা ? মায়চৌ, গুরু, লাইনীংহল, মখোয় পূম্না শুনা তিন্নবা পাউ লানখো। শাপাউ লানপাউনি। তন্না থাগদবনি। থিম্মুহৈদে। কবন্না মাযকৈ ওন্দুনা খোঙশাল্লগা যাইফ মঙ্গোল ফংগনি ? শাবম শুনা ফাবা ঙমগনি ?

তাকপীবিবা পূম্না খঙজিঙ্গবে।

শা তানবা চৎপনি। লান চৎপগা চপ চানা খোঙমী লাম্মী পুদবা য়াদে। মওং অমবোমদদি লাল ওইবাইবিবনি। ৱাখল মৱাখল লৌশিং মায়দে হায়দুনা শাশিংবু চেকশিন্দবা যাত্রা ? মখোযগী হৈনবা উমংদদি তমথিবা মতৌ লৈজবিবনি। অবোনবা উপায় কযা তৌদুনা মশা হিংননবা, লিৎননবগী অকনবা শাজেল চত্থবক্কনি। মসিননি শাফম লানফম হাযনবিবসি। মীশি মীনা তোযনা থোকই।

- ইনিংথৌ।
- হাযয়ু তাসি।
- মাযচৌ, গুরু লেংলক্লে।
- মফম্নাংদা পুশিল্লু।
- ননাইবু (খুরুমজে।) কবি অথুবা পাউ অমা  ।
- ঙসি কোবৌ অসিমদি ঙাগী ঙাবম থিদুনা, শাগী শাবম তান্দুনা শাফা তানগে নীংইদো। কবন্না মাযকৈ লেপ্পুনা খোঙথাঙ ইহুল তন্নবা, মহয যানগনি খঙজনীংঙিদো মায়চৌবু।

ঙাকপীগনিদো ইনীংথৌ। শাগী লানগী খোঙফম্মু তহা তহা, তচোপ তচোপ নংহৌববোই মতাগুম কবম লাংবীবনো ইনীংথৌ ? তপথবীসি। লাল্লবসু ঙাকপীয়ু।

ইপু নশুনা খোঙলৈ খজিক থুজিনবা, মৈবৌ খজিক হেনখ্রবা ? থৌবাং পূম্না লোইবনি। তেঙ্গোল পূম্বসু শেম শাবেদো। শাগী শাবম, খোঙ্গুল থিহন্দবতা মঙাইবে।

- পায়বা পীবুক ইংথবীগনিদো ইনিংথৌ। উনবী তপথনা মমুৎ তানা খোৎচগে। লৈবমগনি লম্বীঅমদি। শাফম লানফম লেংলমদাই অশাউ খাম্বী মৈহৌনবীগনু। তপ্পা ইংনা খোঙদোই হুনবীয়ু। য়াইফগনিদো অদুতদা।
- কান্নগদবা অদুতা মহায়য়ু।

মাযচৌ মপুক্কীং চংনা গুরুগা লোয়ননা খোবি খোংখি। লৈচিল য়েংই। ৱাতান্নে। মমিং উইশিন্দুনা খোইবী য়েংখি। ইচম চম্না য়েংখিদে। কুপথখি। মতৌদুদা নিংথৌনা ঙাইঙমখিদে।

থবক চৎকদবৈ মতৌ পূন্না শেম শাববনি। শাগৎচবিবা থৌবু অতোপ্পনা য়েথৎপা হায়বসি মশাবু পীকথহঞ্জবনি খনখি। মসিসু থবক পাংবগী চাউববা লম্বী অমনি। খঙহৌদনা মায়চৌ মমিৎ পাংথোবকই। মমিৎ হেক পাংথোবকপগা হংখি।

- কবম্না ৱাংলেন্দা খোঙশাল্লগা খবা খিৎ তক তহেনগনি ?

অখঙ অহৈগী পাউতাকসু লৌদবা যাদবা শাদুনা মশাগী ৱাবুনা হেন্না চাউহনবগী চাউববা মমি শেংনা উখোবকই।

- লৈবে।

- হা (নোক্লা) লৈববা ! সিদৈ হেন্না নুংঙাইহবদি মফম কৈদা লৈগনি। কবম্না মায়বম্না খবা খিৎ মায় পাক্কনি ?

- অৱাং অৱাং পাংবদা।

- অশুপ্পা অৱাং পাংবদা (মহাক্না থেংনখিবা মাযওন অদুদা অমুক হন্না চৎপা তাববা! ৱাবেপনখিবা ৱাগী ৱাখোঙদা মসিবু অকাযবা লোনচৎ অমবা? মহাক্কী ৱাদি নত্তে। উনবগী খোঙচৎ শুকনৎ নত্তে। চৎলিবা খোঙচৎসিদি পূম্নমক্তগী তোপতোপ্পনি। শা তানবনি। ঐগী খোঙমী লানমীগী অকনবা, থৌনা, লোযননা হৈশিংবগী চাংযেং মখল অমনি। থম্মোযগী ওইবা ৱাবেপকী ৱাংমদা চৎলিবনি। চৎকনি। শোদনা চৎকনি)।

শেম শাবদু লোইববনিনা ।

পুংফম, ৱাংলেনদুবু ।

থিন্দনা খোঙশানবীবো। চপ চানা অফবা মহয ফংবীগনি।

ইদাইবেমশা।

- তাকপীসি।

খোঙশাল্লসি।

হোই হা, হোই হা ময়াম মবী মবী চৎখি। নংহৌববোই মতাগুম চেপ্পোবকপা কযানি। ইংনা লান তমদুনা চৎখিবা কযানি।মথং মথং শাংনা মবী মবী ইন্ননা চৎখি।

২

কোবৌ অঙনবদগী থোক্লকপনি। থবীদি ফনা লৈথবক্লে। নুমিৎ মশেক মঙাল নেমথবক্লবনি। যাবৌ শা অমা থেংনবদি থম্বু থমখিসি, শাগী খোঙ্গুল অমতসু তাবমদে। অশুকপা মফমসি কবি তৌম্রবগে খঙখিদে। অবাপ্পদগী কৈ, নোংশানা ঙংবগী মখোল তাখিবনি। শজি শঙাইনা খোংবা মখোলসু তাখি। মওং অমদা লমহুই মযাম্না হবাওনা কৌবগুম খোঙবা মখোলসু নিলখি। মপুক লুম্না অচৌবা শাজাউনা চৎপগী লুম লুম লাওববা শামিনসু ফংখি। অদুম ওইনমক, হজাউ লাংদুনা শা তানবা লাকপসিদা শা অমতসু থেংনখিদ্রে। কমদৌম্রবগে '' শা কয়া নক্লা লৈবা মাপ্লি। নাবক্তা লোন্না চৎপৈ মখোল তাই। থেংনবদি অমতা থেংনদে। ঙসি কংলৈ নিংথৌগী খোঙচৎ অসি লাইবক চাউবৈ খোঙচৎ অৱ' ওইগ্রে। অসুক নোম্না লাইবক

অসিবু কবি মতৌ কৌবগে ? য়াবৌ শা পূম্বা কংলৈ নিংথৌনা শাদানবা লাক্কনি হায়বৈ পাউ হান্না ফংলদুনা কনা খঙদবা মফমদা লোৎত্ত্রা ? খনখিবা চাংয়েং বা অমা মপুক্রীংদা লোন্না শাগৎখি। কবিগুম্বা ঙসিগী শা তানবা চৎপদা শাবম তবেৎ শুনা ফাবা তাববনি, অদুঙৈ থেংনখিবা তনৌ তনৌববী লৈবাং অদুমক পুন্সিসিগী শাক্কিনা ওইববা থৌদৌসিনা অচুম্বা মাঙতাক ওইবা তাববদি লৈবাং লৈশাৎ তমদ্রিঙৈ, পোমকং কংবদা মতাবব্রা ? কবম্বা চীংঙুগী নোংদমখোন্নো ? মপুক্রীংদা খুকমজৈ।

হে তাইবঙ পূম্বা উঙম্বা
অচৎ চৎত লেংলি পাল্লি পূম্বা
মঙাল যেন্দুনা পীনবিবা
পীনবীযু ননাইদা থৌজাল
নীংবা থুংহনবীযু তোল্লবদা।

মযাম্না লোন্না বাবী শাই।

- কবি মতৌনো। শা অমতসু ঙসিগী বাংলেন অসিদা হকথেংনদে।
- মাঙলমচৎতা অসিগুম্বা মতৌ অমতা থোকখিদ্রি।
- অসুক চাউবা অশুকপা উমংশিদা শা মঅমতা লৈত্রবা ?

তপ্না ঙাংনবা ওইবগসু অচিকপা মফমসিদা হৌনা থোকখি।

কংলৈ স্না নাকোং যৌখি। পুক্রীং শোন্থবক্লবা মতমদা মাযথিবগী চাউববা কবেম্মা বাহৈ ওইনা থোকখি। লুচিংবা মাসু নীংহন্নবগদ্রা ?

- নীংহন্নগনু। থবাহ পাল্লিবা মীওইবনি। নীংহন্নবা হাযবসি থবায়গী মথক্তা পুক্রীংনা ওনখৎলকপনি। নপুক্রীংনা মতম লৈবা খিবীক্তা খক ঙমহনবা য়াদে। খুদুম চনশিল্লু। চংশিল্লু। চাউখ্র অশুকপা লমনি। চংশিনগদবা যাম্না বাৎলি। য়াম্নবা ঐগী লানমী তেঙ্গোল মংখোলগী ইবাই ইনিলদা কিবদুনা মফমসিগী শাশিং পূম্বা লোৎপ্তবনি। পূন্না তাশিন্দুনা লৈবমগনি। খুদোং চাবা শোযদনা নোংদম্বা মানা পীনবক্কনি। লেম্না মাংহনবা যাদে। তন্না লৌহৌগদবনি খুদোংচাবা অমতং লাকপদা।

- ইনিংথৌবু।

চেকশিল্লু তযুমশা। নাবোন্দগী তমথিববা শাশিংনা মফম মবাং খঙদনা চোংশিল্লক্লনা খুদোংথিবা নংবা য়াই। শাফম লানফম হায়বসিদি মতম পুম্বদা ইশাগী খুদোংচাগদবা মতৌদতা লৈগদবনি।

- তাকপীবিবা পূম্বা অচুম্বা ঙাক্লি।

মীমাঙ ফোঙনা ফোঙদোকপদবু থৌনা অমসুং নীংহন্নদবগী মতৌ উথোকচবনি। মপুক্রীংদদি আশা মাংলবনি। মমশিল্লক্লবা মতমসিদা কবম্বা শা থেংনগনি। অমম্বদা হৈনবা, নুমিদাং মচিঞ্জাক থিবা শাথিববা শা খবতনি। তমথিবদা হাক্লেংদ্রবা শাশিংদুদি শাপান্নবা ঙমগদ্রা ? শুক্লবা উমংগী অমম্বদি মতৌ অমনি। চিংনহল্লি। কি। মকোক চিংদুনা চৎলিবনিনা

মসিগী শামিন অমতা মনাইশিংদা খঙহনবা যাদে। চাউববা আশা পূম্বা পূম্মাং মাংবা তাবনি। লুচিংবা হায়বসিদি মতম পূম্বদা মায় পাকপগী ব্রাখলদতা লৈগদবনি। মায়থিববা ফাওবদা নীংহন্নদনা অমুক হন্না মথকমখা ওম্থোক্নুনা মায় পাকপগী চাউববা আশা শাগৎকদবনি।

- হৌজিক শাশিংগী লৈফম নকশিল্লক্নবনি। হকথেংনবা শা অমতা লেম্না থাদোকখিবা য়াদে।

থৌনা মাংদবগুম অচংবা ব্রা তাবদা মনাইশিং পূম্বা নীংহন্ননা লৈবম্বদগী, মপুক্লীং হনগত্নুনা মাঙলোমদা হেন্না চংশিন্নবা শেম শাবকই। মপুক্লীং শাগৎলি। হোই লাওই। হৌ হা হৌ (শা খিবগুম তৌই)।

হ্বা! হ্বা! হ্বা! (শা তাম্থোকপগুম লাওই।)

তুংলোমদা খোঙকাপ অমতা হন্দোকখিদে। মাঙলোমদা লেপ্পুনা চংশিনখি। উমংগী অশুকপা হেল্লকই। উগী উকোন্নি। মীওইবগী মখূৎ চংলুদবনা মনীংতম্না শাগৎচবা মখোযগী অবোনবা চাওখৎপগী মতৌ লৈজে। নীংতম্বগী তোপতোপ্পা শক্লোন উই। খূৎশেমগী ব্রাংমদা লৈবা অঙকপা মঙাল অমগী মমি শন্দোকই। চাং মান্ননা শেম্বা মীওইবগী খূৎশেমতনা ফজবা নত্তে। মহৌশাগী মনুং যৌশিনবা মতৌদসু অর্থ শন্দোকপা ঙম্মী। মসিননি মহৌশাগী লন যাওদনা তাইবঙ জীব অমতনা ঙসিফাওবদা হিংবা ঙম্মদ্রিবা। কৈদৌঙৈদা ঙম্লোই। মতৌদু ঙাল্লিবা মঙাল অমা তশেং তশেংনা শন্দোকই। পুক্লীং ইঙান ঙাম্থোকই।

শা ফাগনি হাযবা কাওদুনা চপ লেপ্পগা যেংঙি।

৩

থাজদবা মতৌনি তৌবিবা মতৌদু। খঙনবিবা মওং মতৌদু অমুক্তা উখিদ্রিবা, তাইবঙদা থোক্লিবা থৌদোক্লি। কবি মতৌনি হাযগনি ? নুবাবীনা জগোয় শাবা হাযবদুবা ? মখূৎ খূৎথেকশিংদু তালগা লোযননা থেক্লি। ঈপোম নাইনা ঈথক কাবগুম উই। অসুক মনুং হঞ্জিল্লবা উমং অসিদা, তাইবঙ মীওইবনা অসুম্না শান্নদুনা লৈবমগনি হায়বসি থাজবা কনানসু ঙম্লোই। মফমসিদদি শা উচেক্নগী হেনবা অতোপ্পা জীব অমা লৈবমগনি থাজদে। মশক মশা মুন্না খঙদবা, শাবান্দা মী মানবা ময়াম্মা কোর্যশিন্দুনা শাথেক, নৌথেক মযাম উখোক্নুনা ফজবগী মথক্তা ফজবা হাপ্লি। মসিবু কবি লোম্না উৎলিবনো ? উবিবা পূম্বা পুক্লীং হনবগী মশক্লি। ফজবা পূম্বা পুথোক্নবগুম শুমহল্লি। মতৌসি যেংদনা লৈঙমদে।

- অসি!
- কবিনো ?
- মতৌসি মতা অমনি।
- অসুক ফজবদি অমুক্তা উখিদ্রি।

অমসু অমসু মপুক্লীংদা খঙহৌদনা ফাওবকপা ফজবগী থম্মোযখোল মথং মথং পুখোক্নুনা ঙাংনবকই। ইনশিল্লুবা নৎত্রেগা খম্বুক্বা যাওদবা মপাউদু তাবদা ঙকই হাযবসি তশেং তশেংই।

- ঙাইখো। লাংগনু।
- তাকপীসি।
- খ্বব কল্পা হোনগনু। পুম্নমক য়েংশিল্লু।
- তাকপীবিবসি .. ।
- মাইচৌ, গুক ফজবা হায়বসিদি পুম্নমক্কীনি। মখুম খুমজিন্দুনা লোল্লা থম্বা য়াবা হৌনদে। খঙহৌগদবনি। তৌবিবা মতৌসি কায়দনা ।
- চেকশিন্না খঙজিঞ্জগনি (তপ্না তপ্না হায়বকই)।

লৈবিবা ময়াম পুম্নমক তুমিল লৈনৈ। কনাসু লৈ খঙদবা মওংদা তাশিনখি। ময়ামগী ময়ায়দা জগোয় থেক্লা নৌনা, থেক্ক থেক, নৌগ- নৌ জগোয় শাথেক থেক্লিবা মহাক অদু, ইনিংথৌনা পুক্নীং হুল্লিবা মহাক অদুনি। থম্মোয়দা চেৎনা কোল্লিবা, মতমগী পোইবৈ তুংইন্না পুন্না য়ুম্বাল কৈবান থোনগনি ব্রাবেপ্পখিবা মহাক অদু নৎত্রা? মানি। মহাক্কি। মহাকপু হকচাং ঈপোম হৌদ্রি, শাবান মপুম ফাদ্রি হাযখিবদাই? মসিবু মসিবু থাজসিবা? মতৌসিদি লাইবেন্থীমক্রসু অসুম্না তৌবা ঙমগনি থাজদে। মিৎমাঙদা থোবক্কবনিনা থাজদববু নমহত্তুনা অতোপ্পা ব্রাখল কয়া মপুক্নীংদা হুমজিল্লকই। ফজবা হাযবসি মপান নাইদবা পোৎশক অমনি। মসিনা থনুং নুংদা চংশিল্লকপদা পুক্নীংবুসু মপান নাইদনা হোংহল্লি।

তৌবিবা মতৌদু ।

মখোঙ নাম্মনা খোঙথাং অনীবক থাংলবা মতুং অমুক তুং থংহৌবিবা মখোঙনা কাবল চন্দুনা লেপ্পী। ওইথংবা কাবল লেপ্পিবা মখোঙগী মথক লেংজুম অদুদগী খজিক ব্রাংলপ্লা মাগী খূৎদোন্না তাহল্লি। মখূৎ যেৎনা মথবাক মপাদা খুবাক্লা মপান ওম্থোক্তুনা থম্মী। মমিৎনা মবেংদগী খজিক্তং হেন্না ব্রাংনা থল্লিবা খূৎদোন্দা মুংশিনা য়েংঙি। অসুম তৌনা মখূৎ ওই য়েং শিন্দোক শিঞ্জিন জগোয় শাব শাবদুনা মাঙলোমদা তপ্না তপ্না চৎখৎলি। লৈবিবা অকোয়বা মফমদু কোয়না থুংনা চৎলি।

পেনা খোংলকই।

জগোয়গা চানবা ঈশৈ শক্লকই।

নুমিৎনা চীংমাঙ থাংলক্লে - এ
চীংগী মৈনবু তময়া থেং
তমগী মৈনবু খোঙমৈ নেম
চীংগীনা পামেন্না নীংথিবী ই
তমগীনা পামেন্না নাপুংবী
শাবিনা শাঞ্জান পাম্মুবা আ
থংলেনগী চেংলৌনা উববা
মাঞ্জগী কায়দোংফমবু তাকপীয়ুদা
মুন্না যেংখি।

থম্মোয় . ।

নুপী কোনম্ব্রেচবৈ ফিডৌ শেৎপী কয়াসু জগোয় শাখি। জগোয়গী তুংইন্না হবাওপুঙ থিল্লি। বাঁশি খোঙডি। পেনা খোঙডি। হবাওপুংগী তাল অদু তল্লী। অথুবা নত্তে। হাথু হাথুবগী অখৎপা মানবা তাল মদুদা য়াওদে। শাবিবা জগোয় অদু ফজবিবগী মতিক মোং হাদে। পুক্নীং পূম্বা তইং তইংহল্লি। য়েংলিবমখৈ পেন্নাইদে। শকউদনা কনানা পুক্নীং থেল্লবগুম নীংথি। মসিবু কবি মতৌ তৌদুনা অসুক পেন্নাইদ্রিবনো ? কোবেল নোংপোকপু লাইয়ামগী নিংথৌ, সোবাবেন ওইনা হাপ্পদা লাই ময়াম্না পেল্লদুনা লৈ লাংদুনা শান্নখিবা মতৌ অদু অমুক হন্না নীংশিংলক্কুনা মফমসিদা হন্না শান্নবিব্রা ?

ঈশৈ শক্লকই।

সোবাবেন্না নোংদোল কাগে হাযবেদা
হা পা পাউপুবা পুববো পুববো
অৱাং কৌবা চীংদোম্দা চীংজাউ মৈবা থাম্দুনা
লাঙ্গোই শাবোং হাপ্তুনা
পেনাগী শামৈ ৱাইদুনা
কোবৈনা নোংবু কাবগে কাবগে দে।

ঈশৈ লোইবকপদা মখোয় পূম্বা মাংশ্রে। ইমম মমখি।মতৌ অমনি। খঙহৌদনা তপ্না তপ্না ঙাম্লোবকপগুম তৌই। নোংপোক চিঙ্খে হুল্লকপগী মতৌনি। অমম্বু তাম্লোক্কুনা মাযকৈ পূম্বা মঙান্না তপ্না তপ্না কুপশিল্লকই। অমম অঙান শিন্নবকই।

- মায়চৌ, গুরু।
- তাকপীসি।
- থৌদোকসিবু ?
- ঐখোয়সু ঙকচবিবনি। তাইবঙদা অঙানবগী মতুংদা অঙানবা লাকপবু কবম্বা মাঙলমচত্তা থেংনম্লবগে ? অনৌবা পাবা অমনি। শা তানবা লাকপসিদা পুন্সিগী ওইবা অনৌবা খঙলোই উবোইদৌবা অমা নৌনা পুবদুনা হনবা তাবি।
- নীংথিজখি।
- মনীংথি।
- মহাক অদুনি।
- মাঙলমচত্তা থেনবীকবব্রা ?
- মানি। নীংখম শমজীন কজেংলৈ, ফনেক, ইনফি মহাক্তো নুপীদা নুপীনি। পুমথিন ফনেক, হিশম ফনেক, লাইফি কানক শেত্তোক চাথোবকপা পূম্বা যেংবদা পুক্নীং অসি ইকদা কলকচৈ। কাওথোকপা ঙমদে। চৎত্রগদ্রা মসিবু অমুক হন্না, কুমগী কুমকৎ ওইনা পুক্নীং পূম্বা পেন্ননবা। উজগে কুমশিং খুদিংদা মখোয়দু ।
- ইনীংথৌনা মিংপু পেনবী তাকপীবা, ননাইশিংগী পাইমনা খোইদাজে। পুক্নীং খৈনা

পেঙ্গেদো।

- চনুবা মহাক ।

মহাক অদুনি। তোপ্পা ফম্মী। ফিভৌ শেংপী কাঙজৈ পায়বীদুনা মমায় মমিৎ ফিনা কুপশিন্দুনা কোয়না কোয়না অঙাউবীগুম মফম মবাং খঙদনা চুথেক খুদিং য়ৌনা চংখি। জগোয় শাই। কাংজৈনা মহাকপু কোংখি। নোংপোক্কী অশুপ্পী ওইহনখিব্রা ? নুপীদুদা ফি বোল অথেনপোৎ কৎখি। মহাক্লসু ঙমজবা পোৎ খুদোন তৌখি।

মিৎ পেল্লবসু থম্মোযসি তনিক তনিকই। কদোমদনো মফম খঙদে। মখোয়দু কোবেল্লাই লাইয়াম্লা ? মীগা লাইগা ব্রাবী শানবা যাগদ্রা ? সনাগী কৈবাক মতোল লোম্না কাদ্রিমখৈ কৈদৌঙৈদা লান্নবা যাবোই। কাওঙমদে। মতৌদু উনীংলি।

- *গুরু অমুক্তদি য়েনীংলি শক্তমশিংদু।*

- ইনিংথৌনা উনীংলগদি মতৌ অমা শাগৎপা তাবনি মীবম্লেল অসিদা মপুক নোইনা ফজনা। থোকখিবা যৌদোক অদুদি হয়া অমুক থোকহনবদি ওইথোক্তে মীবম্লেন অসিদা।

- উম।

ইনীংথৌ শা । শা থোবক্তে (অমসু অমসুং লাওনবকই)।

- শা ফাদ্রবসু খোঙশাল্লসি। হল্লসি মোংবা ইবানযাইদা ।

- লেপ্পীবব্রা ?

- লেপ্পবনি।

- কবম্বা ম্না পুক্লীং ।

- শাফম লানফমগী ব্রা পুম্নমক ইংথহনম্রে পুক্লীং অসিদা। থব্রাযশিংনা থব্রায কৌথদুনা থম্মোযনুংগী পাউ কযা তম্লীংলি। মহৎ অমতগী ব্রা নত্তবদা তাইবঙ পুম্বা অমতা ওইনা মীনুংশিতনা কোযনা শন্দোক্লনবা থব্রাযনা কৌনীংই। হিংবদি অহিংবগী থব্রাযবু লাক্লগদবা নত্তে। মহৌশা কোম্দুনা, থব্রায হকচাং পুক্লীং অপূনবা মশক শেমগৎননবা হোৎনগদবনি। অমগা অমগা তোখায় তোখায থমগদবা নত্তে। শক্তম পুম্বা অমতা ওইনা শেমগদবনি। অহিংবা অমতগী ব্রানা পূমশুপ শুপহনবা য়াবোই।

- তাকপীবিবসি।

- তাইবঙসে অতোপ্পা তাইবঙনসু শম্রি।

- হঙ্গৎচবদি নৎচদে, মদুনা কবম্বা ?

- নোংমা খঙলক্লনি (নীংঙমদবা ব্রা অমনা পুম্নমক শুপচিনখি। মসিনা আশা পুম্বগী মথক্তা কাখৎত্রব্রা ? ব্রাদি ফাংথোকম্রে)।

# চাগী মচু

মমায থকপ্রবা হাযদুনি। অদুবু কবমদি তৌনি ? শোযখ্রে। শোযখি হায়বসিদা অতোপ্পা মবম অমমুক কমদৌনা পীকগনি ? মসিদি তমণ্ডমদবা ফিভম অমা ওইববনি। মফম খণ্ডদবা অসিনবু থৌদোক হাযবসিদি থৌদোক্লি হাযবিবনি। মীওইগী পুন্সিদা থৌদোক অমফাও থোক্কনা পুন্সি শাগৎপা ওইথোক্তে। শোযখ্রে হাযবসিনা থৌদোক অমদি পুন্সিগী লংদাইনি। তাইশিন্নবিবনি। তাইশিন্নবা মতাইসিদা ফনা যানীংদ্রগসু, যানীংদ যানীংদ পুক্রীং পূন্না ফাথদুনা যাশিন্নবা তাবনি। শাউনীংনা হন্না যেংলুবদদি, যাম্না তৌফম খণ্ডদ্রবা মওং অমদা নুপী অমনা মবৈ তিংথোক্নুনা ইকাইবা খংবগুম নৈবমমী। মিৎ চানকবদা শকফম হঞ্জিন্দুনা নোক্লকই। কবিনো খণ্ডদবা মবী অমনা তিংলক্লবগুম চিং লাওখি। থম্মোযদা তিং পান্দুনা ঙাম্লোকহনখি।

'শোযখ্রে। কযাম থিনা হৈজিনখ্রে। উহৌদবনি।'

মতৌদুদা ইপং পংথখি। কবি হাযগদবনো খণ্ডখিদে। মহাক্তি মখা তাবকই, 'ফিদা চা চুবসি কোকন্দে হাযনৈ। যাম্না ইকাইজে।' ৱাহৈশিংসি মবী মবী হাযবকই।

মতম অমদি নৈশাবী হায়বসি চিল লুন্নগা, ইকাইথিবগা অনীনা পুনশিন্দুনা থম্নম্মী। হৌজক্তি লাইবিক তম্নদুনা মপান থোবক্লবনিনা মদু মাংগ্রমাল্লে। ৱাহৈ থোংনা থোংনা থম্মোয যৈশিন্না ঙাংবা হৈবী নুপীমচা কযা থোবক্লে। মহৌশা তাইবণ্ড মপুনা অতেক অনৌ, ফজবা মতৌনা নুপা নহাগী থম্মোয শুন্না হায়বসিদি অনৌবা নত্তে। নুপা নহা কযা মখোযগী মতৌদুদা ইবেক লেকথৈ।

'শোয়ববু কনানা শেয়নীংবা য়াওবগে ? লাইবক্তা তম্নম্নবনি।' মপুক্রীং ফাথদুনা থেমজিনখি।

'অদুবু পুক্রীংবুদি পেম্লোকপা কমদৌনা ঙমগনি ? শাউনীংবা তাবনি। শাউবীগনু। চাসিগী পৈশাদি পীজবমগে।'

'ঙম্যানা নুপীগী মবল চাও হায়দুনা ৩ম্নম্না তাবে।' ৱাহৈসিদা মহাক্কা লাকমিন্নবিবশিং অদুগা পুন্না নোকখি। মীনোক্তু ৱাহম্লোক চাউনা শন্দোকপা মীনোক অমনি। নোক্লা নোক্লা মখোয় মশেন মমিৎ মিত্তা অমা তৌনা যেংনৈ।

চান- থক্লবৈ দুকানসিদা মী ঙাইবা ওইনা চা থকপা চংলকখিবনি। ইশানা ইশাগী চাননবা

পৈশা পীদুনা লৌথোক্লবা মফমসিদা, চা লৌদুনা মায় লৈথোবকপদা মহাক্কা খঙহৌদনা থেংজিন্নে। কদোমদগীনো ব্রাহে অমসুং শকফম্না অশাউবা পূন্না মনিল ওন্দুনা পাইহনখি। তপ্না তপ্না মাংখি। মদুগী মহুৎ থম্মোয়দা অহেনবা, অথোইবা মথোই অমা হাপচিল্লকপগুম তৌই। য়েংলুবদা, মাগী মুশিন মুববা মমিৎ নহা অনীদুনা মুন্না য়েংদুনা লৈবস্মী। মথন্তা অর্থ হন্দোকচৈ।

পুন্সিদা অহোংবা কয়া লাকখ্রে। অঙাঙ অপিকপশিংতমক তম্নবা লাইবিক তম্ফম অমদা লাইবিক তম্লকই। আ ই পাকবগা কোয়চেন চেন্দুনা শান্নে। মতুংদা খজিক্তং চাউবা অঙাঙশিংনা তম্নবা স্কুল অমদা তমখি। কলেজ তম্লকই। মথক হাইগত্তুনা য়ুনিভবসিটি মিং চন্দুনা লোইশিনখি। পুন্নমকসি শাংলবা মতম অমা থম্মোয় পুদুনা লাকপদা কবিগুস্বা ইথিল মচা অমতসু পুবকখিদে। হৌদোকপা ঙমখিদে। তুংগী চাউববা আশানা পুন্নমক নমহত্তুনা লাকখি। ইমা ইপাগী নুংশিববা ব্রাহে অমসুং মখোযগী আশাতনা পুন্সি ওইখি। হৌজিক্তি মফম খঙদে।

'চাসি ঐনা পুজবকই হায়দুনা থকপীবোইদ্রা ?'

'চাবু ।'

'মাঙদা থমজববনি। উবীদ্রা ?'

'ঙসিসি ইঙাউ ঙাউই। হেলোযনা চেল্লব্রা খঙদে।'

'ঐবু হেল্লোই ওইনা উবীবব্রা ?'

'মদুসু খঙদে। ঙাউহল্লি হাযবসিমদি খঙলে।'

'ঙাউবব্রা ?'

'ঙাউবে।'

'ঙাউহল্লি হাযদুনা লম্বী লমখাংদা থেংনববদি কৌবীগদবা মান্দে।'

'কবি হাযবা?'

'মিংবু হাযজবা। কৌবীগদবা মান্দে।'

'মিংদি কৌননবনি। কৌজগনি। কবি হাযনা কৌজগনি।'

'কৌবীগদবা লৈবিবা "হাইবী" হাযনা হেক্তা কৌবীএকউ।'

অসুম্না থুনা চা থক্লবৈ দুকান্দুনা থেংনদুনা খঙনখি। পুন্সিগী যাম্না হাওবা, পুন্সিদা থক্লকখিবা চা পূস্নদে মহাও অমা হেন্না হাপচিনখ্রবা তোপতোপ্না চা অমা নুমিৎসিদা থকখি।

'মিং খঙলবনিনা লম্বীদা থেংনবদি কৌনবা তাবে।'

'লম্বীতদা নত্তে, দুকান্দা য়ুমদা লৈকোন্দা লোইনমক ইকৌদা কৌনবা যাই। পৈশা তিংদনবা হোতেলদা, বেষ্টুবাদদি কৌনদ্রবসু । কৌবক্তুবদি শাউগদবনি ঐদি।'

ব্রাহৈশিংদুনা ইশুমদা শুমহৎলি। শুমহৎখ্রবা ব্রাতাশিংদুনা ইনাকোং অসিদা ঙংদুনা লৈখি। ব্রাখলসিদা ওন ওন্দুনা লাকখি। উননীংদুনতা লৈখি। মসিবা মীওই কয়ানা হায়নবিবা মযা

ময়া হায়বদো ? মসিদি ঙাউই। চৎনা চৎনা, ফম্না ফম্না, তুম্না তুম্না মহাক্তবু উই। কবিগুম্বা শমকক শাবান মান্নবা অমতং উবদা মহাক্কি খল্লি। কৌগে তৌকই। ঙাইবা হায়বদু অসুম্না তৌবজাংলা ? মহাক লৈবমগনি, উনগনি খনবা মফম কয়াদা পাউ লৌদুনা চৎলি। থেংনখিবা অচা- অথক য়োনবা দুকান্দুদা মশিং নাইদনা চা থকপা চংলুবে। পুম্নমক অবেম্বা তাখি। থেংনখিদে। ইথৌ পুম্নমক থাদোক্লগা মহাক থিবা ওইনা চংলসিবা ? পুক্নীংদা লেপ্তুনা খনখি। মবক্তা নীংশিংলকই।

অতম্পীদো.. ?

পুন্না তম্মিন্নবা কলেজদুদা ময়াম পুম্বনা ঐঙোন্দা লক্লে। কবিনো মফম খঙদবা মবী অমা শাগৎহনখিবনি। মহাক ঐহাক ওজানা মবক মবক্তা থাগৎমিন্নে। মফম খঙদনা অথোই অহেন তান্নবগী মতৌ অমসু লৈখি। নুপা নুপী নপাক নপাক তান্নখিবা মতৌ অমদুম লৈখি। হেন্না হেঞ্জিল্লক্লুনা খৎনগে তৌবা মতৌ কয়া অমসু য়াওদবা নত্তে।

'নুপীনবু .।'

'মসিদি নুপা নুপীগী বা নত্তে। মহৈগী বানি।'

'নখোয়নদি হেন্দ্রেদনা।'

'নহানমুক্তি নখোয় মায়থিখিবনি।'

'মদুনা থাবীবা হায়বদুনি।'

'মথংগী দিবেত্তদি খঙগনি।'

'মথংদসু মথং অমুক হায়দৌ লৈবে। কৈকান্দগে ? অদুগুম্নবা বা ঐখোয তাদে।' মাগী মাগী মী থাগৎনদুনা ঙাংনখি। অতম্পীগী মমানবশিংসু শাউনীংগুম কবিগুম তৌখি।

অতম্পীদু কবিনো খঙদবা থম্মোয়গী ফিদা অমদা চংশিল্লকখিব্রা ? মসিনি হাযবদি হাযদোকফম খঙদে। স্কুল তম্নিঙৈদগী হৌনা অথোই অহেনদি খজিক্তং তান্নবকপগুম তৌখি। মুক্লবকই। অদুম ওইনমক তোঙানবা মবী অমদি খঙখিদে। ক্লাসতা ওজাগী বাহংশিংদা হান্না অমসুং চুম্না খুম্বা তান্নখিবদুনা মবী অমা শাগৎখিব্রা খল্লি। অঙাঙ ওইদুনসু অতম্পী লাক্তবা নুমিৎতুমদি নুংঙাইফম শুখঙ খঙদে। কলেজ লোইবমদাইদা কবিনো অমা তৌখি। মহাক কলেজ তোয়না কাবকখিদে। কাদু পুমহাং হাংখি। অহাংবা হায়বসি চিখখিবা শকক্তগী ওইবকপসু য়াই। কবিগীনো কন্নসু হংলুবা ঙমখিদে। নোংমা লৈজবা থৌনা পুথোক্লনা হংলুবদদি মখোয়গী মপাবুং কন্না নাবে হায়বা খঙলকখি। মহাক য়াম্না চনৈনবা পুন্সি মহিং অমদা হিংলিঙৈ পবিক্ষা ময়া যৌশিল্লক্লনা ফিভমদুদা পবিক্ষা থাবা তাখি। থাখি। হায়দোবকপদা ফিভম কানা লাকই। কললকই। অফবা হায়বসিদি কবিগুম্না ফিভমগী অথিংবা অমতনা থিংবা ঙমখিদে। পবিক্ষা মতুংদদি কয়া উনখিদে। অমুকখক উনখি।

'চা থকসি।' হায়কবদা হবাও হবাও য়াবকই।

'কৈদৌবে নয়াং য়াম্না কংশিল্লবদি ?'

'কন্না নাকবে।'

'নমান্নবীশিং তক, তথোং, তনৌবী মখোয়দি কমদৌবি ?

'মখোয়সু উনখিদ্রে। থেংনখিদ্রে। পুন্সিগী খোঙচৎ হায়বসিদি চৎলিবা থেংনবিবা পূম্বসিদা উংশিন্দুনা চৎপা মচৎসি ওইবমাল্লে। মসিদগী কনাসু নাষ্থোকপা ঙমদে।'

'মদুদি নক্লবিমখৈ নক্লে হায়বদুবা ?'

'মদুবা খল্লি। হায়বদি ঙমদে।'

'মদুসু ৱা অমনি।'

'পাবুং লৈবন্নবদি ৱা অমা শোয়দনা লৈবমগনি। সুমাইনদি তৌবমগনি থাজদে।'

মহাক কপখি। মদুদা ঐ কবি তৌকনি। কপ্পমখৈ কপহল্লবা মতুংদা মহাকপু থেমখি। কপ্পা ফববা মতুংদা চা থকপা লোইববগুম ঐখোয়নী থোকমিন্নবকই। মতুংদসু মবক মবক্তা ঐখোযনী উনবদি উনখিমাল্লে। মদু ৱা অমদি লৈখি। ঈথক্তি কাখিদ্রবা খল্লি।

'ইবুংঙো নঙবু হন্দক মবক তুমিন তুমিন লৈবিবসি কবিগীনো ? হন্দক্কী লুহোংবসিদি শোযহনবা যাদ্রে।' তুংদগী ইমানা হাযবকই।

'ঐদি খঙদেনা মদুদি।'

'খঙননবা হৌজিক হাযবিবসিনি।'

'মদুদা   ।'

'মদু মদানা পুন্সিদু পুদুনা চৎহনবা য়াবোই। ফনা কুইবেদনা নঙবু ঐখোযনা যেংদুনা থাদোবকপা। মতম লাষ্থোকহনবা যাবোই। ৱা লোইববনি।'

থম্মোয পুক্লীং নহৌনা হৌজিক্তদা ঈথক কাবকপদা মঙাইবি। পূম্নমকসি অমুক নমশিনখিবা তাবিব্রা ? ৱাখলনা ৱাখলবু মফম খঙহন্দে। শম্মুক্লহনখি। হাযবক্লিবা ৱাসি তবাই তবাইবা নত্তে। মখোয়না পামজবা নুপী ফংদদুনা তৌবিবনি। নৎত্রবদি নহান্না লোইশিনবা যাববনি। মতৌসিদদি শোযদনা পামজবা মমৌ অমা লৈবমগদবা মাল্লি।

'খজিক্তং তপথবসিবু   ।' খুমখি।

'মদু ওইববদি কবমকান্দনো ? মতম চপ চানা হায়য়ু।'

মসিদসু পাউখুম পীবা ঙমখিদে। খঙহৌদবা নুংশিং অপাইবী অমনা কোকসি উক উক লৈহনখি। অপাইবা নুংশিংনা পুক্লীংদা ধাতুগী লায়না নাহল্লি।

'ঈশ্বরসু মবুক শেংদব্রা খঙদে। ইচানা নুপী অমখক খঙনজবসু লৌশিনবীখি। অতপ্পীদু ফনা নুংশিবনি।' কপ্পগুম কবিগুম মখা তাখি। মসিদবু কবি হায়কগনি ! পুন্সিগী ওইবা খোঙচৎসিদা মসিমদি হাযদুনা ৱাযেনবা যাদ্রবা শকক্তুনি মদু। মসিদদি য়েৎপা যাদে। মতুং ইন্নদুনা মসিগা যাননবা শমজিনগদবনি। ফনা শমজিন্দুনসু, খশ্মোয়না যাবা কৌবদি লৈতে। মতৌদু পুক্লীং নুংশি। খুমদনা লৈবদুদা মহাক শাউবপ তৌনা মখা তাবকই 'নঙগী য়াক্তুনা লৈবা নতৌদুদি যাববোই।' হাযবশ্লগা মাগী তৌগদবা থবক তৌবা চৎখ্রে। ইথন্তা লৈহৌবগা

হেন্না তৌফম খণ্ডখিদে। হন্দক মবক্তি চৎলি চৎফম খণ্ডদে। ফম্মি ফম্ফম খণ্ডদে। অপুনবা অমনা পুবগী মতৌ তৌবক্লবনি।

লম্বীগী মতাই ইথৎ থংবদু খোঙলম্বীনি। চৎলি। উফুল কাওব কাওবদুনা, মী য়েং য়েংদুনা চৎলি। অসুক য়াম্না চৎলিবা মী মবক্তা মী অমা থিবগুম পুক্লীংনা থিবি। অমুকসু লম্বীসিদা মী চিক্লা চাইনবা ঙমদনা চৎলি। অমুকসু চবন চবন অমনীতা চৎলি। চৎলিবা পুম্বদা লাকনি লাক্লোই খণ্ডদবা মী থিবা হায়বসি অকবা ৱানি। অপাকপা লম্বী, য়েৎথংবদা স্কুটব, মোতোবসাইকল, জিপ কাব কয়া থৌবিবনি। মহাক চকা অনী পানবা গাডীদা নৎত্রগসু কাবদা তোংলমদুনা চৎলম্বসু য়াই। মখল কয়াগী গাড়ী পুম্বদা মহাক য়াওব্রা হায়নদি য়েংবা ঙমদে। খোঙলম্বীসিদা মসি য়েংদুনা অসুম লৈবসু ঙমদে। মতম অমা কংলা পাক্তা ঙা য়োক্লিঙৈ ওইবম্লবদি কবোক খবা থাধদুনা য়েংবসু য়াই। থৌ অমা তৌশিন্নদুনা অতোপ্পা থৌ অমা তৌব যাবনি।

*'মী উশিন্নদবা হৈবীবেদনা। কদোমদগীনো ফুঙ ফাওজিল্লক্লুনা ইনাক্তা লেপ্পুনা হায়বকই।* মতৌদু নোকখি নোকখি তৌবদুনা হেন্না ফজে। থম্মোযদা লেপচং চংখ্রমাল্লে।

'উহৌদে। অশেংর্বান।'

'অশেংবা হায়বীয়ু। ফৌহাম খত্তোকপনি।'

'কবিবো ?'

'অনীংবদু ।'

'মদুদি পুক্লীংদা, থম্মোয়দা চংশিন্দুনা য়েংদ্রিমখৈ উগনি থাজদে। ৱা অমদি ।'

'কবি ৱা অনৌব্রা ? অবিব্রা ? অবিবা শুম চাবদি শিজিন্নবা য়াবোই। কান্নদ্রবা ৱানি।'

'নঙগী ৱাসি ঐঙোন্দা ।'

'অর্থ য়াওদে অসিবা ? অদুবুদি ঐসু খণ্ডি, নহাক লুহোংগদৌবে। মদুদা ঐখোযনীগী ওইবা থোইদোকপা মবী অমতা লৈতে। খঙনীংবদি অদুবু কবম্বা মতমদনো ?'

ৱাবীসি পুক্লীংদগী ফৈদোক্লনা চৎখি। খঙনবমদবগী খঙনবা, খঙনববা মতুংদা নুপা নুপী ওইন' পুক্লীংদা ৱা ঙাংবা হৌবকপা, মসি অমগা অমগা খঙনবা ৱা নত্তে। অবোনবা পুক্লীংগী মকমদা উক উক লৈনা লোৎলিবা মতৌনি। লুমশিন্দুনা লৈবিবা মতৌ পুম্বা য়েংশিল্লম্বা মীসু লৈখি।

'হাইবীদু নঙগা কমদৌনা খঙনকবিবনো ?' মকপ তোলচৌনা থেংনবা অমদা ইখঙ খঙহৌদনা হংলকই।

'নঙোন্দা মদুদি কনানা হাযবিবা ?'

'চা হৈজিল্লুবা মীনা তম্লকপনি।'

'ইহ্।'

'মদু য়াম্না ঙকপনি। থওইনা চা হৈজিন্দুনা চুহল্লিবা ওইবমগনি। কয়াম য়াম্না চুশিনখ্রে।

হেনজিনগ্রবা ?'

'নঙগীসিবু কবি ৱানো ?'

'নঙনবুদি হেন্না খঙলন্ননি। মহাক নুপা য়াওদনা মথন্তনা নুপা অমদা চেন্দুনা থা অমবোম লৈমিন্নব্বনি। লৈমিন্নবা মতৌদুদা লৈবা ঙমদ্রমাল্লেময়ুমদা হল্লক্লিব্বনি। তৌ ঙমন্নবা নুপীনি।'

মানা ঙাংলিবা ৱা অদু অমতা তানীংখিদে। মহৌশাগী লৈ অমনা শাংলকপদা কবি করম্না লৈহাও চুপখৎখিবগে মুন্না কনানসু চত্তুনা থিকদে। থম্মোয় অমসুং থৱায়না লৈতেং ওইদুনা পুবিবা মীদদি খুদি থিকব্বগীসু চাউববা মবম অমা হেক হেক ওইহল্লিবসি কবিগীনো ? ঙকখি। মাগীদু হায়গে হায়দুনা হায়ববিব্রা ? কবি পাউ অমনো ? তন্নিবা পাউসি অকব্রা ?

খঙখিবা অমসু লৈ।

পাউদু তাববা মতুংদনি।

'নঙ তৌনু।'

'ইমা কৈদৌববগে ?'

'হন্দক্নীসিদি কায়বা য়াদ্রবনি।'

'ঐঙোন্দসু ।'

'নঙগী ৱা খঙদে। নুপীদু পামদে।'

মমিং পনবা য়াখিদে। নমিং য়াওদনা মুক্রখি। ৱাখল নঙ জ্ঞান তানা খল্লিব্রবা ? খল্লু নুংঙাইগনি। মসি কাওথোকপনা ফবিব্রা ? মাগী শক্তমদি অসিনি খঙদনা তারে। কবম্না মখলগী যাদুনো খঙদে। থম্মোয় হায়বসি হকচাং মনুংদা লোত্তুনা লৈবনিনা তাইবঙগী ওইবিবা মওং মতৌদগী তোঙান্না লৈ। মসিনি হায়দুনা অকক্লবা পোৎশক্লা কমদৌনা পাল্লক্কদগে হায়বসু ঙমদে। অতপ্পীনা মতম অমা থম্মোয়সে কন্না চিংলম্মী। ফুলগী ফলাংনা খঞ্জিল্লিঙৈ, নীংতম্না চেন চোংবা ঙমদ্রিঙৈদা মমায ইমায় ওনশিন্নকদ্রবসু, মবক অমদি মুন্না য়েংনখি। কদায়ৱাইদা কবি লৈ খঙনখি।

'নঙ কৈদৌবে, তুমিন লৈববদি ?'

'কৈসু তৌদে।'

'নশানা নশাবু কাওথোক্তুনা মাংবা মাল্লি।'

'কবিবো ?'

'চা হৈজিনখিবদু হৌজিকসু চুবিব্রা ?'

'শোয়খিবদুবু।'

'নত্তে। থওইনা হৈজিন খিবনি। চাগী ময়াল মচুনা নঙগী নফি অত্তৌবদা চুবদু য়েংনীংখি।'

'উবব্রা ?'

'চোংখিবদুদা মুন্নদি উহৌদে।'

'মদুদি কংশিনবা ঙাইখিগদ্রা ?'

‘ঙাইববোই। চংলনি।’

‘কদায়দা ?’

‘ইমিংনা উবা মফমদুদা।’

মফমদুদনি থম্মোয়না উরিবা। থম্মোয়দদি মক হন্দুনা মনা পান্নকপা, মপাল শাবকপা খক ঙাইনদে। লৈ ওইনা খংশাং শাংলকপা ঙাক্তনি। মসিবু থৈদোক্লুনা কনানা থম্বা ঙমগনি।



## মীহাৎপুঙদা

যুম্লানবা, লুহোংবা হাযবসি হিংলিঙৈগী মতমদা মীওইবা কাংলুপ্পা শেমগৎপা হিংবগী তোপতোপ্পা মতৌ অমনি। অমবোমদা মীওইবগী ওইবা থম্মোযগী মবী অসিনা নুংগী ওইববা তোঙাল্লবা মবী অমনি। কবিগুম্বদা অনীসিগী মবী অসি পুন্না পুনশিন্নদুনা শমখিবসু যাওই। কবিগুম্বদা থক শম্বা যাদনা তোকখিবসু যাওই। নৌনা মযুম পানবদি লাইবদুনা মচা তবা লৈববা মতুংদা য়ানদদুনা খাযনবগা ইনৌ নৌনা অমুকসু মযুম পানখিবা যাওদবা নত্তে। অদুগুম্লবা খুৎশেমগী থৌদোক অমনা পুক্লীং, হকচাং, থম্মোয পুম্বা নমশিন্দুনা থম্বা হায়বসে ঐ যাবা শুকঙম ঙম্লোই। মহৌশানা পানবীবক্কবা থম্মোযসিদা অহোংবা মচেৎ যাওদনা ঐ হিংখিগনি। মসিমদি অমুক নৌনা খংহোং হোংদোকপা ঙম্লোই। ঐমক্কা হোংদ্রবসু মহাক্তি হোংগ্রে। মীওইবদা মবী লৈনবা হাযবসি নাম্মতগী ওইবা ব্রা নত্তে। মতম পুম্বদা অতোপ্পা অমা য়াওবগদবনি।

ঙসিদি মহাক শিবে। মফম খঙদনা মহাকপু হাত্তোকপীখ্রে। মাবু খঙবা মীশিংনা নুংশিনা শোন্নৈ। অতোপ্পা কনাগুম্বশিংগী ব্রানা অতোপ্পা অমনি।

- মবাল লৈতনা মীবু পংহাৎ হাৎপা যাব্রা ?
- কবিনো অবানবা অমদি শোয়দনা লৈবমগনি।
- শিবমদাইদা তথোৎকসু উনবম্মী।
- মাগদি কবিগী ?
- মযুম পানগ্রবী মহাক্কা কবিগী উনবল্লিবা ?
- মদুসু মহা অফাওবীনি। মহাক্লা কৌদুনা থওইনা হাত্তোকহল্লিবা ওইবমগনি।
- মদুনা কবম্বা ব্রা অমনো ?
- য়ুম পান্দ্রিঙৈ, লৈশাবিঙৈদা মখোয়নী য়াম্না ঙাউবকপনি। হৌজিক্তি, পুন্সিগী অতোপ্পা মায়কৈ অমদা চংশিল্লবনিনা মমাঙঙৈদা তৌখিবা অবোন অথুপ কয়া মকা ফোঙলকপা তাবে খন্দুনা, মদুগী অবোনবদু ঙাক্লনবা শোযদনা হাত্তোকহল্লিবা শোয়দনা ওইবমগনি।

নুংশিনা, য়াম্না নুংশিনা অমকপা য়াওদ্রবা পিক্লিঙৈগী ৱাবীদা চেগায় মচেৎ খুন্দুনা শান্নমিন্নবকই। থানখিদে। এল পিগী পিক্লা হৌবা লাইবিক তম্বগী খোঙচত্তা বোবা মচি মচি পায়মিন্নদুনা থামিন্নখি। অমতা ওইবা মান্না তিন্নে। থংননা লৈবা লৈকায় অনীদা লৈবা ওইদুনসু মবৈকায়দা লৈবা কনানা মখোয়নীগুম তিন্নবা য়াওদে। মক্তবা মিংশেল্দা তাবা মমিগা থম্মোয অনীনা পুথোক্লিবা ৱাহনগা চপ মান্নে।

অঙাঙ ওইবিঙৈদা তিন্নবকপা মতৌদু মথোৎ কাবকপা মতমদদি অহোংবা খবা লৈবগুম উখি। চেৎশিনবদি হেন্না যেৎশিন্নবগী মতৌনি। অদুম ওইনমক, চাউববা আশা অমা য়াওববগুম তৌই। পুক্সি অনীদুনা পূন্না পুনশিন্দুনা পুক্সি অমতং ওইবগী পান্দমদা চাউনা শাগৎলকই। লমথুং অমতগী অথোইবা মনা চেৎনা পায়মিন্নদুনা লমজেন চেনমিন্নে হাযদবা ঙমদে।

মখোয় অনীনা শাবা অমতগী ওইবা মতৌদগী অমা শৎশ্লে। কনানা হায।

- খুৎলায পাযবা নহাবোলনা হাৎপনি।
- লৈকায চংদুনা হাৎপনি।
- (অমনসু হায়) মথুম পানখ্রবা নুপী নঙাগা ঙাংনবশ্বগীনি।

পাউদু মতা অমা তৌখি। অমগা অমগা মান্নদে। মান্নবিবা হাযববু মবমচত্তা যুম্ফম ওইববা নুংঙাইতবগী ৱা অসিনি। মীওইবগী মবমচত্তা চাউনা শন্দোক্লবা খেন্নবগী মূর্তি অমা লোক্তুনা লৈবস্মী। মথুম পান্নবা মতুংদা তোপ্পা তাই। মৌ ওইখ্রবদি নুপা নহাগা ৱাবী ঙাইহাক শান্নবা যাদ্রব্রা ? লৈশাবিঙৈদদি ঙাইহাক্তা থানদনা মহাক্না কোযপু পুদুনতা লৈবস্মী। মশক অনীসি কযাদা খেন্নখ্রবা!

যান্না মনুং হঞ্জিন্না যেংবা তাববদি, শাফববু কৈদৌঙৈদা অতপ্পীগী মপাবুংনা মী অমা ওইনা উশিনবা ঙমদে। মীওইবগী শক্তম পীননবা মখল মথেলগী চংদ্রবা যাদ্রবা মচল থিবকপদা খ্বাইদৈ চাউবা মচলদু মঙোন্দা যাওখিদে। মী ওইখিদে। থৱায পানবা মীগী শাদোং শাউপ অমতা চিৎথদনা যাওবিবা মী খুদিংমক মীনি হাযদুনা হেক্তা লৌকবা যাদে। মসিনা শাফববু অতোপ্পা, হন্নববা শা অমগুম লৌখি। কমদৌনা মীগা শাগা পূন্না থম্মীন্নদুনা যুম অমতদা লৈমিন্নহনগনি। মসিননি অতপ্পীগী মপাবুংনা মকোক লৈবিবা, মচানুপীবু মহাক্না মীনি খঞ্জবা ঙম্বা মীওই অমদা পীননবা হোৎনবিবা।

'নঙ ইপানা হায়বা ইল্লু।'

'পাবুং ।'

হিংবা হায়বসি ঙসি হৈয়েংখক্লা লোইগদবা নত্তে। শাংলবা খোঙচৎ অমনি। খোঙচৎসিগী খোঙবু ওইবদা চৈঙাক ওইগদবা কনাগা চৎমিন্নবা তাবগদি খোঙচৎসি মতোল লোন্না চৎপা ঙমগনি। নৎত্রগদি নঙসু খল্লু।

মশাগী চিন্থক্তো অপান্নবা খুম্বা ঙমজদ্রগসু য়ানখিদে। থম্মোয় হায়বসে অচুম চুমদগী বাখল পরীংনা পুনবা য়াদ্রবা অতোপ্পা পোৎশক অমনি। মসিদদি মসিনা য়াবদুৎনা অচুম্বনি। অশেংবনি। অতোপ্পা বাংমগী লোনচৎ অমনা মগুণ লেপ্পুবা য়াবোই। মতৌদুনা অতপ্লীবু ইমুংদগী মপান থোকহনখিদে। কা অমদা ফারকপা লানফা লৈবগুম লৈবা তাখি। মদুগী বাংমদা করি নুংশিং শিংলি, নুংশাগী মঙাল মেংলিব্রা খঙখিদে। মসিনসু মপুক্লীংগী নুংঙাব্রবা লোলশিংনা থম্মোয়দা হেন্না কন্না থাহনখি। তাল, সুর অমতা য়াওদনা হন্না হন্না থাখি। ঙাউহল্লি। থম্মোয়না থম্মোয়দা তিনশিনবগী বাতনা মনুং মপাল ফাওননবা পাল্লিবা থোংনাওদগী হন্নক্লিবা নুংশিংকী শাহমশিং অদুনা পুশিল্লকখি। অতপ্পা নুংশিংকী হন্নকপা শাহম পুম্বা পিবাং পুববা চৈথেং অমগুম থোকখি।

ঙসি খঙহৌদনা শাফবা শিবে। মহাকথক্কী পুন্সি অমা চৎখ্রে। মহাকথক্কী নত্তে, মখোয়নীগীনি। হায়নৈ। বাবক্রুম্বনি। বাবক মীহাৎনি। ঙাউশিন্নবগীনি। অতোপ্পা নুপাদা ময়ুম পানপ্পবা নুপীদা কাবল তাবক্লগীনি। মহাক্কী মশাদা নোংমৈ মক অনী পানখিবগী মশাদা মখুন অনী মপান ইকা কানা হোদুনা লৈ। মদুতা নত্তনা শিগ্রিঙৈদা কয়া অমসু ফু চৈথিবগী খুদম ফংখি। দন্দি অসি মীওইবগী থৱায়দা পীবা দন্দিনি। মতৌদু তাইবঙ মীওইবনদি য়েংবা ঙম্নদে। মীওইলোনগী মফম তাল্লিবা মতৌসি কবস্না লোল অমনো খঙদে। মীহাৎ থি। তমথি। অউবা খুদিংমক থুক লাওই। থায়না মীওইবা খুন্নাইনা চাওখৎত্রিঙৈ মীনা মীবু হাত্তোক্লহন্দুনা কুম্মৈ ওইনা য়েংনবিঙৈদসু অদুক থিনদি হাৎনদে। মীবু ময়ুম্মক্তদগী কৌথোক্লুনা হাৎপা। কবম্না মসিবু খোঙ্গুল তাববা খুন্নাই অমগী মবমচৎনি হায়কগনি ?

অতপ্লীবুসু হায়নবী।

- লুহোংবনি হায়দুনা লুহোংবীবগ, নুপানা মশক য়েংবীবমদনা অহিংদুদা ময়ুম থাদোক্লুনা চৎপ্রবদি মশানা নুপীনসু অঙম্বা উপায় থিদুনা নুপা ঙাংবা তাবনি।

- হোয়নে। মদুসু নোংমা নীনিতনি হায়য়ু, কদায়নো হায়বসি। থা কয়া মশক শুকউ হেক উনদনা লোৎলবদি কদায়দগী . . ?

- মদুম্না তৌদৌ লৈবদি কবিগী লুহোংলিবনো ?

- লুহোংবসিবু চাকথোংবী শান্নবা, ফাগীবা ?

- মখোয়নীগীদু বা অমসু লৈমাল্লে।

- কবি . কবি বা ?

ঙাংনবিবা পুম্বা কোক চুংশিন্নখি। মখোয় মশেন খঙনৈ। মী ওইনা, মী খুদিংমক মীশিংগী অবোনবা বারীদা মনম নমদুনা কবি হায়বগে তাননবা মনাকোং থাংজিল্লি।

- নুপীদু থা তবেৎ শুবে হায়।

হায়দোবকপদা খংপ্রেক খংখি। নুপীবু নুপা য়াওদনা অঙাঙ শন্দোকপা, শাবা য়াত্রা ?

- হেবা! ওইদ্রবা বানি।

- নুপা য়াওদনা নুপীবু মবুক কংহ্নবা য়াব্রা ?
- অদুনি। ওইদ্রবা ব্রানি।

নক্লবা, মখোয়নীবু খঙবা মী খুদিংমক ব্রাবীসি শানৈ। মীওইবগী লোনচৎ কায়ববা ব্রাবী ওইনা অতোপ্পা কয়াসু য়াওশিল্লকই। সমাজ অমসুং নাইতোম অনীগী লৈনবিবা মবীদা য়েৎনবিবা কয়া তিংথোক্লনবা হোৎনৈ। মসিদি মতম পূম্বদা য়েৎনদুনতা লৈবগদবা ব্রাফম্নি। হিংবা হায়বসি সমাজনা পীবা অয়াবা নত্তে। থব্রায় পাল্লকপগী মহৌশা ওইববা কাংলোন্নি। অমবোমদা সমাজ হায়বসিদি অপুনবগী ওইবা মিৎয়েংনি। নাইতোমতগী ওইবা মফম থাদোকপা তাবনি। ইতোমতগী ওইবা নীংতম্বদদি মসিদা লৈবা য়াদে।

অতম্নীদি কপখি। মীমাঙদা পুথোকপা য়াদ্রবা পিবাং লেপ্তুনা শিম্বুদুনা কপখি। কবিগী কপ্পিবা ?

- অতম্নী নঙসে ।
- কৈদৌববা ?
- ঐনদি নঙ থাদোকপা ঙমগনি থাজদে। অদুবু ।
- ঐনদি নঙবু থাদোক্লমগনি অসি নৎত্রা ?
- নত্তে, চনৈনবিবা মবক অসিদা ঐখোযনীতগী ওইবা মফম অমা শাগৎপা ঙমগনি থাজদে।

মফমদুদি শাগৎকদবা নত্তে। লৈ তাক্কদবনি। মীওইবা হায়বদা থব্রায় থম্মোয় য়াওশিনস্ত্রবনি। মসিমক লৈবগদি মসিগীসু তঙাইফদনা চন্নফম অমা লৈহনগদবনি। লৌথোকপা য়াবোই তাক্কদবনি।

- নঙসু তাক্কদ্রা ?
- তাক্কনি। থম্মোয়বু, থব্রায়বু অহিংবনি হাযদুনা হিংলগা ঙৌদুনা থমগদ্রা ? থাদোক্তুনা মনীং তমহনগনি। হকচাং মনুংদা লৈ হায়দুনসু খক ফাজিল্লগা থল্লোই।

আশাদা আশা মবুক থন্না হাপচিনখি।

অচেৎপা ব্রাখলসিগী ব্রাংমদা খঞ্জবা পূম্বা কায়বা তাখি। থম্মোয়দা থম্মোয়গী মৈচাক্লা মফম খুদিং শন্দোবকই। চাক্লিবা মৈচাকসি অমুক্তং মুখত্তুনা, থম্মোয় অনী কোনশিন্নদুনা ইংথহনবা পামখি। মসিমদি খক য়াববোই। কোনশিন্নগদবা অতোপ্পা থম্মোয়দো ঙসিদি চৎত্রে। কনাদা পুবক্লিবা থম্মোয়গী ব্রাববা নম্বো অসি থাকগনি। মহাক্তা নত্তে, মপুবোইবসু মফম খঙদনা চৎত্রে। মঙোন্দসু নম্বো অসিগী অপিকপা থাফম অমা লৈবগুম উবম্মী। পূম্নমক পূমচাই চাইদুনা থাফম লৈতনা মাংত্রে। লৈমিন্নবিবা মনেম মকুসু অতোপ্পা ব্রা ঙাংলকই।

- তুকচ্চে।
- মফমসিদা মাবু কনাগী মকম কোল্লবিবনো ?
- মীনা শা উচেক্কী মবমচৎ চৎলক্লবদি তুকচৈ।
- মিৎসি নাবনা লোইবে।

শা ঙাগা লোয়নবগুম মহাকপু লোয়নবী। মখোয়সি নৎত্রা, মতম অমদা মহাকপু মণিমতুম

অমগুম নান্দুনা থেমদুনা থমগনি হাযখিবদু। থম্মোয়দা হু ফুম্লবা কাংলোন অমা কবিগী নৌনা কাংলক্লি ? মাঙ তুং, তুং মাঙ হায়বসিনা মীওইবগী চপ চাববা মচৎলা ? শাগৎচখিবা আশাসু থুগায়বা, মদুতা নত্তনা হিংবসু ঙমহন্দবা মসিবু কবম্বা লমচৎনো ? পুন্সিসি অসুক শাথিব্রা ? মখোয়না য়ুম্ফম থোনবীখিবা পুন্সিগী মহুমদা কবিগী মৈ চুদুনা মৈহুম ওহ্লোক্লিবনো ? অতপ্পীদি হৌবদগী হৌনা শুকয়া য়াজখিদবনি। মিকুপ অমতসু য়ুমদুদা অতিথি ওইনসু থুংনীংখিদে। নমদুনা সমাজগী চৎনবী অমা ওইনা লৈহনখিবনি। মশানা য়ুম্ফম থোঞ্জখিবা মফমদু থুগায়দুনা সুপ্নতগী মমি অমতসু তাদ্রবা মফমদুদা নমদুনা ময়ুম ওলহনখি। মসিদি ফাদুনা থম্বীবগা চপ মান্নে।

ঙসিদি অতপ্পীসু অমুক চৎখ্রে। কদায়দা ? কবিগী ? অচিকপা অহিং মমৈ ওইবক্তুনা তাইবঙ পূম্নবু হিংহন্নবগী অমতা ঙাইববা মাযথোঙ পুবিবা কোবৌহনবনা মমি শাম্মি ওইনা মঙাল থাদোবকপা মতম্মি। তইং তইংলবা নুংশিৎনা লিবি লিবি শিৎলি। অযুক্কী অঙনবা খ্বাইদৈ নুংঙাইবা মতম্মি। তুমথখিবা মীওইনা হেন্না নুংঙাইনা তুম্নবি।

নহানমখৈ চেৎনা লোনশিল্লবা থোঙ অদু খজিক্তং নাচেক ওইনা হাংলি। মসিগী হেক মমাঙমক্তনি অতপ্পীগী অশিবা হকচাংনা থবাক থবাক য়াম্থবিবা। মনাক্তা তুল অমা তুদুনা লৈ। মখোঙগা লৈমাযগা শম্নগদবা ফুৎ অনীমখাযবোম ব্বাংলি। মথক্তা শাংকী অকম্বা য়াম্থনবা হাপ্লিবা কোচি অদুদগী অপিকপা ফি অমনা য়াম্থবক্তুনা মহাক্কী মঙক্তা কোযনা য়েত্তুনা যাল্লি। ঙৌশোক ঙৌবা ঈ থাংবা হকচাং তাইফেৎ তাইবে, ঈ চেন্দ্রে। মখূত্তা চেজেৎ অমা পাযবি।

উকববদা মী খুদিংমক নুংবংনখি। মরু লুকথৈ। থম্মোযদা নুংহিক্রুখি। থৌদোক ব্বাথোক ফনা থোক্তুনসু, খৎন চৈনবা ফনা লৈনদুনসু হিংমিন্নবগদি মওং অমদা তত্তনা তেশিন্নে। মদু নত্তবদা শিবগদি ব্বা অমা থোক্রবা ঙাক্তনি।

চে মচেত্তুদা ইবি।

*ঙসি শিবগে খঞ্জবা, পুক্রীংদা চপ যুংনা লেপথোক্লবা মিকুপসিদসু ঐহাক হিংনীংলি। হিংবগী চাউববা আশাদু খক মুখুৎপা ঙমজদে। অহিংবগী মবক্তনি তাইবঙপানগী অপুনবা কিশি। শাগৎলিবা আশা কযাসু মসিগী মবীসিদনি।*

*ইমাগী পীবুক্লুংদগী থোবক্তুনা তাইবঙ মালেমথক্তা হেক তাবদগী ঐসে তাইবঙগী চৎনবীনা পুনবা হৌব্রবনি। মতমদো ইশানা ইশাবু খঙলম্বা খঙলমদবা কবিসু খঙদে। ইশানা খঙজবদি ঐসে ইশাগী চাউববা হক অমা পুজৈ হাযবসিদি (মদুনবু ঐহাক মহাক্কা নুংশিনক্নবনি। নুংশিনবা হাযবসিদা কবিগুম্বা পুন্সিগী ওইবা লল অমা মসিগী মকমদা লোৎলি)।*

*পুবিবা হক অসি ইশানা শিজিন্নগনি। মসি নত্তবদা তাইবঙ মালংপান উহনবীবগী চাউববা, তোঙাল্লবা হক অমা থব্রাযসিদা তোঙদুনা থৌবি হায়বসে খন্থবা ঙম্লুদে। তাইবঙদদি মসিনা হেন্না চাউনা শন্দোক্তুনা লৈবম্মী। ঙসিদি হিংবা হায়বসি ইফোঙ ফোঙনা খঙবা ঙমদবা পাংশক কযা শন্দোক্তুনা লৈবম্মী। মসিদি শাফোঙলক্রুবতদা খঙলকই। মসিগী মশক অসিনা তশেং তশেংনা ফোঙলকপসিদা, ঙসিগী ফিবেপ অসিসু ইশাগী হক তাঞ্জবা ওইনা লৌবকপা*

*অবোইবা লম্মীনি। মসিগীদমক পুক্নীং নুংশি।*

- অতম্মী।
- কৈদৌবে ?
- ঐ তপথবা ঙমদে।
- কবিগী ?
- নঙগী খনবদা।
- নঙগীসু খল্লু।
- ঐগী খন্না খন্না নঙগীতা খলহল্লি। খনবা হৌবদি ঐগীনি। লোইবকপদা অসুম থৈবকই।

নঙগা ঐগসি ।

- শোয়দনা থুংনবগনি অসি নৎত্রা ?
- কায়নববদি কমদৌবা ?
- নত্তে। ঙল্লোই। শিমিন্নগনি। শিমিন্নসি।

ব্রাফমসি মপুক্লীংদা পুখিবনি।

*খস্থৌদনা মতম অমদা ঐ হায়বা ইনবী ওইকবে। হায়বা ইনবা হায়বসিদদি ইশাগী ফিবেপ লৈজদবা তাই। মসিদি মীওইবগী থস্মোয, ব্রাখল লৌথোকখ্রবা ইশাগী ফিভম লৈহৌদবা শক পোলাং অদুতনি। যেংবদা ফনা মশক ফজদুনসু অতোপ্পা আশা অমা মসিদা যাওদে।*

মদুদনি।

মাঙদা ঈশৈ শক্কুনা ধোনজাউ থিন্দুনা চৎখি। মী পূম্নমক মানা মানা ঙমজবা মওংদা কে। দোলাই তোঙলিবা মহাক্তি, মনুং যাওদ্রবা মপানতগী ওইবা মতৌনি হায়বা খঙজদে। কপ্পি। অউবা কনানদি মমা মপা কায়নবগী কপ্পগুম খল্লি। থস্মোযদদি থস্মোয় চৎখিবগীনি হায়বসে মযেক শেংনা চোংথোবকই।

*ব্রাশক অমসুং থস্মোযনা পুনখিবা মতমদু কলকই। কনাগুম্বা অমগী মমি মফম খুদিং শিঙ্খুংনা যেকশিনখিবনি। নুংশিবনা হকচাংসি মহুৎ শিনখি। অতোপ্পা অমৈ ব্রাখল চংখিদে। অবোনবা অফোঙবা অমতা থাকখিদে। তাইবঙ শেম্বা ঈশ্বরনা নুংশিবগীদমক শাবক্রবা হকচাংনি। মসিদা কবি অমমুক থাকচিন্দুনা থম্লগনি ? পূম্নমক শিন্নথোকখিবা তাবনি। শিন্নথোকখি। লোন্না লুহোংবা লুহোংদবা হায়বগী কবিগুম্বা মচৎ অমা থমখিদে।*

মসিননি মহাকপু থা তবেৎ শুবে হায়না মীয়াম পূম্বনা ঙাংনবিবসি। মসি অচুম্বনি। অচুম্বা কিশিগী মচিন মসিদা মযেক শেংনা থোক্লি। মসিদা লাল্লিবসি কনানো ? অচুম্বা পাউ পুবিবা মহাক লানবা তাবিব্রা ?

*মদু ব্রাশক্লি। ব্রাশক অমনা মীমাঙ থোক্লা লুহোংখিবনি। মাতগা অমুক্তং উনখিগে। ফিজিগী লল অসিগী থাক্কেশেংবা মপু অদুগী ব্রাবেপ অমতদি খঙখিগে। মসি খঙলবা মতুংদা তাইবঙগী লেংলি পাল্লিবগী মতৌ তুংইনগনি। অবোনবা, অশেংবা মহাক্কা নোংমা লোন্না*

*উনখি। মদু তশেংনা লাইগী নোংদম অমনি। মহাক্তা নত্তনা মপা শাবীনবা মহাক অমসু লাক্লম্মী। তাইওন্ননা সমাজগী মমাঙদা মহাক্তা অমুক হন্না লুহোংখি।*

অহিংদুদা ।
- নঙসি ঙসিদগীদি ।
- ঐখোয়নী অসুম্না লৈমিন্নদ্রিঙৈ হান্না বাবী অমা শান্নবম্বদি ফবনি।
- হৌজিক্তি শাবা য়াদ্রব্রা ?
- য়াই। ফিভম অমদি ওইগনি।
- কবিগী ?
- ঐদি হান্না ।
- শকখঙদবা অমগা নুশিনবম্মী অসি নৎত্রা ?
- মানি। হেঞ্জিনবা শকক খবসু য়াওখি।
- হায়বিসিবু অঙাঙগা ।
- মদুনি, নঙোন্দা ঐনা মীনম্মীংদ্রিবসি।
- অদুগা ঐঙোন্দা কবিগী ?
- মসিদি ঐনা নত্তে। নখোয মখোয়গীনি। ঐনা থিংবা ঙমখিদে। ঙন্নন্নবদি শোয়দনা থিংলমগদবনি। ঙসি মফমসিদা লাক্লিবসি নুপী ওইনা লাকখিবা নত্তে। চাউববা বন্দি অমা ওইনা লাকখিবনি। কয়াম কুইনা মসিগী কৈশুমশঙ অসিদা লৈখিগদগে খঙদে।
- কৈশুমশঙসিদদি ?
- ঐ শুক্লে লৈনীংদে।
- ঙসিদগী নঙ ননীং তন্নবনি।

*অসুম্না মহাক চৎখি। অমুক হন্না উনখিদ্রে। ঘুমগী অহল লমন মনেম মকুনা মহাকপু ময়ুমদগী তাম্বোকখিবগুম তাথিনা তৌই। লৈফম খঙহনখিদে।*

*থম্মোযদা মপা অনীগী চনৈনববা মতৌনা ঙংদুনা লৈখি। থম্মোযনা অযাবা পীদুনা অঙাঙসিগী অশেংবা মপাবুনা পুক্লীং ফনা লুমনা লৈদুনসু, সমাজনা অযাবা পীদুনা ফিজি অনী পুনশিনখিবগী দাক অসিসু কৈদৌঙৈ কোকঙমদনা লৈখি। ঙসিদি, মসিগী মম্না তাববা মমিসিনা সংসাবসে পৃশ্মম মমহম্রে।*

*মতম অমদদি মহাক (শাফবা) ঐহাক অমতা ওইনা হিংমিন্নবম্বা পামজবম্বনি। কবিসু অবোংপা যাওজদনা ফোঙনা হিংবা পামজবা ঐখোযনীবু, চৎনবী অমসুং ঙাক্লৌ ওইবিবা হিংমিন্নবগী খোঙচৎনা নাইতোম তাহনবীখি। সমাজনা মফম খঙদনা ইম্বোকখি। ঐখোযনীবু অমনা অমদৈ শেত্তোক্লখি। সমাজনা ঐখোযবু ফনা শোত্তোক্লদুনসু, পুক্লংদা যাওবিবা অঙাঙ অসিদি কৈদৌঙৈদা অমতগী ওইবা য়াবোই। ঐখোযনীগী ইমি হাপচিন্দুনা শাম্ত্রবনি। মসিদসু*

*সমাজনা পল অমা খাগত্তুনা অমতদা শিন্নখিগদ্রা ? অণ্ডাণ্ডসি নোংমতং ওইববসু ঐখোযনীগী মযায়দা ফমহনগনি খঞ্জবনি। পূন্নমক অবেম্না ওইবন্নে। হিংলিণ্ডৈসিদা অণ্ডাণ্ড মপাদি অম্নুক হন্না উনবা ফংলবোই। সমাজনা তাইবণ্ড ফাওবক্ত্রিণ্ডৈদা ইস্থোকপা হাযবদু ওইববনি। কাযববা ব্রাশক্লা অথেংবা অহিংগী তণ্ডপ চণ্ডপ্লবা থাবল মণ্ডাল শিজিন্নদুনা ঐবু কৌবক্লে।*



## অখৎপী (১)

অখৎপীদু অমুক চেনখ্রব্রা খঙদে। লৈকায়গী মীয়াম্না মুকম মুকম শোন্নে। নুপী চেনবসি হৌজিক্তি অনৌবা ব্রাসু নৎত্রে। অসিমক্তদা অদুম ঙাংনৈ। অতৈ অতৈদা ঙাংনবদগীসু মঙোন্দা ঙাংনবীবনা অমুকসু হেনবগুম তৌই। অখৎপীদু অমুকসু চেনখ্রেয়ে।

- মদুবো।
- নহানমুক্তৌনা তৌববোইদ্রা ?
- মদু মদু ।

কবিগী অসুম্না ঙাংনবীবিবা ? চিনফেন ফবা, মবুক মপাউ ফবমগদবা মানবা মঙোন্দা অসুম্না কবিগী ঙাংনবীবিবনো ? মপাম্বোংদা অফবা শাবগা মনুংদা মাবু হক্রা যেংশিল্লিবজাংলা'? কবিগী লৈশাবী মঙোন্দা পাউথোকপীবিবনো ?

- মবম। মবম লৈতে।
- লৈ। চাউনা লৈ।
- লৈবদি হায়বোদনা।
- হায়গনি।

মমাদুগা পকশিন্নবা হায়বকই। মহাক মীবোন্দ্রিঙৈ, মীবোনগদবা মতম খবা ব্রাৎলিঙৈদা অতোপ্পা লমলানবা নুপা অমগা চৎমিন্নবম্মী হায়দুনা মহাক্কী হৌজিক লৈবিবা নুপা অসিনা লম্বী লমজাউদগী ঙাংল ঙাংলদুনা ময়ুম তান্না পুবকখি। মখুৎ যাওনা ফুই। ময়ুম যৌবগসু লাল অমা থোকখি।

- নঙনা থবক চৎলিনি হায়দুনা চৎলিবদু মদু তৌননব্রা ?
- *ঐ লাঞ্জবে হায়বেদনা।*

মতমদুদা মহাক থবক কবিসু তৌবদি নত্তে।

মহাক লুকথখি। নহানমখৈদি খজিক্তং ব্রা থোক্লকপদা মহাক্না হেন্না যৌ যৌ তৌবনি।

- ঙসি ফাওবদা নঙনা লৌবীবনি হায়দুনা লৌবীবগা ঐগী কবি তৌবীখ্রে। নঙনা লৌবিবসি ঐবু নমশিন্দুনা থম্নব্রা ? ঙমজদ্রে। থিনবীবো।

শেন থুমগী নাতৈ চাদবা, অব্রাৎ অপা খবা লৈবগী খুদোংচাবা কয়া মতৈ মনাও ওইনা

লৈমিন্নববা মতুংদা লৌখি। নুপাদু কবিসু হায়জবা ঙমদে। পুন্সিগী খোঙচৎসিদা খুবৌ ওইহল্লি। নুপাদুসু ব্রাহৈশিংদু মহাক্কী অশোনবা খবা লৈবদুগা অচুম্বা খবসু য়াওববনিনা কবিসু হায়জবা ঙমদে। পেনবদি পেনখিদে। চৎনবী অমসুং মীয়াম্মা য়ানববা নুপা নুপীগী মবী মীয়াম মাঙদা উনবিবা মতৌ অদুদা শোত্থববসু শোত্থনা য়ুম অমা ওইবগী চপ চাবা মবী অদুদি লেংদনা থমহন্নীংঙি। মতৌদু উবদা মথন্তা মীয়াম মাঙদা ইকাইজৈ। ঙসিসি অমুক নুপীদু মশাগী চাউববা মবাল লৈকববনিনা মীয়াম মমাঙদা তুকথবকই।

- কবি লাল্লে হায়বগা য়াব্রা ?
- ঐ খুকমজগে ?
- কবি নবমচত্তি চুমদ্রগা ।
- পুক্নীংনা খম্বহৌদ্রে।
- নতৌসিদি হাত্তোক্লবসু পেল্লোই (তমথিবা মওংদা ফুগদবগী তৌই। হাত্তা হাৎত্রগদ্রা)।
- মতুং অমুক হন্না তৌজববোই। থব্রায়দতি কনবীযু।
- নঙ লেম্না থাখিগদ্রা (শাউনা অমুকসু ফুগদবগী তৌই)?

মশম লাক্লা চিংদুনা শুমাঙ মযাযদা উপথু তুহনখি। থিনা শোক্লমগদবা মাল্লি। মদুনসু পেন্দ্রদুনা মখুৎ পেন্ননবা খবসু ফুখি। হন্না হন্না পেন্দবগী মতৌ যোঙদোক্তুনা খুৎ থাই। অউবা কাংবুনা শিবা তাবে হাযদুনা খাম্নখি। মীওইবনা মীওইবগী লমচৎ কাযনা ফনা অবানবা তৌদুনসু থব্রায অমসুং হকচাংগী মবীদদি অহেনবা তৌবা কনানসু পাম্নদে। থিংনবা ঙাক্তনি। মপল চংদুনা খামখি।

- ইবুংঙো শিনবা তাবে।
- ইপল ঐ য়াম্না ইকাই।
- অদুবু, মীগীসু মমা মপা হাযবা অমা লৈ। মহাক্লা নঙগী য়াম্না কাযবা তৌবগদি, মমা মপাগী মনাক্তা থিন্দোক্লসি। মথব্রায লৌদুনা হেক হাৎপা হায়বদুদি চুমদে। নঙনা হেন্না লাল্লকনি। ব্রাথোক চাউথোবক্কনি। মদুসু খল্লু।

শিখ্রসনু হায়বদি হায়জবগী ব্রানি। পুন্সিগীনি খন্না অপুনবা খোঙলোয় ওইমিন্নবক্লবা, অব্রা নুংঙাই পুন্দুনা মক হুনমিন্নখ্রবা, শাংনা খুৎজেং পাযমিন্ননা চৎমিন্নবা হাযবসিগী মবা তাখিবা অসিসু তোপ তোপ্পা লকানুংগী মফম অমা থম্মোয়দা থোবকপা তাবনি। মসি শোমদনা থোবক্লমগনি। মখোযনীবু মুন্না খঙবা নক্লবা কাংথুনসু খবা ব্রাবকপা পান্নগসু কাযনবদি কায়নহন্নীংখিদে। মওং অমদা ব্রাবকপা হাযবিবসি মবী অমদি মদুগী মনুংদা ফুমদুনা লৈবি। মবীদু শমজিন্নবগী লম্বীনি। মবী ঙাক্লনবা থোং শাবিবনি।

- মতৌসি ঐ পেন্দে, ইপল।
- অদুবু শাউবা ফবগা ফজনা অবোইবা ব্রা ঙাংনসি। ঙসিদি নঙসু পোত্থাবো। মাসু পোত্থাহল্লু।

অসুম্না লোইশিনখি। মসিগী মতুংদদি মতৈ মনাও অনীদা মখোযনা অপাম্বা মওংদা

ব্রাবেপ লৌনবা পূন্না থাদোকখি। মখোয়নসু অতোপ্পা মীতোপ কৌদুনা মখোয়নীগী মরীদা চয়েৎনহনখিদে। থম্মোয়গী ওইবা মবীদি থম্মোয়তনা হৌদোবকপদা হৌগত্তবা খক লৈতে। হৌগৎলমগনি। তপ্না তপ্না মৈ হৌবকপা মৈশানা লুম্বু লুম্বু কাবকপা মতমদনি অখৎপীগী মশা শাগৎলকখিবদু। কুইখিদে মিতন্নকখি। থা শুবকই। তাইবঙ ফাওবকখি।

অঙাঙ অমা মিতমদুনা মমা পুক্কুংদা মমি লাকপা হৌবকপদা, অঙাঙগী ব্রাখল খঙ্জিংঙেদা মমানা খল্লিবা ব্রাখলদুনা অঙাঙদুগীসু ব্রাখল ওইবা তাবনি। মসিননি পোক্লক্লিবা অঙাঙ পূন্না নাওপুবিঙেদা মমানা খনখিবা ব্রাখল লৌনবা মাল্লিবসি। নুপী অমা য়েংবা মতমদা মমাদা হান্না য়েংনদুনা ব্রাখল লেপ্পবিবসি মসিননি। ব্রাখলগী খোঙচৎ অসি খক মাংখিবা লৈতে। মতম কয়া অমা লোৎলুববসু, নোংমা নৎত্রগা নোংমদি খঙহৌদনা চপ চাবা মূর্তি পুখোক্লুনা ফাওবকপা ঙাক্তনি। হায়বিবা মতৌ পূম্বসি অখৎপীদসু থোকখিব্রা ?

অখৎপী পোক্লক্লে।

অঙাং অমা ওইনা য়াম্না নুংশিখি। থবক থৌবম অমতং, মসি খবা তৌবম্মু হায়কবদা হবাও হবাও তৌবম্মী। নোংমতা তল্লি হাযখিদ্রবনি। থবক তৌবদসু মখোঙ যাংঙি। থাজদে অদুম্না তৌগনি হায়বা। মশা মউগা বুপ বুপ লাওবদুনা চাউখৎলকই। শাবান্দু মীনা কল্লকপা মতৌনি। মশক্তি থোইনা হেন্না ফজকদ্রগসু, মীনা পান্বা হায়বদুদি থোকই। ইনখৎলকপা মতম হায়বেদনা, উনশা তিংনা লংলদুনা ফজে। লম ঙাম্থোকই। খবসু ফেৎ ফেৎ হাইদুনা চৎলে, মতৌদুদদি খবসু হেন্না মীনা য়েংনৈ। মশানসু য়েংলক্লবা তৌই।

নুমিদাংব্রাইবম মন্নক্লবা মতমদা নোংমা মমানা মচানুপীদু মহাক্কা লুনা চান্না তিন্নজবী মমান্নবীশিংগী ময়ুম ময়ুমদা চৎতুনা লাকপ্রা হংলই। অযুক অঙনবদা ইবাং তৌই হাযদুনা খবা ঙাং শক্লুই হায়।

- নঙসে লৈশাবী ফাববনি। জ্ঞান খবসু তাবা য়াই।
- য়ুমসিদা লৈবনু হায়ব্রা ? লৈহন্নীংদ্রবসু লৈতবা ঙম্মী।
- মসি য়াম্না ফাওগদৌবি। নঙসু থবকসি খবা য়াওশিল্লক্লুনা ইতেং খবদি পাংবা য়াইদনা।
- মদুমা ঐ ঙম্লোই।
- মদুনদি মীগী ময়ুমদসু চন্নবোই।
- য়েংনবা তাই, মদুদি।

খুদোংচাবা লৌবগা চৎখিব্রা ?

চিংনৈ। মহাক্কী মবৈ ওইনা ঙাংনখিবা ব্রাফম অদুদা মপুক্লীংগী ব্রা কয়া হাপচিন্দুনা অশেংবা ফোঙদোকখিব্রা ? অকুবা, মপুক্লীংদা লৈবা হায়দোবক্কনি থাজদবা ব্রা ইকোম কোম্না হায়দোবকপা হাযবসি হান্ননা মমি লাকশিন্দনা হায়দোকপা ঙম্লোই। মশানা হান্না মুন্না খম্বুববা তুংদা হাযবা ওইগনি। লৈশাবীনদি মকওইনা মচানুপীনা মমাদা হায়গদবা ব্রা নত্তে। থাবল্লিবা খোন অদুগা, তৌথোবক্লিবা মতৌ অসিগা য়েংলগদি শোয়দনা মহাক চৎগ্রগে খন্দুনা হান্না

চপ যুংনা খল্লবা জাংনি। মদুনা চংখিবা শোযদনা ওইবমগনি। মচানুপীগী মতৌ পূপ্না মমাদি লোইনা খঙি। মহাক ইবাং তৌবা হৌবে হায়বসু খঙি।

তশেংনা ময়ুম পানবগী ওইববদি খবদি ঙনমল্লি।

মসি চেনখ্রবা মতুংদা হায়বা কান্নদবা ব্রানি।

মদু ওইববদি, পূম্নমক তোঙান্না থন্নগা ময়ুম পালহনখিবা তাবব্রা ? হৌজিক্তগী ময়ুম পাল্লগনা কমদৌবা ? ব্রাখলদা শাগৎলিবা মবমচৎপু পম্থুং তান্না পুথবা ঙমগদ্রা ? ব্রাখলদা লমহাংননা অসুম্মক লোইশিনাখিবা তাবনি। কবিগুপ্না অমদা নৎত্রগা অমদা নপশিন্দুনা ফল তাহল্লবসু, পুন্সিনা মদুমক ওইবক্কনি হায়বদি য়াদে। মচানিনা ফহন্নীংঙি। ফনা খল্লম্মী। ওন্নতৈনবা মওংদা থোবক্লে। কবি তৌগনি ?

অহিংদুমা অদুম হল্লকখিদ্রে। মওল মওল খল্লিঙৈদা অহিংদু হৌখি। কনাদা, কৈযুমদা চৎলমগনি ? লৈশাবী ফাববনিনা অতোপ্পা লমফৈ অমদা খল্লুদ্রে। মাগী পুন্সিদু কনানসু মহুৎ শিল্লুবা যাদবনিনা, মানা মানা তৌকবা থবক্কী মতুংইন্না চানবা মহয চাজবা তাবনি। তৌজবসনু। অসুম্না খল্লুববসু, মওং অমসু অমুক খল্লকই। ইনখৎলকপদা ঙাইবি ময়ুম পান্নীংবনা হাল্লি। নৌমনবদুদা মথব্রায খবদি নুংঙাইতে। অদুবু খন্থগদবা মতমদুদি লাম্লোকখ্রে। হৌজিক অমুক কৈদৌনকগদগে ? লুহোংসি হায়বগনা কৈদৌবা ? মবিক মকোন অমসু শাদ্রি। মশা ঙক্তা থাদোকশ্রগনা মীগী ময়ুমদা কমদৌকবা ? মসি পূপ্না খন্থদুনা মমাদি ঙাংজবনি।

- নঙনে, নশাদু ইথাংনা হাবেকো।
- লৈশাবী ফাবে কৈনো ?

মদুসু ইকাইবা খঙখিদে, মতৌদু মিৎ নাখি। ব্রা মখাতাবা ঙমদনা মথবাক যৌখি। শোযববোই খল্লি। কুপশেন শেন্নে। মখোঙ মখূৎ পুন্দে হাযবতা খাক্লুনা থল্লিবনি। মদুমক্তদা কদোমদগী লিথোক্লুনা মতৌসি ওইখিবনো ? মসিদি খোঙ খূৎ শৎ তিংথোক্লগা ও খোংনা কপ্লীংবা হাযবদু য়ৌখি।

মপাগা তানজৈ।

- কমদৌসি হায়বগে ?
- শেন্নৌ হাযবদি য়াদনা (শাউজিল্লকই)।
- শেন্নবিবনি (খজিক্তং নুংঙাইতনা খুমখি)।
- অদুবুদি মশানা তৌগে য়াওনা তৌপ্রবনি। থিংলুবা খক ঙল্লোই। কমদৌনা থিংগনি ? মমানসু নোংমা হায়খি।
- নফিদু য়েংনীংদে ফজনা শেৎলু।
- সিবু কৈদৌববগে ?
- কৈদৌবা, কৈদৌদবা খঙদে। ফজনা নফি কোম্না মান্দনা লিবি খোইবিনা শেৎপা য়াদ্রা ?
- ঐবু খুমুং নুপীবা (শৎ লাউনা খুম্নম্নগা থুনা চৎখি) ?

- ( মমানা শোলহৌই) নঙমা নঙমা ইমা (ফমথখি)।

পুন্সি হায়বসি মফম খঙদ্রবা থৌদোক অমদা মথক মখা খংওন ওলহল্লি। হান্নগী মতৌদা অমুক শমজিনবা ঙমদনা পুনশিন্নবা য়াদ্রবা পোৎশক অমা কায়থ্রগা ফিভম থিনা লৈবগুম লৈ। কনাগুম্বগীদি মসি হায় হায়দুনসু অকায়বা মচেৎকুম তাবন্বদগী অতোপ্পা থৌদোক অমগা চুশিন্নখিদুনা খংফ ফখিবসু য়াওদবা নত্তে। হৌখিবা কয়াগী লিশাং শিৎপা থৌদোক কয়াশিংনা অহল লমনশিংগী মমিংনা তুংদা ইন্নবক্কদবা লন্নী লমশাং শেমদুনা য়েংঙি। অঙাঙশিংনা উবিবনা হৌজিক হৌজিক্কী ওইবিবা, পুক্লীংনা পামজবিবা মতৌশিংনি। খেন্নৈ। অনীসি খক মান্নফম লৈতে। শমজিন্নবা য়াবোই। মচানুপীনা চৎলিবা লম্বীসি চৎপমখৈ চৎলগা শোয়দনা লন্বী মাংখিদুনা লমহাংনগনি হাযবা মখোয খঙি। লম্বীদু থৎনীংখি। থৎপা ঙমহৌদ্রে। মসিদদি মমা মপা ওইবা মখোযদা অকনবা মিহুন হুনগৎলিবসি।

নোংঙানবগা পাউ লাকখি - নচানুপীদু অমুক্তা লৌকলাও।

কবি ব্রানো মসিবু ? নুপী চেল্লগদি হায়দোকপা লাক্রবনি। মদুগী মহুৎ অঙাঙ লৌকলাও হাযদুনা পাউ চেল্লক্লিবা কবিগীনো ? কবি কবন্বা নাতৈ চাদবা ব্রা অমা লৈবগে ? অসুক ইচংথৌনা অসুম্বা হাযবিবসি উশিত্তদুনা তৌবিব্রা ? শাউনীংঙি। কবি কমদৌবা খঙননবা তনচৎ চৎখি।

- পুখোবকউ। নুপাসু নুপীসু (শুমাং মতোন যৌবোই য়ৌদবোই তৌবগা ধপ তৌদুনা শাউনা ঙাংই। লৈবন্নিবা মখোয ইংথনা হাযবকই) - ঙাইবীখো। ঙাইবীখো নচানুপীগা অমুক্তা উনবীখো।

মচানুপীদু থোবকই।

কৈদৌবা লাক্লিবনো ইমা কোন্না লাকউ।

নঙদি কৈদৌবিবা ?

- চৎলবনি। য়ুম হোংলগদবনি।

- (ইকাইবা মচেৎ অমতা পক্তনা মতৌ অমা তৌনা হাযবকই। মাগী মতৌদুদা মমানা কোযকপ কোযকপ য়েংলগা) নঙনা লোইনমক পান্দুনা লেপ্লব্রা ?

ইমা, মসি মীগী মযুম্নি। শাউবকখিনু (ব্রা ঙাংলুবসু যাখিদে। কিবু কিখি। মচানি হাযদুনা কবিসু তৌবা যাখিদে)।

- নঙবু য়ুমদতদি অমুক্তা চৎলুখিসি।

- নখোযনা নপুক্লীংদা লুহোংগনি লেপ্লবা, লুহোংলনি হাযববকান্দতা য়ুমদা হল্লক্কনি। নৎত্রবদি লাকপা ঙল্লোই।

- নঙসিবু কৈদৌববগে ?

- ইমা নঙসে জ্ঞান তাখিদ্রেদা। হৌজিক ঐসে নুপা মযুমদা চৎলবা হাযবদুনি। মসি য়ৌববদি নখোয়না হান্না ঐঙোন্দা তৌবন্না মতৌ অদু তৌবা য়াববোই। পূমতোপ তোপ্পা অতোপ্পা অমা ওইববনি।

অঙাঙ মানবু তাকশিল্লকই। য়ুম পান্দুনা মনেম মকুগী সেবা, ইমুং মনুংগী মকুপ মতাই কুপ্লোম নোমদুনা মতম কুইনা লৈবক্লবা মমানি। মহাক চাউননবা য়োক্লক্লবনি। মসিদবু মহাক্না কবিগী তাক্লক্লিবা ? মসি য়ৌবক্লবদি, পুকচেল শেংদবা অমা য়াওবরা চিংনদনা ঙমদে। পুকচেল শেংদবা হায়বসি তমথিবা অবানবা অমনি। মকওইনা পুন্সিচুপ্পগী মবী শমগদবা মফমদদি অমুক্তসু হেন্না লাল্লি। মসিদদি তাইবঙসি মথক মখা পুমওন ওন্থোক্তদৌবিবনি। মীওইবগী লম্বী পূমতৎ তৎলক্কনি।

- ইবেম্মা নঙ ।

খুন্নকখিদে। হায়ন তানবা অমতা য়াখিদে। কযাম য়াম্না নুপা অদু মহাক্না খোইদাজবা পামজবা হায়দুদি খঙদ্রে। মহাক নুপাদুদা নকশিন্দুনা মশাগী নৎত্রগা নক্লবশিংগী ইজজৎ অমতা যেংদবগুম তৌই। মমানা মাবু মচানুপীনি হায়না ময়াম মমাঙদা অমুক হায়নীংলক্তে। মতৌদু মশা শাগন অনীমক পায়দুনা তেক্কবমখৈ চিংখৎলবসু চৎসি য়াবক্লবোই হায়বা খঙি। ময়ুম যৌনবা পুবা যাববদি কবিনো অমা শোয়দনা থোক্লমগদবনি। অদুবু মদু থোকখিদ্রে। খূৎ হাংনা হনবা তাখি। শাউনীংখি। য়োক্লকপা মতমদদি মযাদা চাজগদবা অচাপোৎ মচানি হাযদুনা মঙোন্দা পীজখিবনি। খম্বুক্ববদি যাম্না শাউনীংঙি।

- নঙ ।

হায়বল্লগা অশিংনবা অমগুম চৎখি। উকিন তানৈ। চহী শুদ্রিব্রা ? শুবে। নম হাখিব্রা ? নত্তে। কবি উপায লৈ। মী মযাম খঙননবা, যানৈ- যানদে খঙদোক্লবা অমুক্তং পুথোক্লবা শিনবীযু। তক্লখি। মদু হাযদুনসু, মপুক্লীংদা অতোপ্পা অবোনবা ব্রা অমা পুবি। কনাদসু হাযদোকখিদে। তমথোক্তে। লোন্না তৌগনি। অচেৎপা মন্ত্র অমা মচানুপীবু ময়ুমদা পুবক্লবা ব্রাখলদা মঙাল থিবি। মৈ চুখত্নুনা মঙাল পুথোকই। লম্বী অমখক্তনি।

মচানুপীদু লাকই।

ইকে কেদে। হেন্না লুনা চান্না য়ুমদুদা তৌবীবা মান্দে। মী ময়ামগী মমাঙ কোট্রা লাকপদা অদুম্না লাকপদু খজিক্তং তোম্বা মাল্লি। মমানা মচানুপীগী মনাক্তা চৎশিন্দুনা সনাগী লিক অমা শিজিনবী। নুংশিনা তৌবা শাখি।

- নঙগী নঙকসি ইহাং হাংঙি নুংঙাইতে। শিজিল্লু।
- ইমা (মদুদদি মকোক নোম্থদুনা খুকম্মী)।
- হোবেলনে মীনা ব্রা হংবদা নশাদা যাদে খুম্মুকো (ইনশিল্লি। সনাগী ব্লিক অমা শিবীবিবদু অবেম্মা ওইবমদে। যাই থাবা ওইবম্মী। কুইনদে। অচৌবা থোবক্তুনা মথক্কী চৌক্রিদা ফম্মী। ময়াম লেপখৎলি। হংঙি)।
- ইবেম্মা নঙবু নশানা যানা নুপাসিগী মনাক্তা চৎপ্রা (মফুবিৎ অমুবা লিৎপা নুপা অদুনা হংবদা ইকোম কোম্না খুন্নখই)?
- ইশানা য়ানা চৎচবনি। থাদোকপা ঙমজবোই।

মন্ত্রা কান্নখিদে। অপান্নমা পানখিদে।

শাউখি। ইচা নত্তে। মপুক্লীংদা ইহ্নোকখি। মচাবুদি কবম্না ইহ্নোকপা ঙমগনি ? পামজনা খনখিবা ৱাখলদা অমুক ওন্নতৈনবা অতোপ্পা ৱাখলদা চপ মান্ননা খনবা ঙমগদ্রা ? ঙমখিদে। মমা মপানা নাখৈশেংনা ইহ্নোকপগী ৱা হায়কৄবদা পামজবা ওইনা থোক্লুবগুম উখি। পাউদু তাবগা ৱাকৄবদি হায়কৄবনু নে তাববগুম নুংঙাইনা, নুপাদুগা পুন্না লৈমিন্নবগী নুংঙাইববা পাউ ওইনা পীবকখি। শাউনীংবগী মথক্তা শাউনীংনবা মৈ হৈথবকই।

মী মযাম মমাঙদা মমা মপাবু চঙহাৎ হাৎপগী শাউবিঙৈদা পাউ তানবকই। মমান্নবী লুনা তিন্নবদুনা হায়।

- মশানা য়াবোই হাযবা খঙঙি।
- কবিগী ?
- নুপা য়াওনা চেনখিবদি নত্তনা।
- মদুনা কমদৌবিবা ?

নুমিত্তু অতোপ্পা নুপী অমা পুবগা মহাক্না লৈমিন্নবিবা নুপাদুনা চৎখিবা মমিংমক্না উকৄবদা লৈবা ঙমখিদে। মহাকপু লুনা চান্না তৌবাবি হঙ্গকমবা কযাদু চিংনজ্জে। খল্লু খল্লুবগা শাউনীংঙি হাযদুনা নুপাদুগা মতম পুনবদা পুন্দুনা লৈবা মমান্নবা চাউবগী মযুমদা চংশিন্দুনা ণৃ গৃ তকখৎলদুনা শাপানববু কৌবীয়ু। কৌবীদবা যাদে হাযদুনা শৌদুনা লৈ। অহানবর্দদি নমান্নবসু শুকযা যাজদবান। মতৌদুদা খাংবা ঙমদদুনা কৌখি।

নখোযনীবু কবি হাযনখিবগে ?

- হায়নখিবগী ৱা নত্তে।
- মদুদি কমায়না হায়গনি।
- মহাক নঙগী নমান্নবনি। মদুগী মথক্তা ঐগসু যানবিবনি। মসিদা মহাকপু কৌবা কৈদৌবগে ? অকায়বা অমতা লৈতে। ইচম চম্না কৌ।
- নুমিদাংৱাইবমসিদা ইচম চম্বসু নঙনা কমদৌনা কৌগনি। মহাক কবি তৌবমগনি হাযনসু খঙদে।
- অদুবু হংদোকপদি যাইদনা।
- নখোযনী ফজনা হান্না হাযনৌ। নৎত্রগদি মহাক ঐঙোন্দা শোয়দনা শাউগনি।

হাযনবা অমতা মহাক যাখিদে। অখংপীদা অখংপী শাদুনা মীগী ৱা তাদনা তুমিন্না উংদুনা ফমখি। মফম শুক্লেং লেংখিদে।

- কৈদৌবে নঙবু, মন্ননি।
- মমগে মমশনু।
- নঙবু ।
- ঐদি মহাক হেক উনদ্রিমখৈ হনগদবা লৈতে (মসি হাযবদুনা মচি শুক্লেং লেংদনা ফমদুনা লৈখি)।

❖❖❖

# অখৎপী (২)

কবিগীদমক অখৎপীনা চেনথ্রগা নুপা মযুমগী মীনা হায়দোকপা লাক্লিবনো ? লৈকায মীযাম্মা হংদুনতা লাকখি। অতোপ্পা শুব চাদ্রবা খোঙ্থাং অমনা যৈবৈ। মসিনা হন্দোক্লিবা ব্রাহম্নোকসু চানববা মওংদা হনবা ঙাক্তনি। অহেনবদি হাযনখিদে। নুপা নুপী মান্নবা হক অমা তাম্লক্লিবা মতম্নিনা হেন্না হাযকদবগা নিংঙাই শংদাইনগদবা মাল্লি। অমুকসু হাযনৈ, অখৎপীবু চেল্লে হাযননিবা শাপানবদি নুমিত্তুদা অতোপ্পা নুপীঅমদুম পুবকখি। মাদি মমানবগী যুমদা মীতোপ অমগুম থুংজিল্লুবনি। মমানবনা শাপানবদু অথেংবদা কৌখিবনি।

- শাপানবা সিবু কমদৌগদৌবিবনো ?
- নঙসু মাবু থেন্নগা থাদোকখিবা যাদ্রা ?
- মদুবু য়াববদি কৈদৌনা ব্রা যামজবগনি ? মাদি থেন্ন থেন্নগা হেন্না লুশিল্লক্লে। মথুমদং হনবা ঙম্লবোই হাযবি। হেন্না ফৈগত্তুনা লৈখ্রে। মসিদনি তৌফম খঙদ্রিবসি।
- হৌজিক্তি কৈদৌবা তাবে ?

নখোযনী যাননবা অমুক্তদি ঙাংনৌ।

লুশিল্লকই। কবম্ন ঙাংনগনি হঙদে। যাননবা মবম থিবিমখৈ মমশিল্লকপা হেল্লকই। অবোইবদা উপায লৈতদুনা মযুমগী ফোন নম্বব লৌদুনা পাউ থাখি।

য়ুমসিবু নুপীমচা অখৎপীগী ।

কৈদৌববা ?

নুপীমচাদু ঙবাং কৈদৌববনো খঙদে চেনশিল্লকতুনা লৈববে।

হায়বিসিবু কদাযদনো ?

শাপানবগী য়ুমদা, অমুক্তা অঙাঙসি লৌবীকলাও।

কমদৌবা হাযবা ?

তশেংবগীদি মতাক মমানবগী যুমদা অহিং লেল্লকপা ওইবমাল্লে। হৌজিক্তি মসিদা লৈবে। ব্রাংখৈ অঙোম লৈকাযদা লাক্লগদি শোযদনা থেংনবগনি।

মসিবু মঙলা ? ওন্থোকপা থৌদোক্লি।

অহল লমন অমনীদং লেংলক্লগদি নুংঙাইগনি (মমা ইবেম্মনা ব্রা থৈদুনা পাউখুম

পীখি)।

মদু তৌবীনবা মী অমতা লৈত্রে। অঙাঙসিগী মপাবা মমাবা অমা হেক্তা ইচম চম্না লাক্লুনা লৌবীক্লাও। থৌদোক অসি চম্না লোইশিন্নবা শিনমিন্নসি। চাউথোকহনগুমসি।

.. নুপীমচাদু অমুক্তা ৱাবী ?

মাদি মনুং অচৌবদা চংখি।

মমাঙদা মসিগা মান্নবা থৌদোক অমতা থোকখিদ্রি। তাইবঙদদি লাইবদনা মঙদসু মঙলুদবা থৌদোক্লি। থাজদবা থৌদোক অসিনা চাননা থোক্লকবদি তৌফম খঙখিদে। ৱাবী লাইবিক্তগদি পনুং নুংঙাইনা পানখিবা য়াই। তাইবঙদদি পুন্সি অমা মাংবা য়াবিবা ৱাফম ওইবনা তৌফম খঙখিদে। অপান্ননা থেংনববদা পাখৎলি। নুপী চেল্লগা, চেল্লিবা নুপীদুগী মমা মপা কৌদুনা লৌক্লাও হায়বসিদা কবি খনগনি ? ইজ্জত্তা য়েংলগসু মসিদৈ হেন্না মাংবা কবি অমমুক লৈ। পুন্সিদা য়েংলগসু মদু মঙাই। লৌখৎনীংঙাই লৈতবা লমচৎ অমা লৈ। মসি নত্তদুনা হোসপিতাল নৎত্রগা পুলিস কষ্টদিদা লৈ হাযবগসু মতৌ অমনি। মদুনবু খবা ফত্রে। অসা নুপা ময়ুমদদি কবিসু নত্তবা ওইবম্বা য়াই। লাযনদি লৌবা ঙমদে। শাউনীংদুনসু মবম খঙদবনিনা পুক্লীংদা প্রোক প্রোক চাকচদুনা খাংবা তাখি। খল্লি।

মচানুপীনা কৈদৌবমগদবা !

কবিসু থোইদোকপদি থোক্লমগদবা মান্দে। শাক্কিনাসু লৈতে। মদুগী মথক্তা পাউ পীবকপদা নৎতবা মওংগী ইঙ্গীৎ মচা অমতসু উখিদে। মশাদু কবিসু থোইদোকপা অমা থোক্লমগদবা মান্দে। অমুকসু চিংনৈ। কবি অমতা থোক্লগা মমা মপাবু কৌবক্লদ্রা ?

অহিংদু শাপানবগা অখৎপীগদি উনখিদে।

- অখৎপী, নঙনা তৌবিবসি কবিনো ?

- নঙদি কবিগী ফজবীবু গাডী মনিংদা হাপ্লদুনা মীমাঙদা লেন্না লেন্না চৎলি ?

- নঙনা মদুদা কবি নথৌ লৈ ?

- নঙনদি খঙদ্রিবা, মদুদা ঐঙোন্দা য়াম্না শোকখি। ঐসু থম্মোয় পাল্লি। লৈতাফম খঙহন্দে। থৱায় চৎখ্রবগুম ৱাই। কবিনো খঙদবা থম্মোযদা ইৱাৎতা ৱাংলবা ৱাফম অমা চোংথোবকই। পুম্নমকসি মেনশিনবা ওইনা, ঐ নঙোন্দা লৈবগে। মসিদা নঙনা শাউনীংলিবসি কবিনো ? হান্নদি নঙনা ঐবু নুংশি হাযখিবা (হায়খি। মথোল কাবক্লিবা পুন্সিনা নোংমা নোংমগী থোক্ল থোক্লবা তৌদুনা, নুংঙাইনবা হোৎনবদা চিনবান্দা থোক্লবা ৱা অমা হেক্তা হাযখি। মদুনা অখৎপীবু তশেংনা পাম্বা নৎত্রগা নুংশিবগী ৱাদি নত্তে। চুম্নগী ৱা অমগী ৱাপাং হায়বদুনি। মদুনি মহাক্লা হায়বিবসি।) নৎত্রা ? নুংশিবদদি তুকা থিনদুনা অদুনি অদানি হায়গদবা নত্তে।

- মদুনা ৱা অমনি (থৈদোক্লনবা হোৎনৈ)।

- মদুদি নঙনা ঐবু হৌজিক্তি নুংশিদ্রে অসিবা ?

- হৌজিক ঐ মদু হায়বোই।

- নঙনা ঐবু নুংশিবা নুংশিদবা ঐ থিবোই। হৌজিক ঐ নঙোন্দা লৈবগে খনম্রে। ব্রাখল খনবা লোইশিনম্রে। লোইশিনম্রবা ব্রা অসিদৈ অমুক হন্দোক্লুনা অনৌবা ব্রাখল অমমুক খনবা ঙম্নবোই।
- নঙগীসি ।
- মবৈ তৌবক্লনু।
- য়ুমদসু ফজবী লৈহৌবি।
- অস! নঙসিদি মদু ওইবগনা ঐখোয়নী পূন্না লৈমিন্নবা তাবে।
- নঙ জ্ঞান তাবদি ফৈ (হায়বন্নগা থোকখি)।

ঙাংনবিবা ব্রাহৈনা জ্ঞান তাবা ঙশ্বা মফম ওইখিদে। মবৈ মবা তৌদুনা অমা লোইবগা অমা যেৎশিল্লকই। তৌফম খঙদে। মীনা শা ওল্লকপদা হাৎলুবসু য়াদ, হিংহনবসু ঙমদ যানশিন্নববা মতৌদা মুক্রদুনা লৈবগী মতৌনি। মসিনা মতম পূম্বদা খুবৌ ওইহল্লি।

মমান্নবদা থোবক্লুনা হায়খি - নঙনা তৌবম্লিবসি যাম্না ফজদে।
- নঙনা মাবু কমদৌনা খঙনখিবগে ? মীবৈবাক মলেশাগী মতৌ তমদুনা নুংশিনক্কবব্রা ?
- হেবা নঙসু ।
- নুপীনা অসি যৌনা ঙমখৎলক্লবনিনা হংদবা যাদবনি।
- কমদৌনা তৌকবিবনো ?
- নুমিদাংব্রাইবম তনলাক লাক্লগা হেক্তা হনবা ঙম্নবোই হায়দুনা লৈববিবনি। কোক্লসি উক উক লৈবজাৎনি।
- ঐ চৎশ্নগে। চৎশ্নবা মতুংদা থেন্নগা থাদোকখো ?
- ঐঙোন্দা অমুক নমশিল্লমগদৌবিব্রা ?
- উপায় অমতং তৌবগা অমসু অমসু কন্ননবা অমুক্তং তৌসি। মসি নৎত্রবদি অতোপ্পা লম্মেল অমা লৈববোই।

শাপানবা চৎখি। কমদৌনি। অহিং অসিগী ব্রা অসি লোইশ্নগা লখাই অমা তাশ্নগদি ইংগনি। নৎত্রগদি কবি থোক্লদগে খনবদা লৈতাফম খঙহন্দে। মী হাৎলুববসু পুলিসনা ফাদ্রিঙৈদদি কবি কমদৌনা লোৎসিগে, চেনসিগে খন্নবা ঙাক্তনি। ফাববা মতুংদদি পুলিসনা, অমদি লৈবাক্কী চৎন কাংলোন্না পীবকপা যৌদাং যৌওং অদুগী মতুংইনবা নত্তনা অতোপ্পা উপায় লৈতে। শাউবদি শাউনীংখি। মী অমদা মী অমনা চনৈনবা পূম্বা ননশিনবগী মতৌনি। মসিগুম্বসি তাইবঙদা তোয়না থোবকপা তাববদি মী থেংনবা হায়বসি হান্ননা খুউ শেন্দবা যাদে।

মমান্নবনা অখৎপীগী মনাক্তা চংশিন্দুনা হংখি - অখৎপী, নঙবু শাপানবগা কবি হায়নববগে ?
- মানা কবি হায়ববগে (মানদুম হংজিল্লকই) ?
- মানদি ।

যানবে।

- মদুনবা মহাক চৎখ্রিবসি (শাউনীংবগুম হংখি) ?
- মাবু চৎখ্রব্রনে (খঙজিন্নদনা হংলকই) ?

চৎখ্রে (শাউনীংনা, পেন্দবা অমসু য়াওনা খুম্মী)।

- ঐদি যুমদদি হনবা ঙম্লোই হায়বিবসিনি।

মদুবুদি ফবে। অদুম ওইনমক নখোযনীগী ওইবিবা ফিভম পূন্নমক ঐঙোন্দা ইনশিল্লকপদি তৌগনু। নখোযনীনা অমবু ওইববসু অমবু ওইববসু যানজবদা ঐ কবিসু ব্রা অমতা হাযজবোই। মদুদা ঐগী অযেৎপা কবিসু লৈতে।

মখোযনীগী মতৌদু অমগা অমগা উংখৎনদুনা শাউশিন্নবগা মমান্নবদা লোইনা নমশিনগদবগী মতৌ অমা য়াওবা মানখি। মতম থেংজিল্লকপগা লোয়ননা পাখৎলকই। মখোযনীগী থৌওংদু ইপেন পেনখিদে। পাখৎনা ফোন তৌখি।

হল্লো!

হল্লো!

হল্লো শাপানবা।

কৈদৌবে ?

অখৎপীদু হল্লু য়াদ্রে।

নোঙাল্লগা খন্নবসি।

নোংঙানব ঙাইবা তাখি: নুপী, মকওইনা লৈশাবী অমা আহিং লেন্দুনা থল্লগা মীনা কবি হাযনগনি ? ব্রাখল পৈথোক্কবগা কবিনা চুমথোকপা ঙমগনি। হান্না থাজনা লৈবম্বা ব্রাখল পুম্বদি মাংখিবা তাবনি। অহিং অমনা লৈশাবী অমদা পীববিবা চনৈনবা অসি কৈদৌঙৈনা চিংথোকপা ঙম্লবোইদবা লংজিন অমনি। মচিন অসুম লোৎশিন্দুনা লৈখ্রগদবনি। মদুনা ইচম চম্বা মথম অমগী ওইবম্বদি য়াই। অদুম ওইনমক চম্না লৈযু হাযবদি খক য়াববোইদবা ব্রানি। মদুগীসু মথক্তা মহাক্না অহিং লেক্লিবসি নুপা মযুমদনি। মীনদি নুপাগা নুপীগা লেকমিন্নবা মানবা তাবনি। নৎত্রদবু কবিগী মহাক্না অহিং লেক্কদৌবিবনো ?

মসিদা পুবিবা অর্থসি লমচৎ শাজৎকী চাউববা লম্বী অমনি। পুন্সি খুদিংনা চৎলিবসি লম্বী অসিদনি। থৌদোক অসিনা লম্বী অসি মফম খঙদনা থিংলবগুম খন্দবা ঙমহন্দে। মসিগী লম্বী অসি হাংদোকপা ঙম্বা মী অমনা মফম খঙনা খংহাং হাংদোকপা নত্তনা তাইওন্ননা তাবিবা মমি অসি কোক্কদবা খক লৈতে।

মমা ইবেম্মা শাপানবগী মযুমদা চৎখি।

শাপানবা লৈব্রা ?

- মহাক মশাদি চথোকখ্রে। কবিগী ?

অহল ওইববী শাপানবগী মমাগা ঙাংনখি। অখৎপীগী মমানা হাযখি - মহাক্না নুপীমচা অমা পুদুনা চৎখিবনি। অহিংসু হল্লক্তে। অদুগদি ব্রাসু লানসু অমতা খঙহন্দনা তুমিন

লৈশিনশ্রে। কমদৌবিবনো ?

- ইবেন্মবু অখৎপীগী মমা ইবেন্মবা ?
- মানি। মানি। মহাকপু কদায়দা লৈবগে ?
- হৌজিকপুদি সিদা লৈবে। য়ুমদা খৎন চৈনা থোকখিব্রা ? অহিং চেল্লক্নুনা মমান্নবগী য়ুমদা লেকখিবনি। লৈশাবী মচানা মফম মবাং খণ্ডদনা মীগীময়ুমদা লেকপা হায়বসি অফবা ব্রা নৎতবসিদা পাউ পীজখিবনি। মমাইবেন্মা লেংবীবকপসি য়াম্না নুংঙাইজবে। মনা মনিল নাইনদনা পুবীব্রো।

অখৎপীবু কৌই। কৌকবদা থোবক্নুনা চেপথবগা যেংলকই।

- ইবেন্মা। ইবেন্মা অখৎপী (মমানা থেন্নগুম কৌই)।
- নঙবু নমা ইবেন্মনা লৌবা লাক্লিনে।

অখৎপী ইমুংদগী থোবক্নুনা ব্রাবী শাননবা ইমুংদা পুশিনখি। ব্রাবী শানখি।

- নঙবু কৈদৌবা লাক্লিবনো ?

ব্রাহংদুদা মমাদু পূমঙক ঙক্খি। ইকাইবা মচেৎ অমতা যাওদ্রবা মী অমগুম উবকই। পুক্লীং অমসুং থম্মোয় যাওদবা পোৎ অমনা শাবা মীগুম উবকই। মমানি হাযদুনসু মচাদুদা কবি হাযগদবনো খঙখিদে।

- নঙবু সিদা কৈদৌবিবনো ?
- ইমা নঙবু কৈনো, ঙাউব্রা? নুপা ময়ুমদা চৎলবনি। ঐ হৌজিক লুহোংবীবগদবা নৎত্রা? কবিগুম্না লুহোংবীগদবা ওইববদি য়াম্না থুনা হোংদোকপীনবা তৌবীয়ু। ঐ অসুম্না মীগী ময়ুমদা কুইনা লৈবা ঙম্লোই।

নঙবু কৈদৌবিনি হায়বা (মতৌদুদা মমানা অমুকসু হংখি) ?

- চেল্লবনি কৈনো ?

মচানুপীনা পুবিবা ব্রাখল অমসুং হল্লিবা ব্রাহনগা মানা মাগী ওইনা লৈবগদবনি হায়বিবা য়ুম অদুনা পুবিবা ব্রাখলগা য়াম্না খেন্নখি। মানা চেল্লিবনি খল্লিবা নুপা শাপানবনদি অতোপ্পা নুপী অমবু পুবক্লে হায়বি। কদায়দনো ঙাংনবিবা ব্রাসি ইশেপ শেপ্পদুনা ফৈজে অমা চৎনবি।

- লুহোংলবসু বোম্না হোংগদবনি। য়ুমদা হান্না য়ৌকখিসি।
- মদুমা ঐ ঙম্লোই। লুহোংবীনি হাযদুনা কৌখে কৌথোপীবগা ময়ুমদা মফম খঙদনা মাংহল্লগা থম্না কয়া ঐ থেংনখ্রে।
- নঙবুদি শোয়দনা হোংবীগনি।
- নুমিৎ লেপ্পবা মতুংদা ওইনা লাক্লগে।

য়ুমদা হনসি যাখিদে। হৌজিক্কী মতমদা মীওইবগী পুক্লীংদা মী থাজবা অমতা লৈনদে। মশা মশানা পুবিবা ব্রাখল্লোন্দা অচুম্বা হাপচিন্দুনা অর্থ হন্দোবক্কনি। অদুগী ব্রাংমা হেক লানখিবদা ঙাংনবা অমতা য়াদে। মতৌ অমনি। য়ুমদগী পুবিবা ব্রা পূম্নমক অবেন্মা ওইদুনা য়ুমদা হনবা তাখি। কবি তৌগদবনো তৌফম খঙখিদে। মী ওইনা হিংলিবা, হিংবগী পুবিবা

মচলশিংগী মবক্তা তাইবণ্ডগী ওইবা চাউববা শক্ক অমা মতম পুম্বদা য়াওবি হায়বসি মহাক খণ্ডদ্রমাল্লে। মসিনা, মসিবু থুগায়বা মতমদা সমাজগী ওইনা ঙাক শেল্লিবা শক্ক অদুসু মাংখিগনি। মবম ইখণ্ড খণ্ডদনা মীওইবগী চাউববা শক্তম অমা মসিনা ঙাক শেল্লিবনি।

মওং অমবোমদসু, সমাজ হায়বসিনা নাইতোম নাইতোতগী ওইববা, চেম্থবিবা পুক্নি ঈচেল অসিবু তোবর্বান ওইদুনা ঙাক শেল্লিবনি। অখৎপীগী হৌজিক ওইবিবা পুক্নি অসিদি তোবর্বান য়াওদনা চেম্থবিবা মতৌ অমনি। ঈশিংগী ঈচেলনা তোবর্বান য়াওদ্রবদি কমদৌনা চেন্থগনি? ইপা পাথোকপা তাবনি।

ফজবীসু চাননা লৈবখি।

অযাম্বা মতমদা শাপানবগা কেথনা লৈমিন্নে।

- নঙ শংজবী, পামজদুনা নয়ুমফাওবা ইন্নবক্লিবী মাগী মনাক্তা ঙাইহাক্তসু চংবীদুনা ব্রাবি। শাবীকবা য়াবনি।

- ঐসু ঐগী পামজবা, নুংশিজবগী মনাক্তা অসুম লৈবিবসিদি।

- মাবু শুক্লুং নুংশিদ্রা?

- নুংশিববু মী খুদিংমক নুংশিবা ঙমব্রা?

- অদু ওইবগসু, মহাক্তি নঙগীদমক কখোক্তুনা লাকচববনি। খবদি নুংশিবীবা যাই।

- নত্তে। তৌঙম্মী তাক্তুনা লাক্লিবনি। খোঙ্গুলফাওবা য়ুমসিদা তাজহন্নীংদে। ব্রাই তৈথোকউ।

অশেংব্রা?

- অশেংবনি।

ব্রাবীসি শানদুনা নোকখি। নোকমিন্নখি। মদু কবেম্মবা মীনোক্লি।

শাপানবনা অখৎপীবু শুক্লুং নুংশিদ্রব্রা? হান্না ফনা নুংশিবমলবসু হৌজিক নহৌননা নুংশিবদি ঙমগদবা লৈতে। মীওইবগী লমচৎ শাজত্তা কা হেনবা মতৌ হেক উখোবকপদা থম্মোয় শেংনা মপুকচেল তিংথোকপা ঙমগদবা কনাসু লৈতে। অহেনবা মতৌ অদুগীদমক মপুক্লীং শেপ্লবকপা ঙাক্তনি। হান্না থাজবম্বা কয়া মওন ওন্দুনা অহেনবা মতৌগী অখাবা শক্ক ওস্লোক্লবকপা ঙাক্তনি। মতৌ অমনি।

অখৎপীনসু লেম্না থাখিদে। শাপানববু কৌবদুনা হংখি - তামো ঐ য়ুমসিদা লৈখো হাংযব্রা? চৎস্রো হায়ব্রা?

- মদুদি নশানা লেপচগদবনি। ঐগীদি লেপখিবা কুইবে।

- মসিনা অনৌবা ব্রাফম অমনি। নৌনা অমুক লেপকদবনি।

- হৌজিক নহৌনা ফনা নৌবা অনৌবা অমা লাক্লবসু ঐ ইশাদি হোংদোকপা লৈত্রি। মহৌশাগী মহৌশানি।

- মফমসিদা, য়ুমসিদা ঐ অমা লৈবগী মফম লৈত্রব্রা?

- মদুদি নশানা নশাদা হংজগদবা ব্রাহংনি। পাউখুমসু নশানা পীজগদবনি। ঐ অমমুক

লামশিল্লুবগী অর্থ থোক্লে। ঐগী ওইবা পাউখুমদি কুইখ্রে খুমখিবা। ঐদি ফজবীগা লৈমিন্নবি। নগু নশানসু মসিমদি খঙলমগনি।

মশানা পাল্লিবা অমদি থিবিবা মফমদু ফংবা ঙমখিদে। মীওইবা অমা ওইনা মী মবক্তা হিংলগদি মশাতগী ওইবা তোঙাল্লবা শরুক অমদা চন্নফম থিগদবনি। মদু ফংলবতদা মীওইবনা, মী ওইনা খোঙ্গুল তানা নুংঙাইনা হিংবা ঙমগনি। নৎত্রগদি হিংবনি হায়দুনা হিংলগসু চমন্ননা চবক চহিং নাইনা হিংবা তাবনি। মফমদুদা তশেংনা অখৎপীসু নে তানা হিংবা ঙমগনি থাজবক্লে। খল্ল খল্লগা হেন্না হেন্না চমন্নবকই। লৈতাফম খঙহন্দে।

মদুনা মবম ওইদুনা মহাক য়ুমদু থাদোক্লুনা মমা মপাগী মনাক্তা অমুক লাকখি। মদুদা মীয়াম্না, লৈকায়না কবিসু ইহায় হায়নখিদে। মদুই মহুৎ হেন্না কলক পেন্নখিবা ঙাক্তনি। সমাজনা য়াবা মতৌদা ময়ুম পানবা ওইবগদি মসিগীদমক মীনুংশি পোক্লুনা মীচং চংনবমগদবনি। সমাজ খঙনা ময়ুম পানখিবা নত্তবনা মশানসু কবিগুম্বা অমতগী হক তানবা য়াখিদে। তুমিন লৈশিনবা তাখি। সুপ্নতগী ব্রা অমতসু হায়কবা ঙমখিদে। য়ুমদা হল্লক্লগা মমাসু, মচানুপীসু ব্রা অমতা হায়নখিদে। জ্ঞান খবা তাববগুম ময়ুমদা শুংজিন্দুনা লৈখি। মপান থোকখিদে। মতৌ অমদা মীওইবসি মমায় পান্নবা ঙাক্তনি।

মদু কুইখিদে।

ফাখিবা ঈশৈদি নোংমতং ওইববসু ঙংলকই হাযবদুনি। মফম খঙদনা কোযচং চংখংলকই। অহিং নুংথিল খঙলক্লে। য়ুমগী মখাদা ঙাইহাক্তা লৈতে। মমাইবেম্মনা নোংমা পিশুম শুক্লা যেংলুবা নুমিৎ অমদা অহিং হল্লকখিদে।

মাবু কদোমদা অমুক ফাইখ্রবগে ?

মথোং হুক্তবা হাযবসি খন্থকবদা মম্মি।

হল্লকপা নুমিত্তা ব্রাবী শাকবদু নীংশিংলি।

- কৈদৌবে হল্লবদি ?

- নখোযনা পোকপমখৈ পোকথোকপীবগা, য়ুমসিদা অমুকসু লৈহন্নীংদ্রিব্রা ? মদুমাইনগা তৌজ লাকনু।

য়াক্লা খুন্নকখি। ব্রা মখা অমুক তানীংবা পোকখিদে। হন্দক্লা কবি অমুক তৌবক্কনি ? হান্না লৈমিন্নকবা নুপাদুসু নত্তমাল্লে। মহাক মশাদি কবি খল্লমগদবা খঙদে। মমাইবেম্মনদি নুংশা থিজে। মাগীসু অতোপ্পা মন্ত্র অমা তোপ্পা লৈবম্বদি যাই।

❖❖❖

## ৰাথোক মবক্তা লৈতেং অমা

তাইবঙগী খোঙচৎসি মপান নাইদে। থৌদোক ৰাথোক্কী নৎত্ৰগা চৎনবীগী ৰাদা ৰাইহ্নোক মপান নাইদনা লৈ। ইচম চম্লিঙৈদা যাম্না চম্না কবিসু খঙদনা লৈবগসু, ৰাইহ্নোক্তা মবী থিবক্তবদি অতোপ্পা, তোপ তোপ্পা কয়া চোংথোবকই। ঙবাং হবি উথানগী নুমিদাং কাং চিংখ্রে। খঙহৌদে লম্বী সবক্তা অচৌবা ধোনগী মখোল কন্না কন্না যৈদুনা চৎনবক্নে। মীযাম খঙতন্দুনা য়ুম্লেপ চাব লিংবগী থবক কয়া পাংথোক্লবক্লি।

- হৌজিক্তি লুহোংবদা নুমিৎ হায়বা অমা থিনদ্রে।
- পংহোংদা হোংনবক্নে।

মসিননি হৌজিকসিদা মফম মবাং খঙদবা থৌদোক ৰাথোক মযাম অমা থোবক্লিবসি অহল লমন্না থৌদোকসি উকবগা হায়নৈ। মতম অমদদি নুমিৎ, থা, থবান কুপ্না য়েংনদুনা, নুপীসু নুপাসু অফবা পানখৎলকপা মতম থিনদুনা মীগী লাইগী ফগদবা ৰাযেল মুন্না তৌবগা থৌদোকসি পাংথোক্লবশ্মী। হৌজিক্তি মী যামখৎলকপননি খঙদে, অনৌবা অহৈবা পাঙ্গি থোবকপননি খঙদে, পূম্নমকসি তবাইথোক্লুনা পংহোংদা হোংনৈ। খবা হেন্না তুকা খিজব কাংবুনদি মতম কুপথনা য়েংনবি। অয়াম্বনদি কোমথোক্লবগুম তৌবি।

- তাখোম্বগী নুপীদু লৌখৎলগনি হায়বে।
- মাবু নুপী পুবকখিবগী পাউ তাখিদেদা।
- পুবকপা নত্তে। চাজেনবী অমা মখন্তা লৈববনি।
- কয়াম কুইববা ?
- কুইবে চহী কুইবেদ ।
- তক নঙনা হায়বিসিবু চুম্লব্রা ?
- মসিদবু ফাগী তৌকগদ্রা ?
- মসি নঙননি।
- ঐনদি কবিগী ?
- নঙবু শংদুনা, হাযজবা ঙম্মোই ঙমদবোই তৌবিঙৈ মতমদা য়াশিন্নবা অমা লৈবম্লগদি মসি তৌবমগদ্রা ? পুন্সিদা থম্মোযগী মফম হায়বসি যাম্না লুবনি। অমুক্তং কাযখিবদা

কনাগুম্বদি পুন্সি পুম্বা পুম্মাং মাংহনবা য়াওবিবনি।

- মদুনা ব্রা অমনি। হৌজিকপু মহাক ময়ুমদা লৈবব্রা ?
- লৈবমাল্লে।

তকবু কন্না শংবমখৈ শংলম্লগা কৈদৌববনো খঙদে ময়ুম থাদোক্লুনা চৎখি। অহানবদদি নুমিদাং নুমিদাং মফম খঙদনা মাংলম্বনি। নোংমদি চাননা হল্লকখিদে। মমা মযাম্বা, মবী মতান' নোংমা হল্লকনি খঞ্জে। হল্লকদ্রা খন্না খন্না অসুম অসুম ঙাইবিঙৈ, নুমিৎ মশিং অসুম অসুম হৌজিনখি। মমৈদা, কোযথি থিনখি। থিবা ফংখিদে। পাউ কোযলৌ লৌনদুনা লৈফমতাদ খঙননবা হোৎনৈ। খঙখিদে। পাউদি লাকই। অদুদা লৈবে। অদাদা লৈবে। চৎলুবগদি লৈবমদে। কদোমদগীনো খঙদনা মবক মবক্তা, মবকসিদা নুপী অমা হেক হেক কোযবকই। মীদি মীযাথ হেল্লবীনি। মুই। বাশিদি লৈ। খোম্বগী ময়ুম থিদুনা যেংলববনি। নোংফাদোকসু খঙনবা ওইনা খোম্বগী যুমদা চংশিল্লি। খঙনববনিনা মবক্তা মহাক্কী ইঙ্খোলদা হৌবা ইঙ্খাং নাপী পুবক্লুনা পীজববসু যাওই। অদুম চাই। তাইবঙগী ব্রাদি মফম খঙদবা থবক কযানি। অবোনবা পান্দম অমা লৈ হাযবসি খঙখিদে। অদুম্না অমুক্তসু তৌদবনিনা খঙননবসু হোৎনকদে। পুম্নমক ইবাই লাযনা, ইফোঙ ফোঙনা লৌকই। অফোঙবনি হাযদুনা লৌকবগা অবোন অথুপ্পা চেন্নদুনা ইতৈ তৈনবসু যাওই।

কাযনথংদদি ইকাই হঙ্গোইবা য়াওদনা ব্রাবী শানবকই।

- ইবেম্মা নঙবু কদাযদগীনো ?
- ব্রাণ্ডুদগীনি।
- লমদু লাম্লীদা।
- লাম্লবুদি লাম্লী। চৎখ্রগদি নকশিল্লকপনি।

মমাইবেম্মা কুমুদকা ব্রাবী কুপথনা শানবকই। অব্রা নুংঙাইগী পাউ তম্লখি। পুব্রীং তিন্নবগুম তৌখিব্রা ? মদুমক নৎত্রগসু নক্লবা অমদি উখি।

- অদুবুদি ঐখোযগী লমদমসে কয়াম চাউবা লমদম্লো ? নোংমদা লোইনা মফম খুদিং শিল্লুংনা চৎপা ঙম্বা ঙাক্তনি। পিশক পিকই।

পিশক পিকখ্রবা লমসিদা থোক্লিবা যৌদোকশিংসিদি অকিবা ঙাক্তনি। মপান নাইদে। মীহাৎ মীনৈ কয়াসি উবকগদি, লমদমসিদা মক তাখিদুনা, মবা শন্দোকপগুম তৌই। মফম খঙদপা যৌদোক থোকই। লাল হৌই। পৈশা মুল্লি। কিহন্দুনা মীগী মপোৎ মচৈ মুল্লি। মী হাত্তুনা মবল মুল্লি। পৃথিবী পুম্বগী খ্বাইদগী হেন্না ফৎত্রে হায়নবা থবক পুম্বা তৌই। লৈবাক ঙাকলিবা পুলিসশিংনা, সিফাযশিংনা মীচম প্রজাবু থাজবা ঙমহন্দে। ডাকুগুম্না উই। মখোয উবদা মক্লাক নিক্লবা ঙাক্তনি। মখোযনা কবিগুম্বা ফা পুন্দুনা মী পুখ্রবদি অমুক হিংখিগনি থাজনদে। যম লৈবাক্তা পুখ্রবগুম কিনৈ। অহিং কযা খোম্বনা হল্লক্লবদা যম লৈবাক্তা যৌবম্লগদ্রা পাখৎনখি। মব্রা মখোল তাখিদবগী ইমুং মনুংনা মিপাইজে।

ইথা থাজদনা নোংমা নুপীমচা থোইবী পুবদুনা ময়ুমদা খোল্লা লাকখি। নুপীমচাদু ইম্ফালগী স্কুল অমদা লাইবিক তমহনগদৌবিবনি। মিং চনখি। অবাপ্পা লমদমগী হঙ্গৎ হন্দা চৎপা ঙম্লোই হায়দুনা থল্লবনি। হেক উনবগা মমানা খোম্লবু কৌবদুনা হংখি - নঙবু হৌজিক কদায়দা লৈবিবগে ?

- অবাপ্পা মফম অমদা লৈবি।
- নঙ অমুক হন্না চৎপ্রগনু।
- মদু য়াদ্রি। থবক য়াম্না লৈবি। পোৎ থাখিগদৌবিবনি।
- নঙগী লৈফমদি খঙহল্লকউ।
- হৌজিক মফম হোং হোংদুনা লৈ। অবেপ্পা মফম অমা লৈতে। মফম খঙনা লৈববকান্দা খঙহল্লক্কনি।

বাবী নীংথি নুংঙাইনা শানদ্রিঙৈদা চৎখি। খম্নুক্কবগা হেন্না হেন্না নীংঙমদবা পোকই। পুবক্লিবা নুপীমচাদুদা হংখি।

- খোম্লসি কদাযদা লৈবিবনো ?
- ববাবুবা (লকক তৌকবগা খুম্লকই) ?
- মাবু নঙগী ববাবা ?
- মামানা মঙোন্দা বাবা কৌ হায়।

বাবা! মনুংদা অবোনবা ঈচেল অমা চেনবা মানখি। কযাম যাম্না থুপ্পা অথুপ্পনো হাযবদি খঙখিদে। ঈচেল অমা চেল্লি হাযবসিমদি তশেংনা থাজবে। অঙাঙদু অমুবৈগী মচানি হায : অমুবৈসু মবক মবক্তা মচাবু যেংশিনবা লাকখি। মচাগী মনাক্তা অচা অথক পুবকই। কবিগুম্লদা ফিবোল পুদুনা লাকপসু য়াওই। লন্না লন্না লাকলম্লদগী কুংশিল্লকই। তোয়না লাক্লকই। কবিগুম্লদা খুদোংচাদবদগী লেল্লকই। অহানবদদি মদুসু নোং হেক ঙানবগা হল্লম্মী। তোযনা লেল্লকপদগীদি নীনি হুম্নী লৈবসু য়াওবকই। অদুম্না তৌবম্লদগী চাননা লৈশিল্লকই।

তাখোম্লসু মবক মবক্তা ময়ুমদা লাকই। হান্নদি লৈকায়গী কবিগী থবক থৌবম কয়াদা থরায় য়াওনা তৌবম্লনি। হৌজিক্তি ময়ুমদা লৈবগসু লৈকায়গী থবক থৌবম অমতা থোবক্তে। মীমাঙ থোকপা তনবগুম তৌই। মীওইবগী ওইবিবা ফিভমদা হৈনীংবগী মতৌ উখিদে। মতৌদুদা মাবু কবি তৌবে, কমদৌগ্নে হায়বসিদা মীযামগী ব্রাহং ওইনা তৌই। মসি মহাক খুম্নীংদে। মীমাঙদা থোকপা হায়বসিদি ব্রাহংসিগী পাউখুমদু পোংনা খুম্না ঙমগদবনি।

অবোনবা বাগী অমম্না মতৌদু মখুন মচা অমা হোবক্কুনা মঙাল মচা অমা চংলকপগুম তৌই। অমম্না মফমদা মঙাল মচা অমতং চংলকপা হায়বসি পোৎশক কযাদি ময়েক শেংনা, শেংনা উদ্রগসু, উবদি উবকই। অবোনববু কযাম কুইনা লোম্না লৈগনি ? ফোঙলকপা তাবনি। অদুম ওইনমক লোম্না লোম্নদি ঙাংনখি।

- অমুবৈসি খোম্লগী নুপীনিযে।
- অশেংবা ?

- মানি। মাগী মচানি থোইবীসি।
- মাগীদি মচামক মান্দে।
- মাগী হেক মচাদি নত্তে। হান্নে নুপাগী ওইবমাল্লে।
- নুপীসিবু হনুবেনে।
- মদু ওইবসু, পাম্মুবগা নুংশিবগা লোইবে।
- মাদি মশুবু লৈবল্লনি।
- লৈববনি। খোম্বগী ময়ুমদা লৈবিবা নুপীমচা অসিসু মহাক্কী মচানুপী অতোম্বীনি।
- কমদৌবিবা জাৎনো ?
- খোম্বনা নহানমখৈ লৈবিবসি মহাক্কী ময়ুমদা ওইবমাল্লে।
- মাবু মদুদা কৈদৌবিবনো ?
- লোৎলিবনি। মীবোৎ ওইনা থবক তৌবিবনি। নীংতম্বা পুবক্কনি হাযদুনা কন্না তৌবিবনি। লৈবাক্কী ওইববা ব্রানি।

ঙাংনবিবা পূম্বা চুমখি। কুইনদে। নুমিৎ খবনি লৈবগা তাখোম্বা পুলিসনা ফাবে হাযদুনা পাউচেদা য়াওবকখি। তশেংনা মহাকপু হেক ফাখিবদি খেবা চীংগী নাপোমদা অবোনবা মীফম অমা কন্না চথবিঙৈদা পুলিসনা কোযশিন্দুনা ফাখিবনি। অদুবু পাউ ফোঙলকপদদি ময়ুম মনাক্তগী ফাবনি হায়না য়াওবকই। ফামিন্নবা কাংবুসু মী ওন্নবগুম তৌই। মদুদা অবোনবা জাল অমা যাওই হাযবদা ঙমদে। পাউদু অমুবৈ কদোমদগী তাকবনো খঙদে। মহাক লাক্লুনা কোয়চেন চেন্দুনা খোম্ববু পুদুনা লাকখি। পুন্না লৈমিন্নবৈ।

- খোম্বা!
- তাচৌ।

ময়াম্বা অহলদু ব্রা কয়া ঙাংগন্দবনি। মহাক ব্রা ঙাংলকই। খোম্ববুদি খুমখিদে। মহাক্লা হাযখি - নহাক্লা হন্দক তৌবিবসি কযা চুমদে। মসি কমদৌবিবনো ?

- অমুবৈসি নঙগী ?

খুমখিদে।

- শেংনা খুম্মু। নঙ নশানা তৌবা থবক্তা তশেংনা ফোঙদোকপা ঙম্লবোই খনবা তাবগদি তৌবোইদবনি। মী ওইবগদি নশানা তৌকবিবা থবক অদুদগী থোক্লকপা অফ ফত্ত অদুসু নশানা লৌশিঞ্জবা ঙমগদবনি। নৎত্রগদি তৌবোইদবনি। হৌজিকপু নঙ কৈদৌগদৌবিবনো হায়য়ুনে ।
- ইমাদা অমুক্তা (খোম্বসু খুন্নকখি)।

মহাক মশানা তৌকবিবা থবক অদুগীদমক চপ চাবা ব্রা অমা হাযবা ঙমখিদে। কমদৌনা ঙমগনি। মসিদি অহল লমন্না তৌগদবা থবক্লি। ময়ুম মকৈ পানববু মহাক মশানা পুম্নমক তৌবা ঙম্লগদ্রা ? অহল লমন্না শিন্নবা ঙাক্তনি। মতাংসিদা খোম্বা যাম্না শিংখি। তাচৌনা মমাদা তাইনখি।

- ইমা হৌজিক্তি খোম্বসু পানা থোকহনবা ফৈ।
- কবি হাযবা।

মমা কুমুৎ খংশাউ শাউবকই। শাউবকপা তাবনি। ইমুংদুদা খোম্না খাইদগী অঙাঙনি। মচাশিংগী অতোনবনি। তৌথোবক্লিবা মতৌসি কবম্বা মমা মপানা পামগনি ? লুহোং কৈহোংদুনা মযুম মকৈ পালহনবা হায়বসি শাগৈগী ওইবা খাবা মবী শম্নবগী অকনবা কিশিনি। মসিদা অতোপ্পগা যানাশিন্নদুনা শাগৈগী ঈশেং মবক্তা মফম খঙদনা ঈমাং যানশিন্দুনা কবম্না শাগৈবু চেম্পুহন্দুনা অমাং অশোয় হাপচিনহন্নীংগদগে ? মশাগী মশু নৎতবা, মীগী মশুবু কবম্না যোক্লীংগনি ? মসিনা পাম্বোম তিংথোকপা ঙমদে। মসিননি কুমুৎনা যাম্না শাউবিবসি।

- শাউখিনু ইমা। নঙনা ফনা কম্বোক্তুনসু লৈবিবা নুপী অসি নমৌ নত্তে হায়বা যাগদবা লৈতে। মী মযাম্না নমৌনি হায়দুনা লোইনা হায়নববনি। হৌজিক য়ুমসিগী মৌ নত্তে হায়বিবসি অহল লমম্না অযাবা পীদে অসিখক্তনি। মসিদি লৈকায়সিগী মমাঙদা পুকচেল ফজদবা উখোকপা নত্তনা অতৈ কবিসু লৈতে। যাম্না মুন্না খম্বুবা চংঙি।

ব্রাহৈসিদা মমাইবেম্মা কুমুৎ তুমিন লৈখি। লৈকাযদা শিংই, ব্রাখল থোকই হায়নদুনা মীযাম পুম্নমক্কী তান্নফম ওইবিবা মহাক্নি। মবিংজেনসু ফৈ। কবম্বা নিংথৌবোল অমগী হাক্তক্তা মধৌ হাযব্রা মপু হায়ব্রা অমা ফম্লাইবা ওইবন্নিবনি। মসিনসু মী শঙ্গ তৌদুনা মীতিক মীবৌ খঙবা হেনগৎহনবগুম তৌই।

মথংগী নুমিত্তগী মমৌ লৌখৎনবা কোযচেন চেনবা হৌই। হান্না শাউবন্দু কদোমদা চৎখ্রবনো খঙদে। অতোপ্পা শক্লোন অমা পুথোক্লক্কবগুম খন্দবা ঙমহন্দে। হবাও হবাও কোযচেন চেল্লি। তশেংনা মহাক হবাওবব্রা ? মদুমক্তি মানখিদে। কবিগুম্বা পুক্রীংনা য়াদুনা অযাবা পীববা মতুংদা থবক অদু তৌবা তাববদি হবাও হবাও তৌগদবনি হায়বগী মতৌ অমা য়াওবা মানখি।

- মমৌ লৌখৎপা তাবব্রা (মতৌদু খঙদোক্লনবা মী অতৈনা হংখি) ?
- ইচানা পামজদুনা পুবক্লবা ইমৌবু লেম্না মাংহনগদ্রা ? মহাক্কী মবাইবক্তা অসুম্না থোকউ হাযনা তমখ্রবনি। মসিদবু ইম্বোক্লবা য়াব্রা ? ইচা ইমৌ অনীমক নুংশি। ঐখোয় কনাসু হিংদুনা অসুম লৈহৌগদবা লৈতে। ইচানি হায়দুনা মশা মশানা পামজবা, খঞ্জবা খবসু তৌহন্দ্রগদি কমদৌনা হিংবগী নুংঙাইবা ফংগনি ?

থম্মোযদি খঙদে। মচিন্দদি অনা অমেক য়াওদে। নুংশি। মকা লাম্মী। নুংদা নুংশিবমগদবা মাল্লি।

নাখৈ শেংদোকপনা ফবে।

- ফবা নত্তে। তৌফম থোকপনি। হৌজিক্তি ঐখোয়গী পুন্সিসি লোইশিল্লক্লবনি। নহাশিংদা শিন্নবন্নগদবনি। মখোয়গী অপাম্বদা ঐখোয়না কবম য়েৎলুগনি ? নখোয় ঐখোয়গী পুন্সিসি মশক মশা খঙদবা কনানা কোযপু পুবিবনি। মসিদগী কনানসু থৈদোক্তুনা চৎপা ঙম্লোই।

হায়রিবা ৱাসি অচুম্বনি। পুন্সিদি থৈদোক থৈজিন য়াদবা খোঙচৎ অমনি। মতুং ইন্নদুনা চৎকদবনি।

- অঙাংশিংসি ।
- তৌহন্নীংবগা তৌথোবকপগা চানদে।
- তৌজসনু। তৌজসনু।
  কুমুৎ চৎথ্রবদা ৱাবী শান্নে।
- তকদু মহাক্লসু মমৌ ওইনীংবনি।
- মাসু ময়ুমদি পান্দ্রি।
- মবাইবকতদি তল্লমদে।
- মাসু হোংবদি হোংথ্রবনি। কুইববোই। হাযনবা লোইববনি।
- হোংথ্রগদবা!
- মাঙ্গোল কাথ্রবনি।

খোম্বগী নুপী অমুবৈ, মনেমপোক্লা থৱায যাওনা কোযচেন চেন্দুনা লৌখৎলবা মতুংদা তক কোযবকই। থায়না লাংমিন্নবম্বা খোম্বগী মচনশিং থোকপা অমগা চৎমিন্নে। মখোযগী মবক্তনি পুন্সিগী হাজিল্লবা মচুশিংনা মফম খঙদনা শন্দোকখিবদু। কবম্বনা কদায়দা থেংখি হায়বা খঙখিদে। ইয়ান্দা যানশিন্নে। অমগা অমগা তিনশিন্নদুনা অতোপ্পা মচু ওন্থোকখিবসু। ওন্থোকপা মতৌনি। থাজখিদে। নোংমনি।

- তক। তকবী নঙসে য়াম্না ফজে।
- তাখোম্বা নঙসে হৌজিক্তদা ফজবা খঙলকপা মাল্লি।
- হান্নসু খঙঙি। ফজবিবা নঙসি মতম পূম্বৈ য়েংজবা ফংননবা ইনাক্তা অসুম লৈহন্নীংঙি।
- অশেংব্রা ?
- অশেংবনি।
- অদুম্না নচিন পেন্না হায়দুনতা লৈযু।
- লৈগনি।

ফাগী তৌনখি। মদু অচুম্বা ? কবিদা হক্রুখিবা ৱানো ? অচুম্বা ওইনা খন্নকবগসু অমনা অমদৈ চেন্নখি। অদুম ওইনমক খোম্বদি তশেংনা তকবু নুংশিবা মানখি। ইনখৎলকপা মতমদা পুন্সিগী শক্তম তশেংনা উথোক্লগদবা কযাদু ইকাইনদুনা মতম পূম্বৈ লোৎখিবা কয়াসু যাওদবা নত্তে। মদু ওইখিগদ্রা কিখি।

হৌজিক্তি মতমদু হৌখ্রে। পূম্নমক ওনখ্রে। পূমনৌ নৌবা অতোপ্পা খোঙচৎ অমনি। তকগা খোম্বগা লম্বীদা থেংনখি।

- তাখোম্বা নঙ নুপী থিবে হায চুম্বা ?
  খঙদবা শাবদুনা তকনা হংই। পাউসি অনৌবা নত্তে। পানা থোকপসু কুইদ্রিবগী

ৱাতনি। লৈকায় অমতনি নক্লৱবনিনা লৈবিবা মীশিং পূম্নমক খণ্ডনবিবনি। খোম্না খুমখিদে। তুমিন লৈ। ময়েক মশোল য়াওদবা কবিগুম্বা মওং অমনা মপুক্রীং পূম্বা পূমথন থন্না শন্দোক্লুনা লৈ। মশানা তৌকবা থবক ওইবগসু পোংনা চাউথোক্লা থবকসিগীদমক লেপ্লা ঙমদে। সমাজদা কবিগুম্বা অবানবা অমা লৈববগুম মথম্মোয় অদু শুজিন্দুনা, মকশিল্লবা ৱাখল অমনা খংয়ৈ য়ৈবৈ।

- (অদুম্না খুমদ্রবদুদদি তকদি মখা তাবকই ) য়েংহন্নীংদব্রা ? ইনম্মদু ঐখোয়না মশক য়েংলগা তুমখিগদ্রা ? তুমখিদৌবা লৈবগসু হায়য়ু। য়েংলোই। মীগীদি মৌ অনৌবীসি য়েংহন্নবা ঙাক্তনি।

- অস নঙসি (ইকাই নুংশি য়াননা হায়খি)।

খোম্বা কবিনো অমা খনখি। ৱাখল মচেৎ মচেৎ যেৎশিন্নবিবা লম অসিদা মপুকচেল তিংথোক্লুনা থবকসি ইচম চম্না উৎপা ঙমখিদে। ইকাইবা, নুংশুক্লবা কযানা থবক থৌবমশিং পূম্বা মঙাল যাওদবগুম পূম্মম মম্না খুমজিন্দুনা লৈবগুম তৌই।

তাখোম্বনা ঐঙোন্দা অদুম্না থৈদোক্লুনা পুকচেল শেপ্লক্লনি হায়বসি থাজদে। নুপী থিবগা নুপীবু লোৎশিনবসি নথন্তনি। কনানসু লোৎশিন্নদে। ঐ লাক্লনি।

ৱাফমসি লোইশিন্দ্রিঙৈ খোম্বা তুমিন হৌগত্তুনা চৎখি। মতম, মতমদু ওইবন্নবদি মৈ থোক্লন্নগদবনি। অমবোমদা অসুম্না তৌবমদবসু য়াই। খোঙচৎ অমগী অবোইবা শকক্তা থেংনবিবা মওং মতৌগা চৎকদবা ৱালিঙৈগী লম্বেলগা মান্নবা খক য়াবোই। পুক্সিগী খোঙচত্তা থুপ্লন্নিবা ফিভম নৌনা থোক্লকপগুম তৌই। হৌখিবা কযাগী খোঙচত্তা তৈবমদবা মচু কযা য়েকশিল্লকখি। পুক্সিদি পাম্বা পামদবা থিদুনা থৌদোক কযাশিং অসি খন্দোক খঞ্জিন তৌকবা যাবা নত্তে।

মতম কযা অমা হৌখ্রে।

মতমদি হৌখিবা তাবনি। হৌজবগে হাযদুনা ঙাইদুনতা লৈবিবনি। কনানসু মতমবু পুংফম অমতদা অসুম থমদুনা ফাবা খক ঙল্লোই। থা, চহী, মথং মথং হোংখিবদা তকসু হোংখি। নুপী অমা ওইনা অশোযবা খবা লৈবমদুনা মচা পোকখিদে। মসিনা মহাক্কী মপুবোইবা লৈবিঙৈদদি ফিভম খবা ফবম্মী। মহাক লৈখিদ্রবা মতুংদা নুপা মযুমদা লৈবা নুঙাইবকখিদে। মদুনা মপামদা হল্লকপা তাখি। মতমগী খোঙচত্তা পাবগদি চহী তবা, তবামাথোই মঙাই। ওল্লিবা অওনবদি যুগ কযাগী খোঙচৎনি। পুক্রীং অমদি থম্মোযদদি কৈদৌবমগদবা খঙখিদে। নুমিৎ, থা, থৱালগী খোঙচৎসু হোংবা লৈখিদে।

থোইবীদু চেনখ্রে।

খোম্বা মচানুপী লুহোংনবা কন্না চেল্লি। ফজনা হোংদোকপীখি। মহাক মযুম পানখিবদৈ অমুবৈসু মহাক্লা হান্না মযুম পাল্লুবা মযুমদা লৈখি। মফমদুদা কনাসু লৈতে। খোম্বগা ফনা কুইনা লৈমিন্নবম্বনি। ইম্ফালদা লাক্লবা মতুংদা পুক্সি অমা ওইখি। মপুক্রীংদা খোম্বাং শুনা, সুব তানা য়ৈহনবা ঙমখিদে। পুক্সিগী ওইবা ফিভম কয়ানা তুংশিন্দুনা লৈস্ত্রবা মফমদুগী খোম্বাং

হন্না হন্না হঞ্জিন্না য়েশিল্লকই। মফম খঙদনা কৌবক্লবগুম খন্দবা ঙমহন্দে। মসিনসু মকওইনা অমুবৈনা মহাক্কী হান্না লৈজবিবা ময়ুমদা হনখিবগী মবম অমনি। অহল ওইবক্লবা মতমসিদা খোম্বা য়াম্না নাইতোম তাবক্লে।তবক তবক লৈ। মশাগী হৈনীংবা পূম্বা কোক্লা চৎখ্রবগুম উই। মতম লেনবা ওইনা লৈকায়গী থবক থৌবম য়াওবা হৌবকই। মশানা হৈনীংনা য়াওববদি নত্তে। মতৌদু য়েংবদা নুংশিবা অমা য়াওনা মাবু নুংশিবা মীশিংনা কৌথোকপনি।

অসুম্না মপান্দা থোবকপদগী তকগা মহাক্কা অমুক উনখিবদু।

- তক, নঙগী পাউ তাবদা ঐ য়াম্না নুঙাইতে।

খোম্বনা চংশিন্দুনা হায়খি। মহাক মশাদি কয়াম নুংঙাইববগে ? মসিসু হংবা য়াই। মশাদা হকথেংননা থোকখিবা থৌদোকশিংদা মশানা মপুমফানা শকক যাবা ঙমখিদ্রবা কযাগী খোম্বাংনা মপুক্লীংদা হন্না হন্না যৈববিবা মহাক্কি।

- তাখোম্বদি নুংঙাইবিব্রা (নোক্লুনা তোকখি। খুম্বা ঙমখিদে)?

- পুন্সিসি (খুন্নকখি)।

- পুন্সিসি চপ মান্নে। অমসু অমসু ঙম্নবা উক উক লৈনবা ঙাক্তনি।

ঙসিদি মখোয়নী যাম্না অকবা ব্রা অমগুম ব্রাবী শানখি। মপুন্সিদা অমুক্তা মখোযনী অসুম্না ব্রাবী শানখিদে। ইনখৎলকপা মতমদা ব্রাবী খবদি শানখি হায়বদুসু চগৎ চগৎনি। মখোয়নীতা অশেংবা অমা খঙনা ব্রাবী শানৌ হায়বা য়াখিদে। তকনা খোম্ববু থাজবা ঙমদে। কবেম্ননা মাবু লক্লে খল্লি। অশেংবা ব্রা, তশেংনা হায়বল্লবদি মওং অমা ওইবম্বা য়াই। চগৎ চগৎনবা মীওইববু থাজবদি অকনবা নুংথংনা অথোৎপা পোৎ থুগায়বগুম পূমপাক পাক্লা লৌফম খঙদবগী মতৌনি।

- নঙসি মতমদুদা অসুম্না ব্রাবী শানবল্লবদি ।

- মতমদুদা নঙসু নোক্রেম হাগেম তৌদুনা ব্রাবী শানবা যাখিদে। নপুক্লীং চংনা ব্রা হৌদোক্লল্লবদি ঐসু থম্মোয় (ব্রা লোইশিনখিদে। লোইশিন্দবা ব্রাদি অর্থ কযা লৈ)।

পুন্সিসি হোংখি।

মখোয়নীগী ব্রাবীসি অহোংবা মবক্তা য়াওবকপা তনৌ তনৌবা অহোংবা অমনি। মখোয়নী অসুম্না অমুক্তা মমাঙদা চিক্লা ব্রাবী শাখিদ্রি। ব্রাবীননি মীওইবগী থম্মোয় পুবক্কদবদি।

❖❖❖

## চয়েৎনবিবা মরী

ৱাবী অমগী অহৌবসি ঐদি লুনা লৌজৈ। ৱাবী লীবিবনি হায়দনা লীবগা তাবিবা মখোয়না তানীংদ্রবদি কান্নদবদা মতম যাংহনবা তাগদৌবিবনি। ৱাবী লীবা হায়বসি তাবিবশিং অদুগীদমক পাংথোকপা থৌ ওইবনা লীবিবা মহাক্কী নুংঙাইনবা তাল্লুবা যাদে। লীগদৌবিবা ৱাবীসিগী মপুং ওইবা থৌমীগী মমিংসু কাওব্রে। মদুবু সিতা হায়ব্রা সতি হায়ব্রা ? মমিংসি অকৎবা নত্তে। মসিদগী হেন্না লুবদি ফিভম্নি। কবি অর্থদা মসি কমদৌনা হন্দোক্রে ? কমদৌনা চৎনবা, ৱাহং লৈবা ৱা ওইহল্লি ? মমল কমদৌনা লৌনৈ। মেবি কোমগী মমিংসি মৌবি কৌবমদ্রবদি লৈবাক্তা খঙনবমগদ্রা ? মসি মমিংসিনা মহাক ফাওহনবদি নত্তে। মহাক্কী হোৎনবা কনবা, মীমাঙদা উখোক্লিবা মতৌনা মহাকপু খঙহনবনি।

কান্নদে মিংগী চয়েৎনবসি তোক্লসি।

হোয়নে। ৱাবীসি মসিনা মফাং মফাং লাকহল্লে।

ৱাবীদু মখা ।

মমিংদু অমুক ।

সিতা, সিতা হেক থোনবীবো।

সিতা!

সিতা লুহোংবদি লৈকায় পুন্থনা ৱাবীনবিবনি। অহল লমন্না পাম্না হায়ন শিংনবদুনা, অমস অমসু পোৎচং লাকচং অমতা চিথদনাহোংখি। বামনসু মথৱায় তাজবা নুপীনি। নুপী ওইবীগী অমতা ৱাৎখিদে। মসিদবু কমদৌনা বাম্না পান্লোইদৌবিবনো ? পামখি, য়াম্না পামজখি। মসিননি লৈকায়না মীশৌ চংলিবসু। ৱাবী থোক্লিবসিদি অতোপ্পনি। মীওইবগী মবীদা অকোযবগী নুংশিৎ লিবি লিবি শিৎলকপা হায়বসিদি হৌনশানি। মসি তোঙান্না থল্লুবা য়াবোই। ইমুং মনুং চিকখোন নাওখোনবা, ইং তপ্পা লৈহনবগীদমক সিতা মমিং চৎলি।

মচা মমৌ ৱাবকপদা হায়নৈ।

- তমজৌনে অতোগী মতৌ।
- মৈ থাক্লগনা হেন্না ইংথব্রে। মখোয় ইমুংসি কমদৌবিবনো (মৌ লাকপসি ইমুং

ব্রাথোক লাম্থোক থোক্লবত্রা) ?

কল্লকপা মীনদি হায় - নুপীনা ওন্থা অধামোবাদুবা ? বাম হায়বসিনা তৌবিসি কবিনো ? সংসাব অসি নুপীনা লোইবা নত্তে হায়বসি কবিমতা খণ্ডব্রমাল্লে। মসি খবা লৈবগা চন্দোন উপু কোকথোং নাদুনা চৎলগদবা মীনি।

- নণ্ডসু মদু খণ্ডব্রা ?

- খণ্ডদদি, খণ্ডদবা কনাসু য়াওবল্লোই। মীওইবা হায়বসি মশা মশানা তৌথোবক্লিবা মতৌনা মশাগী ব্রা হায়জবনি। মসি উববদি কনাসু খণ্ডদবা লৈবোই।

মদু অচুম্ববা ? মীওইবগী চিনবান্দা থোবক্লিবা খোম্থোক পূম্বা মীওইবগী মপুক্লীংদা তশেংনা লৈবিবা ব্রাফম অদুবা ? মসিমদি মীওইবা মশা মশাতনা খণ্ডবা নত্তনা কনাসু খণ্ডলোই। মী অমনা হায়বকপা তাববদি লোইবা নাইদ্রবা ব্রা কযা থোক্লকনি। অসুম্না লোইবা নাইববোইদবা ব্রা কয়া ইচম চম্না অযুক নুংথিলদা কোবৌনা তবং তবং থোকপগুম থোক্লি।

খূৎ থেক্তুনা পাবগদি সিতানা ময়ুম পাল্লকপসি চহী মবি , মবিদা নত্তেদা মঙা, তকুক্লুম ফাবমাল্লে। হৌজিকসু মচা পোক্ত্রি। মচা পোক্তবতা নত্তে। মবুকসু শিৎ নান্দুনা লৈবি। মশাগী ওইনা মবুক মনুংদা অনাবা অমা লৈ। মসিনা মতম চুপ্পগী ওইনা মচা পোক্লবোইদবনি। মদুদি ফোঙদোক্তনা অজা পুজা কযাদি তৌবি। ঙাইহাক কাংদনা দাক্তব য়েংলি। চাবিবা হিদাক, অজা পুজাগী ফলদি চপ চানা কৈদৌঙৈ ফংবা লৈতে। সিতাদি হেন্না হেন্না মপুক্লীং চংশিন্না ব্রাখল লুপশিনবা হেল্লক্লি। মচা পোক্লীংদুনা খা ব্রাং চেল্লি। কবিগীনো নুপীনবু ময়ুম পাল্লবদি মচা থুনা পোক্লীংলিবসি ? মচা হায়বসি মখোয়গী নে তানা হিংননবা শকখণ্ড পোং অমনি। মসিননি মখোযনা মসিবু যাম্না হেন্না ফংনীংলিবা। ময়ুম পাল্লগা মচা পোক্তবদি কৈদৌনগদগে খল্লিবা। তশেংনমক্কীসু য়ুম পাল্লগদি মচা পোক্লগে হায়না খঞ্জদুনা মীয়াম মাঙদা ফোঙদোকচবিবনি।

মপুবোইবদা হাযখি - অঙাঙ অমতগী মমা ওইহনবীযু।

- মকমদি নঙনা হাইগদবনি।

- অখঙ অহৈদা তান্নদুনা ।

তানখি। অহিংবা পুক্সিগী শাগৎলিবা পম্বুংফম মবক্তা, মশকমশা উদবা শকউদবগী শকক পুশিন্দুনা, অসিনি খণ্ডবা মফম অমা চাউনা পীখি। মীওইবদা মসিনা হেক হেক মথি ফোঙলক্লিবসি কবি মবমগীনো ? মসি খায়দোক্তুনা তোপ্পা থম্বা য়াখিদে। ব্রাখলদা উংশিন্দুনা লৈখি। শকক অসিদনি পুক্সি পুক্সি হাযবগা অমম্বদা পুশিন্দুনা অঙানবা মায়কৈদা ওনশিন ওনশিন্দুনা য়েংলিবসি।

দাক্তবদা য়েংলুবগা থোবকপদা হংলকখি - কবি হায়বক্লে ?

- কবিসু অশোয়বা অমতা লৈতমাল্লে (শোম্বাংননা খুম্নীংগুম খুম্নীংদগুম খুমখি। মতৌদু য়েংলগা কবিনো অমা তৌখি)।

হায়বদি কবিসু হায়বকখিদে। তুমিন্না মমায় লৈথোকখি। ব্রাখন্নুংদা অচৌবা লাঞ্জাউ অমা থোকপা মাল্লি। মপান থোক্লক্তবা মতৌ অদুনা ব্রাফমদু লোইশিনব্রে খনবা লানগনি। মসিদি তশেংনা শুংগত্তুনা লৈববা চাউববা মবম অমনি।

- ঐগী লাইবকসি ।
- নঙগী নবাইবক কৈদৌববা ?

ঙাংনবিবা ব্রাহৈশিং অসিগী মবক্তা য়াওবিবা পুক্নীং ঈথিল অসি মপান নাইদনা শন্দোক্লবা ব্রাখল পবিংনি। মসিনা চাউথ্রবা মীওইবগী অতোপ্পা মবী অমা কোনশিলহল্লি। মবম লৈতনা মবম শাগৎহল্লি। হান্না থাংজিন্দুনা লৈববা মবম অমনা মফম খঙদনা চয়েৎনহল্লি। অমগা অমগা মচিন থিবা ফংদবগুম তৌই।

- দাক্তবনা তশেংনা কবি হায়বকপগে ?
- কবিসু হাযবক্তে। হিদাক চাও অসি মঙাইদনা (মবী লৈনদ্রবা হকচাং ফননবা, মশা মউ কনখৎননবা পীবক্লিবা হিদাকশিং অদু উৎশিল্লি। মহাক লাইবিক হৈতবীদি নত্তে। অদুবু, তুমিন লৈখি)।

দাক্তবনা হাযবক্লিবা মবোলদু থাঙ্গৈশেংনা তাদে হায়বতনি। তৌনবিবা ঈঙ্গিৎ অদুদা মযেক শেংনা খঙলবনি। ফনা লোত্তুনসু খঙদবা য়াববোইবা, মশানা খঙনবগদবা মতৌনি। মতম্না মথন্তা অসুম্মক তাকচবক্লগদবা ফিভম্নি। ওইবিবা মতৌসিদা ওইথোকপা য়াবিবসি মওং অনীতনি। অমনা পামজবা পাউনি। অতোপ্পা অমনা । অনীসিদগী হেন্না ওইথোকপা যাবা মবম অমা লৈবগসু পামজবা পাউদি ওইথোক্লীংঙাই লৈতে। তৌবিবা মতৌ, খঙহন্নীংদবা মওং অসিনা তাক্লিবসি কবি পাউ ওইগনি ? মসিদি মশানা ফৎত্রবা পাউ ওইববনি। য়ুন্নানবগী অবেপ্পা লম্বীদা অতোপ্পা পোৎশক লেপশিনবগী ব্রাখল থাদোকপা য়াবে। মসিগী ফিভমসিদনি চৎনবীনা মমিৎ কুপ্পক্লিবসি। মমিত্তং কুপ্পা ওইববদি ফৈ। মতম চুপ্পগী ওইনা উইশিনখ্রবদি কমদৌনি ? তাইবঙদা মহাক্কী কবি য়েংননবা হক লৈগনি ? নক্রবা পূম্নমক থৈদুনা চৎখ্রগদবনি। অসিগুম্লবা ফিভম অসি নুপী অমা ওইনা কমদৌনা খাংবা ঙমগনি। অকবা তানফম্নি। নুপী অমা ওইনা, মহাক মশানা সমাজগী মসিমদি মাংননবা তৌবগে খন্দুনা কবিসু তৌখিদে। তৌবসু তৌবোই। সমাজনদি অতোপ্পা মাযথোঙ অমা কবিগী উৎলক্লিবা ? নুপী ওইনা পোক্লবসি সমাজদা মফম খঙদনা লংজবা অমা লৈ হায়না লৌগদ্রা ?

- ঐঙোন্দা কবিসু লোৎত্রব্রা (কবি খল্লুববনো, ব্রাহংসি খংহং হংলকই। ব্রাহং হংনা হংনা মমিৎ অদু মুন্না য়েংদুনা লৈ)?
- মসিদবু কবি লোৎনীংঙাই লৈবিবগে ?
- লোৎত্রেকো। ফবে, ফবে।

ব্রাহৈগী অবোইবদা চৎন কাংলোন অমগী লম্বী ফাৎলকই। ব্রাবৌবা মানবা খোঙ্খোক্লি। অহৌবা ওইখিবা খোল্লে অসিগী মতুং তাবকপদসু মতম পূম্বদা মান্নববা খোঙ্খোক অমা, ব্রা ঙাংথোবকপা খুদিংগী ইবোয় লোযনবগুম তৌবকই।

- **নীংজবা লৈত্রবাঐখোয়দি অপাম্বা অমতা লৈবা য়াদে। শুজিন্দুনা লেনবা তাবনি।**

**বা ঙাংবদা চেকশিন্দবা য়াদে। খজিত্তং শোয়বদা মদুদা হঞ্জিন হঞ্জিন য়ানগনি। শোথবকপা ঙাইবগুম তৌই। অশোনবাখোঙফম অমদা মখোঙ থাংজিল্লুবনা, মদুগী মতৌ মতম পুম্বদা ৱাঙাং খুদিংগী ফোঙদোকই। মবৌ লৈববা ৱা ঙাক্তনি ঙংলিবসি। তশেংনা হেক হংজিল্লুবগসু খুল্লক্তে। মবম পীদবা, মওং তাক্তবা ৱা ঙাক্তনি ঙাংলিবা। য়ুমদা ঙন্না হঞ্জিল্লুবে ঙাংলক্কনি - কৈদৌকবে ? থবক্তি চত্তনা মী অতৈ অতৈ উনকব্রা ? ( মীওইবনা চিংনবা, চিংনবা যাবা মফমসি মফম খঙদনা লোইবা নাইদনা লৈবল্লে। অসিগুম্লবা মতমসিদদি হিবম অমতনা চিংনবা কোকহনবা ঙম্লোই।)**

পাউ অমা তাবে।

পুমনৌ নৌনা অনৌবা পাউ অমমুক তাবক্লে। অশাবা পাউনি। অদুম ওইনমক তৌবিবা মতৌ থোক্লিবা থৌদোক্তি কুইবমাল্লে। নুপী নহাদা যাম্না ঙাউশিন্নবমাল্লে। লম অমা হেন্না ঙাউববগুম পাউ পীবকই। কবম্বা নুপীনো মীগী নুপী নহা লৈববা নুপাদুদা ঙাউগে হায়দুনা ঙাউবিবা নুপীদুবু ? অঙাঙ লৈববোই, মচা পোক্নবোই হায়বগী থাবা মুত্তনবা খন্দুনা কোযবিবা নুপীবা ? অমুকসু খল্লি মহাক্নবু মদু তৌবমগদ্রা ? নুংশিনবগা লুহোংলকপনি। তৌবম্ব্সু যাই। নহানবাই হায়খিবশিং অদুদি মখূৎ যৌদ্রিঙৈগীনি। হৌর্জিক্তি মখূৎ চল্লে। চেনবা যাববোই। অমসু তৌবল্লিবদুনি। মশা নহা ওইবি। নুপানি।

পাউসিনা ইমুং যৌবকপা মতমদা হান্না লৈবম্বা মবী অদু তপ্পা তপ্পা মফম খঙদনা থৈদা তৌবকই। ৱাখলনুংদা মবী লৈনদবা কথা মওল মওল খলহল্লি। কবিসু নত্তবা থিংবসু ঙম্লবোইদবা ৱানি। ৱাখলসি হেন্না হেন্না খল্লিবগী মতিক অৱাবতা হাপকৎলক্কনি। কান্নদবনি। ৱাখলসি খল্লবোই। খল্লবোই খল্লগনা হেন্না হেন্না খলহল্লি হায়বদুনি। ৱাখল পুবা ঙমদবগা চপ মান্নে। ৱাখলনা ৱাখল থৎপা ঙমহন্দে। মসিনা ৱাখল লৌশিং পুম্মাং মাংহল্লি। খন্নীংদ্রবা ৱাখলসিনা মবক হাংদনা চগুংননা চংশিল্লকই। চম্না চঙকপা নত্তে। যেৎশিন্নবিবনি। চযেৎনবিবনি। মদুবু অফবা, চাওখৎকদবা ৱা অমতা যাওবা নত্তে। নুংঙাইহন্দে। ৱাখলবু মপুমফানা খুদুম চনবা ঙম্লবদি সংসাবগী অৱা অনা অমতা লৈববোইদবনি। মীওইবগী অফ ফত্ত, অপাম পামদগী চাউববা তাইবঙ অমা তাইবঙদা লৈবিবসি তশেংনা ৱাখলদগী থোবকপা ঙাক্তনি।

নক্নকববনিনা পাউদি লেপ্তুনা পীবকই

- নুপী অমা কোযব্রা ? ৱাবী শানদুনা লৈমিন্নৌই।
- য়াম্না নকশিন্ননা নুপী অমগা চৎমিন্নৌই।
- মমান্নবশিংনা নঙগী নুপাদু নুপী অমা পুবক্লগনি হায়নৈ।

অহানবা পাউ অসি তাবদা থাজবদি লাইবদুনা, পাউ তম্লক্লিবা মহাক্নুম চিংনখি। য়ুম কাথননবা শিল্লিব্রা ? নুপা অফবা অমা ফংবসিদা কনক্নুনা তৌবিবনি। ইমান্নবী, ফনা লুনা

তিন্নবা ওইদুনসু, নুপা ফখিবসি কলকপনি। নুপী খুদিংমক নুপীদা য়েংশিন্নে। থাজখিদে। হঞ্জিল হঞ্জিল তন্নক্লবদা ৱাখলসি ওল্লকই।

পাউগী পাউ অমতনি। চপ মান্নবদি নত্তে। মদুদা উংশিন্দুনা পুবিবা ৱাখল্লোন্দি অমতনি। খেন্নবিবা হায়ববু, অমনা তম্বদা কলক্লা তম্মী। অতোপ্পনা তম্বদনা নুংশিনা তম্মী। তাকবগা অৱাবা খাংজিনগদবা ঙাক্তনি। মনেম ইবেম্মদা তাকচৈ। পাউসি মনেমদি কবিসু ৱাওইদনা তুমিন লৈথোকই। হায়দ হায়জিল্লুবগা - ঐগী ইচানা অদুম তৌগদবা নত্তে। মীনা কলক্নুনা হায়জিনবীবা ওইবমগনি (ইবাই লাইনবু খুমদোবকই। ৱাখলদা হেন্না লুহনখি। মহাকসু ফিভমসি য়াবব্রা ? লৈবিবা ফিভমসিদা মহাকসু ৱাখল অমা খল্লমগনি। ফিভমসিনা কবিগুম্বা ফবম্বা তাববদি মশাসু তিং থোক্লা লম্বা য়াবমগদবদা, নীংহন্নবা খোঙফম অমদা হঞ্জিন্দুনা লেপ্পা তাবকই)।

- পাউদি মতা অমা তৌনা ঙাংনৈ।
- মথৌ তৌনীংঙাই লৈতদনা মীৱা ঙাংনবশিং অদুগী মৱা কমদৌনা লৌকবিবনো ? (হায়দোক্লবগা ৱাখল মুন্না খনখি। কবিনো অমা নীংশিংলক্লবগুম মখা তাবকই।) কনানো কমদৌবনো কবম্লো, কনাগী মচা মগুনো মুন্না খঙলকউ।
- মদু ?
- মদু নৎত্রগদি কমদৌনা ঙাংনকগনি ?

খঙবদি ইখঙ খঙনববা ৱানি। মহাক্লা কন্না পাদুনা চৎমিন্নবিবসি হাইবীগনি। হৌর্জিক্তি ঙাইহাক্তা থানদনবু চৎমিন্নববনি। কবিগুম্বা মতমদা মমা ইবেম্মসু উবমগনি। অদুবু চৎমিন্নে হায়বা য়াখিদে। কবি মবমগীনো ? মবম্লা থোং শাদুনা মবী অমা তিংলমগদ্রা চিংনজে। মবমদু তশেংনা হায়কবদি ঙমজদে। মবম অমবোমদা খম্বনবা তাগদ্রা চিংনজৈ।

মপুবোইবা বাম লাক্লগা ৱাখল অমা লাক্নুনা হঙ্গৎচৈ - নুংতি মুমিৎ খুদিংগী চমন পুখ্রি মনান্দা চৎলি হায়নবিবসি কৈদৌবা চৎলিবনো ?

- ইমান্নবা উনবনি (তপ্পা খুন্নকই)।

কনা ? নমান্নবদু কনানো ?

- মদু খঙলগা নঙ কৈদৌনগে হায়বিনো (শাউগৎলকই) ?
- কবিসু তৌনীংঙাই লৈতে (তপথখি)। ইচম চম্না খঙনীংলুবগী ৱাতনি। মীনদি অতোপ্পা অমসু হায়নৈ। মফম খঙদবা নুপী অমগা তোয়না চৎমিন্নে হায়দুনা।
- মদুনা কনানা হায়বিবা (মমিৎ শংদোবকই) ?
- অউবা মী য়াম্না য়াওবমাল্লে।
- নঙদি অদুগুম্বদুতা থিদুনা লৈবমগনি (মমিৎ পৈনা য়েংলদুনা হায়বকই)।

ৱাফৈ অমদা হাইদোক্নুনা চৎখিগে তৌই। মমুৎ তানা ৱাবী শানবা য়াখিদে। মমা ইবেম্মসু মচানুপানা তৌবিবা থবক অদুদা তশেংনা অয়াবা পীকদ্রগসু অপান্ননা য়ানীংদবগী থিংবা হায়বদুদি তৌখিদে। মপুক্নীংদা অয়া য়াদগী চাং উখোকপদা অমদসু অমদসু মীচং চংদবদৌনা

তৌখি। মসিমক্লনি পাউ অসি তম্বদা মচানুপাবু কনখত্তুনা ঙাংলবিদুমক। মচানা তৌবা থবকপু ফনা লোন্না তৌদুনসু মমানা খঙদে হায়রা ? খঙলবোই য়াওনা খঙদবা শেংলবনি।

- ইমা অশেংবা নুপী অমা (মনেমদা তশেংনা হেক চংশিন্দুনা রাকৎলুই। কন্না হায়বদুবুদি ঙম্বা নত্তে)।

- নঙনা নচা লৈতবদুদা পংচিংদা চিংনজবা ওইবমগনি। ঐনদি মদু শুকথা হেক থাজদে (খুন্নন্নগা থবক অমা লৈববগুম হাথু হাথু ফুক হৌগত্তুনা চৎখি। সিতা তিঙক তিঙক য়েংদুনা লৈহৌই। মসিবু বাম সিতাগী অশেংবা রাবীদুবা ? থাজদে। থাজবা ঙম্লোই)।

মসি পোমিং য়াংপনি। মখা তাবকপদা কবি লাকদগে হায়বগী মওং অসিদদি খজিক্তং উবগুম তৌই। পুকচেল শেংনা মপুক্লীংদা লৈবা রা ফোঙদোক্লীংলম্বদু নমশিন্দুনা থম্মী হায়দবা ঙমদে। মহৌশানা পীজবকপা মীওইবগী হক্লোন্না মবী শন্দোক্লুনা কবিগীদমক মীওইবগী পুক্নি মচত্তসু অসুক য়াম্না কায়হল্লিবা ? ফজবা, নোল্লুকপদা শাগৎপা মীওইবগী মচৎ অসিদা অসিগুম্লবা মফম অমসু লৈরা ?

- তামোনা পাম্বীবা অশেংবদু হায়বীয়ু।

- কবিনো হায়গদবসিবু ?

- ঐদি অখুংবী, ইচা লৈববোইদবীনিনা শাগৈ অসি মবী চত্থববোই। মবমসিনা, তঙাইফদনা অতোপ্পা নুপী অমা য়েংবীগদবনি। শাগৈগী খল্লগা তৌদবা যাদ্রবনি (বামগী মপুক্লীং পুম্বা তশেং তশেংনা খঙননবা অচুম্বা শাজিন্নদুনা হায়খি। তশেংবদি মপুবোইগী মপুক্লীং থৌবিবনি)।

- মসিনা কবম্বা অনৌবা রানো ? (মপুবোইবসু মপুক্লীং খঙক্তি।)

- মযাম পুম্বনা খঙনববা রাদুনি।

- তানীংদে।

- অচুম্বা হায়বগীবা ?

- তানীংদে হায়ববমক্তদা (চৈহৎখি)।

নুংশিবা অমদি অসুম লৈবিমাল্লে। মতৌদুদা কমদৌনা নুংশিবি হায়না খনবা ঙমগনি। নুংশিবদা চংলিবা পোৎচংশিংগী মনুংদা অমনা অমুবু শক খঙনবা, ইকাইখুম্নবা, অমসুং মশানা খঙনা য়েংশিনবীবগী মওংদুমদি নীংথিনা উবা ফংদনা, কমদৌনা নুংশিবি হায়কগনি ? মফম খঙদনা পুবিবা নুংশিংনা মাযওন খঙদনা পুবগুম থোকখি। ওল্লিবা মাযওন্দুনা মতম মতমগী মায়কৈদা মমায়সু ওনবা মালহনখি। থম্মোয় অমসুং পুকচেল হায়বসি নুংদা ওমদুনা লৈবা পোৎশক ওইকবনা অসিনি হায়দুনা অবেপ্পা অমা হায়বা ঙমহন্দে। মপুক্লীংদগী লাপ্না ইম্থোক্লুনা থম্মী হায়বসু ঙমহন্দে।

মমা ইবেম্মদু মমায খজিক্তং লৈবকপগুম তৌই। পাউ কুপথনা হংলকই - কনানো ইবুংঙোনা মবী শম্মী হাযবিবসি ? (চংশিল্লক্তুনা থওইনা হংলৈ) কবম্বা মীওইনো ?

তাংদাবদি খঙদে। হাইবীনি হায়বগুম তৌই।

কৈয়ুম্লো ?

- বাজকুমাবিনি।
- কদায়দগী ?
- শিংজমৈদগী।
- মচিন মনাও কয়া ?
- মথন্তা পোকপীনি।
- মমা মপাদি ?
- থবক অমমমদি তৌমাল্লে।
- অদুদি লেম্না মাংদবা মীনিনে (মতৌদু তৌগে হায়বসু তৌজসনু হায়বগী ফিভম্নি। মতোমতসু মখোল থোক্তনা নোকপগুম তৌই)।

ইন্দুং মনুং শাগে নাতৈ যেংবদা হন্থবা অমতা যাওদে। হৌজিক্কী মীয়াম্না লৌনবিবা, ফৈ হায়নবা লোইনা শুনা তিল্লি। মশাসু ফৈ হাযনৈ। মশক মতৌসু ৱাল্লে। মহাক লাক্লবদি ইমুংগী অৱাৎপা মেনশিনবা ওইনা থোক্তনি। পাউশিংসি তাবগা মমাইবেম্মা মখা তাবকপা ৱা ঙমস হংলকখিদ্রে। মীচং চংবীগদ্রা খল্লুবগা কবিসু অমতা হাযদনা তুমিন লৈখিবা মতৌ অদুদা সিতা প্রোক প্রোক চাকখি। ৱাকৎফম লৈতদুনা তুমিন খাংজবনা মতৌ অমনি। মখোযনীগী ওইনা লৈবিবা কা অদুদা চংশিন্দুনা থাবিবা হিদান অনীদু মুন্না যেংই। মশাগী ফমুংদা চংশিন্দুনা মচি অমদা ফম্মী। হেক ফমথবগা মমিত্তগী মপি লেপ্পা লৈতনা তাবকখি। থৌদোক পূম্বনা মহাক্কী যেক্লবা ওইনা চংশিল্লক্লিবা মতৌ অসি মতোমতা পেঞ্জদে। মহাক্না ৱা অমতং হৌদোকচবদা কনানসু মপুক্লীং চংনা তাবীদে হাযবসি থোক্লিবা মতৌ অসিনা মঙোন্দা মযেক শেংনা খঙহল্লি। থম্মোযদি তশেং তশেংনা শেংদোকচবা পামজবনি। ফিভমসিদবু কনানা শেংদোক্লকগনি ? হৌজিক্তি মহাক্কী পুক্সি অসি থোক্লিবা থৌদোকশিং অসিনা মমায চুমহনবা তাবনি।

বামসু মতৌ অমা তৌবকই।

কবিগীনো ঙসি হিদাক থক্লগা হনবীবক্লিবসিবু ?

মযাম্না নুংঙাইবিবা, নুংঙাইনা লাংথোকপদা ঐসু যাওকবনি। অদুবু ঐদি নুংঙাইতে।

কবিগী ? মবম্মু কবিগীনো ?

হাইবী হাইবী খঙঙিদনা, ময়ুম পানখ্রে। চেনখ্রে। মদুগী অৱা নুংঙাই ফোঙদোক্লিবা।

আশা যাম্না শাগৎনবম্বা পুক্সিগী শকক অমা লোইশিনখ্রে। ইফুন ফুল্লম্বা থম্মোযগী শকক্তা মফম মচা অমা ফাত্তোক্তুনা মঙাল মচা অমা লিৎশিল্লকই। অইংবা নুংশিৎ লিবি লিবি শিৎচিল্লকই। নে তানা পোখাবা যাবগনি।

- অদুদি নুংঙাইতেদা।

নঙদি কবিগী ?

- ঐগী নুংশিবনা ঐবু নুংশিবীদ্রবসু, মহাকপুদি নুংঙাইহনবা ঐহাক পাম্মী। মদু কায়খিবদা নুংঙাইতে (মপুক্লীং থেম্নবা, মীনুংশি পোকহন্নবা হায়খি)।
- শেংলব্রা (মহাক য়ু ঙাউবগা খংহন হন্নদুনা হায়বকই।)
- অশেংবনি (থাজহনখি। তশেংনমক্কীদি কলক পেল্লিবনি। ময়ুমদা মহাক অমা লৈনা লৈনা অতোপ্পা অমদা মিৎয়েং চংবা হায়বসি মশাদতা নত্তনা, লৈকাযদসু ইজ্জৎ মাংবা ব্রাফম্নি। ঙমদবগী তৌবনি। মবুক্তা থাংনা খিনবা নৎত্রগা মখৌবি অসিদা অখৌবা থাং অমনা লেম্থুৎনীংলিবনি। কবিগুম্বদসু পূন্না শিমিন্নববদি খল্লি। বাম সিতা হায়বসি বাম্না বাম ওইনা লৈবগা সিতানা অতোপ্পা অমা ওইনা লৈহনবা য়াবোই। বাম্না বাম ওইববতদা সিতাসু সিতা ওইনা ওইগদবনি। মসিননি অমা হায়বদা অমা চেন্নদুনা বাম সিতা হায়বিবসি। মসিদগী অহেনবা হায়কবা য়াদে।)

সিতা হৌজিক্তি মবুক তপ্পী ওইবগনি।

অতোপ্পা, লমফৈনবা ব্রাখল অমা খন্দনা নুংঙাইনা লৈবা যাবগনি। বামদি ব্রাখল চুম্না খনবা ঙমখিদে। লমদমসিগী মীনবু ব্রাখল চুম্না খনবা ঙমগদ্রা ? মপুক্লীংদা ব্রা অমমম চৎনবিগা লোনচৎসিনা পুহনবা তাবনি। থাজবা ঙমদ্রবা ব্রাফম্না হঞ্জিন হঞ্জিন কবেম্নদুনা লৈ। হাইবীবু লৌবা ঙমহৌদবগী লক্লবিব্রা ? চৎমিন্নকবগী ব্রাদা অদুক পাখৎনা খম্বন্না ঙাং শকখিবদু নীংশিংলকই। মসি লক্লবিব্রা ? য়াম্না নক্লবিবা মহাক্লি। নক্লবা মহাক্লা কবেম্নবকপনা থম্মোযদা পানবা হেল্লি। ব্রাহৈশিংদুগী অর্থ থিখি। ব্রাহম্নোক মখল মখল থোক্লকই। মীওইবনা ব্রাহম্নোক থিবা হায়বসি মশাগী পুক্লীংনা পামজবা মওংদা হন্দোকচবা চানবা মান্নবা ব্রাখলশিংদুনি। অশেংবা থোবকপা নত্তে। ওইথোকপা য়াবা মবম পীব পীবদুনা কবেম্নববা শক্তম অমদা তাশিন্দুনা লোইশিনখি।

মবল লৈবা বাম্নি। ব্রাখল লৌশিং থোকপনি। মমা মপানা য়োক্লকপদা ঙাউই খঙজে। সিতা পুদুনা লাকপদা, নুপী থিবগদি খবদি ঙাউবা হম্বুজবগনি খঞ্জখি। মসিনা পহাদা হবাওখি। য়াম্না পামজবা শাদুনা চাউনা লুহোংথোকখি। মবক অমদি খবসু ইংনা লৈকবে। হন্দক মবক খঙহৌদনা বামগী ব্রাখল খংহোং হোংবা মাপ্লিবসি কবিগীনো ? মহাক্লী মায়থোঙদা তোঙাল্লবা ময়ি অমা চিংশিনবগুম তৌই। মসিনা অতোপ্পা মমি অমা শন্দোকই হায়দবা ঙমদে।

অতোপ্পা কবি অবোনবা অমমুক তৌববগে ?

মবম লৈতনদি অসুম্না তৌবোই।

(ঙাইহাক খম্থুকবদা ব্রাখল মচা অমসু লাকই। অতোপ্পা নুপী অমগা অমুক মবী লৈনববজাৎলা ? চিংনজৈ। হায়জবদি ঙমজদে। কান্নদবদা অহেনবা ফাগী তৌকবদুগী খুদোংচাবা মহাক লৌখ্রব্রা ? নুমিদাং হঞ্জিল্লকপদসু নহানমখৈগী মতৌগা ইমান মান্নদে। ব্রা অমা কবি অমা হায়কবদসু নীংথি নুংঙাইনা খুমদে। কবিনো অবোনবা সভাব অমা ইযাও য়াওই।)

- হন্দক মবকসি কৈদৌবে ? ৱাখল ইনুং নুংঙাইতবা মাল্লি।
- ঐ ইচা অমদি পাম্মী (খুমদোবক্লিবা পাউখুমসি তাবদা সিতা খংপ্রেক খংখি। অদুক তপ্পা খোম্থোকসিদা কবিগী অদুক শাথিনা খংলিবা ? লংলা লংজিন খংথোক থোক্লকখি। মচা লৈববোই খঙলবা য়ুমগী নুপীদা মচা পাম্মী হায়বক্লিবসি চাউববা ৱাম্থোক অমনি। মচাদি নুপী মশানা হেন্না পামগদবনি। নুপানা নুপী মশাদা অপান্নবা হায়বকপসি লাইখিদে)।
- ঐগীদি ইচা লৈবোইদবনি।
- মদুননি ৱাখল লৈতাদ্রিবসি (মহাক ইফোঙ ফোঙনা ৱাহৈসি হায়বা ঙল্লক্রে। মবম পীবদুনা তোঙাল্লবা মায়ওন অমদা মমায় লৈশিল্লদুনা অচুম অবান লেপ্পনবা হোৎনবি। হান্নগী মতৌদুনা পুমথেন থেন্নববা মওংনি। মমাঙগী চৎপ্রবা থৌদোক অদুনা লমজিং ওইবগা অনৌবা পাবা অমা চত্থবক্কদবা মানখি।)
- অদুদি অনৌবা অমমুক (ৱাহৈসি হায়দোকপদা মপুক্লীং লৈতাহনখিদে। মশান মশাগী পুন্সিবু ৱাবৌজে। কবিগী ফিভমসিদা নুপী ওইনা শেম্বীবক্লিবনো ? নীংঙমজদে)।
- মদুদা নঙ শাউবোইদ্রা ? (তশেংনা নুপী অমা থিবা মহাক পাল্লমাল্লে। ৱাহৎসিমক হংলকই।)

মপুক্লীং খঙদোক্লনবা হায়কবা ৱাহৈদুনা মশাই হাইজিলক্লনা তমথিনা শোকহনখি। ফনা হু কাহনখি। ময়াক চম্লনবা হিদাক অমমুক থিখিবা তাবিব্রা ? ৱাখল অমদা লম্মুক্লখি। কোক ঙাউই।

পাউ তাবে - হন্দক মহাক্কা পূন্না লাংমিন্নবিবসি লংবাইবীগনি।

মশাদা অয়াওবা পৈশা পূন্নমক উৎ ৱাইগুম শিজিন্নৈ। নুপীদুনা হাযবা ৱা অমতা হিক্তোকখিদে। ময়ুমদা পৈশা পাই মতৎ অমতসু পুশিন্দবে। ইনখৎলকপা নহাগুম কোয়লাং লাংদুনা লৈ। ময়ুমদসু কবিসু নত্তবগুম মশানা তৌকবা পূম্না ইফোঙ ফোঙনা ফোঙদোকই। মমাঙদা হাইবীগা লাংখিবদদি অসুম্না তৌখিদবনি। হন্দক্কী অসিনা কবম্না অসুক হকচিনখ্রিবা? অহেনবা পাউ হায়ববু মহাক মৌনি। মচা লৈবে। অদুগীসু মথক্তা মহাক্কী নুপাদু হেবোইন, নম্বব ফোবদা হেঞ্জিন্না চাকদুনা লৈখিদবনি। মসিনা মবম ওইদুনা মহাক্কা মী অতৈনা নক্লবা কি। হৌজিক্কী হায়নবিবা লাযনা অম্না মশাদা পক্লমগদ্রা মীপূম খূদিংমক্কা চিংনৈ। মশক ফজবিবা, মশামউ বুপ বুপ লাওববা মতৌ অদুনা লাযনা কযা শন্দোবক্কদ্রা চিংনৈ। ইমুং মনুংনা শাউনীংঙি। মশা খঙহন্দনা মবী অদু থুগাযনবা থৌবাং কযা লাংই। নুপাদুনা ফৈগাক ফৈনা থৎপ্রবনিনা মদুসু ঙমদে।

হল্লকপদসু ঙাউবগতা হল্লকই।
- কদায়দা চৎপীকবে ? হকচাংদু মতা অমা ওইনা তৌবে।
- কৈসু তৌদে। খজিক্তং হেঞ্জিনখিবনি।
- নতৌসি মী লোইনা য়েংনবা তাবে।

- য়েংসনু। ঙাউথোক্কে।
- মসি ফজবা পোৎলা ?
- ফজবা ফজদবা নুংঙাই। নুংঙাইগে হায়দুনা তৌবিবনি। ঙাউথোক্কে। ঙাউগে হায়না থক্লিবনি।
- ফনা নুংঙাইদুনসু, মীয়াম মমাঙদা ফজদে। তৌবীগনু।
- ঐনা নুংঙাইথোকপদা নঙোন্দা ইহে হৈনীংদবা নতৌ অমা উবা ফংঙি। কবিগীনো নঙনা অদুক নবুকচেল পীক্লিববু ?
- ঐবো . (বা মখা তাথবা ঙমদনা অহংনবা মিৎয়েং য়েংলদুনা খোঙফমদি হন্দনা হকচাং খজিত্তুং হন্দোকখি। রাখল খলহল্লি। সমাজদা নুপী অমনা মচা পোক্তবদা কবি অকায়বা লৈবগে ? কায় য়াম্লা কায়। শঙ্গোম্লি হায়বগা শঙ্গোমগী মহাও য়াওদ্রবদি কনানা শঙ্গোম্লি হায়নীংগনি ? নুপী হায়বদা মশানা চাদা নাওদা শন্দোক্লবগী রাখল শাগৎখ্রবনি। মসিদা কায়দে হাযকবা যাদে)।
- মানি। ঐগী অপাম্বগী মায়যোক্তা লৈবিবসি নঙনি।
- ঐনা কবিবু ঙমদুনা নঙগী মায়য়োক্তা লৈবা ঙমগনি ?
- ঙম্মী। নঙনা য়ুমসিদা ফঁন্দুনা লৈববনিনা অতোপ্পা অমগী মফম লৈহন্দে। মসিদি নঙ য়ানীংফম থোকই।

য়ুমদুদা সিতাগী মফম লৈবক্তবগুম তৌখি। মতৌ কমদৌনা ফিভম অসি য়ৌবকখিবনো হাযবসু খঙহৌদে। থৌদোক্তি থোক্লবে। থৌদোক থোক্লকপদা ফনা খঙহৌ উহৌদে হাযদুনসু লৈদুনা চেনবা থক যাবোই। মওং মতৌদা চান্নবা ফিভম অমা লৈদুনা থৌদোক অদু থোক্লবিবনি। মসিবু লাইবক্তা ইন্থোক্লনা তাইশিন্নগদ্রা ? মীরা মৈশাশিং অসিদগী চেনবা ওইনা মপামদা হন্দুনা লেল্লুগদ্রা ? চমম্লখি।

- অদুদি ঐ ইপামদা চৎপ্রো হাযব্রা (হংখি) ?
- নঙবু চৎপ্রো হাযবদি কনানসু হায়দে।
- য়েৎলি হায়দাইনে।
- মদু হায় হায়দুনসু নঙবু তানবদি কনাসু য়াওদেদনা। নঙ য়ুমসিগী মৌনি।
- মদু হায়বগদি কবিগী ?
- নুপানিনা অদুক হায়বা হায়বদুনি।

অনী লোংবা রানি মহাক্লা হায়বিবা রাহৈসি। মীওইবদা মিৎ অনী পান্দুনসু অনীথোক্লা য়েংনদবা পোৎ অমতদা অমতা ওইনা উননবা পথাপ অমা পীবম্মী। মসি ফনা লৈদুনসু অনী থোক্লা মিৎয়েং থল্লবগী রানি মদু। রাফমদু অনী থোকই খঙনা খঙনা খঙজিন্নদবা তাখি। কবিগুম্বা সিতানা মচা লৈবম্বা তাবগদি রাফমসিমক্তি থোক্লল্লোই। হৌজিকমক্তি বাম্লা অতোপ্পা নুপী অমা পাম্বা তাবগসু মচা পাম্বগী মফম অমা শাগক্তুনা মশাগী নত্তবা রাখল, অবানবা মতৌ পূম্বা থৈদোকখিবা য়াই। মসি মঙোন্দা অপীবা হক অমগুম থোক্লবে।

- মীনা হায়নবিবা শাপম লংবাইবীদু লায়না অমা নাবমগনি হায়। মাগা চৎমিন্নবিদু । কনা কনানা হায়বিবনো ?
- মদুগী ব্রা নত্তে। নশাসু চেকশিনবা ফৈ হায়বনি।
- নঙনা ঙাংলিবসি ?
- হান্না লৈবম্বা মপুবোইবনা লৈখিদবা মতৌদু মী খুদিংমক্না লোইনা খঙনৈ। নাবিঙৈদা ফনা লোৎলম্লবসু শিববা মতমদদি মযেক শেংনা ফোঙদোকখি। অশেংবদু খঙনৈ। মশাদ ফত্তবা লায়না অমা মাগা লোয়নববদি লাযনদু ।

শিখিবা মওংদুনা মাগা লৈমিন্নবম্বা মহাকপুসু কিহল্লি। তশেংবদি লায়না অদু লৈ লৈতে হায়বদি খঙবা নত্তে। মদু ওইদুনসু হিংলিঙৈগী পুন্সিদু নুংঙাইবদি নত্তে। থবক, পৈশা থোকপা থবক অমতা তৌবমদে। মতৌদুনা লংবাইবীকুসু পেলহন্দে। মহাক্কী হায়ববু নোংঙানবা অমদগী নুমিৎতাবা অমফাওবা লাংদুনা লংদুনা লৈগনি। মফমমবাং খঙদবা মমান্নবা থবগা জু-জা তৌনগনি। ঙাউগনি। কবিগুশ্বদা পৈশা নিবক্কনি। পীহৌদ্রগা লাল তৌবক্কনি। লংবাইবীসু কনাযদগীনো মফম খঙদনা পাযবম্বা পৈশা পুথোক্লনা পীগনি। মতৌসিনা মাগী নুপীনি হাযদুনসু মঙোন্দা ব্রা অকনবা অমতা হায়বা ঙমদে। লংবাইবীদি লাংই। নুপা নহাগা নোক খেবা পান্মী। যা যা লাংথোকই। মিৎ নাবা অমা য়াওনা লৈ। কবিগুশ্বদা নুপা নহাগা হবাও কুম্মৈ য়েংবা চৎমিন্নৈ। থেংদোকখিবা যাওই। থেংনা হল্লকই। মহাক্কী নুপা লৈ হায়বগী কবিসু লাচুংদে। নুপাতনা ইকাইজগদবনি হায়বগী মতৌনি।

নুপাসু মতৌদু উবগা হেন্না হেন্না উইথখি। পুন্সিদু হেন্না হেন্না অর্থ থোকহন্দবগুম তৌই। নত্ত নত্তবা মমান্নবা কয়াসু শঙ্গ তৌখৎলকই। হেল্লি হায়নবা কয়া চায় থক্কৎলকই। খঙহৌদনা মশা হৌগৎপা ঙমদনা নাবকই। শোষ্টে। অদুবু কমদৌবিবনো খঙদে, নোংমা অহেনবা হিদাক কাপশিন্দুনা তুমখিদবগী অমুক হন্না হৌগৎলকখিদে। মপুবোইবা লৈখিদবা মতুং নোংমা নীংনিদুদি তুমিন্না লৈবম্মী। ফনা জ্ঞান তাবে খন্নে। ইংদা ইংথম্রগদবগুম খল্লি। মী হায়বসি অথোম্লবা অমা লাক্লগদি পংহি হিগৎপা যাবা নত্তে খন্নখি।

কুইখিদে। লাংবাইবীনা তুমিন লৈখিবা মতমদু কুইখিদে। মহাক্কী নুপানা লৈখিদবা চহী ফাবপ্লোই। ফিবোই যৌবমখিবোই। মফি মবোল নানখৎলকই। মবিক মকোন শিগৎলকই। কেনা কেনা লক্ষ্মী শবক্তা চৎলি। কবি থবক্লো হাযবসু খঙদে। নুপা নহা কয়াগদি চৎমিন্নৈ। কদাযদা চৎলিবনো হাযবসু তাক্তে। মশক ফজবনিনা তৌথোবক্লিবা খুদিংনগা পক্লে। মদুদদি লোইবে। চহীসু নহানি। ইনখৎলক্লিবা পাখংমচা খুদিংসু মহাক্কদি চৎমিন্ননীংঙি। নোক খেদুনা লাংমিন্ননীংঙি। মৌ পান্নবসি মওং অমবোমদসু নুংঙাইবনি। পাখং লৈশাবী লোন্দিন্নবগা মান্নদে। অহেনবা কয়া থোক্লকপগুম তৌই। লৌবমক লৌদুনা য়ুমগী নুপী ওইনদি পুশিন্ননীংদে। চেল্লগসু নুপা মমা মপানা হঞ্জিন হঞ্জিন খায়দোক্লনবা শিল্লি। খায়দোক্লখি। অহল লমনশিংনা, মঙোন্দা হায়নবিবা অহেনবা ব্রা কয়াসিনা মচা মমৌ ওইহনবসু কি। মীয়ামনসু উবগা হায়নবী।

- মশক ফজবগসু নাবন্নগদবনি।

- মাগী নুপানা শিখিবা মীশিদু শোয়দনা নাবমগনি।
- মহাক্না মশক ফজবসে লায়না শন্দোক্লবা ওইনা তৌবে। মানগা লাংলে। জ্ঞান তাদ্রিবা মতৌসিগা ।
- মশাদি নহানিন .।
- অদুদনিনে ঙাংনবিবসি। হনুবী ওইবদবু কবিগী ৱা অসি য়ৌকনি। ইনিল লৈবসিননি মহাক্না ঙাউবিবসু। মদুদি নুপা শিগ্রে হায়দুনা মুৎলু যাবা নত্তে।

ঙাংনবিবা মখোয়সু লংবাইবীবু পাম্বগুম তৌই। মচিন্দা ঙাংলিবা ৱাফমসি নুপীসিবু কলকপগী মতৌ অমদি যাওবি। লাংবাইবীবু নুপী ওইনা যেংনীংদ্রবা নুপা অদুদি মপুক্সিদা নুপী অমতসু অপান্নবা য়েংলবোইদবনি।

ৱাফমসি বামগী ইমুং মনুংদসু যৌবকই। মমা ইবেম্মা ৱাখল মচা অমা তৌখি। হন্দক্কী মতৌ অসিদি মঙোন্দা চাননা নুংঙাইহনখিদে। মচাবু মীনা ঙাংন শক্লবীবগদ্রা মপুক্লীংদা চিংনৈ। নুপীদুগা কবিগী লোযনবিবনো মীনা হংলকপদা ফঙবা পাউখুম ফংলোই। মবমচৎ ৎ শ্পা ওক্তবা তাগনি। মদুতা নত্তনা হিংবসু চিংননীংঙাইনি। মপুক্সি খাংঙুথক্তা লোময়গ্র ৱাজৈ।পুক্সিদা মবম শুখঙ খঙদনা মওল মওল খল্লগা ৱাবসি মতৌ অমনি। পোম্বাফম খঙদন মতম পুম্বদা লেনবগুম তৌই। নে তানা লৈফম খঙদে। মচানুপাদা হাযগদবসু হৌজিকপ মহাক্না ঙাংলিবা ৱাশিংসিবু মমা মপানি হাযদুনা লৌখিগদ্রা ? ঙাংবগীসু চৈবগীসু মতম, চই মতাং লৈ। অদুমকপু পংথা থাদোকপবুদি যাদে খঙহন্নবা অমুক্তংদি কৌশিন্দুনা হাযখি।
- ইবুংঙো নঙনা তৌবিবদু ।
- ইমা ঐনা কৈদৌববা ?
- নযুমদা ইবেম্মা সিতা লৈবিবসি নীংথিনা লোযনবীযু। নঙনা মীগী মচাসি লৌগে হায়না লৌকববনিনা মপুক্লীং নুংশিহনগনু। পাউ নত্ত নওবা তাহনগনু।
- ঐনবু কৈদৌববগে ইমা ?
- ঐনা ঙাংনীংদদুনাতৌবনি।
- মবমদু হাযযু।
- নঙনা হৌজিক লোযনবিবা নুপীদু অওকপা নত্তে। নঙ নশাসু মঙোন্দগী লৌনবকপ লাযনানা পুক্সিদবা যাই। থাদোকউ হাযবনি। মসি যৌনা ঐ হাযনীংদবনি। নঙনা জ্ঞান তাদ্রবনিনা হাযবে। (শাউনা হাযবকই) মসি হাযবদি ফবনিনে (খোম্লোক অসিমদি কবিনো অমা তৌখি)।

তুমিন লৈখি। মমানা ঙাং শক্লিবদু তাবসু মাল্লি। তাদবসু মানখি। কবিসু হাযখিদে। মদুনা মঙোন্দা চৈথেং ফংগদ্রা ? হাযবা ঙমখিদে। নুপীদুসু মঙোন্দা তপ নপশিল্লিবনি। মনাক যৌব্ববদি থাদোকপা ঙমগদবা লৈতে। মমানা মসিনসু খঙখি। নুপীদুনা তঙাইফদনা পাল্লিবসি পৈশাতা নত্তে। নুপাসু যাওবিবনি। নহা মহাদা ঙাউবা মঙাউ অদু উবদা মহাক্না হান্না মযুম পাল্লম্বা ইমুংগী মনেম মকুনা শেন্নবা ঙল্লবোই হায়না মপামদা থওইনা থিল্লকখিবনি। মহাক

যাম্না ঙাউখি। মহাক মশানা ঙাউগে খন্না ঙাউজবমদসু য়াই। নুপা নহানসু য়াম্না হেন্নসু কায়হৌবী। মদুনসু লাংবগী মবম অমা ওইবা য়াই। মশানা ফনা পামদুনসু নুপা নহা অমতগা পূন্না লাংমিন্ননবা লৈত্রদবু মহাক্না লাংঙুবা য়াগদ্রা ?

ঙাংবা হৌব্দরবনিনা মমা ইবেম্মনা মবক মবক্তা তত্তনা ঙাংই। লৌবদি লৌদে। ঙাংলিবা পূম্বা লৌববদি নহান্না লমচৎ হোংলম্লগদবনি। মসিননি মনা মনিন নাইদনা তপ্না তপ্না ঙাংনবম্বদগী মপান থোবক্লিবসি। ব্রা চাউথোবকখি।

- সিতা নঙগী খুদোপ অচৌবদু অমুক্তা পীবকউ (মহাক্কী নুপীগী অউন সনা লৌননবা হোৎনবকই।)
- খুদোপসি কৈদৌনগে হায়বনো ?
- মবম কোন্না হাযগে ? তৌদবা য়াদবা থবক অমা লৈদুনা তৌবনি। নৎত্রগদি নঙোন্দা কবিগী মদু হাযকনি ?
- নুপীগীনি। নুপানা শিবা য়াবোই।

পীদনবা ফনা হোৎনদুনসু নমদুনা পুখি। মবম অচৌবা অমা লৈবা মাল্লি। চিংনবদি পোকই। মবীমতা পূম্বা মবিক মকোন লৈনদবা কনাসু য়াওদে। লৈত্রগসু কোলুপসিদা মদুমা ব্রাযগে হাযদুনা থওইনা চংদুনা হাযবগদবা কনাসু লৈতে। মবমসিনা যাম্না হেন্না চিংননবা মবম ওইহনখি। অদুমকপু মপুবোইবনা অব্রাবা তাববগুম কন্না হাযবিবা মতৌ অদুদা পীদবসু ঙমখিদে। কিবসু কিখি। পীকদ্রগা কবি তৌবক্কদগে ? যুমসিগী যুম্বুবেনবী ওইবা ফংলিবসি মহাক্কী মপান্ননি। মহাক্না মবী তৎনববদি, যুমসিগসু মবী তৎনবা তাবনি। মসিনসু মবম ওইদুনা কন্নসু হায়বা ঙমজখিদে।

নুমিদাং হল্লকপদা হংজখি।

খুদোপ্তু ?

কাওবে।

তযাং তযাংনা খুল্লকই। সিতাগী মপাবুংনা হিংলিঙৈদা ইচা অহলগীনি হাযদুনা থওইনা তম্লগা শাবীবম্বনি। যাম্না নুংশিনা তৌজবনি। মশাদগী খক থাদোক্তনা শিজৈ। তশেংনা মপানা তম্লম্লবা খুদোল অদুমতা মঙাইববনি। পাম্মুজৈ। অদুবু মহাক্কী নুপানা মহাক্না চৎমিন্নবিবা নুপীদা খুদোল তৌথোকম্রে হায়বা পাউ তাখি। পাউদুনা হেন্না অশেংবা মঙনীংখি।

- খুদোপ্তুবু তশেংনা (মনাক্তা চংশিন্দুনা তুমিন্না হংজখি। মহাক শাউগৎলকই। শাউনা খুল্লকখি)।
- নঙসিদি ঙাংম্রে। মীঙোন্দা পীথোকম্রে। নঙগীদি ঐনা পৈশা পায়বগা অমুক শাবীবা তাবে।
- মদু পাবুংনা শাবীবম্বনি। নুংশিবনি ।
- (ঙাংলিবা ব্রানা লোইদ্রিঙৈদা ) মঙোন্দগী হেন্না নুংশিবা ঐনা অমুক নৌনা শাবীবগনি হাযবেদনা।

- কমদৌনা শাবীগদৌবিবনো ? খুদোপ্পুদি ঐঙোন্দগী হেন্না নুংশিবা মী অমদা পীথোকপীব্রগা ?
- নঙসিসু ঙাংঙিহে।
- খুদোপ অদু পীথোকখ্রবসু ঐবু নুংশিবীবা কথাদুদি অতোপ্পদা থক পীথোকপীখিনু। মদুদি ঐ খাংবা ঙম্লোই (ব্রাহৈসি হায়বগা চেপ্পা মুন্না যেংদুনা লৈখি। ব্রাহৈদুদা বামসু মুন্না যেংখি। মিৎযেং অনীদু অমগা অমগা চাননা যেংনৈ। হাযনগদবা ব্রা পূম্নমক ফাওনববনিনা অতোপ্পা ব্রা অমা কবিসু ঙাংনখিদে। মপুক্লীংদা ইচিং চিংনবা অমদি যাওবগুম তৌই)।

পাউদি তানৈ। নুপীদু পুশিল্লক্লগনি। মতম থানখ্রে। পূম্নমকসি খঙনা খঙনা সিতানা খঙজিন্নখিদে। মদুগী মহুৎ অতোপ্পা মাযওন অমা ওথোক্নুনা লৈখি। মমা ইবেম্মা নুংশুক নুংজান্নে। পাউ অদু চুমগদৌবিব্রা ? মচানুপানা হন্দক তৌবক্লিবা মতৌ অসিমদি মহাক যানীংবা মচেৎ অমতা যাওদে। লাংবাইবীনা ইমুং অসি মথকমখা পূমওন ওথোক্কদৌবগী তৌবিব্রা ? মহাক্কী মচানা শিখিবা, নুংশিনবিবনি হাযদুনা ইমুংগী মাল চাং কাযহন্দুনা মশাগী মবল লেপশিনখিবা পূম্নমক অসিনা মহাকপু ফজনা উবা ঙমহন্দে। যুমসিদা লাক্লগাসু অফবা তৌবক্কনি থাজদে। কবিদগী অসুম্না ওইখবনো ? ব্রাখলদা শাগৎপা ঙম্মখিদে। সিতাদি মপুক্লীং নুংশিখি। মনেম ইবেম্মাদা হাইবীগা নুংশিনবগী ব্রা খজিক্তং পল্লবদা খুম্নকখিবদু - নঙনদি নচাসু পুথোকপা ঙমদ্রেদো। নুপানা মযুম পাল্লগদি মচা পাম্লকপা হাযবসি মশানা তাবনি। ঐঙোন্দা ব্রা যাম্না হাযহনগনু।

ব্রাহৈশিংসি মনাকোংদা খোম্থাং যৈনা নিল্লি। মসিনসু বামবু হেন্না মথোই হাপখি হাযবসি সিতানা কৈদৌঙৈ কাওখিদে। মসিমক্না মহাক্কী মপুবোইবনা অসি যৌনা খোঙথাং অসি থাংলকখিবনি। মচাগী পামজদবা মতৌ অসিদা কন্না ঙাংবা ঙমহন্দে। অব্রাৎপা লৈতনা যোক্লকপা বাম্না ঙসিদি অব্রাৎপৈ অব্রাৎপা ঙাক্তা ঙাইববগুম, মতম খুদিংদা পোৎ অমা নৎত্রগা অমা লৌননা হোৎনৈ। মশাগী মমল মীঙোন্দা পীথোকখ্রবগুম মথন্তা মমল যাওহন্দবগী থবক তৌই। মপুক্লীংবু শিংগুপ শানা শেগাযখ্রবগুম খঞ্জে। বামদি মঙোন্দা অপান্ননা থিংলুবা মিকুপ অদুদগী হেন্না হেন্না অশিংনবা অমা যাওনা থবক তৌখৎলকই। লংবাইবীদা মথরাথ লুপশিনখিবগুম তৌই। অতোপ্পা অমদা মমায অমুক লৈথোক্লবোইদবগুম ব্রা ঙাংনবা যাদে।

ফুতানি তৌবদুনা গাডী অমসু লৈখীবগনি হায।
- কবি গাডীনো লৈগদৌবিবসি (সিতানা তাঞ্জা অমা য়েংলদুনা তপ্পা হংজৈ)।
- কনাগী কবি গাডী (খঙজিন্নদনা হংলকই)?
- আ আ লংবাইবীগী গাডী অমা লৈগনি হায়বদাইনে।
- নঙ মদু পল্লক্নু। তানীংদে, হাযবেদনা।

লোন্না ঙাংনবা পাউনি। কমদৌনা তাবল্লিবা ? ব্রাখল থোক্তে। অদুবু নুপী ওইবীশিংনা মখোয়বু নুংশিবীবা, হেন্না খনবীবগী মতৌসি মখোযগা নক্লবশিংদসু হেন্না নুংশিবা মান্নবা

পাউদমজে। মসিনা নুংশিববু লংলা অমদা পুন্না লেংশিনবা মালহল্লি। নাকোং অনী শুখিদ্রবা রাফম অসি মযাম পুম্নদা রা রা লাওবক্লিবসি মসিননি। মমা ইবেম্মসু রাবীসিদা য়াওশিল্লি।

- অচৌবা নঙ নবল য়াম্না লৈবে। মীগী গাডীগসু য়াম্না লৈবীবগনি হায়বা পাউসু তাবে। ইমাদসু পৈশা খবদি থংবীয়ু।

- নখোয় মীগী রা য়াম্না লৌবমাল্লে।

- মীগী রা লৌবা নত্তে। মচাগী রাবু মমানা খঙদনা কনানা খঙলুনি।

রাহৈসিদা বাম তুম্মিন্না লৈখি। হৌজিক মহাক্কী মমানা খোঙথাং খুদিংগী মঙোন্দা য়েংশিনখি। মসিগী ওন্নতৈনবদা মচানুপা অহল ওইকব্বনা মমানা মঙোন্দা অশোনবা খবা লৈ হায়বসু খঙদবা নত্তে। কবম কবম্বা অশোনবা মবীশিং অসি পুন্না কিশিন্দুনা অকনবা মবী অমা নৌনা শেমগৎসিগে হায়বসি মহাক্কী মকোক্তা ঙংলদুনা লৈবি। মঙোন্দা উবিবা মমাগী ফিভমসি হান্না হোংদোকহন্দ্রগদি কিশি কিশিন্দুনা শম্বা হাযবসি ওইথোক্তে। তঙাইফদনা মসিগী মিৎয়েং অসি নহৌনা হোংদোকহনগদবনি।

- মদু ওইবগসু ।

- মদু ওইবগস্ কৈদৌববা ?

- ঐ ইচা অমদি পাম্মী।

- মদুমবা নঙনা অমুক মচা পোকপগী রাদনবা হাযদুনা মীগী মচা লৈববা মৌ অদুগা রা লোইশিন্নবে হাযবিবসি ?

- মদুদি হিংচাবী অসিনা তম্লিব্রা ?

- রা য়াম্না ঙাংনদুনা কান্নদে। ইমুং মহি লাংননবা শিনগনু। ইমৌ মথরায নুংঙাইতনবা হোৎনগনু। মাসু নশানা থিজ্জবকপা নৎত্রা ?

হন্দক মবক্তি মমৌবু কা হেন্না নুংশিবগুম তৌই। হান্নসু নুংশিদবগী মতৌদি উৎশিদে। হন্দক নহৌনা অতোপ্পা মিৎয়েং অমা যেংলদুনা অতোপ্পা মবী অমমুক শাগৎলকপগুম তৌখি। মহাক্কী তৌথোবক্লিবা মওং মতৌ পুম্বা জাৎ তাববা মী অমগা চপ মান্ননা লৌনৈ। নিংথৌ পাল্লিঙৈগী মতম ওইবম্লগদি কৈথেন্দা মক কোকথোক্লগা যাইফৌ ফোইবোইদবগী মবম লৈতে। মসিদবু মহাক কনানা মচা মমৌ ওইনীংগনি। লমচত্তসু মীওইবগী শক্তম অমা চাউনা পুবি, মমাযদতা নত্তে ফজবগী শক্তম।

বামদি কমদৌবি ? মহাক্তি হকচিনশ্রবনি। লংবাইবীদগী অমুক হন্না নাম্বোকপা ঙমগনি হাযবা থাজদ্রে। মতৌ কবম্না অদুক হকচিনখ্রিবনো খঙখিদে। তৌবগীদি পাখং লৈশাবী ওইনা ইনখৎলকপা মতমদা নৎত্রগা য়ুম্বান মবী লৈনদ্রিঙৈদা নুংশি মবী লৈনবগা ময়ুম পান্নকবগা অমুক নুংশিনবগা খেন্নে। য়ুম পানমিন্নকববা মতুংদদি অমতা ওইবগী মনম অমা পুন্না শন্দোক্লবগুম লৌনৈ। অখঙবা মীনসু তোঙান তোঙান্না শনদোক্লমগনি থাজদে। মসিনসু মখোয়গী নুংশিনবা অসিসু কা হেন্না মনম নাইববগুম শন্দোক্লিবনি। বাম্না ফৈনা লেপ্লিবসি মসিনবা ? মহাক্তি থন্নায থাববসু মদু মঙাইবে হাযদুনা লেপ্লি।

অতোপ্পা পাউ অমমুক ।

পাউ অমা কন্না শন্দোবল্লি। লংবাইবীদু ময়ুমদা পুবক্লগনি। বাম্না মাগী নুপী ওইনা লৌশিল্লগনি হায়বি। মহাব পুবক্লগা মনেম মকুদা খুকুমহন্দুনা শকখঙ মাইখঙনহনগনি। পাউসি তাবদা সিতা লৈফম চাকম খঙখিদে। মনেম মকুসু পাউসি তাবম্নগদ্রা ? মখোয়না মহাকপু লৌশিনখ্রবদি মহাক্তি কবি ওইগনি ? ব্রাখলশিংসিনা লৈতাফম কঙহন্দে। নোংমা নুপীদুনা ফোন তৌবকলম্বদু নীংশিংলি।

। হলো ।

হলো, কনা ওইববনো ?

ঐ লংবাইবীনি। বামসি ঐগা ।

নঙগা কৈদৌবিবা ?

ঐখোয় অহুম পূন্না লৈমিন্নসি। মহাক ঐখোয়নীগী ওইনা পূন্না ওইমিন্নবদা ব বি মযেক মাংগনি ? কৈসু মাংলোই। নঙ যানীংদ্রা ?

মদুগুম্নবা চৎনদবা ব্রাদু অমুক হন্না ঙাংগনু। ঙাংদবতা নত্তনা খনবসু খনগনু।

ঐদি নঙোন্দা ইচে কৌবগদবনি। কৌবসু কৌববনি 'ইচে ইচে' ননাওগী ব্রাসি যাবীয়ু।

ফোন খঙথম থমখি। তুবু তুক্কচৈ। মাগুম্নবা হঞ্জিন হঞ্জিন লুখাক তাববা মহাক্রসু য়ুমসিগী মৌ ? উংবমখৈ উংলুবগা মনেম ইবেম্মগী মনাক্তা চংখি। শকফমদু উবদা খঙবা মাল্লি। মনাক্তা ইবেন্না ফমহল্লগা হংলকই - কৈদৌবে ইবেম্মা ?

কপ্লি কপ্লি খুমখি - লংবাইবীদু ঙসি পুবক্লগনি হাযবি।

- বাম্না মশাগী ময়ুম অমা শাজদুনা মহাকপু থমখ্রগদি খঙদ্রে। মদুদি থিংবা ঙমদ্রে ঐখোয়না হিংলিমখৈদি য়ুমসিদা মচক খক চংহল্লোই। মহাক্রা য়ুমসিদা লৈববা মতিক নত্তে। নঙ নহক্তা শাউগৎকনু।

ব্রাহৈশিংসি হাযবগা মমাইবেম্মা তুমিন লৈখি।

তাইবঙগী অতোপ্পা শক্লোন অমা এখা তানা লাক্লবোইদবগুম মুন্না যেংখি। সিতাগী থম্মোয়সু মতৌদুনা খবদি ইংথহল্লি। অদুম ওইনমক পূমইং উংলে তাযবদি যাদে। মফম খঙদবা, চৈনেনবা কযাতনা কোযশিল্লবা মফম অমদা মহাক ফল্লি। কবি হাযগদবনো খঙদবা ব্রাখল অমদা উংলি। মশানদি মসি শাগৎখিবা নত্তে। নমদুনা ফিভমসিদা উংশিলহনখিবনি। তাইবঙগী অতোপ্পা মমি অমবা মসিবু।

❖❖❖

**ৱাবীমচাশিংসিদা ইচম চম্না ৱাবী লীবদগী নুংগী মবী পুথোকপদনা হেন্না পুক্নীং চংনা চংশিল্লক্নি। পুন্সিগী ইনক নকুনা লৈনবা মীওইশিংদা চেল্লিবা ঈচেলদি তোপ তোপ্পা ফিভম্নি। পুন্সি অসিমক মশক মচু খঙদবা মযিশিংনা য়েকশিন্দুনা লৈরি। ৱাবীশিংসিদা মসিমক অমুবা অঙৌবগী মতৌগুম চোংথোক্নুনা ভাবি।**

বনবীব সাকংবনা (বিন্দুদুগী ৱাবী, ১৯৯৭) পুন্সিবু যাম্না কুপ্না য়েংলকই। পুন্সিগী লৈযি কয়ানা . "ঐগী মীৎযেংনুংদা চিংশিল্লগা ৱাখলগী ঈবৈ, ইহুন কয়া চৎন-পথাপশিংগা লৈনবিবা মবীদা থোক্লিবা মুক্রবগী চযেৎনবা কয়া'দু পুথোক্লবা হোৎনদুনা মীওইবগী লীচৎপু কুপ্না নৈর্নাবি।

**ঋতু, ১০০ শুবা মশিং/৩০**

মীওইবদা য়াওবিবা ফিদম অনেম্বা ৱাখল অনীনা অমগা অমগা য়েৎশিন্নদুনা লৈবি। ইবাই লাইনা অসিনা অফবনি, ফত্তবনি হাযবা শুমহন্দে অপাবশিংবু ৱাখলগী ঈবৈদা চিংথনবা হোৎনবি।

**ডা: নহাকপম অরুনা,** *মতমগী যাকাইবোল*, ২৮ সেপ্টেম্বর, ১৯৯৭

ৱাবীমচা খুদিংমক ইচম চম্না লৌবা য়াদবা বুদ্ধি অমসুং লৌশিং (জ্ঞান) শিজিন্নদুনা .. ইখিবা ভাক্তনি। ইচম চম্বা থিমদা শাগৎপা ৱাবী মচাসিং ওইববসু ... ইন্টর্নেন মিনিংনা হেন্না মকওইনা লৌবা অনৌবা টৌক্রিক খবা শিজিন্নদুনা মণিপুরী ৱাবীমচাদা শুক্নে লৈত্রিবা মশক অমা পুথোকপনি।

**ডা: শরতচন্দ্র লোঙ-জোম,** *খৌদাং*, ২৯ মার্চ, ২০০১

মহাক্কী ৱাবীমচাশিংনা তোপ তোপ্পা সাহিত্যগী মহাও পীবি। নিংশিংবগা ৱাবীদা চৎমিন্নহন্দুনা, ...ৱাহে শরতগী ইজিংনা অর্থ কয়া পুথোক্লবা হোৎনৈ।

**শ্রী এলাংবম নীলকান্ত সিংহ, ১৫ সেপ্ট, ৯৭**